# গর্গ-সংহিতা

## বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

### মণিপুরী অনুবাদ

—(০)—

ইংথাকচবা

।, লাংকাহ্নাই দেব শর্ম্মা

উরীংপোক ।

ফোংজবা ঃ—

**শ্রী এ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা**

তাং ৭ । ৮ ॥ ১৯৯৫ ইং

কোপী মশীং (৫০০) চামঙাতনি ।

লাইবিক ফংফম, —

১। শর্ম্মা বুক এজেন্সি-পাওনা বাজার মখ দোকান
কৈশানপাৎ থো, মনাক ।

২। লাইবিক ইবা মশাগী যুম-উরীপোক অহল্লেম লৈকাই
ক্ষেত্রিবাতোনম্মা গীল হাইস্কুল মনাং লৈবক ॥
ইম্ফাল

মমল—লুপা ৮০ (মবিফুঙ্গনি)
নম্ফম—ডি, এম, প্রেস ইম্ফাল, (ক্যাংজৈবুং মনিং) পিপল ওফিস
স্বত্ত পুস্তক লাইরিক ইবগীনি ।

# "ৱাহৈ অমতং"

"গর্গসংহিতা" অসি শ্রীমদ্ভাগবতনা শমলপ শমলপ হায়বম্বা বাফমু শন্দোক শন্দোক্লা হায়বগনা, গর্গসংহিতাবু খংলগা শ্রীমদ্ভাগবতকি অর্থ তৌবদা মপুং ফাবা মযমদগী ঐনা মনিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌজবনি। বাফম অমনা ব্রাহ্মণ পুন্নমক্লা ভাগবত দশম স্কন্ধঃ পান্নবি-থিনবি, মশিমক্তি মতম কুইনা ফংনবক্তুবনি কোপী অমতনু ফংলরোইদবনি। মশি পাম্বগী মবমদি শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা অবতার তৌবীববদগীনা মথং মথং শান্নবিখিবা লীলা কথাম্রক বর্ণন তৌবদগী, হিন্দু মনিপুরীশিংগী উৎসব (থৌথাক) খুদিংদা তাজবা, শকচবা, শোক্লবগী মথৌ তাবননি ॥

মতুমক গর্গসংহিতা অসিনা গোলোক ধামদগী পৃথিবীদা লেংথবি-বক্তুনা শান্নবিখিবা শ্রীমদ্ভাগবতকী ৱাফমদু শন্দোক শন্দোক্লা বর্ণন তৌবি। মশিমক্লা ব্রাহ্মণ পুন্নমক্লা পান্নীবিবা 'দশম স্কন্ধঃ" অদুগী মতংশিনবা যাবদ-নিনা গর্গসংহিতা অসি গোলোক খণ্ডঃ, বৃন্দাবন খণ্ডঃ অসুম্মা খণ্ডঃ অমমম শুইনা ইজবিবনি।

## অমনা

লাইবিক অসিগী মশাদা অবান অহুই থাগুবা, মযেক মশোল তাদনা কাম্পাজ তৌবদা লানখিবা, অমদি অচুম-অবান থেংবদা চিথখিবা, পুন্নমক অসিগী দোষ-গুণ থিবিদনা শেমজিন-শাজিন্দুনা পাবিনবা খুং লোন্নজবি।

খুইগী

**শ্রীঅ, লালকাহাই দেব শর্ম্ম**

## য়াওফম তাক্পা



———

# গর্গ-সংহিতা

## বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

### প্রথমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ

শ্রীগণেশায় নমঃ   শ্রীসরস্বত্যৈ নমঃ

—( O )—

কৃষ্ণাতীরে কোকিলাকলিকীরে
গুঞ্জাপুঞ্জে দেবপুষ্পাদিকুঞ্জে ।
কম্বুগ্রীবৌ ক্ষিপ্তবাহূ চলন্তৌ
রাধাকৃষ্ণৌ মঙ্গলং মে ভবেতাম্ ।।১।।

অজ্ঞানতিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জনশলাকয়া ।
চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ।।২।।

---

কালিন্দী তীরবাশিংগী শান্নফম ওইবা, গুঞ্জা (চংনিং) পাম্বীশিংনা [illegible] মন্দার কোনা লাইগী লৈশিংনা নিংথিজবিনা, কৃষ্ণা (স্মনা) [illegible] [illegible]লগী মপান্দা, পাম্বাম অনি হাথ-হুম্না চত্তুনা শান্নবিবা, [illegible]দা [illegible] মথি অহনগী বেথা (মথি) লৈবা, শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিন ইনী যাইফ-মঙ্গল পীবিশনু ।১।

খংজদবগী অমম্বা খিবিক। [illegible] জ্ঞান (খংবা) গী মশক ওইবগী কজ্জল হাবদা মিংনা পাংথোবকপদা তশেং তশেং উজবা ঙমজবগুম জ্ঞান (খংজবা [illegible] [illegible]খলবু) পীনবীবিবা শ্রীগুরুব্ খুরুমজৈ ।২।

শ্রীনারদ উবাচ ।
একদোপদ্রবং বীক্ষ্য নন্দো নন্দান্ সহায়কান্ ।
বৃষভানূপনন্দাংশ্চ বৃষভানুবরাংস্তথা ॥৩॥
সমাহূয় পরান্ বৃদ্ধান্ সভায়াং তানুবাচ হ ।
নন্দ উবাচ ।
কিং কর্ত্তব্যং তু বদতোৎপাতাঃ সন্তি মহাবনে ॥৪॥
নারদ উবাচ ।
তেষাং শ্রুত্বাথ-সন্নন্দো গোপো বৃদ্ধোঽতিমন্ত্রবিৎ ।
অঙ্কে নীত্বা রামকৃষ্ণৌ নন্দরাজমুবাচ হ ॥৫॥
সন্নন্দ উবাচ ।
উত্থাতব্যমিতোঽস্মাভিঃ সর্ব্বৈঃ পরিকরৈঃ সহ ।
গন্তব্যং চান্যদেশেষু যত্রোৎপাতা ন সন্তি হি ॥৬॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি :— নোংমগী নুমিৎ শ্রীনন্দ নিংথৌনা ব্রজদা থাকলিবা ফত্তবা খুদম (উপদ্রব) খিবিকপু উবগা (মতুনা) মাগী মাং ওইরিবা সন্নন্দ, উপনন্দ, বৃষভানুবরশিংদা অমসুং ব্রজগী অহল নাইনা শিংবু কৌবহনা, মখাম তিল্লিবা সভা অদুদা নন্দ নিংথৌনা হায়খি ঐখোয় না লৈরিবা অচৌবা বনগী মফম ওইরিবা মফমসিদা উপদ্রব ( অচুকপা থোকদোক) মখাম থোক্লকপসিদা ঐখোয়বু কদাইদা করম তৌনিংগে হায়রবা মাফমসি নাখায় পুম্নমক্না হায়রীয়ু ।৩।৪।

শ্রীনারদনা হায় — পুম্নমক্না মাফমসি তাবরদা, মখাগী মতুংদগী থোইদোক্লা অহল ওইরবা, রাতান্নবদা মতীক চাববা, যাম্না খংহৈরবা গোপ-সন্নন্দ কৌবনা, রাম কৃষ্ণ অনিবু মতম্পাক্লা পনখংলহনা নন্দ নিংথৌদা হায়খি ।৫।

**বালস্তে প্রানবৎ কৃষ্ণো জীবনং ব্রজবাসিনাম্‌ ।**
**ব্রজে ধনং কুলে দীপো মোহনো বাললীলয়া ॥৭॥**
**হা বক্যা শকটেনাপি তৃনাবর্ত্তেন বালকঃ ।**
**মুক্তোঽয়ং দ্রুমপাতেন হ্যুৎপাতং কিমতঃ পরম্‌ ॥৮॥**
**তস্মাৎ বৃন্দাবনং সর্ব্বৈর্গন্তব্যং বালকৈঃ সহ ।**
**উৎপাতেষু ব্যতীতেষু পুনরাগমনং কুরু ॥৯॥**
**নন্দ উবাচ ।**
**কতি ক্রোশৈর্বিস্তৃতং তদ্বনং বৃন্দাবনং ব্রজাৎ ।**
**তল্লক্ষনং তৎসুখং চ বদ বুদ্ধিমতাংবর ॥১০॥**

---

সন্নদনা হায — ঐখোয় পুন্নবা ঐগী ঐগী ঈমা-মমুশিংগা লোয়নননা, উৎপাত (ফত্তবা থৌদোক) থোকলোইরবা অদোম্না দেশ অমদা নু হোংজিনা চংকদবমক নত্তিক চাবা মতম হায়বদু ওইরনি ।৬

নন্দ নহাক্কী নচা কৃষ্ণ অসিনা, অদুক য়াম্না ব্রজবাসীশিংগী নিংথিনা ব্রজবাসী শিংগী থবাক্তগী চৎ-থাগবা পুন্সি হায়বদুমক ওইরিবনি, মহাক অসিনা ব্রজগী লন হায়বদুমক ওইরিবনি, শাগীগী থামোইনি, মহাক্কী অচৌবা ওইবগী মশান্নসিনা কৃষ্ণগুম ব্রজবাসীগী পুকনিং শুমহংলরিবনি ।৭।

অরাবগী মশকনি, বক হিংচাবগী মচম পূতনাদগী, শকটাসুরদগী, তৃনাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবদগী অমাদ যমলার্জ্জুন কৌবা উজাগুনা তুনবদগী অঙাং অসি হিংহৌরবনি অদুবু হৌজিক অমুক কনম্বা উৎপাত (ফত্তবা (থৌথোক) থোক্রবখিগদগে খংদ্রোদা ।৮।

মবমশিদগী অঙাংশিং পুন্নমক অসিগা লোয়নননা ঐখোয় পুন্নমক্না বৃন্দাবন-বৌবা বন্দা চৎলসি, ফত্তবা থৌদোক কয়া হৌখ্রবা তুংদা অমুক নমম অসিদা ঐখোই লাক্লবসু লাবসি ।৯।

নন্দ নিংথৌনা হায— বুদ্ধি জ্ঞান লৈবশিংগী মনুংদা অথোইবা ওইবা

**সনন্দ-উবাচ।**

**প্রাগুদীচ্যাং বর্হিষদো দক্ষিণস্যাং যদোঃ পুরাৎ।**
**পশ্চিমায়াং শোণ-পুরান্মাথুরং মণ্ডলং বিদুঃ ॥১১॥**
**বিংশদ্‌যোজনবিস্তীর্ণং সার্দ্ধং যদ্‌যোজনেন বৈ।**
**মাথুরং মণ্ডলং দিব্যং ব্রজমাহুর্মনীষিনঃ ॥১২॥**

---

ঐখোযগী ব্রজধাম অসিদগী বৃন্দাবন হায়বত্ত ক্রোশ (মাইল অনি = কিলোমিটর অতমলাম) কয়া থাপ্পা লৈবনো, মফমতুগী মওং মতৌ অমদি নুঙাই হাইফমদসু ঐখোদা হায়বীযু।১০।

সনন্দনা হায — বর্হিষদ কৌবা সহরগী অনাং নোংপোক থংবা চিলাইদা যদুপুর কৌবা যদু শাগৈগী কোনুংগী মথা থংবদা, শোনপুর কৌবা সহর নৈ থ নগনি।১১।

যোজন কুনগা মখাইনা কোযশিল্লবা ফজরবা মগনা কৌবা মফম্ অসি অইহা পণ্ডিতশিংনা ব্রজধাম অসুম্না লেপ্পমক হায়নদি (কৌনবি)।১২।

---

শ্লোকার্থ = শ্লোক অসিগী মতুং ইনবা (শ্লোকানুবাদ) ইনগদবা অর্থদি যোজন (মাইল নিপাল= কিঃমিঃ তরাহুমদোইরবাম) কুন মখাইনা শাবনবা হায়না হন্নগনি। মসিদা গর্গ সংহিতা বঙ্গানুবাদ পঞ্চানন তর্করত্ননা সার্দ্ধ একবিংশতি যোজন শাংবা, মতুগা মাম্নবা সার্দ্ধএকবিংশতিনা পাকপা হায়বদি ২১½ শাংবা ২১½ পাকপা অসুম্না অর্থ তৌবি, চৌখম্বা সংস্কৃত প্রতিস্থান দেলহী (দিল্লি) গী গর্গ সংহিতা হিন্দি অনুবাদ, পণ্ডিত রামতেজ পাণ্ডেযগী অর্থদনা যোজন কুনমাথোইনা কোনবা। পৃথিবীগী শককপু মথুরা মণ্ডল অমদি ব্রজধাম কৌই হায়না হল্লি। অদুবু শ্লোক্কী অর্থ চপ চাবদি কুনমথাই অসিমকনি, কুনমাথোই হায়বা রাহৈসিমক্তি শ্লোক্কী অর্থগা খিক্ত তৈনৈ। কুনমাথোই হায়বা রাফমশি শ্রীবৃন্দাবনদি চৌরাশী ক্রোশনি সাববা রাফমশিগা চাননবা হনবা রাহৈ ওইগনি। যে জন হায়বা রাহৈসি

মাথরায়াং শৌরিগৃহে গর্গাচার্য্যমুখাচ্ছ্রুতম্ ।
মাথুরং মণ্ডলং দিব্যং তীর্থরাজেন পূজিতম্ ॥১৩॥
বনেভ্যস্তুল সর্ব্বেভ্যো বনং বৃন্দাবনং মনোহরম্
পরিপূর্ণতমস্যাপি লীলাক্রীড়ং মনোহরম্ ॥১৪॥

---

অসিগুম্বা অমকপা লৈতনা ফজববা মথুরাপুর অসিবু প্রয়াগ কৌবা তীর্থনা ইবাইগম্নবগা লোয়ননা ইবাং পূজা তৌখি হায়না, মথুরাপুরদা লৈবা বসুদেবগী যুমদা গর্গাচার্যাগী মচিন্দগী তৈনা তাখি ।১৩।

মযমত্তুদা অযাম্বা বনশিংগী লোয়ননা, বন পুম্নমক্তগী অথোইবা বৃন্দাবন কৌবা বন অমা লৈ, বৃন্দাবন অতুদা পরিপূর্ণতম হায়বদি মপুংফাবা পুরুষোত্তমগী অথোইবা ইবা শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিং হুনবা লীলা (নশান্না যৈস্নবা) কৌবা শান্নবম ওইরনি ।১৪।

---

সাম্ন ২ (খো)ং ক্রোশ মশিনা যোজন অমনি হায়না লৈবনা কুনমাথোই ২ইবদিঃ -- ২১ × ৪ = ৮৪ অসুম্না চৌরাশী হায়বা রাফমগা চাননবা ইনবদা সার্দ্ধবিংশতিগী অর্থদি তৈনবনি ।

প্রমান অমদা --

লোন অমদগী লোল অমদা চপচাবা অর্থ ফোংদোকপা রাবগুম সাবনগী লোয়ননা নুমিৎ চক্রমহুক্ষ মঙানা চহি অমা শাবদসু নোংমদা পল (মিরুপ) তবামঙাগী চাংদা লেমহৌই । মদু পুনশিল্লগা "মলমাস" অমাংবা থা অসুম্না কৌনবি, অসুম্না ইংবাঙ্গি পুংদা নোংমদা পুং কুনমবিনা শাবিবসিসু সেকেণ্ড খবা খবদং লৈহৌবদু পুনশিল্লগা লিপিযার হায়রুনা চহি ৪ গী মনুং মনুংদা বেত্রয়াবী থাদা নুমিৎ কুনমাপল্লা শানবি । অতুনদি যোজন ক্রোশ, মাইল, কিঃ মিটরনা চিংবদসু খবা খরা খেন্নবা লৈফম থোকই । অতুনা যোজন কুনমথাই অসিগী অথোই অহেনগা পুনশিল্লগা ২১×৪=৮৪ ক্রোশমক চপচানা তাবগনি, মবম অসিনা শ্রোক অসিগী "সার্দ্ধবিংশতি" হায়বা বাহৈগী অর্থ চপ চানা যোজন কুনমথাই হায়না হুক্করে । মশিন্না গর্গাচার্য্যগী অনুমান্না সার্দ্ধবিংশতি হায়না ইরম্বা ওইগনি ।

বৈকুণ্ঠাদপরো লোকো ন ভূতো ন ভবিষ্যতি
একং বৃন্দাবনং নাম বৈকুণ্ঠাচ্চ পরাৎপরম্‌ ॥১৫॥
যত্র গোবর্দ্ধনো নাম গিরিরাজো বিরাজতে।
কালিন্দীনিকটে যত্র পুলিনং মঙ্গলায়নম্‌ ॥১৬॥
বৃহৎসানুর্গিরির্যত্র যত্র নন্দীশ্বরো গিরিঃ।
ক্রোশানাং চ চতুর্বিংশদ্বিস্তৃতৈঃ কাননৈর্বৃতম ॥১৭॥
পশব্যং গোপগোপীনাং গবাং সেব্যং মনোহরম্‌।
লতাকুঞ্জাবৃতং তদ্ধি বনং বৃন্দাবনং স্মৃতম্‌ ।১৮।

নন্দ উবাচ।

কদা ব্রজোঽয়ং সনন্দ তীর্থরাজেন পূজিতঃ।
এতদ্বেদিতুমিচ্ছামি পরং কৌতূহলং হি মে ॥১৯॥

---

বৈকুণ্ঠ ধামদগী অথোইবা অতোপ্পা ধাম অমা লৈখিদ্রে অমসুং লৈবরুরোই, অদুগনক ওইরবা শ্রীবৃন্দাবন হায়বা বান অমদি বৈকুণ্ঠদগীদ নাংতুং অনিমক্তা থোইদোকপা ওইরবনি অথোইবনি।১৫।

মফমদুদা চীং পুম্নমক্কী নিংথৌ ওইরবা গোবর্দ্ধন কৌবা চীংনা ফাব থোইরিবনি, মঙাই-যাইফ মঙ্গল পীরবা, গোবর্দ্ধান অনিনা লৈরবী কালিন্দী যমুনাসু চেলিবনি।১৬।

মফম অদুদা বৃহৎসানু কৌবা চীং অমদি নন্দীশ্বর কৌবা চীং অনি অসি লৈ, অমসুং ক্রোশ কুনমরি (মাইল নিপুনিপাল) পাকশন্না বনশিংনা ইকোই-কোইশিন্দুনা লৈ।

পুকনিং চনা ফজরবা, শা শনশিংগী লৈবদা মতীকচাবা, কান্নবা পাবা গোপ গোপীশিংনা শনসেবা তৌবদা মতা চাবরা মফম ওইবা, উবী প্রাবীশিংনা কোযশিনবা বনগী মশক ওইবা, অদুগুম্বা নিংথিবা বন অদু বৃন্দাবন অসুম্না খংনৈ।১৮।

নন্দ নিংথৌনা হায — হে সনন্দ, কৈদৌঙৈদা অদুগুম্বা ব্রজপুব অদুবু, তীর্থরাজ প্রযাগনা পূজা তৌখি হায়রবা রাফনদু ঐনা খংনিংবনা

সনন্দ-উবাচ

শঙ্খাসুরো মহাদৈত্যঃ পরা নৈমিত্তিকে লয়ে।
স্বপতো ব্রহ্মণঃ সোঽপি বেদাঞ্জগ্রাহ দৈত্যপুঙ্গবঃ ॥২০॥
জিত্বা দেবান্ ব্রহ্মলোকাদ্গৃহীত্বা বেদান্ গতোঽর্ণবে।
গতেষু ঋষি বেদেষু দেবানাঞ্চ গতং বলম্ ॥২১॥
তদা সাক্ষাদ্ধরিঃ পূর্ণো ভূত্বা মাৎস্যং বপুঃ পরম্।
নৈমিত্তিকলয়াম্ভোধৌ যুযুধে তেন যজ্ঞরাট্ ॥২২॥
শূলং চিক্ষেপ হরয়ে শঙ্খো দৈত্যো মহাবলঃ।
স্বচক্রেণ হরিঃ সাক্ষাত্তচ্ছূলং শতধাকরোৎ ॥২৩॥
হরিং ততাড় শিরসা শঙ্খো বিক্রুম্নুরঃস্থলে।
তস্য মূর্দ্ধপ্রহারেন ন চচাল পরাৎপরঃ ॥২৪॥

---

হায়গ তাপাঙ্গা অনসু নতব খৌবাংবা হায়বহু ওইবে ।১৯।

সনন্দনা হায — মদাংউদা নৈমিত্তক কৌবা প্রলযগী মতমদা তাইবং-পান পুম্বনক লৈত্রবদা, ব্রহ্মাগী তুমখুন চরা তুমহন্না লৈবা মতম হায়বতু ওইখি, মতমতুদা বেদবু যেন্নবা, বেদ হাদবা, (বেদ থাজদবা) হিংচাব অথোইবা, কন-থৌববা শঙ্খাসুব কৌবা হিংচাবনা লাইশিংবু ভমতুনা, ব্রহ্মাগী লৈকম ব্রহ্মলোকতগী বেদ খিবিকপু পুবগা সমুদ্রগী মন্নুংদা চংখ্রে, বেদ খিশিন্না লৈত্রবদা (বেদগী ধর্ম্মনা লুপ [মাংবা] ওইববদা) লাইশিংগী মপাঙ্গল লৈখিদে শোন্থখবে ।২০।২১।

মতমতুদা চংখোন্না মপুংফাবগী মশক ওইবা, অথোইবা, যজ্ঞগী মশক ওইবা শ্রীহরিনা ভাগী মশক ওইবা হকচাং লৌবীবগা নৈমিত্তিক প্রলয় অতুগী ঈশিং মনুংতুদা শঙ্খাসুব কৌবা হিংচাবগা অকনবা লান থেংনখি ।২২।

মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা শঙ্খাসুব কৌবা হিংচাবনা শ্রীহরি তম্না শূল হাযনা খংনবা তা অমা লংলকখি, শ্রীহরিনা মাগী তা অদুবু, ইবুঙো মাগী চক্র কৌবা খুৎলাইনা ককথংখি ।২৩।

শঙ্খাসুব কৌবা (মোইবুংগী মশক ওইবা) হিংচাবনা মাগী মোইবুংগী

তদা গদাং সমাদায় মৎস্যরূপধরো হরিঃ।
পৃষ্ঠে জঘান তং দৈত্যং শঙ্খরূপং মহাবলম্‌ ॥২৫॥
গদাপ্রহারব্যথিতঃ কিঞ্চিদ্ব্যাকুলমানসঃ।
পুনরুত্থায় সর্ব্বেশং মুষ্টিনা স ততাড় হ ॥২৬॥
তদা বিষ্ণুঃ স্বচক্রেন সশৃঙ্গং তচ্ছিরো দৃঢ়ম্‌।
জহার কুপিতঃ সাক্ষাদ্ভগবান্‌ কমলেক্ষনঃ ॥২৭॥
জিত্বা শঙ্খং দেববরৈঃ সার্দ্ধং বিষ্ণু ব্রজেশ্বরঃ।
প্রয়াগমেত্য স হরির্বেদাংস্তান্‌ ব্রহ্মনে দদৌ ॥২৮॥

---

মশক ওইবা মকোক অদুনা শ্রীহরিগী থবাক্তা কন্না থাখি-অদুবু অথোইবা পুম্নমক্কী অথোইবা শক্তি ওইবা, মাং-তুং অনিদা লেংলবোইদবা শ্রী-হরিবু খোংফম অমা ফাওবা লেংহনবা ঙমখিদে।২৪।

মতমদুদা ঙাগী মশক ওইবা শ্রীহরিনা গদা পায়দুনা মোইবুংগী মশক ওইবা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা শঙ্খাসুরগী মনঙ্গলদা গদানা কন্না যুখি।২৫।

গদানা ফুবফপগী চৈনাখোম্না নাখিবনা খবদং ৱাববা পুকনিং ওইববা হিংচাবনা অমুক হৌগৎলদুনা, জগৎ পুম্নমক্কী মপু ওইববা শ্রীহরিদা খুদুম্না শায়ু কন্না থাখি।২৬।

মতম অদুদা থম্বালনা তমজনবা মিৎস্নামা মাগী ওইবা (মিৎস্না থম্বাললৈকা মানবা) শংশংবা ভগবান্‌ শ্রীবিষ্ণুনা শাওবদুনা সুদর্শণ কৌবা চক্রনা, মখোং চেৎনা হৌববা মচিগা লোয়নবা হিংচাবগী মকোকপু কক্‌লা লৌখি।২৭।

হে ব্রজধামসী মপু নন্দ নিংথৌ, মতৌ অদুমনা শ্রীহরিনা শঙ্খাসুর হিংচাববু ঙম্লগা লাই অথোইবশিংগা লোয়নদুনা প্রয়াগ তীর্থদা লাক্‌লা অদুগুম্না শ্রীহরিনা, হিংচাবনা পূরম্বা বেদশিং অদু ব্রহ্মাদা অমুক পীরখি।২৮।

যজ্ঞং চকার বিধিবৎ সর্ব্বদেবগণৈঃ সহ ।
প্রয়াগং চ সমাহূয় তীর্থরাজং চকার হ ॥২৯॥
তৎসাক্ষাদক্ষয়বটঃ কৃতো লীলাতপত্রবৎ ।
মুনিভানুসুতেঽথোর্ম্মিচামরৈস্তং বিরেজতুঃ ॥৩০॥
তদৈব সর্ব্বতীর্থানি জম্বুদ্বীপস্থিতানি চ ।
নীত্বা বলিং সমাজগ্মুস্তীর্থরাজায় ধীমতে ॥৩১॥
তীর্থরাজঞ্চ সম্পূজ্য নত্বা তীর্থানি সর্ব্বতঃ ।
স্বধামানি যযুর্নন্দ হরৌ দেবৈর্গতে সতি ॥৩২॥
তদৈব নারদঃ প্রাপ্তো মুনীন্দ্রঃ কলহপ্রিয়ঃ ।
সিংহাসনে ভ্রাজমানং তীর্থরাজমুবাচ হ ॥৩৩॥

---

মফমত্তুদা অযাম্বা লাইশিংগা লোযননা বেদগী নিযমগী মতুং ইন্না যজ্ঞ হোম্নচিংবা তৌখি অমস্তুং প্রযাগ তীর্থবু কৌরগা তীর্থ খিবিক্কী নিংথৌ ওইহনখি ।২৯।

মফম অদুদা ইবুঙো মাগী ওইবা, অমাং অতা লৈত্রবা অক্ষযবট কৌবা খোংনাং বট পাম্বীনা নিংথিনা হৌদ্রনা. শান্ন-কুম্মৈগী মতমদা খানবা শেকপিনগী মতৌগুম খানখি (হৌখি) জাহ্নু মুনিগী মচানুপী গঙ্গা, অমস্তুং সূর্য্যমিংকি মচানুপী যমুনা কৌবী তীর্থ অনিনা মাগী মাগী ঈথক-ইপোম্না চামর দ্রুবগুম্না ইবুঙো মাবু থোগনখি ।৩০।

হে বুদ্ধি জ্ঞান লৈবা নিংথৌ, মতমত্তুদা জম্বুদ্বীপ অসিদা লৈরিবা তীর্থ খিবিক অসিনা তীর্থ নিংথৌ প্রয়াগকি মফমদা, অচা-অথক্কী অথেম্পোৎ মথল কয়া কযা পুবক্তুনা লাক্লখি পীরখি ।৩১।

হে নন্দ নিংথৌ, মাইকৈ পুম্নমক্কগী লাক্লরিবা অদুক যাম্বা তীর্থ শিং অদুনা তীর্থরাজ (তীর্থ নিংথৌ) প্রয়াগপু চংখোন্না ঈবাং পূজা তৌবয়গা, শ্রীহরিনা অয়াম্বা লাইশিংগা লোয়ননা লেংথরবা তুংদা, প্রযাগ তীর্থবু খুরুম্নগা মা-মাগী লৈফমদা হন্নখি ।৩২।

খুদক অদুমক্তদা থৈনবা পামজবা নাবদ ঋষিনা মফমত্তুদা থুংলবদুনা

শ্রীনারদ উবাচ।

তীর্থৈ প্রপূজিতস্ত্বং বৈ তীর্থরাজ মহাতপঃ।
তুভ্যঞ্চ সর্ব্বতীর্থানি মুখ্যানীহ বলিং দদুঃ। ।৩৪।।
ব্রজাদ্‌বৃন্দাবনাদীনি নাগতানীহ তে পুরঃ।
তীর্থানাং রাজরাজস্ত্বং প্রমত্তৈস্তৈরলঙ্কৃতঃ ।।৩৫।।

সনন্দ উবাচ।

ইতি প্রভাষ্য তং সাক্ষাদ্‌গতে দেবর্ষিসত্তমে।
তীর্থরাজস্তদা ক্রুদ্ধো হরিলোকং জগাম হ ।।৩৬।।
নত্বা হরিং পরিক্রম্য পুরঃ স্থিত্বা কৃতাঞ্জলিঃ।
সর্ব্বতীর্থৈ পরিবৃতঃ শ্রীনাথং প্রাহ তীর্থরাট্‌ ।।৩৭।।

---

নিংথৌগী কমকম সিংহাসনদা ফম্লক্লনা ওাল্লিবা তীর্থবাজ প্রযাগকি মফমদা হায়খি ।৩৩।

শ্রীনাবদনা হায — হে লাইনিং কনবা তীর্থ নিংথৌ, নহাক অসি তীর্থ পুম্নমক্না চংথোম্না ঈরাং পূজা তৌনখ্রবনি অনম্বু তীর্থ পুম্নমবা নাগী মাগী লৈজ-লৈজবা পোং কযা অথেম্পোং ওইনা অথোই-অথোইবা পোংলম কযামুক নঙোন্দা কংখ্রবনি ।৩৪।

তীর্থবাজ প্রযাগ নহাক্না তীর্থখিবিক্কি নিংথৌশিংগী নিংথৌ ওইববু ব্রজপুবগী বৃন্দাবনচিংবনদি নংগী পুবদা (কোন্নুংদা) লাকখিদে, মখোইমা থোইদোক্না মযাই কাক্লনা নহাকপুদি থৌওইদবগী মতৌ তৌবি ।৩৫।

সনন্দনা হায় — লাইগী ঋষি অথোইবা নারদনা অসুম্না ওশেং ওশেংনা হাযরম্লগা চংখ্রবদা শাওববা তীর্থ নিংথৌ প্রয়াগনা শ্রীহরিমা লৈবা লোক তাম্না চংখি ।৩৬।

শ্রীহরিগী পুক্ন যৌরবদা য়েং ওইননা কোয়রক্লনা নিংথিনা খুৎজাগা বাং ওইরগা মপুং ফোংনক্লনা, অযাবা তীর্থশিংনা কোয়রক্লনা লৈরিবা লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীহবিদা হায়জখি ।৩৭।

তীর্থরাজনা হায় — হে লাইগী লাই ওইরবা, ইবুঙো নংগী থৌদাংগী

তীর্থরাজ উবাচ।

হে দেবদেব প্রাপ্তোঽহং তীর্থরাজঃ ত্বয়া কৃতঃ।
বলিং দদুর্ম্মে তীর্থানি মথুরামণ্ডলং বিনা ॥৩৮॥
প্রমত্তৈর্ব্রজতীর্থৈশ্চ তৈরহন্তু তিরস্কৃতঃ।
তস্মাত্তদ্যঞ্চ কথিতং প্রাপ্তোঽহং তব মন্দিরে ॥৩৯॥

শ্রী ভগবানুবাচ।

ধরায়াং সর্ব্বতীর্থানাং ত্বং কৃতস্তীর্থরাজয়া।
কিন্ত্বন্যস্য গৃহস্যাপি ন কৃতো রাট্ ত্বমেব হি ॥৪০॥
কিং তন্মে মন্দিরং লিপ্সুর্নত্তবভাষসে কথম্।
তীর্থরাজ গৃহং গচ্ছ শৃনু বাক্যং শুভঞ্চ মে ॥৪১॥
মথুরামণ্ডলং সাক্ষান্মন্দিরং মে পরাৎপরম্।
লোকত্রয়াৎ পরং দিব্যং প্রলয়েঽপি ন সংহৃতম্ ॥৪২

---

ঐবু তীর্থরাজ ওইহন ৈবে অমস্তং তীর্থ পুম্নমক্কসু মা-মাগী লৈজ-লৈজবা অথেম্পাংনচিংবা পীবীবে অত্তবু মশিদা মথুরা মণ্ডলতদি লাকখিদে।৩৮।

ননাই ঐবু তীর্থশিংগী নিংথৌনি হায়না ইবুঙোমক্কা তাকপিখ্রবনি অতুগা ব্রজমণ্ডলগী ময়াই কাবদা তীর্থশিংনদি ঐবু থৌওইখিদে, ঐগী পুবদা লাকখিদে, মবমশিদগী ননাইনা ইবুঙোগী থাম মন্দির অসি যৌজবব-লিবনি।৩৯।

শ্রীভগবান্না হায়ঃ— ঐনা নংগী নফমদা পৃথিবীদা হেক লৈবিবা তীর্থ পুম্নমক্কী নিংথৌদি হাপখিরে অত্তবু, ঐগী য়ুমগী ওইবা তীর্থশিংগীসু নিংথৌ ওইবদি ঐনা নঙোন্দা পীখিদ্রে।৪০।

হে তীর্থশিংগী নিংথৌ, নংনা ঐগী য়ুম ( মন্দির ) অসিদগী কবি পামলিবগে, ঐগী মন্দির ফাওববু পাম্বনা ভাওরবগুম্না ভাংলিবদো, ঐগী বাসি তারগা নংগী লৈফমদা চৎলো হন্নো।৪১।

মথুরা মণ্ডল হায়বা মফম অসিদি তশেংনমক ঐগী ওইবা, অথোইবশিংদগী অথোইবা মন্দিরমকনি, স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল কোবা মবোল অহুমদগী

সন্নন্দ উবাচ

ইতি শ্রুত্বা তীর্থরাজো বিস্মিতোঽভূদ্ গতস্ময়ঃ ।
আগত্য নত্বা সম্পূজ্য মাথুরং ব্রজমণ্ডলম্ ।
ততঃ প্রদক্ষিণীকৃত্য স্বধাম গতবান্ পুনঃ ॥৪৩॥
ধরয়া মানভঙ্গার্থং পূর্ব্বং মে তৎ প্রদর্শিতম্ ।
ময়া তবাগ্রে কথিতং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৪৪।

নন্দ উবাচ ।

ধরয়া মানভঙ্গার্থং কেন পূর্ব্বং প্রদর্শিতম্ ।
এতন্মে বদ গোপেশ মাথুরং ব্রজমণ্ডলম্ ॥৪৫॥

সন্নন্দ উবাচ ।

আদৌ বারাহকল্পেঽস্মিন্ হরির্বারাহরূপধৃক্ ।
রসাতলাৎ সমুদ্ধৃত্য গাং বভৌ দংষ্ট্রয়া প্রভুঃ ॥৪৬॥

---

তোঙানবা, মক্ত্রবা মণ্ডল ওইবা মথুরা ধাম অসিদ প্রলযগী মতম ফাওবদসু মাংলবোইদবনি অমুমক লৈরগদবনি ।৪২।

রাকমসি হেক তাবদা প্রয়াগ তীর্থরাজনা ওকখি, অমসুং নাপন তৌবম্বা কোক্লত্তুনা (থাদোক্লত্তুনা) মথুরা মণ্ডল তান্না লাক্ত্রনা, চংখোন্না ঈনাৎ পুজানচিংবা তৌরত্তুনা থুরুম্লগা, যেৎ ওইননা কোযবত্তুনা মশাগী মযুমদা অমুক হল্লকখি ।৪৩।

মমাংঙৈদা ওইখিবা, পৃথিবীগী নাপল কোক্লবগী রাফমদা মথুরা মণ্ডলবু উত্তনা (পন্দুনা) ঐনা নংগী নফমদা হায়রবসিনি, অমুক অতোপ্পা কবম্বা রাফম অমমুক তানিংলিবগে ।৪৪।

নন্দনা হায়— হে গোপ অথোইবা সন্নন্দ, পৃথিবীগী নাপল কোক্লবগী রাফম্বু মমাংঙৈদা কনানা কমদোনা মথুরা মণ্ডলবু উৎলত্তুনা হায়খিবগে মত্তুমক ঐগী ইফমদা নহাক্না হাযবীয়ু ।৪৫।

অহানবদা তাইবং শেমঙৈ "বারাহকল্প" কৌবা কল্পদা, তাইবং পানবগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা ওক্কী মশক লৌত্তুনা অবতার তৌবীখি, অমসুং

গচ্ছন্তং বারিবৃন্দেষু ভগবন্তং রমেশ্বরম্‌ ।
দংষ্ট্রাগ্রে শোভিতা পৃথ্বী প্রাহ দেবং জনার্দ্দনম্‌ ॥৪৭॥

ধরোবাচ ।

দেব কুত্র স্থলে ত্বং বৈ স্থাপনাং মে করিষ্যসি ।
জলপূর্নং জগৎ সর্ব্বং দৃশ্যতে বদ হে প্রভো ॥৪৮॥

বরাহ উবাচ ।

যদা বৃক্ষাঃ প্রদৃষ্টা হি ভবন্ত্যদ্বেগতা জলে ।
তদা তে স্থাপনা ভূয়াৎ পশ্যন্তী গচ্ছ ভূরুহান্‌ ॥৪৯॥

ধরোবাচ ।

স্থাবরাণান্তু রচনা মমোপরি সমাস্থিতা ।
অন্যাস্তি কিংবা ধরনী ত্বহং হি ধারণাময়ী ॥৫০॥

---

লৈশান্নং ওইবা বসাতলদগী মযা য়াতোন্না পৃথিবীবু থাঙৎপিবনখি ।৭৬।

লক্ষ্মীগী মবুঙৈ ভগবান ওইবা মীওইবশিংগী (জীবাশিংগীস্থু) চংজফমগী নশক ওইবা লাই অথোইবা ভগবান বরাহদেব ( ওকী মূর্ত্তি লৌবীবা )গী মহু য়াতোন্দা পৃথিবীবু হাপ্লনা পুরগা, প্রলয়গী ঈশিং মপৈ মপৈদা কাবচং-চংলিবা মবুঙোদা পৃথিবীনা হায়খি ।৪৭।

পৃথিবীনা হায় ঃ — হে লাই অথোইবা, জগৎ সংসার পুম্নাক অসিদি ঈশিংনা থুমখিবনা ঈশিং তাক্না ওইনা উবে, হৌইবুঙো নংনা ঐবু কদায়দা থম্মীগদৌরিবনো মহু ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ।৪৮।

বরাহ দেবনা হায় — প্রলয়গী ঈশিংশিনা খর হৌনবগুন্না চিংশিনখিবা মফমদ্দা, উপাল খিবিক্না নিংথিনা ফৌবনু (লৈবনু) নহাক্না উগনি। মফম অদুদা নহাকপু থমগনি, উপাশী হৌবা মফমদু যেংনা যেংনা চৎলু ।৪৯।

পৃথিবীনা হায — উ-রানচিংবা অশ্রোপ্পা মফমদা চংপা ঙমদবা। হৌরশিংনা ঐগী ইথক্তা লৈননবগীদমক (হৌননবগীদমক) শেম শাজ্না থমগনি। অমমং পৃথিবী ঐ নত্না জীব পুম্নমকপু পুনবগী মশক ওইরিবানি। ঐ নত্তা অতোপ্পা কবম্বা অমা অমুক লৈরিবগে ।৫০।

সনন্দ উবাচ ।

বদন্তীত্থং দদর্শাগ্রে জলে বৃক্ষান্ মনোহরান্ ।
বীক্ষ্য পৃথ্বী হরিং প্রাহ সর্বতো বিগতস্ময়া ॥৫১॥

ধরোবাচ ।

দেব কস্মিন্ স্থলে বৃক্ষাঃ সন্তি হ্যেতে সপল্লবাঃ ।
ইদং মনসি মে চিত্রং বদ যজ্ঞপতে প্রভো ॥৫২॥

বরাহ উবাচ ।

মাথুরং মণ্ডলং দিব্যং দৃশ্যতেঽগ্রে নিতম্বিনি ।
গোলোকভূমিসংযুক্তং প্রলয়েঽপি ন সংহৃতম্ ॥৫৩॥

সনন্দ উবাচ ।

তচ্ছ্রুত্বা বিস্মিতা পৃথ্বী গতমানা বভূব হ ।
তস্মাৎমন্দ মহামহো ব্রজোঽয়ং সর্বতোঽধিকঃ ॥৫৪॥

---

সনন্দনা হায় — অহুম্না হায়বিবী পৃথিবীনা মমাংদা উবিবা ঈশিং ঈপাক অতুদা, পুকনিং হুনা ফজরবা উপাল-রাপাল খিবিক হৌবরু উথি, মতু উবদা মশাদা মথল মখা কযাগী নাপন (জগৎকি তুংনফম লৈনফম ওইবীদি ঐতনি খঙনা রাখল) পুম্নমক মাংখিদুনা শ্রীহরিগী মফমদা হায়জরকই ।৫১।

পৃথিবীনা হায়খি — হে লাই ওইবা ইবুঙো, অসুক যাম্না ফজরবা, মনা পুংলবা উপাল রাপাল খিবিক অসি করম্না মফমদা হৌরি-লৈরিবনো হায়বসি ঐগী পুকনিংদা অঙকপা ওইবে, চিংনবসি কোক্কনবীদমক হে প্রভো হে যজ্ঞগী মপু ওইবা ইবুঙো নহাক্না পৃথিবী ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ।৫২।

বরাহ দেবনা হায় — হে তুংয়ান ফজরবী, গোলোক কৌবা লৈমগী লৈপাক্কা তিন্নদুনা শেমগৎলবা মতীক মঙাল লৈরবা মথুরা মণ্ডল কৌবা থাম অসিনা মাংদা লৈবা উরেদো, মশিমক্তি প্রলয়গী মতমদা তাইবংপাল পুম্নমক্কা মাংখবসু মাতদি লৈহৌরগনি (প্রলয়গী মতামসু মাথুনি মাংহনবা ঙম্লোইদবনি ।৫৩।

প্রোক্তেদং ব্রজমাহাত্ম্যং জীবন্মুক্তো ভবেন্নর ।
তীর্থরাজাৎ পরং বিদ্ধি মাথুরং ব্রজমণ্ডলম্. ॥৫৫॥

ইতি শ্রীমদ্ গর্গসংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবনখণ্ডে নন্দ সন্নন্দ সংবাদে বৃন্দাবন-গমনোদ্যোগবর্ণনং নাম প্রথমোঽধ্যায়ঃ ॥

* * *

## দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

—ঃ (০) ঃ—

নন্দ উবাচ ।

হে সন্নন্দ মহাপ্রাজ্ঞ সর্ব্বজ্ঞোঽসি বহুশ্রুতঃ ।
ব্রজমণ্ডলমাহাত্ম্যং বদতস্তে শৃণ্বাচ্ছ্রুতম্. ॥১॥

---

সন্নন্দনা হায় — রাফনচুবু তারগা পৃথিবীনা অঙকপগা লোযনন, তৌরম্বা নাপন পুন্নমক মাংখি, হে পাম্বোম কল্লবা নন্দ নিংথৌ, নবমশিদগী ব্রজধাম্না অথোইবনি ।৫৪।

অসিগুম্বা ব্রজধামগী মতিক মগুনবু তাজববা মীওইবগী নপুনশি অদ সংসারসিদগী অবানবা খুবম হাযবত্থ ফংজরবনি, মথুরা ধাম ব্রজমণ্ডল হাযবসি তীর্থরাজ প্রয়াগতগীসু অথোইবনি হাযনা খংউ ।৫৫।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবীদা, শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী মহুৎদা, নন্দ নিংথৌগা সন্নন্দগা অনিনা ভাংনবা, বৃন্দাবনদা চৎনবা থৌরাং তৌবা

কৌবা অহানবা অধ্যায় লোইরে ।

* * *

### দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ

( গিরিরাজ গৌবর্দ্ধন পোকপগী বা হায়রি )

নন্দনা হায়খি — হে সন্নন্দ, নহাক অসি য়াম্না থং-হৈরবা-পণ্ডিত ওইবা, য়াম্না তারবা, পুন্নমক খংলবা অমনি, নহাক্না হায়বদগী ব্রজমণ্ডলগী মতৌক মগুন পুন্নমকপু ঐনা তাজবা ফংজরে ।১।

গিরির্গোবর্দ্ধনো নাম তস্যোৎপত্তিং চ মে বদ ।
কস্মাদেনং গিরিবরং গিরিরাজং বদন্তি হি ॥২॥
যমুনেয়ং নদী সাক্ষাৎ কস্মাল্লোকাৎ সমাগতা ।
তন্মাহাত্ম্যং চ বদ মে ত্বমসি জ্ঞানিনাং বরঃ ॥৩॥

সন্নন্দ উবাচ ।

একদা হস্তিনাপুরে ভীষ্মং ধর্ম্মভৃতাং বরম্ ।
পপ্রচ্ছ পাণ্ডুবিশ্বং তং জনানাং চানুশৃণ্বতাম্ ॥৪॥
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ।
অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডপতির্গোলোকাধিপতিঃ প্রভুঃ ॥৫॥
ভুবো ভারাবতারায় গচ্ছন্ দেবো জনার্দ্দনঃ ।
রাধাং প্রাহ প্রিয়ে ভীরু গচ্ছ ত্বমপি ভূতলে ॥৬॥

---

গিরি গোবর্দ্ধন কৌবা চীংনা পৃথিবীদা পোক্লবগী রাকস্ন ঐঙোন্দা হায়বীয়ু, অতুগা অসিগুম্বা চীং অসিবু কবি নবমদগী গিরিরাজ গোবর্দ্ধন অস্তুম্না হায়নবিবনো ।২।

নহাক অসি জ্ঞানিশিংগী (অখং-অহৈশিংগী) মনুংদা অথোইবনিদো অহুনা যমুনা কৌবী তুরেলনা অশেংনমক কবম্বা মকমদগী লাক্লল। লৈবখি বনো, মাগী মতীক মঙুণসু হায়বীয়ু ।৩।

সন্নন্দনা হাম — নোংমগী সুমিত্তা হস্তিনা কৌবা কোন্নুংদা রাবী ংন্দিবা ময়ামগী মবক্তা, ধর্ম্ম লৈবশিংগী মরক্তগী অথোইবা ওইবা ভীষ্মদেবগী মফমদা রাধম অম্লিমক পাণ্ডুনা হংজখি ।৪।

মচুমক্তি শংশংবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি অশেংনমক "পরিপূর্ণ তম" হায়বদি শক্তিনা তিনবশিংদগী খ্বাইদগী অহেনবা, মপুংফারবা শক্তি খিবিক্লা তিনবা গোলোক ধামগী মকুণো, মশীং থীঙমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড (সৌরজগৎ) পুন্নমকী মপু অমদি পুম্নমকী থোক্লফমনি ।৫।

পৃথিবীগী অক্লম্বা লৌথোক্লবগীদমক, মীওইবশিংগী চংনকম, লাইগী শক ওইবা কৃষ্ণনা, রাধিকাগী নাক্তা চংহুনা, হে চাম্লবী কিগল্লবী নংসু

রাধোবাচ ।

যত্র বৃন্দাবনং নাস্তি ন যত্র যমুনা নদী ।
যত্র গোবর্দ্ধনো নাস্তি তত্র মে ন মনঃ সুখম্ ॥৭॥

সনন্দ উবাচ ।

বেদনাগক্রোশভূমিং স্বধাম্নঃ শ্রীহরিঃ স্বয়ম্ ।
গোবর্দ্ধনং চ যমুনাং প্রেষয়ামাস ভূপরি ॥৮॥
বেদনাগক্রোশভূমিঃ সাপি চাত্র সমাগতা ।
চতুর্ব্বিংশদ্বনৈর্যুক্তা সর্ব্বলোকৈশ্চ বন্দিতা ॥৯॥
ভারতাৎ পশ্চিমদিশি শাল্মলীদ্বীপমধ্যতঃ ।
গোবর্দ্ধনো জন্ম লেভে পত্ন্যাং দ্রোণাচলস্য চ ॥১০॥

---

পৃথিবীদা চৎলো হায়খি ।৬।

শ্রীরাধানা হায — মফমদুদা শ্রীবৃন্দাবন কৌবা বন লৈতবা, যমুনা তুরেল চেন্দবা অমদি গোবর্দ্ধন চীং লৈতবা মফমদুদি বাধা ঐগী পুকনিংনা শুডাইনিডাই লৈজদে (চৎচনিংদে) হায়খি ।৭।

সনন্দনা হায — ক্রোশ মরিফুমরিগী (বেদ=মরি+নাগ=মরিফু) লম ওইবা গোলোক ধামদগী থাযদোকপা শ্রীকৃষ্ণ, অমসুং গোবর্দ্ধন কৌবা চীংবু, যমুনা তুরেলবুসু পৃথিবীদা লৈকনবগীদমক শ্রীহরি কৃষ্ণনা মশামকা ইনশিনখি (যাখং পীখি) ।৮।

পৃথিবী অসিদা লাক্লবা, ক্রোশ মরিফুমরিগী লম (লৈপাক) ওইবা বন কুনমরিনা তিল্লবী শ্রীবৃন্দাবন অসি মীওইবা পুন্নমক্তী খুৎয়ম ওইরিবীনি ॥৯॥

ভারতকী নোংচুপ থংবা মাইকৈদা, শাল্মলী কৌবা দ্বীপকি মনাইদা দ্রোণ কৌবা চীংজাওগী লোযনবী ভাবনা (দ্রুনী) দা গোবর্দ্ধন কৌবা চীংনা পোকখি ।১০।

গোবর্দ্ধনা পোক্লবদা অযাম্বা লাই শিবিন্দী, নোংচুপ্থবক্তা লৈ খিবিক্তা তাযখিবি অমসুং হিমালয় চীংজাও, সুমেরু শিনদীরা নচিংবা চীং খিবিন,

গোবর্দ্ধনোপরি সুরাঃ পুষ্পবর্ষং প্রচক্রিরে ।
হিমালয়সুমের্বাদ্যাঃ শৈলাঃ সর্ব্বে সমাগতাঃ ॥১১॥
নত্বা প্রদক্ষিণীকৃত্য পূজাং কৃত্বা বিধানতঃ ।
গোবর্দ্ধনস্য পরমাং স্তুতিং চক্রুর্মহাদ্রয়ঃ ॥১২॥
শৈলা ঊচুঃ ।
ত্বং সাক্ষাৎ কৃষ্ণচন্দ্রস্য পরিপূর্ণতমস্য চ ।
গোলোকে গোগণৈর্যুক্তে গোপীগোপালসংযুতে ॥১৩॥
ত্বং হি গোবর্দ্ধনো নাম বৃন্দারণ্যে বিরাজসে ।
ত্বমো গিরীণাং সর্ব্বেষাং গিরিরাজোঽসি সাম্প্রতম্ ॥১৪॥
নমো বৃন্দাবনাঙ্কায় তুভ্যং গোলোকমৌলিনে ।
পূর্ণব্রহ্মাতপত্রায় নমো গোবর্দ্ধনায় চ ॥১৫॥

---

নপমন্থ তান্না (মা-মাগী মুত্তি পান্দুনা) লাক্লখি ।১১।

অচৌবা অয়াম্বা চীং খিবিক্লা নিযম কাযদনা অর্চ । পূজার্নচিংবা তৌত্থনা যেৎ-ওইননা কোয়ত্থনা, গোবর্দ্ধনগী অথোইবা মতীক মগুণ থাজু. স্তুতি তৌখি ॥১২।

চীং খিবিক্লা হায — হে গোবর্দ্ধন নহাক্তি মপুংফাবা শক্তি পুম্নমক ইংল্লবা, শংশংবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী গোলোক ধামদা, অযাম্বা গোপ-গোপীশিংনদি শনবী শম্নাও খিবিক্লা লোযননা লৈবিবনি ।১৩।

গোবর্দ্ধন কৌবা নহাক্লা গোলোক ধামগী ওইবা বৃন্দাবন্দা ভাম্বোইরিবনি, হৌজিক অসিদা চীং পুম্নমক্কী অমদি এথোই পুম্নমক্কী নিংথৌ হায়বদু নহাক্লা ওইবীরবনি ।১৪।

শ্রীবৃন্দাবন্না নতম্পাক্লা ভাম্বোইরিবা, গোলোকধামগী লুচপ ওইবিং নহাকপু খুরুমজে, মপুংফাবা, ব্রহ্মগী মশকওইবা গোলোকনাথগী সেকপি (খারবা সে) গী মশক ওইরিবা নংবু খুরুমজরি ।১৫।

সমন্দনা হায় — অসুম্না চীং পুম্নমক্না গোবর্দ্ধনবু লৈশি লৈথোক্লব তুংদা মাগী মাগী লৈনকংদা হুমখি, মরম অসিদগী চীং অথোইবা গোবর্দ্ধনবু

সনন্দ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বাথ গিরয়ো জগ্মুঃ স্বং স্বং গৃহং ততঃ ।
শৈলো গিরিবরঃ সাক্ষাৎ গিরিরাজ ইতি স্মৃতঃ ॥১৬॥
একদা তীর্থযাত্রী চ পুলস্ত্যো মুনিসত্তমঃ ।
দ্রোণাচলসুতং শ্যামং গিরিং গোবর্দ্ধনং বরম্ ॥১৭॥
মাধবীলতিকাপুষ্পফলভারসমন্বিতম্ ।
নির্ঝরৈর্নাদিতং শান্তং কন্দরামঙ্গলায়নম্ ॥১৮॥
তপোযোগং রত্নময়ং শতশৃঙ্গং মনোহরম্ ।
চিত্রধাতুবিচিত্রাঙ্গং সটঙ্কং পক্ষিসংকুলম্ ॥১৯॥
মৃগৈঃ শাখামৃগৈর্ব্যাপ্তং ময়ূরধ্বনিমণ্ডিতম্ ।
মুক্তিপ্রদং মুমুক্ষূণাং তং দদর্শ মহামুনিঃ ॥২০॥

---

গিরিরাজ অসুম্না খংনখরে ।১৬।

নোংমগী খুমিন্না মুনি অথোইবা পুলস্ত্য কৌবনা তীর্থ চৎপদা দ্রো[illegible] কৌনা চীংগী মচানুপা বুচু শংবানবা অথোইবা চীং গোবর্দ্ধনবু উখি ।১৭

গোবর্দ্ধন অতুমক্তি মাধবীলতা কৌবী লৈপাক্না তিনবা, হৈ [illegible] পুন্নমক্না তিনবগী অরুম্বা মৎং মংগৌনা তিনবা, চেন্থবকপা চীংজুমশিং ঈচেলশিংগী খে ঙেলনা নিঙ্গিবা, চীংগী লোকনুং গুহানচিংবদা মবাতং[illegible] ই না, মঙ্গলগী মশক ওইরিবনি ।১৮।

লাইনিংথশিংগী যোগসাধন, তপ তৌনফম ওইবা, মণিরত্নশিংগী মশ[illegible] ওইবা, পূক্নিং হুন ফজবরা, চীংদোলচাম ফাংবা, সনা লুপানচিংবা ধাতু শিংনা মশা পুন্নমক থাম্নবা, উচেক-বাযাশিংগী খোংঙেলনা নিন খোংলিবনি ।১৯।

শজিশিংনা অমদি য়োংশিংনা শিন্নংনা লৈরিবা, বাহোংগী খোংঙেলনা লৈতেংলিবা, অরানবা খুবম তাগ্নবা কাংবুদা মুক্তি পীনহৈবা, অতুগুম্বা চীংনিংথৌ গোবর্দ্ধনবু মহামুনি পুলস্ত্যনা উখি ।২০।

গোবর্দ্ধন চংবু উবদা পাম্নবা পুলস্ত্য মুনিনা গোবর্দ্ধনগী মপা

তস্মিন্ সমুনিশার্দ্দূলো দ্রোণপার্শ্বং সমাগতঃ ।
পূজিতো দ্রোণগিরিণা পুলস্ত্যঃ প্রাহ তং গিরিম্ ॥২১॥

পুলস্ত্য উবাচ —

হে দ্রোণ ত্বং গিরিন্দ্রোঽসি সর্ব্বদেবৈশ্চ পূজিতঃ ।
দিব্যৌষধিসমাযুক্তঃ সদা জীবনদো নৃণাম্ ॥২২॥
অর্থী তবান্তিকে প্রাপ্তঃ কাশীস্থোঽহং মহামুনিঃ ।
গোবর্দ্ধনং সুতং দেহি নান্যৈর্মেঽত্র প্রয়োজনম্ ॥২৩॥
বিশ্বেশ্বরস্য দেবস্য কাশীনাম্না মহাপুরী ।
যত্র পাপী মৃতঃ সদ্যঃ পরং মোক্ষং প্রয়াতি হি ॥২৪॥
তত্রৈব স্থাপয়িষ্যামি যত্র কোঽপি ন পর্ব্বতঃ ।
যত্র গঙ্গা গতা সাক্ষাদ্বিশ্বনাথোঽপি যত্র বৈ ॥২৫॥

---

দ্রোণগিরিগী নাক্তা চংশিল্লরবা, মুনিবু হৌনবী পূজা তৌজনবদা মুনিনা হায়খি ।২১।

পুলস্ত্যনা হায় — হে দ্রোণ কৌবা চীং, নহাক্তি চীংশিংগী মচিংবা, ওইনি, অমাম্বা লাইশিংনস্থু ইবাইখুম্নরি অমসুং নক্তবা উনশি (হিদাকপান্নী) কযানম্ভ তিল্লিবা মীওইবশিংগী পুনসিস্থু পীবিবনি ।২২।

ঐ কাশীধামদা লৈবা মহামুনিনি, অহুবু নংগী নন্যক্ত। লাক্লনা হায়জবিবসিনি, নংগী নক্তমদগী ঐগী কান্নগদ্রবা অতৈ পোৎ অমত্তা নিবোই, ঐগী হায়বত্ত নচা গোবর্দ্ধন অসিদংদি ঐঙোন্দা পীনবো ।২৩।

বিশ্বনাথ কৌবা লাইগী ধাম কাশী হায়দ। মফমশিগী অচৌবা মহৌক মগুন্না, মফমত্তদা হেক শিবা পাপচেনবা ফাওবনা খুদক্তা অথোইবা থুদম মোক্ষ পদবি (অবানবা থুবম) কৌবত্ত ফংনরিবনি ।২৪।

মফমত্তদা করিগুম্বা চীং অমত্তম্ভ লৈতে, ভাগীরথী গঙ্গা চুরেম্না চেন্নিবনি তশেংনমক বিশ্বনাথ ভগবান (সদাশিব) মন্না মফমত্তদা লেংদনা লৈবিরি, অদুগুম্বা মফমত্তদা ঐনা মাবু থমগে হায়রি ।২৫।

গোবর্দ্ধনে তব সুতে লতাবৃক্ষসমাকুলে ।
তস্মিংস্তপঃ করিষ্যামি জাতোঽয়ং মে মনোরথঃ ॥২৬॥

সনন্দ উবাচ —

পুলস্ত্যবচনং শ্রুত্বা স্বসুতস্নেহবিহ্বলঃ ।
অশ্রুপূর্ণো দ্রোণগিরিস্তং মুনিং বাক্যমব্রবীৎ ॥২৭॥

দ্রোণ উবাচ —

পুত্রস্নেহাকুলোঽহং বৈ পুত্রো মেঽয়মতি প্রিয়ঃ ।
তে শাপভয়ভীতোঽহং বদাম্যেনং মহামুনে ॥২৮॥
হে পুত্র গচ্ছ মুনিনা ভারতে কর্ম্মকে শুভে ।
ত্রৈবর্গ্যং লভতে যত্র নৃভির্মোক্ষমপি ক্ষণাৎ ॥২৯॥

---

ফজবা উবা-উশাল খিবিক্য তিন্নবা নংগী নচা গোবর্দ্ধন অসি মফম-তুদা থম্লগা ঐনা তপ তৌগে হায়বসি ঐগী পুকনিংনা নিংলুবে, মতুমতুনা ঐগী নিংবা থুংলগনি ।২৬।

সনন্দনা হায — মহামুনি পুলস্ত্যগী ৱা তাৰদা মচাগী নুংশিবা প্রেমনা থুনহংতুনা ঙাওববা, মমিত্তা পিনা ঈৰা চেল্লবা, দ্রোন গিরিনা মথাগী ৱাহৈশিবু হায়বকই ।২৭।

দ্রোন্না হায় - হে মহামুনি, ঐগী ইচা অসি ঐনা মাবু যাম্না নুংশিনা লুনা থমজবনি, ঈচা নুংশিবগী ৱাখম্না লুপ্পৰা ঐনি, অদুমদগু মুনিগী শাপ কিজবদগী ৱাকমশি অমুক্কং ইচাগী মকমদা (হংজখিগে) হায়জখিগে ।২৮।

হে ইচা ওইবা, নহাক মুনিগা লোয়ননা, অফবা থাইক-মঙ্গলগী থবক তৌবা, ভারত কৌবা মফমদা চংলো, মফমদুদদি মীওইবশিংনা ধর্ম্মগা অফবা লৌচং, লনগী মুঙাইবা, অপাম্বা কৌবা (ধর্ম্ম, অর্থ, কাম) পুন্নমকপু ফংনবি, মতনা মবম ওইদুনা সংসার অসিদগী থুদক্না অবানবা থুবমু থংনরিবনি ।২৯।

গোবর্দ্ধননা হায — হে মহামুনি, থুথক নিপাল শাংনা, থুথক অনি ম্রাংবা হকচাং ওইবা, থুথক মঙা পাক-চাওবা ঐবু মুনিনা কবয়া

গোবর্দ্ধন উবাচ —

মুনে কথং মাং নয়সি লম্বিতং যোজনাষ্টকম
যোজনদ্বয়মুচ্চাঙ্গং পঞ্চযোজনবিস্তৃতম. ॥৩০॥

পুলস্ত্য উবাচ —

উপবিশ্য করে মে ত্বং গচ্ছ পুত্র যথাসুখম. ।
বাহয়ামি করে ত্বাং বৈ যাবৎ কাশীং সমাগতঃ ॥৩১॥

গোবর্দ্ধন উবাচ —

মুনে যত্র স্থলে ভূম্যাং স্থাপনাং মে করিষ্যসি ।
করিষ্যামি ন চোত্থানং তদ.ভূম্যাঃ শপথো মম ॥৩২॥

পুলস্ত্য উবাচ —

অহমাশাল্মলীদ্বীপাস্মর্য্যাদীকৃত্য কোশলম. ।
ন স্থাপনাং করিষ্যামি শপথস্তেপি মে পথি ॥৩৩॥

সনন্দ উবাচ —

মুনেঃ করতলে তস্মিন্নারুরোহ মহাচলঃ ।
প্রণম্য পিতরং দ্রোণমশ্রুপূর্ণাকুলেক্ষণঃ ॥৩৪॥

---

পুৰীগদগে ।৩০।

পুলস্ত্যনা হায — হে গোবর্দ্ধন, নংনা ঐগী খুবাক্তা কাখৎলগা যায়া নুঙাইনা চৎকদগনি, ঐনা নংবু খুবাক্তা হাপ্তনা, অদুকী মখৈ ওইবা কাশী-ধাম য়ৌবা ফাওববু পুগদবনি ।৩১।

গোবর্দ্ধননা হায় — হে মুনি, করিগুম্বা মুনিনা ঐবু পুৰীবা মতমদা ঐবু হেক থম্বিবা মফম অদুদগীদি অমুক হৌগত্না চৎপা হায়বসিমতংদি হায়বিগনু ঐ অমুক চচ্চবা ওমলোই, মসিমতংদি ঐগী বাশকনি ।৩২।

পুলস্ত্যনা হায — ঐনা শাল্মলী কৌবা দ্বীপ অসিদগী হৌদুনা কোশল লৈবাক্কী ওমখৈ (কাশীধাম) য়ৌনবা চৎপদা, নংবু খুত্তগী থমদবা হায়বসিমু ঐগী বাশকনি থংউ ।৩৩।

সনন্দনা হায় — মতমদুদা (মপা কায়নবগী) পিনা ঈরা চেন্নবা

মুনিস্তং দক্ষিণকরে ধৃত্বাগচ্ছ শনৈঃ শনৈঃ ।
স্বতেজো দর্শয়ন্ নৃণাং প্রাপ্তোভূদ্ ব্রজমণ্ডলে ॥৩৫॥
জাতিস্মরো গিরিস্তত্র প্রাহেদং পথি চিন্তয়ন্ ।
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ॥৩৬॥
অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডপতির্ব্রজেঽত্রাবতরিষ্যতি ।
বাললীলাঞ্চ কৈশোরীং চেষ্টাং গোপালবালকৈঃ ॥৩৭॥
দানলীলাং মানলীলাং হরিরত্র করিষ্যতি ।
তস্মান্ময়া ন গন্তব্যং ভূমিশ্চেয়ং কলিন্দজা ॥৩৮॥
গোলোকাদ্রাধয়া সার্দ্ধং শ্রীকৃষ্ণোঽত্রাগমিষ্যতি ।
কৃতকৃত্যো ভবিষ্যামি কৃত্বা তদ্দর্শনং পরম্ ॥৩৯॥

---

লাংতক্লনা যেংবা মীৎযেং ওইবা, অচৌবা চীং গোবর্দ্ধন্না, মপা ওইবা চীং দ্রোণগিরিবু খুরুম্নগা মুনিগী খুবাক্তা কাখৎখি ।৩৪।

মুনিনসু মশাগী মতীক মঙালবু মীওইবা খিবিক্তা উৎলহনা গোবর্দ্ধন চীংবু যেৎথংবা খুবাক্তা হাপ্লহনা তপ্না তপ্না লাকপনা (মথুরা মণ্ডল) ব্রজধাম যৌবকখি ।৩৫।

মফমত্তু যৌববদা, মমাংগী মপোক নিংশিংবা ওস্না গোবর্দ্ধন্না লম্বেলদা রাখলসি খন্না খন্না লাকখি, শ্রীকৃষ্ণ হাযবা ইবুঙোসি তশেংবা স্বয়ং ভগবান ওইবা শক্তি পুম্নমক্না তিনবা ইবুঙোহৈরক্নি ।৩৬।

মশীং লাকওমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা ব্রজধামশিদা লেংথবরুগা, শনশেন্নহা (গোপাল) অঙাংশিংগা লোযননা অঙাংগী মশান্ন কযা, অমদি পাখংমচা ওইবগী (লীচৎ) মশান্ন কয়াবুসু শান্নরগনি ।৩৭।

দান (পিথোকপা) লীলা, মান (শাওবা ওইনবা) লীলাগী মশান্নবু হরি ওইবা কৃষ্ণনা শান্নরগনি, মরমসিদগী গোবর্দ্ধন ঐনা মফমসিদগী চৎলরোই, ভুমিৎকী মচানুপী যমুনানা চেনবা লৈবাক হায়বসু মশিমকনি ।৩৮।

গোলোকধামদগী শ্রীরাধিকাগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা মফমশিদা (বৃন্দাবনশিদা) লেংথবিরকনি, অথোইবা ওইবা ইবুঙো ইবেম্মা অনিমকী

পুলস্ত্য উবাচ —

গচ্ছ গচ্ছ গিরিশ্রেষ্ঠ ভারং মা কুরু মা কুরু ।
ময়া জ্ঞাতোঽসি কৃষ্ণস্ত্ব্ মতিপ্রায়ং বদাশু মে ॥৪৫॥

গোবর্দ্ধন উবাচ —

মুনেঽত্র মে ন দোষোঽস্তি ত্বয়া মে স্থাপনা কৃত ।
করিষ্যামি ন চোত্থানং পূর্ব্বং মে শপথঃ কৃতঃ ॥৪৬॥

সন্নন্দ উবাচ —

পুলস্ত্যো মুনিশার্দ্দুলঃ ক্রোধাৎ প্রচলিতেন্দ্রিয়ঃ ।
স্ফুরদোষ্ঠৌ দ্রোণপুত্রং শশাপ বিগতোদ্যমঃ ॥৪৭॥

পুলস্ত্য উবাচ —

গিরে ত্বয়াতি ধৃষ্টেন ন কৃতো মে মনোরথঃ ।
তস্মাত্ত্ব্ তিলমাত্রং হি নিত্যং ত্বং ক্ষীণতাং ব্রজ ॥৪৮॥

---

পুলস্ত্যনা হায — হে চাং শাথাইবা, হৌগৎলো হৌগৎলো অমুক ০মথবা তৌরগনু, নং শাওবে হায়বা ঐ খংলে, নংগী অনিংববু ঐংগোন্দা থুনা হাযবো ।৪৫।

গোবদ্ধননা হ'য — হে মুনি, ৱাকম অসিদা ঐগী ইবাল লৈতে, মুনি নহাক্না মফমশিদা ঐবু থম্মীবে, মৰম অসিনা ঐ অমুক হৌগৎলবাই, ৱাকমশি ঐনা চহিত্তৈগী মমাংদা ভাংলতুনা ৱাশকচখ্রবনি ।৪৬।

চীং ফুক্কদবগী থৌৱাং তৌবা, মশাগী ইন্দ্রিয পুম্নমক হৌতুনা লেং-ওকলা হোৎনবম্বা মুনি অথোইবা পুলস্ত্যনা অশাওবর্দা চিম্বাল মথক মথা ফ্রং ফ্রং চোংবগা লোইননা, দ্রোণগিবিগী মচা গোবর্দ্ধন্দা শাপ তৌখি ।৪৭।

পুলস্ত্যনা হায — হে গোবৰ্দ্ধন কৌৱা চীং, নহাক্না নাপলগা লোয-নবা মওংদা ঐগী নিংবা কাযহল্লে, অসিমক্না নহাক সেম্মক নোংমা নোংমগী থোইদিং মক্ক অমমমগী চাং ওইনা মযেং তাবা ওইবো ।৪৮।

সন্নন্দনা হায — হে নন্দ নিংথৌ, পুলস্ত্য মুনিনা শাপস্তুক (শাপকি অবোইবা মতম) শীবমদনা কাশী থাদা চংখ্রবদা মতুং অহুদদি গোবর্দ্ধন

সন্নন্দ উবাচ —

কাশীং গতে পুলস্ত্যর্ষৌ স্থন্নং গোবর্দ্ধনো গিরি ।
নিত্যং সঙ্কীয়তে নন্দ তিলমাত্রং দিনে দিনে ।।৪৯।।
যাবদ্ভাগীরথী গঙ্গা যাবদ্গোবর্দ্ধনো গিরি ।
তাবৎ কলেঃ প্রভাবস্তু ভবিষ্যতি ন কর্হিচিৎ ।।৫০।।
গোবর্দ্ধনস্য প্রকটং চরিত্রং
নৃণাং মহাপাপহরং পবিত্রম্ ।
ময়া তবাগ্রে কথিতং বিচিত্রং
সুমুক্তিদং কৌ রুচিরং ন চিত্রম্ ।।৫১।।
ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডে
গিরিরাজোৎপত্তিকথনং নাম দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।।

---

কৌবা চীং অসি নোংমা নোংমগী ওইনা থোইদিং মন্ন অমমমগী শরুক মযেং তাবা (তুমশিনবা) হায়বন্থ ওইখি ।৪৯।

ভাগীরথী গঙ্গানা পৃথিবীদা চেনবা বিবা, গোবর্দ্ধন গিরিনা পৃথিবীশিদা লৈবিবা, অদুকী মথৈ ওইবা মতমদা কলিযুগকি অকনবা প্রভাব (কলিগী থবথেংবা কত্তবা লীচৎ) হায়বহ্ ওইখিবোই ।৫০।

গোবর্দ্ধন গিরিনা পৃথিবীসিদা কুমথবকপগী শেংলবা রাফম ওইবা, মীওইবা খিবিকী অচৌবা পাপ খিবিকপু মাংহনবীবা পৃথিবীসিদা অঙকপগী মশক ওইবা, অরানবা থুবম মুক্তি পদবী হায়বহ্ ফাওবু পীনরবা, ফজবা নিংথিবনা তিল্লবা রাকমশিবু ঐনা নঙোন্দা হায়ববসিনি, মশিদা নপুক্লিংনা ঙকলুগন্থ ।৫১।

মতাং অসিদা গর্গ মুনিগী বারীদা শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা গিরিরাজ গোবর্দ্ধন পোকপবু হায়বা অনিশুবা অধ্যায় লোইরে ।।

✱ ✱ ✱

# তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

—:(O):—

সনন্দ উবাচ —

গোলোকে হরিণাক্রান্তা কালিন্দী সরিতাং বরা ।
কৃষ্ণং প্রদক্ষিণীকৃত্য গন্তুমভ্যুদিতাভবৎ ॥১॥
তদৈব বিরজা সাক্ষাদ, গঙ্গা ব্রহ্মদ্রবোদ্ভবা ।
দ্বে নদ্যৌ যমুনায়ান্তু সম্প্রলীনে বভূবতুঃ ॥২॥
পরিপূর্ণতমাং কৃষ্ণাং তস্মাৎ কৃষ্ণস্য নন্দরাট্, ।
পরিপূর্ণতমস্যাপি পট্টরাজ্ঞীং বিদুর্জ্জনাঃ ॥৩॥
ততো বেগেন মহতা কালিন্দী সরিতাং বরা ।
বিভেদ বিরজাবেগং নিকুঞ্জদ্বারনির্গতা ॥৪॥

---

সনন্দনা হায়খি — শ্রীহরিনা (কৃষ্ণনা) কালিন্দী (যমুনা'বু পৃথিবীদা লৈক্লনবগী যাথং পীবরদা, ঈচেনকনবী অথোইবী যমুনানা শ্রীকৃষ্ণবু য়েৎওই-ননা কোযবত্থনা চৎনবগী থৌবাং তৌরক্লে ।১।

মতমত্থদা বিরজা অমদি ব্রহ্মগী চরণগী পো চখিবী গঙ্গা কৌবী তুরেল অনিসি লাক্তুনা যমুনাদা তিল্লবে ।২।

হে নন্দ নিংথৌ, মরম অসিদগী মপুংফাবরা শক্তিনা তিল্লবী কৃষ্ণা কৌবী যমুনাবু, শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবী শ্রীকৃষ্ণগী পট্টরাণী (মহারাণী) হায়না মীওইবশিংনা খংনরি ।৩।

অদুগী তুংদা ঈচেননাইবীশিংগী মবক্তগী অথোইবী কালিন্দীনা মহাক্কী অকনবা ঈচেলগী শাক্তনা বিরজাবু ইথোক-থাইদোক্লগা নিকুঞ্জগী থোংদগী থোক্লকখি ॥৪।

অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডচয়ং স্পৃষ্ট্বা ব্রহ্মদ্রবং গতা ।
ভিন্দন্তী তজ্জলং দীর্ঘং স্ববেগেন মহানদী ॥৫॥
বামপাদাঙ্গুষ্ঠনখভিন্নব্রহ্মাণ্ডমস্তকে ।
শ্রীবামনস্য বিবরে ব্রহ্মদ্রবসমাকুলে ॥৬॥
তস্মিন্ শ্রীগঙ্গয়া সার্দ্ধং প্রবিষ্টাভূৎসরিদ্বরা ।
বৈকুণ্ঠং চাজিতপদং সম্প্রাপ্য ধ্রুবমণ্ডলে ॥৭॥
ব্রহ্মলোকমভিব্যাপ্য পতন্তী ব্রহ্মমণ্ডলাৎ ।
ততঃ সুরাণাং শতশো লোকাল্লোকং জগাম হ ॥৮॥
ততঃ পপাত বেগেন সুমেরুগিরিমূর্দ্ধনি ।
গিরিকূটানতিক্রম্য ভিত্ত্বা গণ্ডশিলাতটান্ ॥৯॥

---

অদুগী তুংদা মশীং লাবংমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপাল) মপৈৎ শোব পিবয়গা গঙ্গাগী ঈচেলগী তিন্নফম তান্না লাকখি, পাকচাওনা চেল্লিবী গঙ্গাবু, মশাগী ঈচেলগী শাযুনা, পুন্না চেল্লবসু তোঙান্না অমগা অমগা তিন্নদনা খাইদোক্তনা লাম্থোক্লবী ওই ।৫।

ব্রহ্মাণ্ডগী কোবথক্তা লৈবা, বামনদেবগী খোংওইগী খোংবীগী খুজিন্না থিঙ্গইখিবা অহোবদা চেল্লিবী গঙ্গাগী ঈচেলগা তিন্নখি ।৬।

ঈচেলকনবী যমুনানা গঙ্গাগা তিন্নবগা অমুক থোক্লকপনা ধ্রুবমণ্ডলদা লৈবা ভগবান্ অজিৎ বিষ্ণুগী (অমনা ঙমফদ্রবা ভগবান্ বিষ্ণুগী) ধাম ওইবা বৈকুণ্ঠলোক য়ৌখি ।৭।

বৈকুণ্ঠদগী থোক্লরুগা ব্রহ্মাগী লৈফম ব্রহ্মলোকপু ঈশিংনা পুমক্তাও তাওনা চেল্লয়বী যমুনানা ব্রহ্মমণ্ডলদগী অমুক তাবকপনা লাইশিংগী লোক (লৈনফম স্বর্গ) চাক চাম্বু অময়মতা ওইনা লাম্থোক্তনা লাকখি ।৮।

অদুগী তুংদা অয়াংবা খোংজেন্না সুমেরুচীংগী (সনাজিংগী) কোকথক্তা তারকখি, সনাজিংগী চীংদোন ময়াম্বু লাম্থোক্তনা, চীংদগী ওন্থখিবা নুংলাও ময়াম্না তাশিন্দুনা লৈবা চীংচুম মচা বয়াবু তাথু-থেংথুনা থৈদোক থৈদোক্তনা চেনখি ।৯।

সুমেরোর্দক্ষিণদিশং গন্তমভ্যুদিতাভবৎ ।
ততঃ শ্রীযমুনা সাক্ষাচ্ছ্রীগঙ্গায়াং বিনির্গতা ॥১০॥
গঙ্গা তু প্রযযৌ শৈলং হিমবন্তং মহানদী ।
কৃষ্ণা তু প্রযযৌ শৈলং কালিন্দং প্রাপ্য সা যদা ॥১১॥
কালিন্দীতি সমাখ্যাতা কালিন্দপ্রভবা যদা ।
কালিন্দগিরিসানূনাং গণ্ডশৈল্যতটান্ দৃঢ়ান্ ॥১২॥
ভিত্ত্বা লুঠন্তী ভূখণ্ডে কৃষ্ণা বেগবতী সতী ।
দেশান্ পুনন্তী কালিন্দী প্রাপ্তবান্ খাণ্ডবে বনে ॥১৩॥
পরিপূর্ণতমং সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণং বরমিচ্ছতী ।
ধৃত্বা বপুঃ পরং দিব্যং তপস্তেপে কলিন্দজা ॥১৪॥

---

সুমেরুগী খা থংবা মাইকৈদা চৎকন্নবগী থৌবাংখি, অদুগা তুংদা তাংশংনমক গঙ্গা তুবেলগা লোয়নবদ্দগী থাইদোক্লনা মবম্মাই চৎখি ।১০।

গঙ্গাসু মফমতুদগী হিমালয চীং তম্না চৎখবে, তুবেল অচৌবী কৃষ্ণা কৌবা ঈচেনকনবী যমুনাসু মফমতুদগী চৎখিবনা কলিন্দ কৌবা চীং তম্না চংখি ।১১।

কলিন্দ কৌবা চীংদগী চেম্থবকখিবদগী মুমিৎকী মচান্নুপী যমুনা অসি কালিন্দী হায়বা মিংনা লোক পুন্নমক্না খংনখি, কলিন্দ চীংগী চীংশা ওইবা, (কলিন্দ চীংগী মনাক্তা লৈবা) নুংশিংনা থল্লবা, শাংনা শন্দে ক্তুনা লৈবা চীংশাং কয়াবু লান্থোক্লনা চেনখি ।১২।

অসুম্না ঈচেনকনবী (কৃষ্ণা) যমুনানা চীং মুং কযাবু থিঙ্গাই নমথাইত্তুনা লাকপনা পৃথিবীদা চেম্থবক্লনা দেশ কযাবু শেৎকপী শেংবীরমত্নুনা খাণ্ডব বন (দিল্লি অমদি ইন্দ্রপ্রস্থ হায়না খংনবা লমগী মফুংদা লৈবা ঊমং) থৌরকখি ।১৩।

পরিপূর্ণতম (মপুংফাবা শক্তিনা তিনবা) ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইজগে খল্লদুনা, মুমিৎকি মচান্নুপী কালিন্দি যমুনানা মীওইবগী হকচাং লৌত্নুনা মক্তুংবা, অখোইবা, তৌভমুবা তপ তৌখি ।১৪।

পিত্রা বিনির্ম্মিতে গেহে জলেঽদ্যাপি সমাশ্রিতা ।
ততো বেগেন কালিন্দী প্রাপ্তাভূদ্‌ ব্রজমণ্ডলে ॥১৫॥
বৃন্দাবনসমীপে চ মথুরানিকটে শুভে ।
শ্রীমহাবনপার্শ্বে চ সৈকতে রমণস্থলে ॥১৬॥
শ্রীগোকুলে চ যমুনা বৃত্বীভূত্বাঽতিসুন্দরী ।
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্ররাসার্থং নিজবাসং চকার হ ॥১৭॥
অথ ব্রজাদ্‌ ব্রজন্তী সা ব্রজবিক্ষেপবিহ্বলা ।
প্রেমানন্দাশ্রুসংযুক্তা ভূত্বা পশ্চিমবাহিনী ॥১৮॥
ততস্ত্রিবারং বেগেন নত্বাথো ব্রজমণ্ডলে ।
দেশান্‌ পুনন্তী প্রযযৌ প্রয়াগং তীর্থসত্তমম্‌ ॥১৯॥

---

কালিন্দী যমুনানা, মপা নুমিৎনা ঈশিং মনুংদা শাবীবা য়ুম্মদা চংহুনা লৈখি, হৌজিকসু মকমদুগী আশ্রয় লৌরি, অহুদগী মশাগী অযাংবা খোংজেল্লা ব্রজমণ্ডল তাম্না লাকখি ।১৫।

মাইক-মঙ্গলগী মশক ওইবা মথুরাপুরগী মনাক্তা লৈবা, শ্রীবৃন্দ বনগীসু মনাক ওইবা, কজরবা শান্নফবগী মশক ওইবা, লৈতোইগী শমসু ওইবা অচৌবা বনগী নাকন্দা যমুনানা চেল্লি ।১৬।

শ্রীগোকুল কৌবা মকমদসু যমুনানা থোইনা ফেমো কজরগী ওইদুনা, মহাক্কী কাংলুপ শেমদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী রাস কৌবা লীলাগীদমক মশাগী লৈফম শেম-শাদুনা লৈখি ।১৭।

অদুগী তুংদা ব্রজধাসু থাদোক্লমগনি খনবদা লাংজকরবী, তৌফম খংদ্রবী যমুনানা ব্রজপ্রেমগী নুঙাইবগী পিনা ঈরা চেল্লবী ওইদুনা, নোংচুপ পাংনা ব্রজধামদগী চেল্লকখি ।১৮।

ব্রজমণ্ডলবু অহুম্নক হন্না খুরুমগা, মশাগী অয়াংবা খোংজেলগা লোয়ননা দেশ কয়াবু শেংবীরমলিবী যমুনানা, তীর্থ অপোইবা প্রয়াগ য়ৌখি ।১৯।

প্রয়াগ তীর্থদগী গঙ্গাগা লোয়নবগা (ভিন্নরগা) অমুক হন্না সুমুদ্র তাম্না

পুনঃ শ্রীগঙ্গয়া সার্দ্ধং ক্ষীরাব্ধিং সা জগাম হ ।
দেবাঃ সুবর্ষং পুষ্পাণাং চক্রুর্দ্দিবি জয়ধ্বনিম্ ॥২০॥
কৃষ্ণা শ্রীযমুনা সাক্ষাৎ কালিন্দী সরিতাং বরা ।
সমুদ্রমেত্য শ্রীগঙ্গা প্রাহ গদগদয়া গিরা ॥২১॥

যমুনোবাচ —

হে গঙ্গে ত্বং তু ধন্যাসি সর্ব্বব্রহ্মাণ্ডপাবনী ।
কৃষ্ণপাদাব্জসম্ভূতা সর্ব্বলোকৈকবন্দিতা ॥২২॥
ঊর্দ্ধ্বং যামি হরের্লোকং গচ্ছ ত্বমপি হে শুভে ।
ত্বৎসমানং হি দিব্যঞ্চ ন ভূতং ন ভবিষ্যতি ॥২৩॥
সর্ব্বতীর্থময়ী গঙ্গা তস্মাত্ত্বাং প্রণমাম্যহম্ ।
যৎ কিঞ্চিদ্বা প্রকথিতং তৎ ক্ষমস্ব সুমঙ্গলে ॥২৪॥

---

চৎখি, মতমত্তুদা অয়াম্বা লাইশিংনা লৈগী নোংচুবগুম্না লৈ চাযথখি, লাইবেবাক্না (অতিয়াদা) যাইফ-মঙ্গলগী খোঞ্জেলতনা নিনখি ।২০।

কুচু মুরৈ শংবানবী, তুরেলগী মসুংদা অথোইবী, নুমিৎকি মচানুপী যমুনানা সমুদ্র যৌবক্লবদা, মংশিববা খোঞ্জেলনা মতৎ মতৎ ওইবা ৱাহৈনা গঙ্গাগী মফমদা হাযবকই ।২১॥

যমুনানা হায় — হে গঙ্গে, নহাকসিদি লাইবক ফবীনিদো, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থৱাঁলমক্তদগী পোকখিবীনিদো, ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপাল) পুম্নমকপু শেংবীরিবনিদো মরনসিদগী লোক পুম্নমক্না নহাকপু খুরুম্মরিদো ।২২।

হে মঙ্গলগী মশক ওইরবী, যমুনা ঐদি অৱাংবা মফমদা লৈবা, শ্রীহরিগী লোক (হরিগী লৈফম) তান্না চৎলগে, নহাকসু ঐগা লোয়ননা চৎলসি নহাকা- মান্নবী তীর্থ অশেংবা অমত্তসু লৈখিদ্রি, মতুংদসু লৈরক্লরোই ।২৩।

হে গঙ্গে, নহাক্তি তীর্থ পুম্নমক্কি মশকনি, মরম অসিমক্তগী ঐনা নংবু খুরুমজরি, ঐনা করিগুম্বা অমদগী নত্তোন্দা অকায়বা ৱাহৈ হায়খিবা য়াওরবসু, হে-মঙ্গলগী মশক ওইবী নংনা ঐবু ক্ষাকপিয় ।২৪।

গঙ্গোবাচ —

হে কৃষ্ণে ত্বং তু ধন্যাসি সর্ব্বব্রহ্মাণ্ডপাবনী ।
কৃষ্ণবামাঙ্গসম্ভূতা পরমানন্দরূপিণী ॥২৫॥
পরিপূর্ণতমা সাক্ষাৎ সর্ব্বলোকৈকবন্দিতা ।
পরিপূর্ণতমস্যাপি শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ ॥২৬॥
পট্টরাজ্ঞীং পরাং কৃষ্ণে কৃষ্ণাং ত্বাং প্রণমাম্যহম্ ।
তীর্থৈর্দ্দেবৈর্দুর্লভা ত্বাং গোলোকেঽপি চ দুর্ঘটা ॥২৭॥
অহং যাস্যামি পাতালং শ্রীকৃষ্ণস্যাজ্ঞয়া শুভম্ ।
ত্বদ্বিয়োগাতুরাঽহং বৈ যানং কর্ত্তুং ন চ ক্ষমা ॥২৮॥
যূথীভূত্বা ভবিষ্যামি শ্রীব্রজে রাসমণ্ডলে ।
যৎ কিঞ্চিন্মে প্রকথিতং তৎ ক্ষমস্ব হরিপ্রিয়ে ॥২৯॥

---

গঙ্গানা হায় — হে কৃষ্ণে (হে কুচু শংবামবী যমুনে) নহাকস্থ লাইবক ফবিনি, শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা হকচাংদগী থোকখিবীনিদো, মবম অতুনক্কা ব্রহ্মাণ্ড (ভাইবংপাল) পুম্নমকপু শেংবীবিবনিদো, ইবেম্মা নহাক্তি মুঙাইবা পুম্নমক্কগী অথোইবা মুঙাইবা হায়বদুগী মশকনি ।২৫।

ইবেম্মা নংদি থাংগৈশেংনা পবিপূর্ণতমা (মপুংফাবা শক্তিনা তিনবী) হায়বতুনিদো, মতুমক্কা লোকপুমমক্কা খুরুম্মবিদো, মতিক চাওবা পবিপূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্তিসু থোইনা চাম্নবী ওইবিবীনি ।২৬।

হে কৃষ্ণে, ইবেম্মা নংদি শ্রীকৃষ্ণমক্কী অথোইবী পট্টরাণী (মহারাণী) ওইবীনি অতুনা গঙ্গা ঐনা খুরুমজবি, ইবেম্মা নংবু তীর্থ পুম্নমক্কা, লাইয়াম পুম্নমকসু ফংঙমদ্রবীনি, শ্রীহরিগী ওইবা গোলোকধামদসু ফংঙমদ্রবীনি ।২৭।

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতুং ইন্না, যাইফ-মঙ্গলগীদমক ঐহাক পাতাল লৈবাক্তা চৎলগে, নহাকপু কায়নংলি থনুবদা য়াম্বিবনা থোং থাংবা ঙম-দ্রবী ঐনু থাকপিনু ।২৮।

শ্রীব্রজধামদা, রাসমণ্ডল ময়াইদা, অহানবী যুথ (কাংলুপ) ওইদুনা

সনন্দ উবাচ —

ইত্থং পরম্পরং নত্বা দ্বে নদ্যৌ যযতুস্ত্রতম্‌ ।
লোকান্‌ পবিত্রীকুর্ব্বন্তী পাতালে স্বঃসরিদ্‌গতা ॥৩০॥
সাপি ভোগবতী নাম্না বভৌ ভোগবতীবনে ।
যজ্জলং সত্রিনয়নঃ শেষো মূর্দ্ধ্না বিভর্ত্তি হি ॥৩১॥
অথ কৃষ্ণা স্ববেগেন ভিত্ত্বা সপ্তার্ষিমণ্ডলম্‌ ।
সপ্তদ্বীপমহীপৃষ্ঠে লুঠন্তী বেগবত্তরা ॥৩২॥
গত্বা স্বর্ণময়ীং ভূমিং লোকালোকাচলং গতা ।
তৎসানুগণ্ডশৈলানাং তটং ভিত্ত্বা কলিন্দজা ॥৩৩॥

---

লৈবখিগনি (হৌজিক্তা কাযনববস্থ মতমহূদা অমুক তিন্নসি) হে হবিগী চান্নথোইরবী, ঐনা য়াইং-য়াত। ওন্নখিবগী লংজবা খিবিক ঙাকপিগনি ।২৯।

সনন্দনা হায — মতো অস্থন্না গঙ্গা যমুনা কৌবী অথোইবী তুবেল অনিনা মহে মহে খুরুম্নরগা খোংজেল যাংনা চৎনখি, লোক পুন্নমকপূ (মখোইগী লঁম্বীদা লৈরম্বা, মখোইনা থেংনরুবা লম পুন্নমকপু) শেংবী-বনই, তুবেলগী মশক ওইবী (সুন্ননদী, সুরধনী) গঙ্গানা পাতাল তান্না চৎখি ॥৩০।

পাতালদা অনন্ত ভগবানগী ভোগবতী কৌবা বনদা (উমংদা) তারুবদগী ভোগবতী হাযবী মিংথোলনা ঙানখি, মাগী ঈশিংবু মমিৎ অহুম পানবা মহাদেব অমদি শেষনাগ (অনন্ত)না কোকথক্তা হাপনখি ।৩১॥

অস্থন্না যমুনাস্থ মশাগী অযাংবা ঈচেন্না সমুদ্র ঈবম তবেৎসু থিঙ্গাই-হুনা লাম্থোক্লগা ঈথৎ তরেৎকি মশক ওইবী পৃথিবীগী লৈমাইবু যাংলবা খোংজেলনা থুক্ষৎ-নমহত্ত্না লাম্থোকখি ।৩২।

যমুনানা অস্থন্না লাক্ত্না সনাগী লৈপাক য়োবক্ত্না লোকালোক কৌবা চীং য়োরকখি, লোকালোক চীংগী চীংদোল কয়া, অমদি চী-হুব মচাগুম্বা নুংজাও কয়াবুস্থ থৈদোক ইম্থোক্ত্না চেকয়া চেকয়াদা লাকখি ।৩৩।

তন্মূর্দ্ধ্নি চোৎপপাতাশু স্ফুরবজ্জলধারয়া ।
উদগচ্ছন্তী তদূর্দ্ধং সা যযৌ স্বর্গন্তু নাকিনাম্ ।।৩৪।।
আব্রহ্মলোকং লোকাংস্তানতিব্যাপ্য হরেঃপদম্ ।
ব্রহ্মাণ্ডরন্ধ্রং শ্রীব্রহ্মদ্রবযুক্তং সমেত্য সা ।।৩৫।।
পুষ্পবর্ষং প্রবর্ষৎসু দেবেষু প্রণতেষু চ ।
পুন শ্রীকৃষ্ণগোলোকমারুরোহ সরিদ্বরা ।।৩৬।।
কলিন্দগিরিনন্দিনি নবচরিত্রমেতচ্ছুভং ।
শ্রুতঞ্চ যদি পাঠিতং ভুবি তনোতি সন্মঙ্গলম্ ।।৩৭।।
জনোহপি যদি ধারয়েৎ কিল পঠেচ্চ যা নিত্যশঃ
স যাতি পরমং পদং নিজনিকুঞ্জলীলাবৃতম্ ।।৩৮।।

---

লে কালোক চাংগী চীংদোন্দা, লীকলাইগুম ফুইনা লংলবা ঈশিং মবীনা কয়া তাখি, চীংচগী চীংদোন্দা চোংনা-কয়া চৎলিবী অতুগুম্বী যমুনানা অমুক হন্না লাইয়ামশিংগী লৈনফম স্বর্গ তান্না চৎখি ।৩৪।

লাইশিংগী লৈবাক অমসুং ব্রহ্মাগী লৈফম ফাওবা শিন্থংনা চেল্লগা যমুনানা বামন দেবগী খোংগী খুজিন্না থিনবাৎখিবা ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা লৈখুলগী অহোবদা চেল্লিবী গঙ্গাগা তিন্নহুনা চেনমিন্নখি ।৩৫।

ঈচেলকনবী যমুনা তুরেলনা, অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণগী লৈফম গোলোক-ধামদা থুংলখিবা মতমদুদা অয়াম্বা লাইশিংনা, লৈতনা নোংচুবগুম চায়র-হুনা খুরুমখি ।৩৬।

কলিন্দ কোবা চাংগী মচানুপী যমুনাগী মঙ্গল-মঙ্গল শীনবগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা নোনা তাজরবা লীচৎ-শাজং অসিবু তাজরবা অমসুং পাঠ (পাজবা-থীজবা) তৌজরবদি পৃথিবীসিদা মঙ্গল-মঙ্গলবু শন্দোকই ।৩৭।

মীওইবনা যদ্র ওইনা ইন্নগা মশাদা শিজরবা অমদি নিত্তিগী ওত্তনা পাঠ (থীজবা) তৌজরবদি, শ্রীকৃষ্ণগী মশাগী ওইবা নিকুঞ্জ বনগী, শান্ন-কুম্মনা তিজবা গোলোকধামদু কাজবা ঙমগে ।৩৮।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবনখণ্ডে নন্দ সন্দ
সংবাদে কালিন্দ্যাগমনকথনং নাম তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

☼ ☼ ☼

# চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ —

সন্নন্দস্য বচঃ শ্রুত্বা গন্তুং নন্দঃ সমুদ্যতঃ ।
সর্ব্বগোপগণৈঃ সার্দ্ধং মুদিতোঽভূন্মহামনাঃ ॥১॥
যশোদয়া চ রোহিণ্যা সর্ব্বগোপীগণৈঃ সহ ।
অগ্রে রথৈর্বীরজনৈর্মণ্ডিতো বিপ্রমণ্ডলৈঃ ॥২॥

---

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী বারীদা। শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা নন্দগা সন্নন্দগা ঙাংনবা যমুনা তুবেলনা কুমথবকপবু শীংথাবা কৌবা অহুমশুবা অধ্যায লোইরে ।

☼ ☼ ☼

## চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

নারদনা হায় — সন্নন্দগী বা তাৱবদা, হৱাও নুঙাইরবা, পুক্চেল চাওরবা নন্দ নাংথোম্না অন্নাম্বা গোপশিংগা লোয়ননা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎকদবগী থোৱাং তৌখ ।১।

যশোদা অমদি রোহিণী লোইননা অন্নাম্বা ব্রজগোপীশিং, শগোল ময়াম, রথ (গাড়ী) ময়াম, ব্রজগী অকল-অথৌশিং, অথং-অহে, অমদি ব্রাহ্মণশিংনা কোয়রক্না চৎমবগী থোৱাং তৌখি ।২।

শনগী শঙ্কুলশিং, পোৎচিংনবা গাডী (কাং) অহুল কয়া, অঙাং কয়া মখোয় পুন্নমক্তা তুংইনবা কয়া অমতুং ইথৈ চৈবা গোপ কয়া কয়ানা

গোভিশ্চ শকটৈর্যুক্তো বৃদ্ধৈর্বালৈস্তথানুগৈঃ ।
গায়কৈর্গীয়মানশ্চ শঙ্খদুন্দুভিনিস্বনৈঃ ॥৩॥
পুত্রাভ্যাং রামকৃষ্ণাভ্যাং নন্দরাজো মহামতিঃ ।
রথমারুহ্য হে রাজন্ বনং বৃন্দাবনং যযৌ ॥৪॥
বৃষভানুবরো গোপো গজমারুহ্য ভার্য্যয়া ।
অঙ্কে নীত্বা সুতাং রাধাং গীয়মানশ্চ গায়কৈঃ ॥৫॥
মৃদঙ্গতালবীণানাং বেনুনাং কলনিস্বনৈঃ ।
গোপালগোগণৈঃ সার্দ্ধং বৃন্দারণ্যং জগাম হ ॥৬॥
উপনন্দাস্তথা নন্দাস্তথা ষট্ বৃষভানবঃ ।
সর্ব্বে পরিকরৈঃ সার্দ্ধং জগ্মুর্বৃন্দাবনং বনম্ ॥৭॥
বৃন্দাবনে সম্প্রবিশ্য গোপাঃ সর্ব্বে সহানুগাঃ
ঘোষযান্ বিধায় বসতীর্ব্বাসং চক্রুরিতস্ততঃ ॥৮॥

---

ঈশৈ শঙ্খনা, মোইবুং খোংহুনা, দুন্দুভি কৌবা পুংনচিংবা কযানা নিল-খোংখি ইরাও-তবামখি ।৩।

হে বহলাশ্ব নিংথৌ, পুকচেল চাওবা নন্দ মহারাজনা মচা বামকৃষ্ণ কৌবা অনিগা লোযননা বথ (কাং) তোংখহনা বৃন্দাবন্দা চৎখি ।৪।

বৃষভানুবর কৌবা গোপনা মহাক্কী নুপী কীর্ত্তিদাগা লোইননা শামু তোংহুনা, মচা ইবেম্মা রাধাবু মখাংদা পায়হনা, ঈশৈ হৈবা গোপশিংবু ঈশৈ শকহন্দুনা মুণ্ডাইনা চৎখি ।৫।

মৃদঙ্গ কৌবা পুং, তাল থানবা শবীক, বীনা কৌবা যন্ত্র, বেনু-বাশীগী মিরবা খোঞ্জেল, শনশেন্নহা অমদি শনগী মপেশিং পুন্নমক্কা লোইননা বৃন্দাবন রৌনবা চৎখি ।৬।

উপনন্দশিং (মাপল) নন্দশিং (মাপল) অমদি বৃষভানু (তরুক)না মাগী মাগী অয়াম্বা মরূপ-মপিজা, মচা মনাইশিং পুন্নমক্কা লোইননা, বৃন্দাবন কৌবা বন তান্না চৎখি ।৭।

মা-দাগী মচা মনাই, ইমুং মরুং, মপৌৎ-মচে পুন্নমক্কী লোইনরবা

সভামণ্ডপসংযুক্তং সদুর্গং পরিখাযুতম্ ।
চতুর্যোজনবিস্তীর্ণং সপ্তদ্বারসমন্বিতম্ ॥৯॥
সরোবরৈঃ পরিবৃতং রাজমার্গং মনোহরম্ ।
সহস্রকুঞ্জঞ্চ পুরং বৃষভানুরচীকৢপৎ ॥১০॥
শ্রীকৃষ্ণো নন্দনগরে বৃষভানুপুরেঽর্ভকৈঃ ।
চচার ক্রীড়নপরো গোপীনাং প্রীতিমাবহন্ ॥১১॥
অথ বৃন্দাবনে রাজন্ সর্ব্বগোপালসম্মতৌ ।
বভূবতুর্ব্বৎসপালৌ রামকৃষ্ণৌ মনোহরৌ ॥১২॥
চারয়ামাসতুর্বৎসান্ গ্রামসীম্ন্যর্ভকৈঃ সহ ।
কালিন্দীনিকটে পুণ্যে পুলিনে রামকেশবৌ ॥১৩॥

---

গোপ পুন্নমক্লা বৃন্দাবন যৌববদা মাইকৈ খুদিংমক্তা গোপ-যালাশিংগী খুঙ্গং খুঙ্গং শেম্লতুনা মাগী মাগী লৈনফম নিংথিনা শেমলতুনা লৈনখি ।৮।

মীয়াম তিনকম শং-মাওব, চেকপন্না কোযববা লানবন, অকোযবদা থাঙ্গপাৎ তৌরতুনা, চংনফম হোজং, থোংলোন তবেৎ ফাৎলতুনা, মুথক মবি পাক-চাওনা শেম-শাখি ।৯।

অকোযবদা পুক্রি কয়া তৌতুনা, উবী-মাবীনা কোযশিন্নবা কুঞ্জনন লিশিং লিশিং শেমতুনা, পুকনিং শুনা ফজবনা রাজমার্গ (নিংথৌগী কোন্নুং চৌবা লম্বী বাজপথ) না তিন্নবা কোন্নুংবু বৃষভানুনা শেনখি ।১০।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগী অপেনবা মুভাইবা হেনগৎহন্দুনা, নন্দনিংথৌগী সহব খুঙ্গং, বৃষভানুগী সহর খুঙ্গংশিংদা গোপ অঙাংশিংগা লোইননা কোইনা শান্নখি ।১১।

হে বক্সাস্কমিংথৌ, বৃন্দাবনগী গোপ অহন পুন্নমক্লা য়ানরতুনা, পুক্লিং শুনা ফজরবা রাম কৃষ্ণ অমিনা, গোপজাতিগী মতৌ তমতুনা শন্নাও মচাশিংবু শেনবা হৌহনখি ।১২।

রামকৃষ্ণ অনিনা খুনগী মপান থোক্লা, কালিন্দি যমুনাগী মনাক নকপা শেংলবা, পুণ্যগী মনাক ওইবা তোর্বান্দা, অমদি খুজংগী মনাক-

নিকুঞ্জেষু চ কুঞ্জেষু সম্প্রলীনাবিতস্ততঃ ।
রিঙ্গমাণৌ চ কুত্রাপি নন্দন্তৌ চন্দ্রভূর্বনে ॥১৪॥
কিঙ্কিণীজালসংযুক্তৌ সিঞ্জন্মঞ্জীরনূপুরৌ ।
নীলপীতাম্বরধরৌ হারকেয়ূরভূষিতৌ ॥১৫॥
ক্ষেপণৈঃ ক্ষিপন্তৌ ব্যালৈর্বংশীবাদনতৎপরৌ ।
মুখেন কিঙ্কিণীশব্দং কুর্বদ্ভির্বালকৈশ্চ তৌ ॥১৬॥
ধাবন্তৌ পক্ষিভিশ্ছায়াং রেজতু রামকেশবৌ ।
ময়ূরপক্ষসংযুক্তৌ পুষ্পপল্লবভূষিতৌ ॥১৭॥
একদা বৎসবৃন্দেষু প্রাপ্তং বৎসাসুরং নৃপ ।
কংসপ্রণোদিতং জ্ঞাত্বা শনৈস্তত্র জগাম হ ॥১৮॥

---

মনাক্তম্থু শম্মাওশিংবু শেনখি ।১৩।

উবী-উনানচিংবনা মংলবা উমং মচা-অচৌবশিংগী মাইকৈ মরিমক্তা, অমস্থং মকম অমদগী মকম অমদা শিন্থংনা কে-কু লোৎপী শাম্নহুনা উনা-শীংনা কাও-কাওরহুনা মুঙাইনা শাম্নহুনা রাম-কৃষ্ণ অনিনা বন খুদিং কোযনা চৎখি ।১৪।

লীকপরেং, পাম্থোমফাবীনা লৈতেংলবা, খুাংলাকপী-খাংশবীকশিং-না লৈতেংলবা। মখোনখোক্না নিল্লবা, খোংজি নূপুর খোল্লবা, অশংবা ফিগে অমদি মাফিগে খোল্লবা রাম-কৃষ্ণ অনিনি ।১৫।

হন্দুনা শাম্নবা ফিবুঙচিংবা হন্দুনা শাম্নরিবা গোপ মপিজা অঙাং-শিংগা লোয়ননা বংশী খোংহুনা, খুাংলাকপী খাংশরীক (কিঙ্কিণী) গী খোঞ্জেল মস্কোবু চিন্না তমহুনা শাম্নরিবা রাম কৃষ্ণনি ।১৬।

উচেকশিংনা পাইবগী লৈবাক্তা তাবা মমিগী তুংইন্না চেন্দুনা শাম্নবা, কাহোং মহুনা কোক্তা থেঙনা লৈতেংবা, হৈনৌমনা অমদি লৈতনা (লৈ-ভাক্তনা) লৈতেংলিবা রাম কৃষ্ণ অনিনা নিংথিজরি ।১৭।

হে বহুলাম্ব নিংথৌ, নোংমদি রাম কৃষ্ণ অনিবু হাংলুবগী খারকপা বৎসাসুর কৌবা ফিঙাবনা, শম্মাওশিংগী জরক্তা শম্মাও শাহুনা লৈরে

ধাবন্ গোপেষু সর্ব্বত্র লাঙ্গুলং চালয়ন্মুহুঃ ।
দৈত্যঃ পশ্চিমপাদাভ্যাং হরিমংসে ততাড় হ ॥১৯॥
পলাদিতেষু বালেষু কৃষ্ণস্তং পাদয়োর্দ্বয়োঃ ।
গৃহীত্বা ভ্রাময়িত্বাথ পাতয়ামাস ভূতলে ॥২০॥
পুনর্নীত্বা করাভ্যাং তং কপিত্থে প্রাহিণোদ্ধরিঃ ।
তদা মৃত্যুং গতে দৈত্যে কপিত্থোঽপি মহাদ্রুমঃ ॥২১॥
কপিত্থান্ পাতয়ামাস তদদ্ভুতমিবাভবৎ ।
বিস্মিতেষু চ বালেষু সাধু সাধ্বিতি বাদিষু ॥২২॥
দিবি দেবা জয়ারাবৈঃ পুষ্পবর্ষং প্রচক্রিরে ।
তদ্দৈত্যস্য মহজ্জ্যোতিঃ কৃষ্ণে লীনং বভূব হ ॥২৩॥

---

হাযবসি থংলহুনা কৃষ্ণনা তপা তপা হিংচাবনা লৈরিবা মফমহুদা লাকখি ।১৮।

হিংচাবা বৎসাসুরনা, মমৈ ফিরান শানা (মমৈ থেকৎলহুনা) গোপ মচাশিংনা লৈরিবা মফম পুম্নমক শিন্থংনা চেল্লহুনা, চংলকলিবা শ্রীকৃষ্ণগী লেংবান্দা খুহুংগী মখোংনা কাওখি ।১৯।

গোপমচা অঙাংশিংনা চেম্নরক্লবদা শ্রীকৃষ্ণনা, শন্নাও শাদিবা হিং-চাবগী মখোং খুহুং অনিহু ওপা পায়শিল্লগা উরু-রুরু লৈরগা লৈপাকথক্তা মুথখি ।২০।

অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা মথুৎনা পাযবগা হিংচাববু পুরগা কপিত্থ (হৈগ্রী পাম্বী) কোবা চাওববা উপালগী মথক্তা লংথংথিবা থুদক্তুদা হিংচাবহু মথরাই থাখি ॥২১॥

শিরবা হিংচাবগী হকচাংগী অহুবনা কপিথ পাম্বীদুনা তুরকপদা, পাম্বী অমগা অমগা থেংনহনা কপিথ পাম্বী কয়ানা মথং মথং তুরবদা অঙকপা ওইখি গোপ অঙাংশিংনসু অঙকপগা লোইমনা সাধু সাধু (অফবনি অফবনি থাগৎনিঙাইনি) জহন্না হায়নখি ।২২।

স্বর্গগী (লাইরৈকাকী) লাইশিংনা জয়ধ্বনি (য়াইফ-মঙ্গল লাওবা) গা

বহুলাশ্ব উবাচ —

অহো পূর্ব্বং সুকৃতকৃৎ কোঽয়ং বৎসাসুরো মুনে ।
শ্রীকৃষ্ণে লীনতাং প্রাপ্তঃ শ্রীপূর্ণে পরাৎপরে ॥২৪॥

শ্রীনারদ উবাচ —

মুরুপুত্রো মহাদৈত্যঃ প্রমীলো নাম দেবজিৎ ।
বসিষ্ঠস্যাশ্রমে প্রাপ্তো নন্দিনীং গাং দদর্শ হ ॥২৫॥
তল্লিপ্সুর্ব্রাহ্মণো ভূত্বা যযাচে গাং মনোহরাম্ ।
তুষ্ণীং স্থিতে গৌরুবাচ বসিষ্ঠে দিব্যদর্শনে ॥২৬॥

নন্দিন্যুবাচ —

মুনীনাং গাং সমাহর্ত্তুং ভূত্বা বিপ্রঃ সমাগতঃ ।
দৈত্যোঽসি মুরুজস্তস্মাদ্গোবৎসো ভব দুর্ম্মতে ॥২৭॥

---

লোযননা নোং চুবগুম লৈ মযাম হৈথখি চাযথখি, হিংচাবগী মশাদগী অচৌবা মঙাল অমা থোক্লকুগা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চংখি (তিন-শিনখি) ।২৩।

বহুলাশ্ব নিংথৌনা হায় — ওস্থোকপনি হেমুনি, বৎসাসুর হায়বা হিংচাবসিবু কনানো (মমাংগী মপোক্তা কনা ওইবম্বগে) মমাংগী মপোক্তা করম্বা অফবা পুণ্যগী থবক তৌখিবনা মপুংফাবা শক্তিনা তিনবা, অথোইবদগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিঙ্গবা ফংখিবনো ।২৪।

নারদ মুনিনা হায় — মুর কৌবা হিংচাবগী মচানুপা প্রমীল কৌবা, মপাঙ্গল মথৌনাদা লাইশিংবু ওখ্বা কল্লবা হিংচাবনা নোংমা বসিষ্ঠ মুনিগী অশ্রমদা লাকপদা লাইগী শন নন্দিনী কৌবীবু উখি ।২৫।

নন্দিনীবু উবদা পাম্মনখ্রক্লনা ব্রাহ্মণ শাক্লনা লাক্লগা পুক্নিং হুনা ফজরবী নন্দিনীবু বসিষ্ঠগী মফমদগী নিখি, দিব্যদর্শন (থংলনা উবা লৈবা লাইগী মিৎয়েং) না থাংলবা বসিষ্ঠনা তুমিন্না লৈবদা নন্দিনীনা হায়রকই ।২৬।

নন্দিনীনা হায় — মুনিশিংগী শনবীবু লমথাক তৌহনবা হুরানগে

শ্রীনারদ উবাচ —

তদৈব বৎসরূপেণাহভূদ্ধুরুপুত্রো মহাসুরঃ ।
বসিষ্ঠং গাং পরিক্রম্য নত্বা ব্রাহ্মীত্যুবাচ হ ॥২৮॥

গৌরুবাচ —

দ্বাপরান্তে মহাদৈত্য বৃন্দারণ্যে যদা তব ।
গোবৎসেষু গতস্যাপি তদা মুক্তির্ভবিষ্যতি ॥২৯॥

শ্রীনারদ উবাচ —

পরিপূর্ণতমে সাক্ষাৎ কৃষ্ণে পতিতপাবনে ।
তস্মাদ্বৎসাসুরো দৈত্যো লীনোহভূম হি বিস্ময়ঃ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবনখণ্ডে বৎসাসুরমোক্ষো নাম চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

---

হ্রাদনা লাকশিবা হে পুঙ্কচেল ফত্রবা মরুগী মচা হিংচাবা, নংনা ব্রাহ্মণ শ শিন্নহুনা নমথাক তৌবিবত্রনন্না নহাক শন্নাওগী মশক ওইরো ।২৭।

নারদনা হায — মতমতুদা মুরুগী মচা অ.বনবা প্রমিল কৌবা হি চাবত্থ শন্নাও ওইরবদা, বসিষ্ঠ অমদি নন্দিণীবু যেৎ ওইননা কোযনহুনা খুরুমগা, মবাল ঙাকপিযু কনবীযু হাযজখি ।২৮।

নন্দিণীনা হায — হে নত্তিক চাওবা হিংচাবা, দ্বাপর কৌবা যুগাকি মথৈদা, বৃন্দাবন কৌবা মকমদ', শন্নাওমচাশিংগী মবক্তা চেঙ চোংজবা ফংজবা থুদক্কন্দা নহাকী অবানবা খুবম ফংজবা হাযবত্থ ওইগনি ।২৯।

নারদনা হায — শন্নাও ওঅবা হিংচাবদো হাযবিবা মরম অসিদগী, অতোনববু লানবীবা, পুম্নমক্কগী অংথোইবা, তশেংবা, শ্রীকৃষ্ণমক্তা হকচাংদা তিঙজহনা অমানবা খুবম ফংজখিবনি, মশিদা থক ঙকলুগনু ॥৩০।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ব্বারীদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী মফমদা, বৎসাসুর কৌবা হিংচাববু লানবীবা কৌবা মরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।

✽ ✽ ✽

# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

—ঃ(০)ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ —

একদা চারয়ন্ বৎসান্ সরামো বালকৈর্হরিঃ ।
যমুনানিকটে প্রাপ্তং বকং দৈত্যং দদর্শ হ ॥১॥
শ্বেতপর্ব্বতসঙ্কাশো বৃহৎপাদো ঘনধ্বনিঃ ।
পশ্যৎস্বেতেষু বালেষু বক্রতুণ্ডোঽগ্রসদ্ধরিম্ ॥২॥
রুদন্তো বালকাঃ সর্ব্বে গতপ্রাণা ইবাভবন্ ।
হাহাকারং তদা কৃত্বা দেবা সর্ব্বে সমাগতাঃ ॥৩॥
ইন্দ্রো বজ্রং তদা নীত্বা তং ততাড় মহাবকম্ ।
তেন ঘাতেন পতিতো ন মমার সমুত্থিতঃ ॥৪॥

---

নারদনা হায় — নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা ময়াম্না বলরাম অমদি গোপমচা অঙাংশিংগা লোইননা, শম্নাও ময়াম শেন্দ্রনা লাবপদা, যমুনা তুরেল মপান্ন যৌবকপদা, উরোকী মশক ওইবা হিংচাবা অমা উখি ।১।

চাওরবা অঙৌবা চীংজুমগুম্বা, চাও-শাংলবা মখোং পাম্লবা হিংচাবনা, অকিবা খংনা ঙংলকপদা, গোপ অঙাংশিংনা কিবনা কোকচেন্না চেম্বক্লে, অমসুং বজুম্বা মযা শানবা মচিম্না শ্রীকৃষ্ণবু লোৎশিনখ্রে ।২।

শ্রীকৃষ্ণবু লোৎশিনখ্রবতদা গোপ মচা পুম্নমক অত্তু, মথক্তাই থাওদবগা পাংখক ওইরক্লনা, মহৈ-মহৈ কপ্ন-লাওনরবদা, লাইশাদ পুম্নমক্না মখমত্তু তাম্না লাক্লখি ।৩।

খুদক্তম্না ইন্দ্রনা (স্বর্গগী কৌবা লাইনা) বজ্র শুক্লক্লম্না, অদোবা উরোকী মশক ওইবা হিংচাবদা থাবদা, হিংচাবত্তু লৈমায়বক্তা তুখি অদুবু শিকদি শিখিদে অদুগা হোৎশিংলকখি ।৪।

ব্রহ্মাপি ব্রহ্মদণ্ডেন তং তত্রাস্থ্য রুষান্বিতঃ ।
তেন ঘাতেন পতিতো মূর্চ্ছিতো ঘটিকাদ্বয়ম্ ॥৫॥
বিধুন্বন্ স্বতনুং বেগাৎ সংস্থিতঃ পুনরুত্থিতঃ ।
ন মমার তদা দৈত্যো জগর্জ্জ ঘনবদ্বলী ॥৬॥
ত্রিলোচনস্ত্রিশূলেন তং জঘান মহাসুরম্ ।
ছিন্নৈকপক্ষো দৈত্যোঽপি ন মৃতোঽতিভয়ঙ্করঃ ॥৭॥
বায়ব্যাস্ত্রেণ বায়ুস্তং সংজঘান বকং ততঃ ।
উচ্চচাল বকস্তেন পুনস্তত্র স্থিতোঽভবৎ ॥৮॥
যমস্তং যমদণ্ডেন তাড়য়ামাস চাগ্রতঃ ।
তেন দণ্ডেন ন মৃতো বকো বৈ চণ্ডবিক্রমঃ ॥৯॥

---

ব্রহ্মা বৌবা লাইন্থ্র মশাগী খুংলাই ব্রহ্মদণ্ড (যুবীখুজ্রাই) পাযবদুনা অশাওবগা লোইননা কল্লা থাখি, মহুনা বক কৌবা হিংচাবদু পুং অনি চুপা বাম্বহুনা তাখি ।৫।

বক হিংচাবদু শিবদি শেখিদে, বাস্তরুবদগী মশা থক থক নিরহুনা ভিংলি-যাংলিবা, হকান চনপনচিংবা শৌন্নুনা হৌগৎলক্লগা নোংখাবপঙুন কল্লবা খোঙ্গেননা ডুং ডুং ডংখি ।৬।

মিং অহুম পানবা শংগাদেবনস্থ ত্রিস্থূল কৌবা খুৎলোইনা থিনখি, ত্রিশূলনা থিনবদুদা অকিনগী মশক কংলবা হিংচাবদু মশা নামদি তেকানে ছাযবদু শিবদি শিখিদে (ত্রিশূল, কমণ্ডলু, বজ্র, লাঙ্গোল, চক্র, পাস, দণ্ড, -মাভঙ্গি-খড়্গ, কৌমুদিনচিংবাস নববজ্র হায়না খংনরিবা বজ্র ডাক্তদি) অদুবু বজ্র মযায়া থাবদা শিখিদ্রে ।৭।

মুংশিং কৌবা লাইনস্থ মশাগী বায়ব্যাস্ত্রনা কল্লা থাখি, অদুবু বক কৌবা হিংচাবগী মশাদা, খিৱং লেং-গৎহুনবদগী হেক্লা মথৱাই হাৎপদি ঙমখিদবনা হাম্রগুম্না অমুক হৌগৎলকখি ।৮।

যম কৌবা লাইনস্থ মশাগী দণ্ড কৌবা খুৎলোইনা বক হিংচাবগী মংকোক্তা কল্লা থাখি অদুবু পাঙ্গলবা হিংচাবদু মসাদু শিহনবদি

দণ্ডোঽপি ভগ্নতাং প্রাগাৎ সক্ৰতো নাজবদ্ধকঃ ।
তদৈব চাগ্রতঃ প্রাপ্তশ্চণ্ডাংশুশ্চণ্ডবিক্রমঃ ॥১০॥
শতবাণৈর্বকং দৈত্যং সংজঘান ধনুর্দ্ধরঃ ।
তিক্ষ্ণৈঃ পক্ষগতৈর্বাণৈর্ন মমার বকস্ততঃ ॥১১॥
ধনদস্তং চ খড়্গেন সুতীক্ষ্ণেন জঘান হ ।
ছিন্নদ্বিতীয়পক্ষোঽভূম মৃতো দৈত্যপুঙ্গবঃ ॥১২॥
নীহারাস্ত্রেণ তং সোমঃ সংজঘান মহাবকম্ ।
শীতার্ত্তো মূর্চ্ছিতো দৈত্যো নমৃতঃ পুনরুত্থিতঃ ॥১৩॥
আগ্নেয়াস্ত্রেণ তং হ্যগ্নিঃ সন্তুতাড় মহাবকম্ ।
ভস্মরোমাভবদ্দৈত্যো ন মমার মহাখলঃ ॥১৪॥

---

মঙমখিদ্রে ।৯।

যমগী দণ্ডনা বক্কী মকোক্তা যুকবত্নুনা বক হিংচাবদা কবিত্নু তৌবা ঙমখিদে অমরোমদত্নুম যমগী দণ্ডদা অকায-অতোযবত্নুম থোকখি, খুদক অত্নুদা থোইনা কল্লবা, মতীক মগাল চাওবা নুমিৎ কৌবা লাইনা হিংচাবগী মাংদা লাক্খি ।১০।

লীকুং পায়বা নুমিৎ কৌবা লাইনা, মশা পানবা (তেন্না চনবা) মচিন-মবা থৌরবা তেন চামনা উবোক্কী মশক ওইবা হিংচাবদা কন্না থাখি, অত্নুবু হিংচাববু শিহনবদি ঙমখিদ্রে ।১১।

কুবের কৌবা লাইনস্থু ময়াথৌরবা থাংশাংনো শিরশত্নু থন্না কন্না যানখি, মত্নুনা অতোপ্পা মশা অত্নুমস্থু তেকখি (মহাদেবনা মশা অমা কুবেরনা মশা অমা থুদেকখিবনা মশা যাওদ্রে) অত্নুবু হিংচাবা অথোইবত্নু শিবা (হাৎপা) হায়রত্নুমদি ওইখিদ্রে ।১২।

চন্দ্রদেব (থা কৌবা লাই) না অইংবা উনগী মশক ওইবা খুদল ইনা থাখি, অই বদগী বারবা অমসুং বাঙ্গবরা অচৌবা উরোক হিংচাবত্নু শিবদি শিখিদে, অত্নুক হুন্না হৌগৎলকই ।১৩।

অগ্নিদেব (মৈ কৌবা লাই) নস্থু মৈগী মশক ওইবা খুদলাইনা

অপাম্পতিস্তং পাশেন বদ্ধ্বা কৌ বিচকর্ষ হ ।
কর্ষণাৎ স মহাপাশাংশ্ছিত্বোত্থায় স্থিতশ্চ বৈ ॥১৫॥
ততাড় গদয়া তং বৈ ভদ্রকালী তরস্বিনী ।
মূর্চ্ছিতস্তৎপ্রহারেণ পরং কশ্মলতাং যযৌ ॥১৬॥
ক্ষতমূর্দ্ধা সমুত্থায় বিধুন্বন্ স্বতনুং পুনঃ ।
জগর্জ্জ ঘনবদ্ধীরো বকো দৈত্যো মহাখলঃ ॥১৭॥
তদা শক্তিধরঃ শক্তিং তস্মৈ চিক্ষেপ সত্বরঃ ।
তয়েকপাদো ভগ্নোঽভূৎ স্থিতঃ পক্ষিণাং বরঃ ॥১৮॥
তদা ক্রোধেন সহসা ধাবন্ দৈত্যস্তড়িৎস্বনঃ ।
দেবান্ বিদ্রাবয়ামাস স্বচঞ্চা তীক্ষ্ণতুণ্ডয়া ॥১৯॥

---

অচৌবা উবোক বক হিংচাবদা থাখি, মহুনা মতু-মমান পুম্নমক চাকথেক-ত্রবস্থ মথরাই শিংনবদি ওমখিদ্রে ।১৪।

বরুণদেব (ঈশিংগী লাই) কৌবনস্থ মশাগী খুৎলাই পাশ (শেউন থোবী) না পুন্দুনা বক হিংচাবদু লৈবাক্তা কোইচিং চিংখি; অচৌবা থোবানা পুন্দুনা চিংবনা মশাদু ওৎপা ওদোকপত্নদি শিবদি ওমখিদ্রে ।১৫॥

ভদ্রকালি কৌবা দেবীনস্থ খুনা চেনশিন্নক্লনা, গদানা কন্না ফুখি, খুৎফু অহুনা কনমনখিবনা, বক হিংচাবদু বাস্থিত্রনা যান্না জব্রাবা ফংখি ।১৬।

গদাগী চৈফম লৈরবা মপাঙ্গল কল্লবা ফত্রবা বক কৌবা হিংচাবনা, নশা থক-থক নিক্রত্তুনা অদুকহন্না হৌগৎলগা নোংখোংবগুম ওংখি ।১৭।

মতমত্দা শক্তিসেল কৌবা খুৎলাই পাররবা লাইগী সেনাপতি কার্ত্তিকেয় কৌবনা, শক্তি কৌবা খুৎলাইবু থুনমক লংশিনখি, উচেক অথোইবা বককী মখোং নাবদি শক্তি কোবা খুৎলাইনা থুদেকলে, অদুবু বক অদো শিবদি শিবিদে ।১৮।

নোংবাংগী লোয়নবা বক্স খৌজেলত্ত্র জলবা শাওববা বক হিংচাবনা, থুনা চেনশিন্নরকহনা (মখোং শৈরা-শোরা) থৌবরা অতুবা মাচিন্ন।

অগ্রে পলায়িতান্ দেবানন্বধাবদ্ বকোঽম্বরে ।
পুনস্তত্র গতো দৈত্যো নাদয়ন্মণ্ডলং দিশান্ ॥২০॥
তদা দেবর্ষয়ঃ সর্ব্বে সর্ব্বে ব্রহ্মর্ষয়ো দ্বিজাঃ ।
শ্রীনন্দনন্দনায়াশু সফলাং চাশিষং দদুঃ ॥২১॥
তদৈব কৃষ্ণস্তন্মধ্যে ততান বপুরুজ্জ্বলম্,
চচ্ছর্দ্দ কৃষ্ণং সহসা ক্ষতকণ্ঠো মহাবকঃ ॥২২॥
পুনঃ কৃষ্ণং সমাহর্ত্তুং তীক্ষ্ণা তুণ্ডমাগতম্ ।
পুচ্ছে গৃহীত্বা তং কৃষ্ণঃ পোথয়ামাস ভূতলে ॥২৩॥
পুনরুত্থায় তুণ্ডং স্বং প্রসার্য্যাবস্থিতং বকম্ ।
দদার তুণ্ডে হস্তাভ্যাং কৃষ্ণঃ শাখাং গজো যথা ॥২৪॥

---

তুহত্তনা লাইশিংবু চেলহনখি ।১৯।

মাংদা চেল্লিবা লাই খিবিকপু অতিয়াগী লম্বীদা তুংইমনা তাম্নবিবা বক হিংচাবনা অমুক হল্লক্তনা হান্নগী মফমদা৹ মাইকৈ তরাবু নিলহন্দুনা ঙংখি ।২০।

মতমহুমক্তদা দেবর্ষি (লাইগী ঋষি) ব্রহ্মর্ষি (ব্রহ্ম নংবা ব্রাহ্মণ ঋষি অথোইবা) পুম্নমক্না অমদি ব্রাহ্মণ পুম্নমক্না নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী, হিংচাবা ঙম্নবগীদমক আশীর্ব্বাদ (য়াইফ মঙ্গলগী বা) বু বন্ন ওইনা পীখি ॥২১॥

মতমহুদা শ্রীকৃষ্ণনা উরোক্কী মনুক মহুংদা অচাকপা মৈগুম্না ঙাল-হন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংহু চাওথোকহনখি, খোবী উতোং কাযবগুম্না ন্নাব-ত্নুনা বক হিংচাবনা খুদক্তা শ্রীকৃষ্ণবু ওথোকখি ।২২।

অমুক হন্না থোববা তুম্নবা মচিন্না চপ্তনা ফাগে হায়ত্নুনা চংশিল্লকুবা বক হিংচাববু শ্রীকৃষ্ণনা মমৈদা পায়শিল্লগা থংথা-থাদোকত্নুনা উপথুননা লৈবাক্তা ভুহনখি ।২৩।

তুরুববদগী অমুক হৌগত্তনা মচিন্না চপকহুবগী মন্না কাথোকলিবা হিংচাববু শ্রীকৃষ্ণনা মচিবাম্ন মথক মখামক খুং অনিনা ন্নাম নাম পায়বগা শামুনা উপা শেগাইবগুম মখয়াং শেগাইত্নুনা হাংখি ।২৪।

তদা মৃতস্য দৈত্যস্য জ্যোতিঃ কৃষ্ণে সমাবিশৎ।
দেবতা ববৃষুঃ পুষ্পৈর্জয়রাবৈঃ সমন্বিতাঃ ॥২৫॥
গোপালা বিস্মিতাঃ সর্ব্বে কৃষ্ণং সংশ্লিষ্য সর্ব্বতঃ।
ঊচুস্তং কুশলীভূতো মুক্তো মৃত্যুমুখাৎ সখে ॥২৬॥
এবং কৃষ্ণো বকং হত্বা সবলো বালকৈঃ সহ।
গোবৎসৈর্হর্ষিতো গায়ন্নাযযৌ রাজমন্দিরে ॥২৭॥
পরিপূর্ণতমস্যাস্য শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ।
জগুর্গৃহে গতা বালাঃ কৃত্যেদং তেঽতিবিস্মিতাঃ ॥২৮॥

বহুলাশ্ব উবাচ —

কোঽয়ং দৈত্যঃ পূর্ব্বকালে কস্মাৎ কেন বকোঽভবৎ।
পূর্ণব্রহ্মণি সর্ব্বেশে শ্রীকৃষ্ণে লীনতাং গতঃ ॥২৯॥

---

মতৌ অম্নুম্না শিববা হিংচাবগী মশাদগী মঙাল অমা থোরক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখি, জয ওইবগী খোল্লাও লাওরতুনা লাইশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা লৈ ময়াম্না নোংচুবগুম চায়থখি ।২৫।

শনশেন্নহা পুন্নমক্না অঙকপগা লোয়ননা মাইকৈ পুন্নমক্তগী চেনশিল্লক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু চেৎনা কোল্লহুনা, হে সখে (হে মরূপ) অশিবগী খযাত্তগী যৈথাই-থিঙ্গাই লৈতনা থোরক্তনা অরাবদি কোকলেদো ।২৬।

অম্নুম্না শ্রীকৃষ্ণনা বক হিংচাববু হাৎলগা, গোপ অঙাংশিংগা লোয়ননা শন্নাও পুন্নমকপু পুবহুনা, হবাওনা ঈশৈ শরু-শরুহুনা নন্দ নিংথৌগী সঙ্গায় (কোম্নুং) তান্না লাকখি ।২৭।

মতীক মগুণ চাওবা, অথোইবা, পুংচলচাওবা শ্রীকৃষ্ণগী মতীক-মগুণ শরু-শরুহুনা অয়াম্বা গোপ মচাশিংনা মাগী মাগী ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি, রাকমশি তাবদা পুন্নমক্না অঙকপা ওইনখি ।২৮।

বহুলাশ্বনা হায় — হিংচাবা বক অসি মমাংগী মপোক্তা কনা ওইনা পোকখিবনো, করি মরমদগী উরোক্কী মশক ওইখ্রিবনো, অমসুং মপুং ফাবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা, পুন্নমকী নিংলকম, ঈশ্বর ওইরবা শ্রীকৃষ্ণদা

শ্রীনারদ উবাচ —

হয়গ্রীবসুতো দৈত্য উৎকলো নাম হে নৃপ ।
রণেঽমরান্ বিনির্জিত্য শক্রচ্ছত্রং জহার হ ॥৩০॥
তথা নৃণাং নৃপাণাং চ রাজ্যং হৃত্বা মহাবলঃ ।
চকার বর্ষাণি শতং রাজ্যং সর্ব্ববিভূতিমৎ ॥৩১॥
একদা বিচরন্ দৈত্যঃ সিন্ধুসাগরসঙ্গমে ।
জাজলে মুনিসিদ্ধস্য পর্ণশালাসমীপতঃ ॥৩২॥
জলে নিক্ষিপ্য বড়িশং মীনানাকর্ষয়ন্মুহুঃ ।
নিষেধিতোঽপি মুনিনা নামন্যত স দুর্ম্মতিঃ ॥৩৩॥
তস্মৈ শাপং দদৌ সিদ্ধো জাজলির্মুনিসত্তমঃ ।
বকবত্বং ঝষানৎসি ত্বং বকো ভব দুর্ম্মতে ॥৩৪॥

---

কর্মদৌনা তিনখিবনো ।২৯।

শ্রীনারদনা হায —

হে নিংথৌ বঙলাশ্ব, হযগ্রীব কৌবা শগোলমকোক পানদা হিংচা-নগী মচা উৎকল কৌবা হিংচাবনা, লান্দা লাইশিংবু মাইথৌবা পীদুনা ইন্দ্রদেব (সুরারেন) গী শেকপিন লৌখি ।৩০।

মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবসিনা মী পুম্নমক্কী, নিংথৌ পুম্নমক্কী লৈপাক, মযাম-মযুম পুম্নমক খোমজিন্দুনা, নিংথৌ পানবা লৈপাক বয়াম্ব খুদুম চন্দুনা, লনথুম পুম্নমক্কি মথক্তা, চহি চাম চুপ্পা পানখি ।৩১।

নোংমগী মুমিত্তা উৎকল হিংচাবনা সিন্ধু ভুবেলগা সমুদ্রগা ভাইনবদা (তিন্নফম) ময়াদা লৈবা, লাইনিংবদা সিদ্ধি ফংলবা জাজলি মুনিগী উনাগী খাংপোকশং মনাক্তা লাকখি ।৩২।

মফমদুগী ঈশিংদা ঙা কানবা থুংনাই থাদহনা-হন্দুনা ঙাশিংবু চিংশিন চিংশিন্দুনা হন্না হন্না ফাখি, জাজলি মুনিনা থন্না থামহনমু মপুক চেল কল্লবা হিংচাবনা য়াখা কৌবা লৈখিদে ।৩৩।

হায়রবা ইশ্রবক হিংচাবদুদু সিদ্ধ ঙাইরবা মুনি অথোইবা জাজলিনা

জাজলে মুনিশার্দ্দূল ত্রৈবর্গ্যং কিমভূজ্জনৈঃ ।
সাধূনাং কৃপয়া সাক্ষাৎ পূর্ণব্রহ্মাপি লভ্যতে ॥৩৯॥

শ্রীনারদ উবাচ —

তদা প্রশন্নঃ স মুনির্জ্জাজলিস্তমুবাচ হ ।
বর্ষষষ্টিসহস্রাণি তপস্তপ্তঞ্চ যেন বৈ ॥৪০॥

জাজলিরুবাচ —

বৈবস্বতান্তরে প্রাপ্তে হ্যষ্টাবিংশতিমে যুগে ।
দ্বাপরান্তে ভারতেঽপি মাথুরে ব্রজমণ্ডলে ॥৪১॥
পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ।
বৃন্দাবনে গবাং বৎসাংশ্চারয়ন্ বিচরিষ্যতি ॥৪২॥
তদা তন্ময়তাং কৃষ্ণে যাস্যসি ত্বং ন সংশয়ঃ ।
হিরণ্যাক্ষাদয়ো দৈত্যো বৈরেণাপি পরং গতাঃ ॥৪৩॥

---

লৈবগে, সাধুশিংগী (অফবা মীওইশিংগী) থৌজালদি মপুংফাবা ব্রহ্মমকপুস্থ ফংমদবা লৈতবনি ফংনবিবনি ।৩৯।

শ্রীনারদনা হায — চহি লিশিং হুম্ফু চুপনা অকনবা তপ তৌখ্রবা অহুগুম্বা মুনি জাজলিনা পেনবীবহুনা, উৎকল কৌবা হিংচাবগী মফমদা হায়বকই ॥৪০॥

জাজলিনা হায — চতুর্যু্গ কুনগানিপালশুবগী (কুনগানিপালশুবা দ্বাপর যুগকি) বৈবস্বত কৌবা মন্নু (স্বাবেন) না পানবা মতমগী দ্বাপর কৌবা যুগ লোইবমদাইদা, ভারত কৌৰা লৈবাক্কী মথুরা কৌবা মফমগী ব্রজমণ্ডলদা, মপুং ফাবা শক্তি পুম্নমক্কা তিন্দুনা শংশংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান-মকা, বৃন্দাবন কৌবা ৰন্দা শনবী শন্নাও থিবিকপু শেল্লহুনা কোয়না চৎলগনি ।৪১।৪২।

মতম অহুদা মঙালগী মশক ওইনা ইবুঙো শাঙোন্দা তিঙ্গবৰু ফংগনি (নংগী নথৱাইনা মঙাল ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিঙ্গবা ফংগনি) হায়ব-সিদা চিংনগনু, হিরণ্যাক্ষনচিংবা হিংচাৰশিংনসু যেক্কবগী মতৌ ওইনা

শ্রীনারদ উবাচ —

ইত্থং বকাসুরো দৈত্য উৎকলো জাজলেৰ্ব্বরাৎ ।

শ্রীকৃষ্ণে লীনতাং প্রাপ্তঃ সৎসঙ্গাৎ কিং ন জায়তে ।।৪৪।।

ইতি শ্রীমদ্গার্গ সংহিতায়াং বৃন্দাবন খণ্ডে বকাসুরমোক্ষ নাম পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ ।

✲ ✲ ✲

# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ —

একদা বালকৈঃ সাকং গোবৎসাংশ্চারয়ন. হরিঃ ।

কালিন্দীনিকটে রম্যে বালক্রীড়াং চকার হ ।।১।।

---

খনুবা ফাওবদসু অবানবা খুবম ফংনখ্রিবনি ।৪৩।

নারদনা হায — অসুনা বকাসুব হাযনা খংনবা উৎকল হিংচাবনা জাজলি মুনিগী ববদগী মঙালগী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণদা তিঙ্গখিবনি, সাধুসঙ্গ (অফনা মীগা তিন্নবা) দগী ফংলোইদবা কবি লৈবিবগে ।৪৪।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ব্রাবীদা, বৃদাবন খণ্ডগী মনুংদা, বকাসুর কৌনা হিংচাবনা অবানবা খুবম ফংবা কৌবা মতাঙ্গবা অধ্যায লোইরে ।

✲ ✲ ✲

### ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ মুনিনা হায — নোংমা শ্রীকৃষ্ণনা গোপমচাশিংগা লোইননা শন্নাওশিংবু শেন্না শেন্না, যমুনা তুরেল মপানগী কজববা শান্নফম ওইবা মফমদা অঙাংগী ওইবা মশান্নবু শান্নখি ।১।

অঘাসুরো নাম মহান্‌ দৈত্যস্তত্র স্থিতোঽভবৎ ।
ক্রোশদীর্ঘং বপুঃ কৃত্বা প্রসার্য্য মুখমণ্ডলম্‌ ॥২॥
দূরাদ্‌ যং পর্ব্বতাকারং বীক্ষ্য বৃন্দাবনে বনে ।
গোপা জগ্মুর্ম্মুখে তস্য বৎসৈ কৃত্বাঞ্জলিধ্বনিম্‌ ॥৩॥
তদ্রক্ষার্থঞ্চ সবলস্তন্মুখে প্রাবিশদ্ধরিঃ ।
নিগীর্ণেষু সবৎসেষু বালেষু ত্বহিরূপিণা ॥৪॥
হাশব্দোঽভূৎ সুরাণাং তু দৈত্যানাং হর্ষ এব হি ।
কৃষ্ণো বপুঃ স্বং বৈরাজং ততানাঘোদরে ততঃ ॥৫॥
তস্য সংরোধগাঃ প্রাণাঃ শিরো ভিত্ত্বা বিনির্গতাঃ ।
তন্মুখান্নির্গতঃ কৃষ্ণো বালৈর্বৎসৈশ্চ মৈথিল ॥৬॥

---

মতমত্তদা অঘাসুর কৌবা হিংচাবনা যমুনা মপান অত্নমক্তদা, ক্রোশ অমা (মাইল অনি, কিঃমিটব অহুমলোম) শাংবা হকচাং ওইনা, মচিন মযা লাওনা কাখৎলত্নুনা লৈবমই ।২।

গোপ মচাশিংনা লাপনা উবদা বৃন্দাবনগী বন অত্নুদা চীংশাং অমা লৈবগী মতৌঙ্গুম উত্নুনা, লিনগী মওং ওইবা মহাক্কী যাহুংত্নুদা (চীংগী লোকনুং লোকচপকুম খল্লত্নুনা) অঙাংগী মশাম্না ওইবা খুবাক খুব-খুবত্নুনা শন্নাওশিংগা লোবননা চংখি ।৩।

চংখিবা মখোঘশিং অত্নবু কন্নবগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা বলদেবগা লোইননা লিনগী মবুক মনুংদা লেংশিনখি, লিনগী মশক ওইবা হিংচাবনগ্ন গোপ অঙাংশিং অমদি শন্নাওশিং পুমমক য়োংশিনখ্রে ।৪।

মতাংসিদা লাই কাংবুনা অৱাবা খইংখ অত্নবু হিংচাবশিংনদি হবাওনখি, অত্নুগী তুংদা হিংচাবগী মবুক মনুংদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী বিবাট, দেহ হাযবদি তাইবংপান পুম্নমক্কা ত্তিনবা হকচাংত্নু চাওথোরকখি ।৫।

হে বহুলাস্ব নিংথৌ, অঘাসুর হিংচাবত্নু মাগী প্রাণবায়ু (হুংশিংকি মশক ওইবা ৱায়ু) গী অৱী পুম্নমক খিংখিত্নুনা, প্রাণবায়ুনা ব্রহ্মরন্ধ্র (লৰায়লেম্ফ) থিঙ্গাইত্নুনা মপান থোকখি, অথবায় থাখি, শ্রীকৃষ্ণসু

সবৎসকান্ শিশূন্ দৃষ্ট্বা জীবয়ামাস মাধবঃ ।
তজ্জ্যোতিঃ শ্রীঘনশ্যামে লীনং জাতং তড়িৎ যথা ॥৭॥
তদৈব ববৃষুর্দ্দেবাঃ পুষ্পবর্ষাণি পার্থিব ।
এবং শ্রুত্বা মুনের্ব্বাক্যং মৈথিলো বাক্যমব্রবীৎ ॥৮॥

রাজোবাচ —

কোঽয়ং দৈত্যঃ পূর্ব্বকালে শ্রীকৃষ্ণে লীনতাংগতঃ ।
অহো বৈরানুবন্ধেন শীঘ্রং দৈত্যো হরিং গতঃ ॥৯॥

নারদ উবাচ —

শঙ্খাসুরসুতো রাজন্নঘো নাম মহাবলঃ ।
যুবাতিসুন্দরঃ সাক্ষাৎ কামদেব ইবাপরঃ ॥১০॥

---

গাপনচাশিং অমদি শন্নাওশিংবু লোইননা লিনগী মচিন্দগী থোক্লকখি ।৬।

গোপমচাশিং অমদি শন্নাওশিং পুন্নমক অতু শিববগুম উবনদা শ্রীকৃষ্ণনা (অমৃত বর্ষিণী কৌবা অমং চেনবা নিংযেংনা যেংবীদুনা) হিংগৎচনখি, হিংচাবগী মশাদগী থোক্লকপা মঙালগী মশক ওইবা মথরায় অঙনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা নাংথাংগুন তিঙ্খি ।৭।

হে নিংথৌ, মতম অদুদা লাই পুরনরা লৈতনা লোং চুমগুম চাযওই, অসিগুম্বা ৱাকমসি বহলাম্ব নিংথৌনা তাবগা, নারদ মুনিদা মখাগী ৱাহং অসি হায়জরকই ।৮।

নিংথৌনা হায — শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিঙ্খিবা হিংচাবসি মমাংগী চহিং কনা ওইনা পোকখিবনো? অতোকইদা, য়েক্লবগী মশক ওইনা খঙ্গা ফাওবদা চংজকম পীনবীদুনা মাঙোন্দা তিঙ্খবা যংখিবসে ।৯।

নারদনা হায — হে নিংথৌ অঘ কৌবা হিংচাবসি, মপাঙ্গল কল্লবা শঙ্খাসুর কৌবা হিংচাবগী মচানি, মশক্তা মনাইদা অনিশুবা কামদেবগুম ফজবা মথোৎ কারকপা পাখং ওইনা লহানমুক্কী মগোক্লা পোকখি ॥১০।

অঘ কৌবা হিংচাবসিন, মলয় কৌবা চন্দন ফৌবা চীংদা চৎনুবদা

অষ্টাবক্রং মুনিং যান্তং বিরূপং মলয়াচলে ।
দৃষ্ট্বা জহাস তমঘঃ কুরূপোঽয়মিতি ব্রুবন্ ॥১১॥
তং শশাপ মহাদুষ্টং ত্বং সর্পো ভব দুর্মতে ।
কুরূপা বক্রগা জাতিঃ সর্পাণাং ভূমিমণ্ডলে ॥১২॥
তৎপাদয়োর্নিপতিতং দৈত্যং দীনং গতস্ময়ম্ ।
দৃষ্ট্বা প্রসন্নঃ স মুনির্বরং তস্মৈ দদৌ পুনঃ ॥১৩॥

অষ্টাবক্র উবাচ —

কোটিকন্দর্পলাবণ্যঃ শ্রীকৃষ্ণস্তু তবোদরে ।
যদা গচ্ছেৎ সর্পরূপাত্তদা মুক্তির্ভবিষ্যতি ॥১৪॥

শ্রীনারদ উবাচ —

অষ্টাবক্রস্য শাপেন সর্পো ভূত্বা হ্যঘাসুরঃ ।
তদ্বরাৎ পরমং মোক্ষং গতো দেবৈশ্চ দুর্লভম্ ॥১৫॥

---

অষ্টাবক্র কৌবা মুনিনা মথেব নিপাল থেকনা চৎপা উরুবদা, অঘোঙ্গ খাঙ্গ্রেদা হাযনা নোল্লকবে ।১১।

হে পুচেল ফত্রবা, মশক থীবা, শাজং থেকনা খোইনা চৎপদি পৃথিবীসিদা লিন্তনা তৌবনি, অহুনা যত্রবা নহাক লিন ওইবো, হাযনা মুনি অষ্টাবক্রনা শাপ তৌখি ।১২।

মুনিগী মখোংদা ভুজববা, নাপল তৌবগা থাদোক্রবা, অঘোনবগী মঙ্ত্রী ওইববা হিংচাববু উবগা পেনবীবহুনা, অষ্টাবক্র মুনিনা বর ওইনা অমুক পীবিখি ॥১৩।

অষ্টাবক্রনা হায — কাম কোটিদগী হেন্না নৌনা ফজববা শ্রীকৃষ্ণনা নংগী নবুক্তা চংবিবকপা মতমদুদ, লিনগী মশক্কগী অবানবা খুবম (মোক্ষ পদবী) ফংবা হাযবতু ওইজৌ ।১৪।

অষ্টাবক্র মুনিগী শাপ্তগী লিন ওইরুববা অঘাসুরনা, মুনিগী ববদগী অমুক হন্না লাইশিংনসু ফংডনদ্রবা অথোইবা খুবম ওইবা মোক্ষপদবী (অবানবা খুবমবু) ফংজখি ।১৫॥

অরাংপা শমথকা

## ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ।

**বৎসাসুরকমুখাম্মুক্তং ততো মুক্তং হ্যঘাসুরাৎ ।**
**শ্রুত্বা কতিদিনৈঃ কৃষ্ণং যশোদাভূত্ত্বরাতুরা ॥১৬॥**
**কলাবতীং রোহিণীং চ গোপী গোপান্বয়োধিকান্ ।**
**বৃষভানুবরং গোপং নন্দরাজং ব্রজেশ্বরম্ ॥১৭॥**
**নবোপনন্দান্নন্দাংশ্চ বৃষভানুন্ প্রজেশ্বরান্ ।**
**সমাহূয় তদগ্রে চ বচঃ প্রাহ যশোমতী ॥১৮॥**

---

মতাংসিদা গর্গ মুনিগী রাবদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা অয়াম্বব হিংচাবনা অবানবা থুবম যংবা কৌবা তরুকশুবা অধ্যায় লোইবে ।

(মশিদা শ্লোক খরা শাংথনা ইবগা থেংনকপদগী লাইবিক অনি খেন্নবগী মও, উবেলো শ্লোক খবত্থ মথাদা অমুক শমথজবি । )

বৎসাসুর, বকাসুর অমসুং অঘাসুরগী মচিন্দগী (মথুংগী) কবিংঙ্গা নওং অমদা শ্রীকৃষ্ণসি হিংলক্লবনি, মশিংথু থুমিৎ খরদংগী মনুংদা ইকান-কান্নদনা থোকখ্রিবনি, মসি তাবদা যশোদা কৌবী মমাদা অকিবা ওইখি ।১৬।

যশোদানা কলাবতী, রোহিণী, অমাম্বী গোপীশিং, অহল ওইবরা গোপশিং, বৃষভানুবর, ব্রজধামগী মপু নন্দনংথৌ, নন্দ মাপন, উপনন্দ

---

" মেংশিনগদবা অরাংপা রাফম "

পণ্ডিত পঞ্চানন তর্করত্ন সম্পাদিত গর্গসংহিতাদদি বৃন্দাবন খণ্ডগী ষষ্ঠ অধ্যায়দা শ্লোক (১৫) তরানিথাদা লোয়রে, অদুবু চৌখম্বা সংস্কৃতপ্রতিষ্ঠানগী পণ্ডিত রামতেজ পাণ্ডেয়গী গর্গসংহিতাদদি শ্লোক (২৮) কুন্নিপান্না শারগ্ন, মরম অসিদগী রাংলিবা শ্লোক খরসি হাপচিল্লবে । শ্লোক ১৩ অসি মতাংশিদা হাপ্পনমু চানবা অমদি ফজবা হেল্লে । বাঙ্গলী অনুবাদ পণ্ডিত পঞ্চাননগদদি শ্লোক ১৩ অসি মথাগী দশম অধ্যায়গী অহৌবদা ইরকনি মন্থু মতাংশিদা মরম চানা লৈবরনিনা মথাদা অমুক ইজবরোই ।

যশোদোবাচ —

কিং করোমি ক্ব গচ্ছামি কল্যাণং মে কথং ভবেৎ ।
মৎসুতে বহবোঽরিষ্টা আগচ্ছন্তি ক্ষণে ক্ষণে ॥১৯॥
পূর্ব্বং মহাবনং ত্যক্ত্বা বৃন্দারণ্যে গতা বয়ম্ ।
এতত্যক্ত্বা ক্ব যাস্যামো দেশে বদত নির্ভয়ে ॥২০॥
চঞ্চলোঽয়ং বালকো মে ক্রীরন্দুরে প্রযাতি হি ।
বালকাশ্চঞ্চলাঃ সর্ব্বে ন মন্যন্তে বচো মম ॥২১॥
বকাসুরশ্চ মে বালং তীক্ষ্ণতুণ্ডোঽগ্রসদ্বলী ।
তস্মাৎমুক্তস্তু জগ্রাহার্ভকৈর্দীনমঘাসুর ॥২২॥
বৎসাসুরস্তজ্জিঘাংসুঃ সোঽপি দৈবেন মারিতঃ ।
বৎসার্থং স্বগৃহাদ্বালং ন বহিঃ কারয়াম্যহম্ ॥২৩॥

---

নাপন, প্রজাশিংগী মপু বৃষভানু তরুকপুস্থ বৌহিনা মথোই পুন্নমকা মকন্দা নথাগী ব্রাহৈশিংশি হাযবকখি ।১৭।১৮।

যশোদানা হায — ঐগী ইচানুপা অসিদা দিবুপ থুদিংগী অদুক যাম্বা অবাবশিং অসি ভত্তনা থাক্রবসিদা, ঐনা তৌরদবসি করিনো, কদাইদা অমুক চংলগা অফবা ওইগদগে হায়রসি মযাম পুন্নমকা হাকপিয়ু ।১৯।

অহানবদা মহাবন থাদোক্তুনা ঐখোই পুন্নমক বৃন্দাবন অসিদা লাক্রবনি, হৌজিক মশিবুস্থ থাদোক্লুনা, অকি-অখং লৈবোইদোরা কর । মথম অমদা অমুক চংলসিগে, চানবীহুনা হাকপিয়ু ।২০।

অসিংদুবা ঐগী ইচা অসিস্থ মচাও থীনা চাওবা ইচানিদো, শান্ন-শানবা থাপ্পা হেক্তা মচংখিদো, ব্রজবাসগী অঙাংশিং অসিস্থ অহুমঙাই, ঐনা কনা-হাইজে হাযবহুমচাই, মখোইনা থোওইনা হাবিদে ॥২১॥

মতাক, মথৌনা, মপানল ফবরা, মচিন থৌবরা বকাসুরগী অরাবদগী লাম্ভাবকলে হাযববু, অমুক্রস্থ গোপমচা মযামগা পুন্না, অঘাসুর কৌরা হিংচাবগী গর্ভদা চংলুরবনিদো ।২২।

মমাংদা বৎসাসুর কৌরা হিংচাবনা হাৎলমগদৌবব ইচাবু মরাইদক

শ্রীনারদ উবাচ —

ইত্থং বদন্তীং সততং রুদন্তীং যশোমতীং বীক্ষ্য জগাদ নন্দঃ ।
আশ্বাসয়ামাস সুগর্গবাক্যৈর্ধর্ম্মার্থবিদ্ধর্ম্মভৃতাং বরিষ্ঠঃ ।।২৪।।

নন্দরাজ উবাচ —

গর্গবাক্যং ত্বয়া সর্ব্বং বিস্মৃতং হে যশোমতি ।
ব্রাহ্মণানাং বচঃ সত্যং নাসত্যং ভবতি কর্হিচিৎ ।।২৫।।
তস্মাদ্দানং প্রকর্ত্তব্যং সর্ব্বারিষ্ট নিবারণম্ ।
দানাৎ পরং তু কল্যাণং নভূতং ন ভবিষ্যতি ।।২৬।।

শ্রীনারদ উবাচ —

তদা যশোদা বিপ্রেভ্যো নবরত্নং মহাধনম্ ।
স্বালঙ্কারাঞ্চ বালস্য সবলস্য দদৌ নৃপ ।।২৭।।

---

হবদগী লাইগী নোংদম্বনা মাংহনবিত্রবমক্নি, হৌজিক্তি ইচা অসি শন্নাও-নচি বা অমত্তা শেলহন্নবোই. যুমদগীসু মপাল থোকহল্লবোই ।২৩।

শ্রীনাবদনা হায় — অহুম্না হাযবিবী কপ-লাওজবিবী যশোদা যেংলদুনা, ধর্ম্ম খংলবা অথোইবা নন্দনা, ধর্ম্মনিতি অর্থনিতি লোইনা খ লবা গর্গাচার্য্যগী বাবু নিংশিংহন্দুনা, যশোদাবু থেমজিন্দুনা হাযখি ।২৪।

নন্দ নিংথৌনা হায — হে যশোমতি মমাংদা হাযখিবা গর্গাচার্য্যগী বাবু নিংশিংউ, মত্থদা ঙক্কনু, ব্রাহ্মণশিংগী বাদি অবেপ্পা শোযত্রবা বাফমনি, ব্রাহ্মণশিংনা হাযখিবা বাহৈদা কবিগুম্বদা. অশোযবা-ওইদবা বাফম হ'যবত্ লৈতবনি ।২৫।

মবম অসিনা অরা-অনা পুম্মক চংবা ঙম্মদনবগীদমক নংনা দান তৌ, দান তৌবদগী অহেনবা, অকবা মঙ্গল পীবা ঙম্বা অমা, মমাংদসু ওইখিদ্রি. মতুংদসু ওইবরূবোই ।২৬।

শ্রীনাবদনা হায — হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, যশোদানা মচা বাম কৃষ্ণ অনিগী মঙ্গলগীদমক, মমল যাম্বা নব রত্ন (মনি মুক্তা প্রবালনচিংবা) অনম্থং শেংনু-ইম্বা ফি-যোললনচিংবা পোৎশক কযাবু ব্রাহ্মণশিংদা

অযুতং বৃষভানাং চ গবাং লক্ষং মনোহরম্ ।
দ্বিলক্ষমন্নভারাণাং নন্দো দানং দদৌ ততঃ ।।২৮।।

ইতি শ্রীমদ্গর্গ সংহিতায়াং বৃন্দাবন খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে অঘাসুরমোক্ষো নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ।।

✲ ✲ ✲

# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

**শ্রীনারদ উবাচ —**

অথান্যং শৃনু রাজেন্দ্র শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ ।
কৌমারে ক্রীড়নং চেদং পৌগণ্ডে কীর্ত্তনন্তথা ।।১।।

---

দান তৌখি ।২৭।

নন্দ নিংথৌনন্থ শল্লাবা লিশীং তরা, ফজবরী শনবী লক্ষ (লাক) অমা, মী লক্ষ অনিদা অন্নদান (রস তরুরা তিল্লবা চাক-ইনশাংনচিংবা) পীজ-পীথক তৌদুনা দান তৌখি ।২৮।

মতাংসিদা গর্গ মুনিগী রাবীদা, বৃন্দাবন খণ্ডঃগী মনুংদা, নারদ-মুনিগা বহুলাশ্ব নিংথৌগা ঙাংনবা অঘাসুর হিংচাববু অবানবা থুবম পীবীবা কৌবা তরুকশুবা অধ্যায় লোইরে ।

✲ ✲ ✲

**সপ্তমোঽধ্যায়ঃ**

হে বহুলাশ্ব কৌবা নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণগী অঙাং ওইরিঙৈ (কৌমার) চহি মঙাগী মনুংদা শান্নখিবা লীলাবু (পৌগণ্ড) চহি মঙাদগী তরাগী মনুংদা শীংথাবা ওইবা, অছোপ্পা রারী অসিবু তারো ।১।

**শ্রীকৃষ্ণোঽঘমুখান্মৃত্যো রক্ষিত্বা বৎসবৎসপান্ ।**
**যমুনাপুলিনং গত্বা প্রাহেদং হর্ষবর্দ্ধনঃ ॥২॥**
**অহোতিরম্যং পুলিনং প্রিয়াঃ কোমলবালুকম্ ।**
**শরৎপ্রফুল্লপদ্মানাং পরাগৈঃ পরিপুরিতম্ ॥৩॥**
**বায়ুনা ত্রিবিধাখ্যেন সুগন্ধেন সুগন্ধিতম্ ।**
**মধুপধ্বনিসংযুক্তং কুঞ্জদ্রুমলতাকুলম্ ॥৪॥**
**অত্রোপবিশ্য গোপালাঃ দিনৈকপ্রহরে গতে ।**
**ভোজনস্যাপি সময়স্তস্মাৎ কুরুত ভোজনম্ ॥৫॥**
**অত্র ভোজনযোগ্যা ভূর্দৃশ্যতে মৃদুবালুকা ।**
**বৎসকাঃ সলিলং পীত্বা তে চরিষ্যন্তি শাদ্বলম্ ॥৬॥**

---

শ্রীকৃষ্ণনা শন্নাও অমদি শনশেন্নহাশিংবু অঘাসুরগী যান্নুংদগী পুথোক্রক্তুনা, শিবম্নবা পুন্নমকপু হিংগৎহল্লগা, হবাও-ত্রযাম্বগা লোযননা যমুনা মপান্দা চৎলগা মখাগী রাহৈশিং অসি হাযখি ॥২।

হে চান্নববা মকপশা, মেংলবা থোৎলবা লৈঙোই ভাক্তনা তিল্লবা যমুনা তোর্ব্বান অসি, থোইদোক্না ফজববা অমদি পুকনিং হুনবগী মশকনি, শরৎ থাগী মকাযন্না শাৎলবা থম্বালশিংগী লৈবীক খিবিন্না তিল্লবনি ।৩।

মগুণ মখল অহুমনি খংনবিবা নুংশিৎনা (মান্দ্য—অতপ্পা) লিবি লিবিহৃম্বা নামিবা, (শৈত্য=অইংবা) শোকপতদা মৈচাক কোবহনবা, ইংহনবা, (সৌগন্ধ্য =মনম মুংশিবা) মুংশিববা মনম পুত্থনা শিৎপা লিবি হুম্বা, ইংহনবগা লোইননা মনম মুংশিহল্লবা, খোইমুশিংগী খোঞ্জেলনা নিল্লবা, উবী উনানা লৈতেংবা কুঞ্জবন্না তিল্লবনি ॥৪।

হে শঞ্জেন্নহাশা, হৌজিক অসি নুমিৎ থোবকপদগী প্রহর (যুথক) অমা হৌব্রবনি (লোইব্রবনি-চৎব্রবনি) চান-থক্নবগীসু মতম ওইববনি, মফম অসিদা ফম্নগা, চান-থক্নবা তৌবো (তৌবসি) চাবসি ।৫।

মফম অসি অমেংবা অথোৎপা লৈঙোইগী লম ওইনা উরি, যেংবদা চান-থক্নবগী সুভাইগদবা মফম ওইনা উই, শন্নাওশিং অসিসু ঈশিংনচিংবা

ইতি কৃষ্ণবচঃ শ্রুত্বা তথেত্যাহুশ্চ বালকাঃ ।
প্রকর্ত্তুং ভোজনং সর্ব্বে হ্যুপবিষ্টাঃ সরিত্তটে ॥৭॥
অথ কেচিদ্বালকাশ্চ যেষাং পার্শ্বে ন ভোজনম্ ।
তে তু কৃষ্ণস্য কর্ণান্তে জগদুর্দীনয়া গিরা ॥৮॥
বয়ন্তু কিং করিষ্যামঃ অস্মৎপার্শ্বে ন ভোজনম্ ।
নন্দগ্রামং তু দূরং হি গচ্ছামো বৎসকৈর্ব্বয়ম্ ॥৯॥
ইতি শ্রুত্বা হরিঃ প্রাহ মা শোকং কুরুত প্রিয়াঃ ।
অহং দাস্যামি সর্ব্বেষাং প্রযত্নেনাপি ভোজনম্ ॥১০॥
তস্মাদুদ্ধাব্যনিরতাঃ সর্ব্বে ভবত বালকাঃ ।
ইতি কৃষ্ণস্য বচনাৎ কৃষ্ণপার্শ্বে চ তে স্থিতাঃ ।
মুক্ত্বা শিক্যানি সর্ব্বেঽন্যে বুভুজুঃ কৃষ্ণসংযুতাঃ ॥১১॥

---

থক্তনা নাপী হিংথৌনচিংবা চাজহুনা কোযচৎ চৎচবগনি ।৬।

শঙ্গেন্নহাশিংনা কৃষ্ণগী ৱাহৈ তাবগা মহুমক ঙইৱশন্নু (হোই মহুনা ফবগনি) অহুম হাযনবহুনা মখোয পুম্নমক চান-থন্নবগীদমক যমুনা মপাল অহুদা ফমথনবে ।৭।

অসিগী তুংদা কনা কনাগুম্বা অচাপোৎ পুবক্তবা গোপমচাশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাকোংদা তুমিন্না যাম্না তোম্থবগী মতৌদা মখোযগী অচাপোৎ লৈজদবগী ৱাফমহু হাযজখি ।৮।

ঐখোযগীদি চান-থক্নবা পোৎসু য়াওৱক্তবনিনা চানিঙাই লৈতে, শন্নাও মচাশিং অসিগা লোইননা থাম্না নন্দগ্রাম য়ৌনবসু চৎকদৌরিবনি, হৌক্তিক ঐখোযনা তৌগদবসি কবিনো ।৯।

ৱাফমসি তাবগা শ্রীকৃষ্ণনা হাযবকই, হে চান্নববা মরুপশা, নখোয কবিমতা ৱারুগন্নু, নখোয পুন্নমক্কী চান-থক্নবা পোৎ পুম্নমক ঐনা য়াম্না চেকশিন্না লাংহুনা থম্নবনি, ঐনা মহু পীগনি ।১০।

মবম অসিনা হে শঙ্গেন্নহাশা নখোয় পুন্নমক্কা ঐগী ৱাকম অসি য়াবো হায়বা শ্রীকৃষ্ণগী ৱাফমশি তারবদা, কৃষ্ণগী নাক্তা ফমলিবা, অচা-অথক

চকার কৃষ্ণঃ কিল রাজমণ্ডলীং
গোপালবালৈঃ পুরতঃ প্রপূরিতৈঃ ।
অনেকবর্ণৈর্বসনৈঃ প্রকল্পিতৈ-
র্মধ্যেস্থিতো পীতপটেন ভূষিতঃ ॥১২॥

রেজে ততঃ সোঽবরগোপদারকৈ-
র্যথামরেশো হ্যমরৈশ্চ সর্ব্বতঃ ।
পুনর্যথাম্ভোরুহকোমলৈর্দ্দলৈ-
র্মধ্যে তু বৈদেহ সুবর্ণকর্ণিকা ॥১৩॥

কুসুমৈরঙ্কুরৈঃ কেচিৎ পল্লবৈশ্চ দলৈঃ ফলৈঃ ।
হস্তৈর্দৃষদ্ভিঃ শিগ্‌ভিশ্চ জক্ষুস্তে ব্রতভাজনাঃ ॥১৪॥

---

পুরবপা অভাংশিং পুন্নমক্লা, নাগী মাগী অচাপোৎ হাপ্লা শিবাশিং অত্‌ হা দোক্লনা, অতোপ্পা অচাপোৎ পুবক্লবা অভাংশিং পুন্নমক্লা লোযননা, শ্রীকৃষ্ণনচিংবা মযাম যেন্নহুনা চাম্নিন-থকম্নিন্নখি ।১১।

অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা বাজসভামণ্ডল শেম্বগুম শেম্নহুনা গোপমচাশিংবু ইকোয-কোয়না ফমহনখি, মথল-মখা যাম্লবা মচুগী ফিজেৎ ফিবোলশিং শেৎলবা গোপমচাশিংনা কোম্নবগা, মযাইদা সনাফিগে নাপু থোল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিনা ফনখি ।১২।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, বাজসভাগুম শেম্লবা সভাদো, লাই পুন্নমক্লা কোযশিল্লবা সুরাবেন (ইন্দ্রদেব) গুম নিংথিজখি, অমবোমদনা থম্বাল লৈনানা নিংথিনা য়োমশিল্লবা, সনামচু মানবা লৈবীক্লা ঝোম্বা থমচেৎকুম, গোপমচাশিংনা কোযশিল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিজখি ॥১৩।

কনানা লৈশিংনা, কনানা লৈমযোন অনৌবনা, উনানা (হৈনৌ-নানা) লৈনানা, উহৈনা, মখুৎনা, কনানা নুংপাকথক্লা অমসুং মাগী-মাগী অচাপোৎ হাপ্পবকপা শিকাদুনা, চানবা পোৎ হাপ্পফম শেম-শাড়না চান-থক্লখি ।১৪।

অসুম্না চানবিগুসিদা গোপ অভাং অমমা থুনমক শ্রীকৃষ্ণদা চাখাম

**তত্রৈকো বালকঃ শীঘ্রং কৃষ্ণায় কবলং দদৌ ।**
**কৃষ্ণস্তু কবলং ভুক্ত্বা সর্ব্বান্ পশ্যন্নিদং জগৌ ॥১৫॥**
**অন্যান্নিদর্শয় স্বাদু নাহং জানামি বৈ সখে ।**
**তথেত্যুক্ত্বা স বালশ্চ নীত্বান্যান্ কবলান্ দদৌ ॥১৬॥**
**ভুক্ত্বা তে কথয়ামাসুঃ প্রহসন্তঃ পরস্পরম্ ।**
**পুনস্তত্রাপি সুবলো হরয়ে কবলং দদৌ ॥১৭॥**
**কৃষ্ণস্তু কবলং কিঞ্চিদ্ভুক্ত্বা তত্র জহাস হ ।**
**যে ভুক্তকবলা বালাস্তে সর্ব্বে জহসুঃ স্ফুটম্ ॥১৮॥**

**বালা উচুঃ**

**যস্য মাতামহা মৃতা শৃণু নন্দকুমারক ।**
**ন জ্ঞানং ভোজনে তস্য তস্মাৎ স্বাদু ন বিদ্যতে ॥১৯॥**

---

অমা লিখি (ইনগি) শ্রীকৃষ্ণস্ত চথোম অদু চাবগা পুম্নকপু যেংলদুনা মথাদা হাযবক্কদবা রাহৈশিং অসি হাযখি ।১৫॥

হে সখা (হে মরুপ) অতোপ্পশিংদসু উংলু (মহাও থংহল্লু) ঐ ইথদু-নদি মহাও থংহৌদ্রে, (নংনা পীবিবতু অস্থক্কী মতীক হাওই হাওনে হাযবসি মথায ময়ামদস্ত থংহল্লু) অঙাংদুনসু মতুমক তৌবা চুমই হাযবদুনা অতোপ্পা অঙাংশিংদা (চথোম অমমম) পীজখি ।১৬।

অঙাং ময়ামদুনসু চথোম অমমমতু চাবগা, মতৈ মহৈ নোক-খবদুনা (হাম্নগুম্না) মহাও থংহৌদ্রে হাযনখি, অমুক্কসু সুবল কৌবা সখানা মফম-দুদগী হৌগৎলগা হবি ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা চথোম অমা ইনখি ।১৭।

শ্রীকৃষ্ণনসু সখা সুবলনা ইনবা চথোমতু খবদং চাবা (শাযবা) হৌগৎলগা বন্না নোকখি, অতুম অতম্বা চথোম অমমমতু চারগা অঙাংশিং পুম্নমক অতুস্ত যাম্না কন্না হৌনা নোকখি ।১৮।

অঙাংশিংনা হাযখি — হে নন্দগী মচা ওইবা কৃষ্ণ, তাবিয়ু মহাকী মমা পোকপা মপুবোক অদুনা পংবনা চাবদা অহাও-হাওবা খিদবনা চাবগী মহাও থংদবনি, মবম অদুদগী মহাও থংদবনি ।১৯।

ততো দদৌ চ কবলং শ্রীদামা মাধবায় চ ।
অন্যান্ সর্ব্বান্ বহুশ্রেষ্ঠং জগুঃসর্ব্বে ব্রজার্ভকাঃ ॥২০॥
পুনঃ কৃষ্ণায় প্রদদৌ কবলং চ বরূথপঃ ।
অন্যান্ বালাংস্তথা সর্ব্বান্ কিঞ্চিৎ কিঞ্চিৎ প্রযত্নতঃ ॥২১॥
ভুক্ত্বা তু জহসুঃ সর্ব্বে শ্রীকৃষ্ণাদ্যা ব্রজার্ভকাঃ ।

বালা উচুঃ —

তাদৃশং ভোজনং চাস্য যাদৃশং সুবলস্য বৈ ॥২২॥
ভুক্ত্বা তৃপ্তিমগ্নমনসঃ সর্ব্বে বয়মতঃ কিল ।
এবং পৃথক্ পৃথক্ সর্ব্বে দর্শয়ন্তঃ স্বভোজনম্ ॥২৩॥
হাসয়ন্তো হসন্তশ্চ চক্রুঃ ক্রীড়াং পরস্পরম্ ।
জঠরস্য পটে বেণুং বেত্রং শৃঙ্গঞ্চ কক্ষকে ॥২৪॥

---

অতুদগী শ্রীদান কৌবা সখানা শ্রীকৃষ্ণদা চখোম অমা পি (ইন্নি) অমসুং গোপমচা পুন্নমক্কু চখোন অমমমপী, মতুদা অযাম্বা গোপমচা-শিংনা মাগীসিদি যান্না হাওই যান্না হাওই হায়নখি ।২০।

অমুক হন্না বরূথপ কৌবা সখানা শ্রীকৃষ্ণদা চখোম অমা পিখি (ইনখি) অতোপ্পা শক্তেনহাশিং পুন্নমক্কু খবা খবা যেন্দুনা যান্না চকশিন্না চানখি ।২১॥

শ্রীকৃষ্ণনচিংবা ব্রজগী গোপমচাশিং পুন্নমক্কা চাবগী মহৈ মহৈ হবাওনা নোকখি অতুগা হায়নখি, হন্দক্কী ইতাও বরূথপগী অসিগুম্বা ইতাও সুবলগী মহাও অতুগা (চপ মান্নে) অমত্তনি ।২২।

ঐখোয় পুন্নমক্কা মাগীনা হাওই, মাগীনা মহাও খংদে (হাওদে) হায়বসিদগী পুকনিং নুঙাইনদ্রে, হন্দক্কি মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মহাও উৎনবসি-যেংনরসি হায়না তোঙান তোঙানবা অচাপোৎশিংদু যেন্নদুনা চাখি ।২৩।

অসুম্না মহৈ-মহৈ নোকমিন্নখি, শান্নমিন্নখি, শেংলিবা ফিগী পুকলোম থংবদা বাশি বেনু য়েপ্লদুনা অমসুং শক্তেনচে অমদি শৃঙ্গাবুসু নাকশা

বামে পাণৌ চ কবলং হ্যঙ্গুলীষু ফলানি চ ।
শিরসা মুকুটং বিভ্রৎ স্কন্ধে পীতপটং তথা ॥২৫॥
হৃদয়ে বনমালাঞ্চ কটৌ কাঞ্চীং তথৈব চ ।
পাদয়োর্নূপুরৌ বিভ্রচ্ছ্রীবৎসঙ্কৌস্তুভং হৃদি ॥২৬॥
তিষ্ঠন্মধ্যে গোপগোষ্ঠ্যাং হাসয়ন্‌ নর্ম্মভিঃ স্বকৈঃ ।
স্বর্গে লোকে চ মিষতি বুভুজে যজ্ঞভুগ্‌ঘরিঃ ॥২৭॥
এবং কৃষ্ণাত্মনাথেষু ভুঞ্জানেষ্বর্ভকেষু চ ।
বিবিশুর্গহ্বরে দুরং তৃণলোভেন বৎসকাঃ ॥২৮॥

---

নিংথি-নিংথিনা যেপলি ।২৪।

ওইথংবা খুৎনা চানবা পোৎপু, খুৎশাশিংনা উহৈ-রাহৈশিংবু পায়রদুনা, কোক্তা লুহুপ উপ্লদুনা, লেংবান্দা ফি নাপু মচুগী ইন্নযিবু কজ-ফজনা যানশিল্লি ।২৫।

থবাক্তা বনমালা কৌবা লৈ পাবং থোনবা, খাংদা খাঙ্গোইনা খাংলাকপী ওইনা ফাব', খোং অনিদা নূপুর থোনবা, থবাক্তা কৌস্তুভ মনি অমদি ভৃগুমুনিগী পাদচিহ্ন (তুবৈ হঙ্গৎনা হৌবা) গী খুবম পুবিবা নিংথিবরা শ্রীকৃষ্ণনি ।২৬।

শ্রীকৃষ্ণনা গোপমচাশিংগী ময়াইদা লৈবগা, মশাগী ওইবা হৈনবীনা ফাগী জাগোই তৌবদুনা, গোপমচাশিংবু হবাওহন্দুনা নোকহন্দুনা, স্বর্গদা লৈবা লাইশিং অমদি পৃথিদা লৈবা মীশিংনা অঙকপা ওইনবিবা, যজ্ঞগী পোৎলম (হবি) খিবিকপু বস (মহাও) লৌবিবা ইবুঙোনা সাখাবসবু (মকপ ওইবগী নুঙাইববু) লৌবীবি ।২৭।

শ্রীকৃষ্ণনা ডাকপি-শেনবীবিবা, ইবুঙো মাবু থৱায়মক্তি খঞবিবা গোপমচা পুম্নমক্না চাম্মিন থকমিন্নবিঙৈসিদা, শন্নাওশিংহুম্ন নাপী-হানৌ থি-থিদুনা চৎখিবনা অবাপ্পা চীংগী লোকনুং য়োখিবমই ।২৮।

শন্নাওশিংবু উবক্ত্রবদা গোপমচাশিংনা মিপান্নবা মতৌ উবদুনা কৃষ্ণনা হায়রকই, নখোয়না চক্‌না থিরুগন্ন ঐনা শন্নাওশিংবু মফমসিদা

বিলোক্য তান্ ভয়ব্রজান্ গোপান্ কৃষ্ণ উবাচ হ ।
যূয়ং গচ্ছত মাহং তু হ্যানেষ্যে বৎসকানিহ ॥২৯॥
ইত্যুক্ত্বা কৃষ্ণ উত্থায় গৃহীত্বা কবলং করে ।
বিচিকায় দরীকুঞ্জগহ্বরে বৎসকান্ স্বকান্ ॥৩০॥
তদৈব চাম্ভোজভবঃ সমাগতো
বিলোক্য মুক্তিং হ্যঘরাক্ষসস্য চ ।
দদর্শ কৃষ্ণং পুলিনে যথারুচি
ভুঞ্জানমগ্রং ব্রজবালকৈঃ সহ ॥৩১॥
দৃষ্ট্বা চ কৃষ্ণং মনসা স উচে
অয়ং হি গোপো ন হি দেবদেবঃ ।
হরির্যদি স্যাদিহ কুৎসিতান্নে
কথং রতো বা ব্রজগোপবালৈঃ ॥৩২॥

---

চমহ ব্রাত্তনা পুনর্কনি ॥২৯

শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না হ'যবগা হৌগৎলে, খুত্তা শজিক খুদাপ অমা পাহবড়না, শুক্রবা চীংনুং-লোকয়ুং, গুকা তান্না চংদুনা মশাগী ওইরা শন্না'গ্রশিংবু থিখি ।৩০।

ব্রজগী অঙাং গোপনচাশিংগা লোয়ননা, কালিন্দি (যমুনা) তুবেল নপান্দা, অচাপোৎ তল-সন্দেশনচিংববু চামিন-থকমিন্নবিবা অমদি অম বোবা হিংচাববুসু অবানবা খুবম পীনবিখিবা, শ্রীকৃষ্ণগী মওং মতৌ পুন্নমক অতু, ব্রহ্মা কৌবা লাইনা মফমদুদা লাক্লগা যেংবদা উখি ।৩১।

অসুম্না ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণগী মওং মতৌবু উবগা মবম্মাই নপুকনিংদা নংলা খল্লখি :— শ্রীকৃষ্ণ অসিদি লাইগী লাই ওইবা শ্রীহরি অদুমক্কি ওইগদবা মান্দে, মশিদি ইচম চম্বা গোপমচা অমা ওইবা তাই, শ্রীহরি ওইরগদি ব্রজগী অঙাংশিংগা লোইননা, হঙোইকঁম ওইববা চামিন-থকমিন্নদগী মতৌশিংবু কমদৌনা তৌংদগে ।৩২।

ওস্তোকপনি হে বাছলাখ নিংথৌ, অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মাযাগী শক্তিনা

ইত্যুক্ত্বা মোহিতো ব্রহ্মা মায়য়া পরমাত্মনঃ ।
দ্রষ্টুং মঞ্জু মহত্তত্ত্ব মনশ্চক্রে হ্যহো নৃপ ॥৩৩॥
সর্ব্বান্ বৎসান্বিতো গোপান্নীত্বা খেঽবস্থিতঃ পুরা ।
অন্তর্দ্দধে বিস্মিতোঽহভো দৃষ্ট্বাঘাসুরমোক্ষণম্ ॥৩৪॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গ সংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে বৎসবৎসপালহরণং নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥



শুমহৎলবা ব্রহ্মানা, মবন্নাই মপুক্লিংদা অস্নুমা খল্লগা পবমাত্মা ওইবা শ্রীহৰিগী মতাক মগুণবু যেংলগে হায়ন্না মপুক্লিংদা খনখ্রে ।৩৩।

অঘাসুৰ কৌবা হিংচাববু লানবিখিবা উকবদগী ওক্লবা (হায়বদি অচম্বা গোপ অঙাংগুম চাম্লিন থবমিন্নবা অচম্বা গোপমচা অমনা কমদৌনা-অঘাসুৰবু অমুক লানবীবা, অদুম্না ওক্লবা ব্রহ্মানা অযাম্বা গোপমচাশিং অমদি শন্নাওশিংবু মাইকৈ অমৰোমদা থৌদাক্লনা লোংশিল্লগা, মশানা অতিযাদা লৈদুনা উৎন্দনা লোংখি ।৩৪।

মতাং অসিদা গর্গ মুনিগী ৱাবীদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা, নাৰদ বহুলাশ্ব অনিনা ওাংনবা, ব্রহ্মানা শন্নাওশিং অমদি গোপমচাশিংবু হুবানবা কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইবে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদ উবাচ —

অদৃষ্ট্বা বৎসকানেত্য বৎসপান্ পুলিনে হরিঃ ।
উভৌ বিচিন্বন্ বিপিনে মেনে কর্ম্ম বিধেঃ কৃতম্ ॥১॥
ততো গবাং গোপিকানাং মুদং কর্ত্তুং স লীলয়া ।
সর্ব্বন্তু বিশ্বকৃচ্চক্রে হ্যাত্মানমুভয়ায়িতম্ ॥২॥
যাবদ্বৎসপবৎসানাং বপুঃ পাণিপদাদিকান্ ।
যাবদ্যষ্টিবিষাণাদীন্ যাবচ্ছীলগুণাদিকান্ ॥৩॥
যাবদ্ভূষণবস্ত্রাদীন্ তাবচ্ছ্রীহরিণা স্বতঃ ।
সর্ব্বং বিষ্ণুময়ং বিশ্বমিতি বাক্যং প্রদর্শিতম্ ॥৪॥

---

শ্রীনারদনা হায়খি — শন্নাওশিং অম্বাদি গোপমচাশিং অনক্ত ইরক্লবদা, যমুনা তোর্ব্বান অমদি বন থুদিংদা থিবদসু ফংলক্লবদা, লৌবিবা মতৌ অসি ব্রহ্মানা লৌবনি হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা পুক্কি দা চপ থুনা লেপখি ।১

মতুগী তুংদা জগৎপুম্ববু শেম্বীবা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নকুমৈ লীলা ওইনা, শনশিং অমদি ব্রজগোপীশিংগী নুঙাইবগীদমক (শনবী অমদি গোপীশিংগী মচা মাংখিবগী অশাবা খংদনা হায়ঙুন নুঙাইনা লৈনবগীদমক) ইবুঙো মাগী শ্রীঅঙ্গদগী (হকচাংদগী) শন্নাওশিং গোপশিংগী মশক মযাম্বু হান্নগা খেন্নবা লৈতনা পুথোকখি ॥২।

শন্নাওশিং অমদি গোপমচাশিংদুগী মখোং-মখুৎনচিবা হকচাং, মখোয মখোযনা পাইবা শঙ্গেনচৈ শৃঙ্গা বেণু অমদি মাগী মাগী লমচৎ-শাজৎ মতৌক মগুণ পুম্নমক হান্নগা চপমান্ননা (খেন্নবা লৈতনা) ইবুঙোনা পুথোকখি ।৩।

মাগী মাগী ফিজং লৈতনচিংবা পুম্নমক হান্নগুন্না খেন্নবা লৈতনা,

**আত্মবৎসানাত্মগোপৈশ্চারয়ন্‌ ক্রীড়য়া হরিঃ ।**
**প্রাবিশন্নন্দনগরমস্তমিতে রবৌ ॥৫॥**
**তত্তদ্গোষ্ঠে পৃথঙ্‌নীত্বা তত্তদ্বৎসান্‌ প্রবেশ্য চ ।**
**কৃষ্ণোঽভবত্তদাত্মা তত্তদ্‌ গেহং প্রবিষ্টবান্‌ ॥৬॥**
**শ্রুত্বা বংশীরবং গোপ্যঃ সম্ভ্রমাচ্ছীঘ্রমুত্থিতাঃ ।**
**পয়াংসি পায়য়ামাসুর্লালয়িত্বা সুতান্‌ পৃথক্‌ ॥৭॥**
**স্বান্‌ স্বান্‌ বৎসাংস্তথা গাবো রম্ভমাণা নিরীক্ষ্য চ ।**
**লিহন্ত্যো জিহ্বয়াঙ্গানি পয়াংসি চ হ্যপায়য়ন্‌ ॥৮॥**

---

ইবুংঙোগী পুক্নিংনা ওইহনগে নিংবত্তা ওইহনবা অসিনা জগৎ পুম্নমক অসি শ্রীবিষ্ণুগী মশকনি, বিষ্ণু মাতনা পুম্নমকাস ওইবনি হায়বসি উৎপিবি ॥৪।

শ্রীকৃষ্ণনা, নশানা ওইবা শন্নাও অমদি গোপমচাশিংবু ডাক-শেন্দুনা অমত্তা ৱাক্তুনা মহৈ মহৈ শান্ন-কুমৈ তৌনা তৌনা, নুমিৎ তাংদবগা অস্তাচল কোবা টাং তম্লব্রবদা (শঙ্গারকপা নতম খৌবল্লবদা) নন্দগী সঙ্গায় চান্না লাকখি ।৫।

শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা শন্নাওশিংসু মাগী মাগী শংসোন্দা থোঙান থোঙান্না হোইজিন্দুনা চনখি, অমদি শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা গোপমচাশিং অহুসু মাগী মাগী মযুম তম্না তম্না চংনখি ।৬।

বাশী খোংলকপা তাবদা ব্রজগোপীশিংনা পুন্না থনা থোইংখি অহুবু ওন্ন-তৈনবম্বদগী (গোপচাশিংনা খোংবা ওইবন্দগী) মাগী মাগী মচাশিংবু থোঙান-থোঙান চেৎনা-চান্না থুংশিনা শঙ্গোন্নজিবা শীজ পীথকখি ।৭।

শনবীশিংনসু মাগী মাগী শন্নাওশিংবু হন হন হাযনা খোলদুনা মথাদা কোনশিন্দুনা, মবৈনা লেকপিদুনা মখোম পীথকখি, (ব্রজ গোপী-শিং অমদি শনবীশিংনা হৌন্নদগী অমুক্কা হেন্না থুংশিবা প্রেম লৈবিবসি —জগৎ অসিদা থাইদগী হেন্না থুংশিবসি মশা-মশাগী আত্মা (থরায়) অহুবনি, শ্রীকৃষ্ণদি থরায় অহুসকনি, থরায ওইবা কৃষ্ণনা ওইবদগী অমুক্কা হেন্না প্রেম লৈবনি) হায়বসি উংলি ।৮।

অন্তবন্মাতরঃ সর্ব্বা গোপ্যো গাবো হরেরহো ।
অতিস্নেহঞ্চ ববৃধে পূর্ব্বতো হি চতুর্গুণম্‌ ॥৯॥
স্বপুত্রান্‌ লালয়িত্বা তু মজ্জনোম্মর্দ্দনাদিভিঃ ।
পশ্চাদ্গোপ্যশ্চ কৃষ্ণস্য দর্শনং কর্ত্তুমাযযুঃ ॥১০॥
অনেকানাস্তু বালানামুদ্বাহাঃ কৃষ্ণরূপিণাম্‌ ।
বভূবুস্তা ব্রজে বধ্বো রতাঃ কৃষ্ণে তু কোটিশঃ ॥১১॥
বৎসপালমিষেণাপি স্বাত্মানং হ্যাত্মনা হরেঃ ।
পালিতো বৎসরশ্চৈকো বভূব ব্রজমণ্ডলে ॥১২॥
স রামশ্চৈকদা বৎসাংশ্চারণ্যঞ্চারয়ন্‌ যযৌ ।
হায়নাপূরনীধত্র পঞ্চষাসু চ রাত্রিষু ॥১৩॥

---

ওন্তোকপনি, ব্রজগোপীশিংসু শনবীশিংসু শ্রীকৃষ্ণগী মমা ডাক্তা ওইখবে, (কৃষ্ণনদি মচা পুম্নমক্কী মশক ওইথ্রবনিনা) হান্নগী মচা নুংশি-বগী মশক অদু গোপীশিংসু শনবীশিংসু শরুক মবি হেন্না থোইনা নুংশিখি ।৯।

মাগী মাগী মচাশিংবু লুনা-চান্না তৌত্বনা মশা মউ শিং-নানবীত্বনা, ঈক-মাইথজত্বনা মুংশিনা লুনা চান্না তৌরবা তুদা, গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু যেংউগে খন্দুনা (নন্দগী সঙ্গায়দা) লাকখি ।১০।

শ্রীকৃষ্ণনা ওইবিবা গোপমচাশিংনা লুহোং কৈহোংনবে, কোটি কোটি ওইবা ব্রজবধূ (ব্রজগী মৌ) শিংনসু, শ্রীকৃষ্ণনা ওইবা মপুরোইবা গোপ মচাশিংগা লোয়ননা বত্তি লৈবা (পুকনিংচ বা) ওইখি ।১১।

মত্তৌ তাঙ্গুম্না শনশেন্নবা শাথিত্বনসু শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণনা মশানা মশাবু ডাক-শেন্দুনা, (মশানা ওইবা শনশেন্নহা অমদি মশানা ওইবা শন্নাওশিংবু ডাক-শেন্দুনা) ব্রজমণ্ডলদা লৈবকপনা চহি অমা ফাবক্লে ।১২।

নোংমদি বলধামনা শান্নাওশিংবু শেন্না শেন্না বন্দা চৎখি, মতাং অসি ব্রহ্মানা শন্নাও অমদি গোপমচাশিংবু হুবগা থৈত্রনা থমখিবগী চহি অমা ফাংদবা অহিং মঙা তরুকনি (নুমিং মঙা তককনি) য়াংলিবা মতমনি ।১৩।

তত্রাপি দূরাচ্চরতশ্চ গাবো
বৎসানুষব্রজ্যগিরেশ্চ শৃঙ্গাৎ ।
লিহন্তি চাঙ্গানি বিলোকয়ন্ত্যো
হ্যপায়য়ংস্তা অমৃতানি সদ্যঃ ॥১৪॥
গোবর্দ্ধনাদধো বৎসান্ পীতদুগ্ধান্ বিলোক্য চ ।
স্নেহাবৃতাঃ স্থিতা গাশ্চ গোপালা দদৃশুনৃপ ॥১৫॥
ততঃ ক্রোধেন মহতা পর্ব্বতাদবতীর্য্য চ ।
তাড়নার্থে সুপুত্রাণামাজগ্মুঃ কচ্ছতো দ্রুতম্ ॥১৬॥
যদা গতা সমীপে তু পুত্রাণাং গোপনায়কাঃ ।
স্বান্ স্বান্ সুতাংস্তদোন্নীয় হ্যঙ্কে কৃত্বা মিলন্তি বৈ ॥১৭॥
যথা যুবানো বৃদ্ধাশ্চ স্নেহাদশ্রুপরিপ্লুতাঃ ।
স্বান্ স্বান্ পৌত্রান্ গৃহীত্বা তু হ্যপবিষ্টা মিলন্তি হি ॥১৮॥

---

বন অত্নদা লৈবা চাংগী মথক্তা শজিক চাবগ্না শনবীশিংনা অথাপ্পদা শম্লাওশিংনা শজিক চাবা উবত্নুনা, মচাশিংগী মনাক তাম্না চেল্লরুগা মচা-শিংবু মবৈনা লেকপিবগা লোযননা অমৃত পীথকখি ।১৪।

হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, গোবর্দ্ধণগী চিংখাদা (চীংখোংদা) শনবীশিংনা মচাশিংবু যাম্না নুংশিনা চাম্না তৌবগা লোযননা মচাশিংবু মখোম পীথক্তুনা লৈবিবত্নু শন শেল্লিবা গোপ অহন-লম্মনশিংনা উখি ।১৫।

মতু উবদা গোপশিং অত্নুনা অশাওবগা লোযননা মচাশিংবু (গোপ মচাশিংবু) যৈগে চৈগে খন্না (শনবী শেল্লিবা অহনশিংনা, মতম চাদনা শঙ্গোম পীথকপ্রবদি শঙ্গারগা শঙ্গোম শুম্বা য়াববোই খন্দুনা) থুনা য়াংনা চীংথক্তগী কুমথবকখি ।১৬।

অত্নুমদি ওইবগা গোপ লুচিংবশিংত্নুনা মচা মচাগী মনাক যৌবগদি, মচা নুংশিবনা খুত্নুম চন্দুনা, মাগী মাগী মচাশিংবু মতমপাক্তা পমখত্নুনা লুনা চান্না তৌখিখি ।১৭।

গোপ নহা, অমদি অহল লম্মনশিং, পুন্নমকী মমিক্তা নুংশিবগী পিনা

এবং প্রেমপরান্ সর্ব্বান্ দৃষ্টা সঙ্কর্ষণো বলঃ ।
বহুপ্রকারং সন্দেহং কৃত্বা মনসি সোঽব্রবীৎ ॥১৯॥
অহো কিং বৎসরাৎ প্রাপ্তো ন জ্ঞাতোঽপি ব্রজে ময়া ।
অতিস্নেহস্তু সর্ব্বেষাং বর্দ্ধতে চ দিনে দিনে ॥২০॥
কেঽয়ং মায়া সমায়াতা দেবগন্ধর্ব্বরাক্ষসাম্ ।
নান্যা মে মোহিনী মায়া বিনা কৃষ্ণস্য সাম্প্রতম্ ॥২১॥
এবং বিচার্য্য রামস্তু লোচনে স্বে ন্যমীলয়ৎ ।
ভূতং ভব্যং ভবিষ্যঞ্চ দিব্যাক্ষাভ্যাং দদর্শ হ ॥২২॥
সর্ব্বান্ বৎসাস্তথা গোপান্ বংশীবেত্রবিভূষিতান্ ।
বর্হিপক্ষধরান্ শ্যামান্ ভৃগুঙিঘ্র কৃতকৌতুকান্ ॥২৩॥

---

মিৎলুদা থুম্নখি, অমনুং মচা মচাশিংতুগা তিন্ন-তোৎনতুনা ফমখি ।১৮

অসুম্না সঙ্কর্ষা-ভগবান বলদেবনা, (গোপ অমদি গোপমচা, শনবী অমদি শন্নাও) পুম্নকনা, থোইদোকপা চান্ন-চিন্নবা নুংশিনবদু উবগা মপুক-নিংদা চিংনবগা লোযননা, মবন্নাই মপুকনিংদা মখল মখা যাম্না খনখি ।১৯।

ওহ্নোকপনি, চহি অমবোম অসিদা ওইদিদা ব্রজপুবগী মওং অসে, শনবী-শন্নাও, গোপ-গোপী পুম্নমকশিনা নোংমা নোংমগী ওইনা নুংশি-চন্নবা, হুনা তিন্ন-ত্তোৎনবা হেনগৎলবলিবা মত্তৌসি কবিনা ওইগববা ঐ খংদ্রে ।২০।

মশিবু কনানা ত্তৌবিবা মযানো ' লাইনবা, গন্ধর্ব্বশিংনরা, নত্রগা হিচাবশিংনবা '' মশিলক্তি ঐগী ইনাওম্নুপা কৃষ্ণগী মহৌশানা ওইবী মোহিণী কৌবী (তাইবং শুমহৎপী) মাযানা নত্তনা অমনদি ওইগনি নিংদে ।২১।

বলদেবনা রাখল অসি খল্লতুনা, মিৎ অনি উইশিন্দুনা যেংখিবদা তৌগ্রবা, হৌজিক ওইবিবা, অমদি তুংদা ওইবক্কবা খিচিকপু দিব্যচক্ষু (লাইগী ওইবা মিৎযেংনা) পুম্নমক উত্রে ।২২।

শন্নাও পুম্নমক, শনশেন্নহাশিং পুম্নমক, বাশী, শনশেনচৈ পান্নবনু

জালকানাং মণীনাঞ্চ গুঞ্জানাং স্রগ্‌ভিরেব চ ।
পদ্মানাং কুমদানাঞ্চ হেমাং স্রগ্‌ভির্ব্বিভূষিতান্‌ ।।২৪।।
উষ্ণীষৈর্ম্মুকুটৈর্দ্দিব্যৈঃ কুণ্ডলৈরলকৈর্বৃতান্‌ ।
আনন্দবর্দ্ধান্‌ কুর্ব্বাণাঙ্গুরৎপদ্মদৃশৈরপি ।।৫।।
কোটিকন্দর্পলাবণ্যান্‌ নাসামৌক্তিকশোভিতান্‌ ।
শিখাভূষণসংযুক্তান্‌ পাণিভূষণভূষিতান্‌ ।।২৬।।
দ্বিভূজান্‌ পীতবস্ত্রেশ্চ কাঞ্চীকটকনুপুরৈঃ ।
প্রভাতরবিকোটিনাং শোভাভিঃ শোভিতান্‌ শুভান্‌ ।।২৭।।

---

রান্দো মতু থেংলিবা, কুচু শংবানবা, চীংগী অৱাংবা মফম (ভৃণ্ড) দগী কুমথবক্তুনা চীংখোং চীংযাদা শান্নবিবা ।২৩।

কদম মপাল পবেং, মনি পবেং গুঞ্জমালা পবেং (চ-নিং মৈই পবেং) থম্বাল পবেং থবোনচিংবা মনম হুংশিববা লৈশিংগী পবেং কয়া-কয়ানা লৈতেংলিবা ।২৪।

কোক্তা ফজ-ফজববা কোযেৎ লুহপনচিংবা উপলিনা, নাদা কুণ্ডল নাযিন যানবা, শমজোযশিংনা মাইথোংদা কোয়না ঙাকিবা, শরৎ-ঋতুদা শাৎপা থম্বালগুম্বা মিংম্নানা তমজবা মিংযেংদা, নুডাইবগী নোংলিরা নোংখোং হুইনা চুথবগুমলিবা ।২৫।

কাম কোটিগী মঙালগুম লংলবা মুক্তাগী নাশিকানা নাতোন্দা লৈতেংলিবা, নিংথিনা লৈতেংলবা শিখাগী শমলাং, খুৎ-শা পাম্বাম্নচিংবদা লৈতেং কয়ানা লৈতেংলিবা ।২৬।

পাম্বোম অনি পানবা, সনাফিগে নাপু থোনবা, খাংলাক-খাঙ্গোযন-চিংবা অমদি খোংদা থোল্লিবা নুপুরনচিংবনা নিংথিজবিবা, অযুক্তা থোক্লকপদা ঙাইবিবা নুমিৎ কোটিগী মঙাল পুবিবা, যাইফ-মঙ্গলগী মশক এইবা ।২৭।

গোবৰ্দ্ধন চীংগী অৱাং থংনা, যমুনা তুরেলগীনা মথা থংবদা লৈরিবা, বৃন্দাবন কৌবা বন অসিদা উবিবা পুন্নমকপু, লাঙ্গোল কৌবা খুৎলাইবু

উত্তরো গিরিরাজস্য যমুনায়াশ্চ দক্ষিণে ।
আচষ্ট বৃন্দকারণ্যে সর্ব্বান্ কৃষ্ণং হলায়ুধঃ ॥২৮॥
জ্ঞাত্বা কৃষ্ণকৃতং কর্ম্ম তথা বিধিকৃতং বলঃ ।
পুনর্ব্বৎসান্ বৎসপাংশ্চ পশ্যন্ কৃষ্ণমুবাচ হ ॥২৯॥
ব্রহ্মানন্তো ধর্ম্ম ইন্দ্রঃ শিবশ্চ
সেবন্তে ত্বং ভক্তিযুক্তাঃ সদৈতেঃ ।
স্বাত্মারামঃ পূর্ণকামঃ পরেশঃ
স্রষ্টুং শক্তঃ কোটিশোঽণ্ডানি যঃ খে ॥৩০॥

শ্রীনারদ উবাচ —

এবং ব্রুবতি শ্রীরামে তাবত্তত্রাগতো বিধিঃ ।
দদর্শ কৃষ্ণং রামঞ্চ বৎসকৈর্ব্বৎসপৈঃ সমম্ ॥৩১॥
অহো কৃষ্ণেন চানীতা যত্র সর্ব্বে ধৃতা ময়া ।
ইতি ব্রুবন্ যথৌ স্থানে তত্র সর্ব্বান্ দদর্শ সঃ ॥৩২॥

---

খুংনাই ওইনা পাযবা বলদেবনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ভাক্ত ওইনা উখি ।২৮।

ওইবিবা মওং মতৌশিং পুন্নমক অসি শ্রীকৃষ্ণ অমদি ব্রহ্মা অনিনা ৫ৌবা থবকনি হাযবসি বলদেবনা নিংথিনা খংলত্তুনা অমুকহন্না শন্নাওশিং অমসুং শঞ্জেন্নহাশিং পুন্নমকপু যেংলগা কৃষ্ণগী মফমদা হাযখি ।২৯।

ব্রহ্মা, অনন্ত, ধর্ম্ম কৌবা লাই, ইন্দ্র, মহাদেব কৌবা লাই পুন্নমক অসিনা ভক্তিগা লোযননা নহাকপু থৌগল্লিবনি, নহাক্তি নবন্নাই নথন্নতা নুগাইবনি, নিংবা থুংদবা হায়বন্থু লৈতবনি, পুন্নমক্তুগী অথোইবনি, কোটি কোটি ওইবা ব্রহ্মাণ্ডবু অতিয়াসিদা শেম্বা ঙম্বনি ।৩০।

নারদনা হায —

অসুম্না বলরামনা হায়রিঙৈসিদা মফমতুদা ব্রহ্মানা লাকখি, মতুদা শন্নাওশিং অমদি শনশেন্নহাশিংগা লোইননা লৈবা কৃষ্ণ অমসুং বলরামবু ব্রহ্মানা উখি ।৩১।

ওহোঁকপনি, ব্রহ্মা ঐনা শন্নাও অমদি গোপমচাশিং পুন্নমকপু পুত্নুনা

দৃষ্ট্বা প্রসুপ্তান্ সর্ব্বাংস্তু স আগত্য ব্রজে পুনঃ ।
বৎসপালৈস্ত্বিং বীক্ষ্য মনসি প্রাহ বিস্মিতঃ ॥৩৩॥
অহো বিচিত্রং মে সর্ব্বে কুত্র স্থানাৎ সমাগতাঃ ।
ক্রীড়ন্তো পূর্ব্ববচ্চাত্র সাকং কৃষ্ণেন ক্রীড়নৈঃ ॥৩৪॥
মৎ ক্রটির্বৎসরশ্চৈকো বৎতীতোঽভূন্ মহীতলে ।
সর্ব্বে প্রসন্নতাং প্রাপ্তা ন জ্ঞাতো কেনচিৎ ক্বচিৎ ॥৩৫॥
এবং সম্মোহয়ন্ ব্রহ্মামোহনং বিশ্বমোহনম্ ।
স্বমায়য়ান্ধকারেণ স্বগাত্রং নৈব দৃষ্টবান্ ॥৩৬॥
বৎসপালাপহরণাৎ কিমভূজ্জগতঃ পতেঃ ।
অহো খদ্যোতবদ্ বেধা শ্রীকৃষ্ণরবিসন্মুখে ॥৩৭॥

---

লোংপনি অদুবু কৃষ্ণনা মফমশিদা পুন্নমক অদু পুবক্লবোইবে৹ অসুম হাযদুনা হান্নগী মফমদা (লৈবিরা য়েংবা) চৎখি, অদুবু পুন্নমক কাযদনা অতুমক লৈবা উখি ।৩২।

ব্রহ্মানা শুমদুনা ভুমদুনা লৈবিবা পুন্নমকপু উবগা অমুক হন্ন। ব্রজদা লাকপদসু শ্রীহরিগা (কৃষ্ণগা) লোযননা লৈবিবা অযাম্বা গোপ অমদি শন-শিং উবগা মপুকনিংদা অঙকপগা লোযননা হাযখি (খনখি)।৩৩।

ওন্থোক্লা অঙকপা হাযবদুনি, মখোয পুন্নমক (গোপমচা অমদি শন্নাওশিং) অসিনা মতৌকবন্না মফমদুদগী লাক্লুনা৹ হান্নগুম্না শ্রীকৃষ্ণগা লোযননা মফমশিদা শান্না-কুম্মৈ তৌবরিবনো ? ।৩৪।

ব্রহ্মা ঐগীদি মিংকুপ অমখক্তা ওইরবসু পৃথিবীদা লৈবিনশিংগীদি চহি অমা হৌরবনি, অসি ফাওবদা কনাগুম্বা অমত্তনসু করিগুম্বা অমত্তা খংদবগুম মুডাইনা শান্নদুনা লৈবি ।৩৫।

অসুম্না ব্রহ্মানা ঙকশ্রদুনা, তাইবংপান পুন্নরবপু শুমহৎপা ঙম্বা মবুঙো ফাওববু শুমহৎকে (ঙকহনগে) খল্লদুনা শুমহৎ-ঙকহল্লবদা৹ মশাগী মাযাগী অমম্বদুনা মশামক্কী হকচাং ক্লাওবা উবা ফংখিদরে ।৩৬।

গোপমচা অমদি শন্নাওশিংবু হুরাল্লুরবা (হুবা ঙম্বা) ব্রহ্মাগী মতীক্লা৹

এবং বিমুহ্যতি সতি অতীব তে চ ব্রহ্মণি ।
স্বমায়াং কৃপয়াকৃষ্য কৃষ্ণঃ স্বং দর্শনং দদৌ ।।৩৮।।
এবং তত্র সকৃদ্‌ব্রহ্মা স্মোরৎস্নান্‌ গোপদারকান্‌ ।
সর্ব্বানচষ্ট শ্রীকৃষ্ণং ভক্ত্যা বিজ্ঞানলোচনৈঃ ।।৩৯।।
দদর্শাথ বিধিস্তত্র বহিরন্তঃ শরীরতঃ ।
স্বাত্মনা সহিতং রাজন্‌ সর্ব্বং বিষ্ণুময়ং জগৎ ।।৪০।।
এবং বিলোক্য ব্রহ্মা তু জড়ো ভূত্বা স্থিরোঽভবৎ ।
বৃন্দাবন্‌বৃন্দকারণ্যে প্রদৃশ্যেত যথাতথা ।।৪১।।
স্বাত্মনো মহিমাং দ্রষ্টুং হ্যনীশোঽপি চ ব্রহ্মণি ।
চচ্ছাদ সপদি জ্ঞাত্বা মায়াজবনিকাং হরিঃ ।।৪২।।

---

জগৎ পুম্নমক্কী মপু শ্রীকৃষ্ণদা করিবু তৌবা ভমখিগদগে, ওন্থোকপনি, নুমিৎকি মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মঙান্দা ব্রহ্মাদো তন্দনগুমখবে ।৩৭।

অদুম্না ব্রহ্মানা অংকপা ফ লদুনা, পংশিনবা ফকচিল্লবগী মওং ওইব- নদা, শ্রীকৃষ্ণনা খোজানবীদুনা, মাগী মাযাবু লৌথোকপিদুনা ইবুঙো মাবু উজবা ঙম্বা পীনবিখি ।৩৮।

অদুম্না শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংলবা ব্রহ্মানা মফমদুদা লৈরিবা শন্নাওশিং গোপমচাশিং পুম্নমক্কা লোইননা লৈবিবা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তিগা লোইনবা জ্ঞান দৃষ্টিনা (থোইদোকনা উদ-খংদ লৈত্রবা মিৎযেংনা) য়েংজখি ।৩৯।

হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, মফমদুদা ব্রহ্মানা মশাগী মঙং মপাল অনিমক্কা লৈবিবা, মশাগী আত্মাগা লোইননা জগৎ পুম্নমক অসিবু শ্রীবিষ্ণুতগী মশক ওইনা উখি ।৪০।

অদুম্না য়েংলকপদা ব্রহ্মানা, বৃন্দাবনগী মফম খুদিং য়েংলুবদা, মনিং তৌনা লৈবিবা বৃন্দাদেবীগুম, পুম্নমকপু উকবদা খংডা উকবা ঙমদবা, জ্ঞানা লাম্বা ফংলবদগী অপংবা অককপগুম্না লৈখি ।৪১।

অদুম্না ইবুঙো মাগী মতিক মগুনবু ব্রহ্মানা য়েংজবা ঙমজদবা, মাগী জ্ঞানা লাম্বা ফংজদবগী ফকচিল্লিবা মতৌদু শ্রীহরিনা খংবী উবীদুনা খুদক্ত ।

ততঃ প্রলম্বনয়নঃ স্রষ্টা সুপ্ত ইবোত্থিতঃ ।
উন্মীল্য নয়নে কৃচ্ছ্রাদ্দদর্শেদং সহাত্মনা ॥৪৩॥
সমাহিতস্তত্র ভূত্বা সদ্যোঽপশ্যদ্দিশো দশ ।
শ্রীমদ্‌বৃন্দাবনং রম্যং বাসন্তীলতিকান্বিতম্‌ ॥৪৪॥
শার্দ্দূলবালকৈর্যত্র ক্রীড়ন্তি মৃগবালকাঃ ।
শ্যেনৈঃ কপোতা নকুলৈঃ সর্পা বৈরবিবর্জ্জিতাঃ ॥৪৫॥
ততশ্চ বৃন্দকারণ্যে সপাণিকবলং বিধিঃ ।
বৎসান্‌ সখীন্‌ বিচিন্বন্তমেকং কৃষ্ণং দদর্শ সঃ ॥৪৬॥
দৃষ্ট্বা গোপালবেষেণ গুপ্তং গোলোকবল্লভম্‌ ।
জ্ঞাত্বা সাক্ষাদ্ধরিং ব্রহ্মা ভীতোঽভূৎ স্বকৃতেন চ ॥৪৭॥

---

ইবুঙো মাগী মাযা জবনিকা (মাযাগী যুখল) হাংদোকপিখি ।৪২।

অতুগী তুংদা ব্রহ্মানা ঈশ্বরবু (কৃষ্ণবু) উজবা ফংজববদা তুমলুবদগী হৌগৎলকপগুম যান্না রানা মমিৎ পাংথোকচত্লনা হান্না উকত্রবা মশাগা লোযননা মফম পুম্নমকপু উজখি (যেংজখি) ।৪৩।

মফমত্লদা ব্রহ্মানা খুদক্তা রাখল পুকনিং অমত্তা ৎইনা মাইকৈ তবামক্তা যেংখিবদা, যসন্তনা থোগনবী উবী উনানা তিল্লবী, নিংথিজববী শ্রীবৃন্দাবনবু উজবা ফংখি ।৪৪।

মফমত্লদা কৈমচাগা শজিমচাগা পুন্না শান্নমিন্নবা, খুন্নশিংনা খুমুখবং-শিংগা, বৈবোইশিংগা লিনশিংগা, পুন্না পুন্না মহৈ মহৈ যেরুবগী রাখল য়াওদনা চান্ন-চিন্ননা শান্নমিন্নবি ।৪৫।

অত্লদগীদি খুত্তা শজিক খুদাপ পাযবত্লনা (ব্রহ্মানা লোৎশিনখিবা) শন্নাওশিং অমদি গোপসখাশিংবু, বৃন্দাবনগী মনুংদা কোযচৎ চত্তনা থিরিবা, মতোমতা ভাইরবা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মানা উখি ।৪৬।

গোলোকধামগী চান্নথোইবা মবুঙোনা তশেংনা গোপমচাগী ফিজেৎ শেৎলত্লনা খুপ্না শান্নরিবা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু উবগা তশেংবা জগৎপুম্বগী মবুঙোনি খংলত্লনা অমদি মানা তৌখিবা মবালবু নিংশিংবগা লোযমনা

তং প্রসাদয়িতুং রাজন্ জগ্মত্তং সর্ব্বতো দিশম্ ।
লজ্জয়াবাঙ্মুখো ভূত্বা হ্যবতীর্য্য স্ববাহনাৎ ॥৪৮॥
শনৈরুপসসারেশং প্রসীদেতি বদন্মনন্ ।
স্রবদ্বর্ষাশ্রুদত্তার্ঘঃ স পপাতাথ দণ্ডবৎ ॥৪৯॥
উত্থাপ্যাশ্বাস্য তং কৃষ্ণো প্রিয়ং প্রিয় ইব স্পৃশন্ ।
সুরান্ সুভুবি দূরস্থানালুলোক সুধার্দ্রদৃক্ ॥৫০॥
ততো জয় জয়েত্যুচ্চৈঃ স্তুবতাং নমতাং সমম্ ।
তদ্দয়াদৃষ্টদৃষ্টানাং সানন্দঃ সংভ্রমোঽভবৎ ॥৫১॥
দৃষ্ট্বা হরিং তত্র সমাস্থিতং বিধি-
র্ননাম তং ভক্তমনাঃ কৃতাঞ্জলিঃ ।
স্তুতিং চকারাশু স দণ্ডবল্লুণ্ঠন্
প্রহৃষ্টরোমা ভুবি গদ্গদাক্ষরঃ ॥৫২॥

---

বন্দাদা কিরকলে ।৪৭।

হে নিংথৌ, মাইকৈ পুম্নমকপু ঙানহল্লিবা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবীনবগী-দমক মশাগী শাদোং (বাংও) দগী কুমথবগা ইবাইবগা লোইননা ব্রা ঙাংদনা নক্নুকতুনা লৈখি ।৫৮।

ব্রহ্মানা ঈশ্বরগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা "থৌজানবীযু অস্লম ঢাবনা নোমুক্লা তপ্লা তপ্লা চংশিন্লক্লনা, মমিত্তগী ভাবকপা পিনা নোংজুগী ঈশি না অগা (চেং লৈ ঈশিংনা পূজা) কংপঙ্লা দণ্ডবৎ ভানা (লৈবাক্তা চেণ্ড হাবগুম্না) খুকুমজখি ।৪৯।

চান্নবা মকপ্লা মকপ্ল শোক্ক-শন্নবা কান্নবগুম শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু 'কানখৎ-হৌগৎপিত্বনা' মপুকনিং তপথহনবীত্রনা অমৃত চেন্নবা মিৎযেংনা ব্রহ্মাবু অমদি থাপ্লা লেপলিবা লাইশিংবুস্ত যেংবীখি ।৫০।

অতুগী তুংদা লাই পুম্নমক্লা চপমন্ননা খোঙ্গল ব্রাংনা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরে হায়না নৈশি-শৈথোঙ্গতুনা খুকুমজখি, ইবুঙো মাগী চানবীবা মিৎযেংনা রেংবীবদা ইকাইখুম্নবগা লোইননা নুঙাইবা ফংজখি ।৫১।

ইতি শ্রীমদগার্গ সংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডে নারদ বহুলাশ্ব সংবাদে
শ্রীকৃষ্ণদর্শনবর্ণনং নামাষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥

✲ ✲ ✲

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## নবমোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীব্রহ্মোবাচ —

কৃষ্ণায় মেঘবপুষে চপলাম্বরায়
পীয়ূষমিষ্টবচনায় পরাৎপরায় ।
বংশীধরায় শিখিচন্দ্রকয়ান্বিতায়
দেবায় ভ্রাতৃসহিতায় নমোঽস্তু তস্মৈ ॥১॥

---

হৌবি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবৃন্দাবন অদুদা লেংদনা লৈবী হায়বসি উবদুনা ব্রহ্মানা ভক্তিগা লোয়ননা মথুং লোন্নবদুনা খুরুমজখি, হৌবাও তুজুংবদগা ৱাহৈ মচেক মচেক ওইনা হীক্রা ওন থোইনা দন্দবৎ প্রণাম তৌবদুনা লৈশি লৈথোক্লখি ।৫২।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ৱাবীদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা নারদ বহুলাশ্ব অনিনা ৱাংনবা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু উজবা কৌবা নিপানশুবা অধ্যায় লোইবে

✲ ✲ ✲

### নবমোঽধ্যায়ঃ

ব্রহ্মানা হায়খি — নোংমচু মানবা হকচাংদা তথক্কা লংলবা ম্নাফিগে থোনবা, অমৃতগুম্নবা ৱাথং (ৱাঙাং) ওইবা, লাইশিংদগী অথোইবা, খুত্তা বাশি পায়বা, থা মচেৎ মানবা, ৱাহোং মতুনা চূড়া ওইনা থেংপা, লাই ওইবা, শ্রীকৃষ্ণ কৌবা, মযাম্বুং বলদেবগা লোয়নবা ইবুঙো নহাকপু খুরুমজে ।১।

কৃষ্ণস্তু সাক্ষাৎ পুরুষোত্তমঃ স্বয়ং
পূর্ণঃ পরেশঃ প্রকৃতেঃ পরো হরিঃ ।
যস্যাবতারাং শকলা বয়ং সুরাঃ
সৃজাম বিশ্বং ক্রমতোঽস্য শক্তিভিঃ ॥২॥

স ত্বং সাক্ষাৎ কৃষ্ণচন্দ্রাবতারো
নন্দস্যাপি পুত্রতামাগতঃ কৌ ।
বৃন্দারণ্যে গোপবেশেন বৎসান্
গোপৈস্তু শ্চারয়ন্ ভ্রাজসে বৈ ॥৩॥

হরিং কোটিকন্দর্পলীলাভিরামং
স্ফুরৎ কৌস্তুভং শ্যামলং পীতবস্ত্রম্ ।
ব্রজেশস্তু বংশীধরং রাধিকেশং
পরং সুন্দরং তং নিকুঞ্জে নমামি ॥৪॥

---

শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙোদি, শংশংবা, তশেংনা মতোমতা ওইবা, নিপা অথোইবা, মপুংফাবা শক্তিনা তিনবা, নিনফম ওইবা, প্রকৃতিদগী তোঙানবা (মায়া চংদবা) শ্রীহরিনি, লাইরেথোয় পুন্নমক্না নংগী অবতার অংশ কলা হায়তুনা শরুক মচেৎনা ওইবনি৹ নংগী শক্তিনা মপাং শিংনা তাইবংপানবু শেমদুনা লৈবীরিবা ইবুঙো নহাকপু থুকমজে ।২।

অসিগুম্বগী ইবুঙো নহাক্না শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র হায়না অবতার তৌদুনা পৃথিবীসিদা নন্দগী মচা ওইনা লাকপিদুনা৹ শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপমচাগী ফিজেৎ শেত্তুনা, অথোইবা গোপমচাশিং পুন্নমক্না লোয়ননা৹ শ'মাওশিংবু কোল্লদুনা ঙানবীরি ।৩।

কাম কোটিগী মতৌওম যজবা, শান্ন-কুম্মৈ কয়াদা পেনবী-হুতাইবীবা কুইনা মঙাল থোক্লবা কৌস্তুভ মণি থোনবা, হুচু শংবানবা৹ সনাফিগী থোনবা৹ ব্রজধামগী মবুঙো৹ খুত্তা বাশী পায়বা৹ রাধিকাগী মবুঙো৹ পুন্নমক্না অথোইবা, মজবা নিংথিবনা তিনবা৹ নিকুঞ্জবন্দা লৈবা শ্রীহরিবু খুরুমজে ।৪।

তং কৃষ্ণ ভজ হরিমাদিদেবমগ্নিন,
ক্ষেত্রজ্ঞং খমিবাবিলিপ্তমেঘমেব ।
স্বচ্ছাঙ্গং পরমধিযাজ্ঞচৈত্যরূপং
ভক্ত্যাদ্যোর্বিশদবিরাগভাবসঙ্ঘৈঃ ॥৫॥

যাবন্মনশ্চ রজসা প্রবলেন বিদ্বন,
সঙ্কল্প এব তু বিকল্পক এব তাবৎ
তাভ্যাং ভবেন মনসিজস্ত্বভিমানযোগ-
স্তেনাপি বুদ্ধিবিকৃতিং ক্রমতঃ প্রয়াতি ॥৬॥

বিন্দ্বাদ্দ্যদিস্তুতুগুণো জলমধ্যরেখা
ভূতোন্মকঃ কপটপান্থরতির্যথা চ ।
ইত্থং তথাস্য জগতস্তু সুখং স্মৃষেতি
দুঃখাবৃতং বিষয়ঘূর্ণমলাতচক্রম, ॥৭॥

---

নোংনা কুপ্পনা (খুয়ব.) অতিযাগুম, হকচাং মন্নংদা পুন্নমক খংবা আত্মা ওইনা লৈবা (অন্তর্যামী) যজ্ঞগী মপু, যজ্ঞগী মশকস্ত ওইবা, চৈতণ্য ওইবা অবেঙ্গা, অথোইবা ভক্তিনচিংবা বৈরাগ্য (পুন্নমক থাদোকপা) ওইবা ভাবনচিংবনা মাবু যংনবা, অচুম্বা খ্বাইদগী তহানবা লাই ওইবা শ্রীহরি কৃষ্ণবু এনা নিংজে চংজে ।৫।

হে পুন্নমকপু খংবীবা ইবুঙো, পুবনিংদা বজহৎ হেনগৎলক্রবদা (পোক্রক্রবদা) পুকনিং অতুনা তৌগদবা তৌবোইদবা খ দবা ফিবেপত্রা লৈবকই, তৌগদবতু তৌবোইদবা ওইনা নিংজিং-মাংজিংনবনা খুতুম চনখিবদগী নাপনগী মশক ওইবা রাখলনা, বুদ্ধিবু ওন্ননা লমজিংখিতুনা তৌবোইদববু তৌগদবা ওইনা খন্দুনা তৌহল্লকই ।৬।

নোংথাংগী মঙানস্ত মিকুপ অমত্তনি, ঋতুগী মগুনস্ত থা অনিতনি, ঈশিংদা লৈই চিংবস্তু চিংলিহৈত্ত্বতনি, ভুত প্রেতকি মত্তিকস্ত অতুমঙাই, লৌনম-লৌথুপ, অপামগুংশিস্ত মতুমকনি, অদুগুম্না তাইবংপানগী নুঙাইবস্ত মীনম্বনি, অদোবগী ইবৈনা কোর্যাশল্লবা লম্পুন্নচিংবা বিষয়শিং অসিস্ত

রক্ষা জলেন চলতাপি চলা ইবাত্র
নেত্রেণ ভূরিচলিতেন চলেৰ ভূশ্চ ।
এবং গুণৈঃ প্রকৃতিজৈভ্র মতো জনস্থং
সত্যং যদেদংগুণসুখং ইদমেব কৃষ্ণ ॥৮॥

দুঃখং সুখঞ্চ মনসা প্রভবঞ্চ সুপ্তে
মিথ্যা ভবেৎ পুনরহো ভুবি জাগরেঽস্য ।
ইত্থং বিবেকঘটিতস্য জনস্য সর্ব্বং
স্বপ্নভ্রমাদৃতজগৎ সততং ভবেদ্ধি ॥৯॥

জ্ঞানী বিসৃজ্য মমতামভিমান যোগং
বৈরাগ্যভাবরসিকঃ সততং নিরীহঃ ।
দীপেন দীপকশতঞ্চ যথা প্রজাতং
পশ্যেত্তথাত্মবিভবং ভুবি চৈকতত্ত্বম. ॥১০॥

---

নবুন্না নৌবিটেদা কোযনা উবহু লৈবা তোকপদা মৈগী মকোরহু মা'বনি ।৭।

হে কৃষ্ণ তাইবংপানসিদা মিংবং ডাগুনদগী উরু-রুরু লৈনা উবনা চত্রা পৃথীবু চংপত্রম খনবা (গাড়ীনচিংবা তোংবদা চৎলিবা গাড়ীনা চত্রপত্রম উবা পৃথীনা চৎপা ওইনা ভূবাগুম) উপালশিংনা চত্রবা লেংবা ওইত্রনস্থ উশিংদা তাবা মমিদা উশিংনা লেংবদা চংপত্রম উবা অদুম্না প্রকৃতি (মহীশা) কোবী লাইথর্নীদগী পোকপা গুনশিংনা ভূমহুক্না, গুণশিংভূদগী পোকপা অরা নুংাইবু অবেঙ্গা অচুম্বা ওইনা মীওইবনা হায়নবি লৌনবি ।৮।

অরাবা নুংাইবা হাযবসি পৃক্মিংনা মরম ওইত্না থোকপমি তুম্দা মং মংবনা অচুম্বা ওইদ, পুম্বিবাসিদা তৌবিবসি অশুকপনি. মিরুপ থৌরুকপনা চুমদবনি হাযবসি ভুশোংনা বংই, অদুম্না মীওইবমা তৌবিবা পুম্নমক অসি রাথজগী থৌদোক ওইবা সংগুম্বনি খনুনা মতম পুম্নমক্তা থংগদবা ওই ।৯।

জ্ঞানী ওইবা (অথংবা) মীশিংনা ঐগী ঐগী হায়দা মত্তৌবু, অমদি

ভক্তো ভজেদজপতিং হৃদি বাসুদেবং
নির্ধূমবহ্নিরিব মুক্তগুণঃ স্বভক্তঃ ।
পশ্যন্, ঘটেষু সজলেষু যথেন্দুমেক-
মেতাদৃশঃ পরমহংসবরঃ কৃতার্থঃ ॥১১॥

স্তুবন্তি বেদাঃ সততঞ্চ যং সদা-
হরের্মহিম্নঃ কিল ষোড়শীং কলাম্ ।
কদাপি জানন্তি ন তে ত্রিলোকে
বক্তুং গুণাংস্তস্য জনোঽস্তি কঃ পরঃ ॥১২॥

বক্ত্রৈশ্চতুর্ভিস্ত্বহমেব দেবঃ
শ্রীপঞ্চবক্ত্রঃ কিল পঞ্চবক্ত্রৈঃ ।
সহস্রশীর্ষাস্তু সহস্রবক্ত্রৈ-
র্যস্তৌতি সেবাং কুরুতে চ তস্য ॥১৩॥

---

নাপন্না তিনববু থাদোক্লনা, অবেপ্পা নত্রবা পোংশবর্শিংবু মতন পুন্নমক্লা পামুদনা, মিহৌকবা লৈতনা, পেনবতনা শান্তি (অহংবা তপথবা) ওইনবি, মৈবুল অমদগী মৈবুলমচা মযাম চঙ্গগুন পসমাঙ্গাদগী পুন্নমক থোবপ্নি চায়বা তন্ত্রগী বাষম অসিবু জ্ঞানিতুনা উই ।১০।

কৃষ্ণগী মনাই ওইবা ভক্তনা, মৈথু চেন্দ্রবা মৈবিগুম্না, গুণ অহুম (সত্ত্ব রজ, তম) যাওদবা স্বভাব অসিদা লৈতুনা (চপ মান্নবা মওংদা লৈতুনা) ব্রহ্মাগীসু মবুঙো ওইবা বাসুদেববু থমোইদা নিংজগদবা ওই, থা অমগী মশকপু ঈশিং হাপ্পা চকু মযামদা মমি নযাম ওইনা উবগুম, পুন্নমকপু অমত্তা ওইনা উববা পরমহংস অথোইবত্তু, ভৌজবগী মহৈ যাল্লবনি ।১১।

ইবুঙো মাগী মহিক মগুণবু, বেদশিংনা মতম পুন্নমক্তা লৈশি লৈথোন্দুনহ্ন, ইবুঙো মাগী কলা অমবু (ভবাত্তরুক থোকপা শরুক অমবু) খংবা ঙমত্রবদা, মবোল অহুমশিদা লৈবা কনানা মাগী মগুণবু শীংথাবা ঙমগদগে, হমা লৈবোই ।১২।

ব্রহ্মা ঐনা মাই মরি পানবনা ইচিন মরিনা, মমাই মঙা পানবা

বিষ্ণুশ্চ বৈকুণ্ঠনিবাসকৃচ্চ
ক্ষীরোদবাসী হরিরেব সাক্ষাৎ ।
নারায়ণো ধর্ম্মসুতস্তথাপি
গোলোকনাথং ভজতে ভবন্তম্ ।।১৪।।

অহোঽতিধন্যো মহিমা মুরারে-
র্জানন্তি ভূমৌ মুনয়ো ন মানবাঃ ।
সুরাসুরা ব্রহ্ম মনবোঽবুধাঃ পুনঃ
স্বপ্নেঽপি পশ্যন্তি ন তৎপদদ্বয়ম্ ।।১৫।।

বরং হরিং গুণাকরং সুমুক্তিদং পরাৎপরম্ ।
রমেশ্বরং গুণেশ্বরং ব্রজেশ্বরং নমাম্যহম্ ।।১৬।।

---

মহাদেবনা মচিন ঙাবা, মমাই লৈশিং পানবা অনন্তনা মচিন লিশিংনা, লাই ওইবা ইবুঙো মাগী মতীক মঙ্গলবু তত্তনা লৈদি লৈথাদ্রি, হেনবা (হৌজনি ।১৩।

বৈকুণ্ঠ ধামদা লৈবা শ্রীবিষ্ণু অমসুং ক্ষীরোদ সমুদ্রদা লৈবা হরিমসা, ধর্ম্মকৌবা লাইগী মচা শ্রীনারায়ণসু গোলোক ধামগী মবুঙো ওইবা ইবুঙো নংাকপু নিংনবি ।১৪।

গুন্থোকপনি, মুর কৌবা হিংচাবগী যেক্কবা ইবুঙো নংগী নতিক নংণদি থাগৎনিঙাইনি, পৃথিবীসিদা মুনিশিংনা, মীওইবনা, খংব। ভম্বা নত্তে অপ্‌- বা মীওইবনা, লাইনা, হিংচাবশিংনা অমুক্কনু ইবুঙো নংগী নখোং থঙ্গাল অনিবু মনংদা যাওবা উবা ফংজদবনি ।১৫।

গুণ পুল্লমক্কী, থোক্লফম ওইবা, অবানবা খুবম (মোক্ষ) পীনদিবা, অথোইবশিংদগী অথোইবা, লক্ষ্মীগীসু মবুঙো ওইবা, সত্ত্ব রজ তম কৌবা গুণশিংগী মপু ওইবা, ব্রজপুবগীসু (বৃন্দাবন ধামগীসু) মবুঙো ওইবা, অথোইবা শ্রীহরি কৌবা নংবু থক্মজরি ।১৬।

পাম্ন হাবগী ভাঙানবা মচুনা ফজববা মাইথোং, নিংথিবা খুম্নবা বাঙাং থোম্বোক ওইনা, অমুনবা তয়ালগুদ্দা চিম্নাল থক-থা, নিংথিবা

তাম্বূল সুন্দরমুখং মধুরং ব্রুবন্তং
বিম্বাধরং স্মিতযুতং সিতকুন্দদন্তম্‌ ।
নীলালকাবৃতকপোলমনোহরাভং
বন্দে চলৎকনককুণ্ডলমণ্ডনাঢ্যম্‌ ॥১৭॥

সুন্দরন্তু তব রূপমেব হি
মন্মথস্য মনসো হরং পরম্‌ ।
আবিরস্তু মম নেত্রয়োঃ সদা
শ্যামলং মকরকুণ্ডলাবৃতম্‌ ॥১৮॥

বৈকুণ্ঠলীলাপ্রবরং মনোহরং
নমস্কৃতং দেবগণৈঃ পরং বরম্‌ ।
গোপাললীলাভিযুতং ভজাম্যহং
গোলোকনাথং শিরসা নমাম্যহম্‌ ॥১৯॥

---

অঙৌবা কুন্দোণ্ডম ফজবা য়াতা, মুনা লংলবা শমজোযনা পোয়বনা পুকনিং ডবা। চাযরুং অনি, ওগুপ তাবংনা হায়হমলিবা বুংস নাযিন্না লৈলে লিবা শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজে ।১৭।

ইবুঙো নংগী ফজাবা নিংথিবনা নশক নাংঙৌসিনা, কাম দেবা বাইমক্কী মপুকনিং ডনবা ওইবিবা, ডাকিয়াং মওং মানবা কুণ্ডল নাইন্না মুপ্না (ত যবা) চাযরুং অনি, অনদি শংলানবা কুচ ওইনা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্ম ত্রৈগী ইমিংসিদা নংম পুম্নমক্তা ফাওবীশনু (উৎনবীশনু) ।১৮।

বৈকুণ্ঠ ধামগী ওইবা, পুম্নমক্কগী অথোইব। ওইনা পুকনিং হুনবগী নশকসু ওইবা শান্নাবনবু, গোপ শঙ্কেল্লাতাগী নুংইনা তিনবা চৈনা শান্নবিবা, লাই পুন্নমক্তা খুরুম্নবিবা গোলোকধ মগী মবুঙো, ত্রঙ্গা চৈনা নিংজধি, কোক নোম্না খুরুমজবি ।১৯।

বসন্তগী মতমদা। পুকনিংহুম্না মিরপা খোঙজন্না পোংম্নিবা উচেকশিংনা তিন্নবা মমম মুংশিববা অমদি ঙাংশৈননা ফজবকা অম্মীবা উনাশিংনা তিন্নবা উপাল, অমুত চেম্নবা লিরি হঙ্গা নামিবা হুংশিং, অম্নিনা তিন্নবা

বৃন্তং বসন্তকলকণ্ঠবিহঙ্গমৈশ্চ
সৌগন্ধিকং তরুগপল্লবশাখিসঙ্গম্. ।
বৃন্দাবনং সুখিতধীরসমীরলীলং
গচ্ছন্. হরির্জয়তি পাতু সদৈব ভক্তান. ॥২০॥
হরতি কমলমানং লোলমুক্তাভিমানং
ধরনিরসিকদানং কামদেবস্য বাণম. ।
শ্রবণবিদিতযানং নেত্রযুগ্মপ্রয়াণং
ভজযদূতসমক্ষং দানদক্ষং কটাক্ষম. ॥২১॥
শরচ্চন্দ্রাকারং নখমণি সমূহং সুখকরং
সুরক্তং হৃৎপূর্ণং প্রকটিততমঃ খণ্ডনকরম. ।
ভজেঽহং ব্রহ্মাণ্ডে সকলনরপাপাভিদলনং
হরেবিষ্ণোর্দেবৈর্দিবি ভরতখণ্ডে স্তুতমলম. ॥২২॥

---

শ্রীবৃন্দাবন্দা কোযচৎ চংপিহনা জয় ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুম্নমক্তা মনাই ভক্তশিংবু ঙাকপিশনু ।২০।

নাকোং অনিগী মপা যৌনা চংলিবা মিৎমৈ অনিনা থম্বালগী নাপন মাংহনব', কুণ্ডল নাযিন অনিনা হাযহম্বনা মুক্তাগী নাপন থুদেকপা, পান্দ পুবদা হৈশিংলবা ভুতিগুদা পীথোকপদা হৈশিংলবা মিৎচিনা কামগী তেনবু যৈথেকপা. পীবিবিবা বস (মহাও) না পৃথিবীগী রসপু মাযথিহনবা শ্রীকৃষ্ণসু নিংজৌ (ব্রহ্মানা মবম্নাই মপুকনিংবু ইনশিঙ্গৌ) ।২১।

শরৎকি থানিনগুম্বা খুজিল মনিপবেংনা যেংবদা মুঙাইবা পীবা, ঙাঙনবা, থমোই চিংশিনবা, থমোইগী অমম্বা মপৈবু মাংহল্লিবা জগৎকি হরাম পানবশিংগী পাপ খিবিক মাংহনবীবা ভারতভূমিদসু স্বর্গদসু মীওইবনা লাইশিংনা অমকপা লৈভবা বাহৈনা লৈসি-লৈথোলিবা, শ্রীহরি ওইবা, শ্রীবিষ্ণু ওইবা ইবুঙো নংবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজৈ ।২২।

ইবুঙো নংগী নখোং থম্বালদা মতম পুম্নমক্তা অতৎপা লৈতনা নিম্নিবা, মচুমক্তি মশেক মঙাল চাম চামনা তিনবা শ্রীহরিগী ওইবা সুদর্শন চক্রগী

মহাপদ্মে কিং বা পরিধিরিব চাস্তাতি সততং
কদাদিত্যস্ফূর্জদ্রথচরণ ইথং ধ্বনিধরম্ ।
যথাম্যস্তং চক্রং শতকিরণযুক্তং তু হরিণা
স্ফুরন্তীমঞ্জীরং হরিচরণ পদ্মে ত্বধিগতম্ ।।২৩।।
কট্যাং পীতাম্বরং দিব্যং ক্ষুদ্রঘণ্টিকয়ান্বিতম্ ।
তজ্জাম্যহং চিত্তহরং কৃষ্ণস্যাক্লিষ্টকর্মণঃ ।।২৪।।
ভজে কৃষ্ণক্রোড়ে ভৃগুমুনিপদং শ্রীগৃহমলং
তথা শ্রীবৎসাঙ্কং নিকষরুচিযুক্তং দ্যুতিপরম্ ।
গলে হীরাহরান্ কনকমণিমুক্তাবলিধরান্
স্ফুরত্তারাকারান্ ভ্রমরবলিভারান্ ধ্বনিকরান্ ।।২৫।।

---

মকোযগুম্না নিংথিজববা ঙ্গপুবনি, মাগী মকোযগী মঙান্না, মশেক নঙাদগা লোয়ননা থোক্লকপা নুমিৎকি দলায কাংখাং চাকানা চৎলকপগী থোঙ্গেলগুম নিঙ্গিবা নুপুবনি, অদুগুম্বা ইবুঙো নংগী নখোং থম্বাপনা নিংথিজবি ।২৩।

খাংদা কিঙ্কিনী কৌবা অপিক অপিকপা শবীক মচাগা লোইননা সনা ফিগ নাপু খোনবা, পুকনিংহুরবা তৌভনদ্রবা থবক কযা তৌবিব, শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজরি ।২৪।

থবাক্তা তুরৈ হঙ্গংনা হোৌবা, সনা লুপানচিংববু চাংযেং তৌনবা মুংগী মঙান্না তিনবা, ভৃগুমুনিগী খোংফম ওইবা খুদম্ পুবীরিবা, লক্ষ্মীদেবীগী শায়ফম লৈনফম ওইবা, ডকশমদা হীরা সনা মণি মুক্তাগী পবেং খোল্লিবা, পুম্নমকসিগী মঙান্না নংলবা থরানমিচাকশিংগী মশক মৎংগুম্বা, হায়হুনকপদা থোক্লকপা খোঙ্গেলনা খোইমু মপৈনা ডংবগুম ডানখোইবীরিবা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজরি ।২৫।

খুভা বাশীনা লৈতেংবা, ব্রাহ্মণশিংদা দান (কৎপা) তৌবনা লমচুং ওইবা, সিন্দুবগুম ঙাঙানরবা খুৎশাশিংনা থৎলতুনা বাশী খোংবা, খুৎশাশিংদা সনাগী খুদোপশিংনা লৈতেংলবা থা মানবা খুজিলশিংনা

বংশীবিভূষিতমলং দ্বিজদামশালং
সিন্দুরবর্ণমতিকীচকরাবলীলম্‌। 
হেমাঙ্গুলীয়নিকরং নখচন্দ্রযুক্তং
হস্তদ্বয়ং স্মরকদম্বমুণালসূক্তম্‌. ॥২৬॥

শনৈশ্চলন্মানসরাজহংস-
গ্রীবাকৃতৌ কন্ধর উচ্চদেশে
কাদম্বিনীমানহরৌ বরৌ চ
ভজামি নিত্যং হরিকাকপক্ষৌ ॥২৭॥

কলদর্পণবদ্বিশদং সুখদং
নবযৌবনরূপধরং নৃপতিম্‌। 
মণিকুণ্ডলকুন্তলশালিরুতিং
ভজগণ্ডযুগং রবিচন্দ্ররুচি ॥২৮॥

---

ি়ল্লবা,খুং অনিনা ওইব।, কদম্ব মণালগী মুংশিববা মনম চেল্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজবি ।২৬॥

ইবুঙো নংনা ত্পা চংপা শাজংনা মানস সবোবব কৌবা পুখ্রিদা তাবা ক্বাংঙনা তনজনবা ওইবা, ৩কশম লেজুন লেংপাক ৱাংবা, শমজোই খিবিকনা অম্বা নোং মপৈগী নাপন মাংহনবা, কোক্তী নাকল অনিদা বাহোং মতু থেংপা শ্রীহরি ওইবা, অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌববু ব্রহ্মা ঐনা নিংজরি ।২৭।

লংলবা মিংশেলগুম মক্ত্রবা তক্ক-ত্রকবা, যেংবদা নুংাইবা পীবা, মথোং কারকপগী শক্তম পুরা, মীওইবা পুন্নমকপু ডাকপীবা (নিংথৌ) মণি থান্নবা কুণ্ডলনা যিন অমদি শমজোই মপৈনা নিংথিজববা চাষরুং অনিদা মুমিং থা অনিনা ওানবগুম নিংথিজরিবা ইবুঙো নংবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজবি ।২৮।

মনাপী মথক্তা তক্ষা (মুক্ত ) থিনবা, তঙাংলবা বৈদূর্য্য কৌনা মণি থাম্বা সনাফিগে থোনবা, কাম কৌবা লাইনা ইবুঙোগী মাঙ্গথোংবু তমজবা কজবা পুন্নমক্তী মপৈনা ত্তিনবা, লীলা (শান্ন কুম্মে) গী মশক মওং ওইবা,

খচিতকনকমুক্তা রক্তবৈদুর্য্যবাসং
মদনবদনলীলাসর্ব্বসৌন্দর্য্যবাসম্ ।
অরুণবিধুসকাশং কোটিসূর্য্যপ্রকাশং
ঘটিতশিখিসুবীটং নৌমি বিষ্ণোঃ কিরীটম্ ॥২৯॥
যদ্দ্বারিদেশেন প্রতিত্ত্ব হেন্দ্র-
গণেশতারেশদিবাকরাণাম্ ।
আজ্ঞাং বিনা যান্তি ন কুঞ্জমণ্ডলং
তং কৃষ্ণচন্দ্রং জগদীশ্বরং ভজে ॥৩০॥
ইতি কৃত্বা স্তুতিং ব্রহ্মা শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ ।
পুনঃ কৃতাঞ্জলির্ভূত্বা স্ববিজ্ঞাপ্তিং চকার হ ॥৩১॥
অপরাধন্তু পুত্রস্য মাতৃবত্ত্বং ক্ষমস্ব চ ।
অহং তন্নাভিকমলাৎ সম্ভবোঽহং জগৎপতে ॥৩২॥

---

লৈচিন্নক্তা ডাংনরবা থাগুম ডানবা, নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম ডাল্লিবা, শ্রীবিষ্ণুগী লুহপকুয়া কোকথক্তা রাহোং মতুগী চূড়া থোনবা ইবুঙো নংবু খুঃমজরি ।২৯।

অদুগুম্বা ইবুঙো নংগী থোং শংবত্তা ওইজনুনা, কার্ত্তিক সুবাবেন, গনেশ, নুমিৎ, থানচিংবা লাইশিংগী পাঙ্গন্না, ইবুঙো নংগী নযাথং ফংদনা, শ্রীবৃন্দগী মকোযগুদা চংজবা ঙম্মদ্রবনি। অদুগুম্বা জগৎকি মপু ওইবা, ব্রজগী অমুবা থা ওইবা কৃষ্ণচন্দ্র কৌবা ইবুঙো নংবু ঐনা নিংজবি ।৩০।

অসুম্না ব্রহ্মানা মতীক চাওরবা শ্রীকৃষ্ণগী স্তুতি তৌজবগা (লৈশি লৈথোক্লবগা) অমুক হন্না মখুৎ লোম্নজবগা, মশাগী থংহজনিংবা রাফম্ হাযজখি ।৩১।

হে জগৎকি মবুঙো। ব্রহ্মা কৌবা ঐ অসে, ইবুঙো নংগী খোইদৌদা শাৎপা প্রম্বালদগী পোকপনিনা নচাগী মশকনি, অদুনা মমানা মচাগী মবাল লৌখিবগুম, ননাইগী ইরাল খিবিকপু ইবুঙো নংনা ভাকপীয়ু ।৩২।

ননাই ব্রহ্মা ঐনা কদাই- তাইবংপাল অমতংগী মপু ওইজবগনি ঐদি,

ক্বাহং লোকপতিঃ ক্ব ত্বং কোটিব্রহ্মাণ্ডনায়কঃ।
তস্মাৎ ব্রজপতে দেব রক্ষ মাং মধুসূদন ॥৩৩॥
মায়য়া যস্য মুহ্যন্তি দেবদৈত্যনরাদয়ঃ।
স্বমায়য়া তন্মোহায় মুগ্ধো হহং হ্যদ্যতোঽভবন্‌ ॥৩৪॥
নারায়ণস্ত্বং গোবিন্দ নাহং নারায়ণো হরে।
ব্রহ্মাণ্ডং ত্বং বিনির্মায় শেষে নারায়ণঃ পুরা ॥৩৫॥
যস্য শ্রীব্রহ্মণি ধাম্নি প্রাণং ত্যক্ত্বা তু যোগিনঃ।
যথা যাস্যন্তি তস্মিংস্তু সকুলা পুতনা গতা ॥৩৬॥
বৎসানাং বৎসপানাঞ্চ কৃত্বা রূপাণি মাধব।
বিচচার বনে তস্তু হ্যপরাধান্‌ মম প্রভো ॥৩৭॥

---

ইবুঙো নংনা কদাই— কোটি কোটি ওইবা, মশীং থীডমদ্রবা ব্রহ্মাণ্ডগী মবুঙোনি নংদি, মবম অসিনা হে মধু কৌবা হিংচাববু নৈহৎপিবা, লাইগী মশক ওইবা, ব্রজ বৃন্দাবন ধামগী মবুঙো ওইবা ইবুঙো নংনা ননাই ব্রহ্মাবু ঙাকপিয়ু ।৩৩।

ইবুঙোগী মাযানা লাই, হিংচাবা, মীনচিংবা পুম্নমকপু শুমহৎলি (ভকহল্লি) অদুগুম্বা ইবুঙো নংবু প'লবা (মূর্খ) ঐনা ইবুঙোবু শুমহৎনবা থোবাং তৌকরে ।৩৪॥

হে গোবিন্দ, ইবুঙো নংদি নারায়ণনি (ঈশিংদা যাহিপ্পনি) হে হরি, ননাই ঐদি অদুগুম্বা নারায়ণনু নচ্চদে, ইবুঙো নংনা তাইবংপানবু শেম্নবগীদমক মমাংঙৈদা প্রলয় তৌদুনা পুম্নমক মাংথবা মতুংদা, অমুক লৌন। শেমদ্রিঙৈদা পোখাবা ওইনা শেষকৌবা লিনগী মথক্তা ফমুং ওইনা ঈশিং মথক্তা চেপ্পা শ্রীনারায়ণ কৌবা ইবুঙো নহাকনি ।৩৫।

যোগীশিংনা শিরবা মতুংদা ইবুঙোগী ব্রহ্মতেজদা তিঙ্গহনা অরানবা থুবম ফংনথি, অদুগুম্বা অঙাং হাৎপী পুতনাসু মাগী শাগৈশিংগা লোয়নবা নহাকী ব্রহ্মতেজদা তিঙ্গখিবনি (অরানবা থুবম ফংখিবনি) ।৩৬।

হে প্রভো, ননাইগী অপরাধশী (লংজরুবদগী) ইবুঙো নহাক

তস্মাৎ ক্ষমস্ব গোবিন্দ প্রসীদ ত্বং মমোপরি ।
অগণয্যাপরাধং মে সুতোপরি পিতা যথা ॥৩৮॥
ত্বদভক্তা রতা জ্ঞানে তেষাং শ্রমো বিশিষ্যতে ।
পরিশ্রমাৎ কর্ণকাণাং যথা ক্ষেত্রে তুষার্থিনাং ॥৩৯॥
ত্বদ্ভক্তিভাবে নিরতা বহবস্ত্বদ্গতিং গতাঃ ।
যোগিনো মুনয়শ্চৈব তথা যে ব্রজবাসিনঃ ॥৪০॥
দ্বিধা রতির্ভবেজ্জন্যা শ্রুতাচ্চ দর্শনাচ্চ বা ।
অহো হরে তু মায়য়া বভূব নৈব মে রতিঃ ॥৪১॥

---

শন্নাওশিংগী অমদি শনশন্নহাশিংগী মশকপু মাধব নংনা লৌবীহুনা, ব্রজ-বৃন্দাবনগী অকোয়বদা চংশিন্নবিগী অপরাধ খিবিক ঙাকপিয়ু ।৩৭।

হে গোবিন্দ, মচাগী মশীং থীঙমদ্রবা মবান বযাবু মপানা ঙাকপিবগুন্না, ব্রহ্মা ঐহাকপু চানবীবা মিৎযেংনা য়ে বীহুনা নচামক্রি খনবীহুনা ঐগী ইরান খিবিকপু ইবুঙো নংনা ঙাকপিয়ু ।৩৮।

নোঙ্কপা ভক্তিতনা ফংনবিবা নংাকপু ঈশ্বরনি হায়বদি থংলগ, ভক্তিদি যাওদবশিংনা, লৌবুক্তা রানা হোৎনজরুবশী মহৈদি ফোরাম রাইনচিংবা ওইনা ফংলবদা অৱাবা ওইনগুম, ভক্তিদি লৈতবনা অব নবা থুবম ফংবদি ঙমদনা অবাবত্তা মফলি (সংসাবদা হাঞ্জন হঞ্জিন পোক্ন শিরা তৌহুনা হন্না হন্না অবাবা ওইরি) ।৩৯।

ইবুঙো নঙোন্দা ভক্তি ভাব লৈজবা, নংবু মুংশিনা লিংজবকুনা শরুক ওইরবা যোগী কয়া, মুণি ঋষি কয়া অমদি ব্রজবাসিশিং কয়ানা অহুগুম্না অরানবা থুবম কংনখিবনি ।৪০।

অথোইবী রত্তি কৌরী, শ্রীকৃষ্ণবু পামজবা মুংশিজবগী মথক অনিগী পোক্কফম মথক অনিনি, মতুমক্তি ইবুঙো মাগী মতীক মগুণ তাজরুবদগী, অমদি শ্রীমূর্ত্তি উজরুবদগী পোকই, অদুবু হরিগী মায়ানা ভমহৎপনা ঐদি মাবু মুংশিবা পামজবহ লৈরজে, ওহোকপনি নাইবু ঙাকপিয়ু ।৪১।

ব্রহ্মানা অদি হায়রম্লো শিবা চোংলবা মাইথোংগী ক্লোযনবা

ইত্যুক্ত্বাগ্রেমুখো ভূত্বা নত্বা তৎপাদপঙ্কজৌ ।
পুনরাহ বিধিঃ কৃষ্ণং ভক্ত্যা সর্ব্বং কৃতাঞ্জলিঃ ॥৪২॥
যোষেষু বাসিনামেষাং ভূয়সাং তৎপদাম্বুজম্ ।
যদা তজ্জন্ম সুপবিত্রদা ভূয়াম চানঘা ॥৪৩॥
বয়ন্তু গোপদেহেষু সংস্থিতাশ্চ শিবাদয়ঃ ।
সকৃৎ কৃষ্ণন্তু পশ্যন্তস্তস্মাদন্যান্ত জায়ন্তে ॥৪৪॥
অহো ভাগ্যন্তু শ্রীকৃষ্ণ মাতাপিত্রোস্তব প্রভো ।
তথাচ গোপগোপীনাং পূর্ণত্বং দৃশ্যসে ব্রজে ॥৪৫॥
মুক্তাহারঃ সর্ব্ববিশ্বোপকারঃ
সর্ব্বাধারঃ পাতু মাং বিশ্বকারঃ ।
লীলাগারঃ সূর্য্যকন্যাবিহারঃ
ক্রীড়াগারঃ কৃষ্ণচন্দ্রাবতারঃ ॥৪৬॥

---

ইবুংঙোগী মখোং থন্বাগ অনিদা খুকমজবগা নোঙ্মকপগা লোয়ননা, ভৌজ-খিবা মবাল পুন্নমক ঙাকপিনবা অমুক্তা হন্না হায়রকখি ।৪২।

ব্রহ্মা ঐনা, গোপপুঙ্গংদা লৈরিবা গোপজাতিদা পোকচরগা ইবুংঙো নংগী নখোং থম্বালবু নিংজবরভদা, নংগী নুংশিবা প্রেম্বু অমত্তং অরানবা থুবম্বু ফংজগনি, মহু নত্রিবা মখেদি কৈদৌঙ্গুংদা ওইগনি থম্বক্তে ।৪৩।

মহাদেবনচিংবা লাই ঐখাই পুন্নমকস্ত, ভাবত কৌবা পৃথিবীদা শক্তক অসিদা, গোপগী হকচাং ওইনা অমুক্তং পোকচরবদি, ইবুংঙো নংবু ভত্তনা উজবা ফংগনি, মত্তনা লাইবকফবা চাযবত্তু ওইগনি ।৪৪।

হে প্রভো, ইবুংঙো নংবু পোকপা নমা নপা ওইখিবা অমদি ব্রজদা লৈরিবা গোপ গোপীশিংনা, শ্রীকৃষ্ণ কৌবা মপুংফাবা শক্তিনা ভিনবা ইবুং-ঙো নংবু উজবা ফংজরিবশিং অত্তু ওয্বোক্লা লাইবক ফবা হায়যত্তুনি ।৪৫।

তাইবংপান পুন্নমকী কান্নবতা তৌবিবিনা, মুক্তা পরেং খোনবা, তাইবংপান অমুগী মপকত্তু ওইবীরিবা, পুম্নমক অসুমী ফুংথকমত্তু ওইবীবিবা, কুমৈ লীলাগী ফুরৈভত্ত মথক ওইবীবা, তাইরপী কন্যাশিংগা লোয়ননা

শ্রীকৃষ্ণবৃষ্ণিকুলপুষ্কর নন্দপুত্র
রাধাপতে মদনমোহন দেবদেব ।
সম্মোহিতং ব্রজপতে তুবি তেহজয়া মাং
গোবিন্দ গোকুলপতে পরিপাহি পাহি ॥৪৭॥
করোতি যঃ কৃষ্ণ হরেঃ প্রদক্ষিণাং
ভবেজ্জগত্তীর্থফলঞ্চ তস্য তু ।
তে কৃষ্ণলোকং সুখদং পরাৎপরং
গোলোকলোকং প্রবরং গমিষ্যতি ॥৪৮॥

শ্রীনারদ উবাচ—
ইত্যভিষ্টূয় গোবিন্দং শ্রীমদ্‌বৃন্দাবনেশ্বরম্‌ ।
নত্বা ত্রিবারং লোকেশশ্চকার তু প্রদক্ষিণম্‌ ॥৪৯॥

---

ঙমখৈ লৈতবা কুম্মৈ শান্নবিবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র কৌহুনা পোকপীবিবা ইবুঙোনা ব্রহ্মা ঐবু ঙাকপীযু ।৪৬।

বৃষ্ণি শাগৈগী থম্বাল ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা নন্দগী মচা, রাধাগী মবুঙো, কাম কৌবা লাইবু শুমহৎঙম্বা, লাইগীসু লাই ওইবা, ব্রজপুরগী মপু ওইবা, গোকুলগী মবুঙো গোবিন্দ কৌবা, পৃথিবী সদা নংবু ঙম্বিনবা লৈত্রবা, ইবুঙো নংগী মাযানা শুমহৎলবা ননাই ব্রহ্মাবু, লংজবা পুন্নমক্তগী ঙাকপীযু ঙাকপীযু ।৪৭।

মীওইবনা শ্রীহরিগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংবু যেৎ ওইননা কোযজবদা (পরিক্রমা তৌজরবা) মী মহাক অতুদি, জগৎ অসিদা লৈরিবা তীর্থ খুদিংবু কোয়জবগী মহে ফংজববনি, অমসুং কৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো নংগী লৈকম ওইবা নুঙাইবা পীনরবা, অথোইবদগী অথোইবা ওইবা, অমাং অতা লৈতনা লেংদনা লৈববা গোলোক ধাম কৌবা মফমু য়োঙবা ফংলবনি ।৪৮।

শ্রীনারদনা হায় :— তাইবং পানবা লোক অমত্তংগী মপু ওইবা ব্রহ্মানা অসুম্না লৈশি-লৈথোক্লরগা, নিংথিজবতনা ত্রিবারী শ্রীবৃন্দাবনগী

**তত্র চালক্ষিতো ভূত্বা বৎসান্ বালান্ পিতামহঃ ।**
**বরং দত্ত্বা প্রয়াণার্থং যাচনাং স চকার হ ॥৫০॥**
**ততশ্চ ব্রহ্মণে তস্মৈ নেত্রেণাজ্ঞাং দদৌ হরিঃ ।**
**পুনঃ প্রণম্য স্বং লোকমাত্মভূঃ প্রত্যপদ্যত ॥৫১॥**
**অথ কৃষ্ণো বনাচ্ছীঘ্রমানয়ামাস বৎসকান্ ।**
**যত্রাপি পুলিনে রাজন্ গোপানাং রাজমণ্ডলী ॥৫২॥**
**গোপার্ভকাশ্চ শ্রীকৃষ্ণং বৎসৈঃ সার্দ্ধং সমাগতম্ ।**
**ক্ষণার্দ্ধং মেনিরে বীক্ষ্য কৃষ্ণমায়াবিমোহিতাঃ ॥৫৩॥**
**ত উচুর্বৎসকৈঃ কৃষ্ণ ত্বরং ত্বন্তু সমাগতঃ ।**
**কুরুষ ভোজনং চাত্র কেনাপি ন কৃতং প্রভো ॥৫৪॥**

---

মপু ওইবা শ্রীগোবিন্দবু য়েং ওইননা অঙয়ক কোয়জরহনা খুকমজখি ।৪৯।

অদুগী তুংদা তাইবং মপু ব্রহ্মানা মতম থরদং মফমদুদগী (চাইহাক্কং) চংপ্রগা, উহন্দনা শন্নাও অমদি গোপমচাশিং পুরক্ত্রনা মবুঙোদা কচ্চংগা মাগী লৈকমদা হনখিনবগী য়াথং নিজখি ।৫০।

শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা মিংনা ইঙ্গিৎ তৌহনা চচ্চবো হায়বা য়াথং পীনবীরবা তুংদা, শ্রীকৃষ্ণবু অমুক হন্না খুরুমজরগা, ব্রহ্মানা মশাগী লৈফমদা চংখি ।৫১।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বন অদুদগী য়ান্না থুনা শন্নাও অমদি গোপমচাশিংবু পুহনা, মখুনা মপান্দা লৈহৌবা গোপশিংগী রাজমণ্ডলী লৈরিবা মফমদু তান্না লাকখি ।৫২।

শনশেনবা গোপশিংনসু শন্নাওগা লোয়নননা লাকলিবা শ্রীকৃষ্ণবু উবগা, মহাক্কী মায়ানা শুনহংখিনদগী ঙকখিবনা কবিসু থংবা লৈতনা (চহি অমা চুপনা ব্রহ্মানা লোৎলুপবু থংবা লৈতনা) মিকুপ অম্থাই অমত্তা ওইববোই নিংখি ।৫৩।

শন্নাওশিংগা লোয়নননা লাকলিবা কৃষ্ণদা গোপশিংনা হায়খি, হে কৃষ্ণ (হে প্রভো) নংনা থুনমক চান-থক্কবা তৌবো, গোপ অঙাংশিং পুম্নমক

ততশ্চ বিহসন্ কৃষ্ণোহপ্যর্ভকৈঃ সহ ।
দর্শয়ামাস সর্বেভ্যশ্চর্মাজগরমেব চ ॥৫৫॥
সায়ংকালে স রামস্তু কৃষ্ণো গোপৈঃ পরাবৃতঃ ।
অগ্রে কৃত্বা বৎসবৃন্দং হ্যাজগাম শনৈর্ব্রজম্ ॥৫৬॥
গোবৎসকৈঃ সিতসিতাসিতপীতবর্ণৈ
রক্তাদিধূম্রহরিতৈর্বহুশীলরূপৈঃ ।
গোপালমণ্ডলগতং ব্রজপালপুত্রং
বন্দে বনাৎ সুখদগোষ্ঠকমাব্রজন্তম্ ॥৫৭॥
আনন্দো গোপীকানান্তু-হ্যাসীৎ কৃষ্ণস্য দর্শনে ।
যাসাং যেন বিনা রাজন্ ক্ষণো যুগসমোহভবৎ ॥৫৮॥

---

অসি নংগা চামিন্নবগীদমক কনামতস্থ চাদ্রি ॥১২।

কৃষ্ণনা নোরত্নুনা গোপমচাশিংগা চামিন থকমিন্নখি, অতুগা লৈথমলিবা গোপশিংদা লিনি অচোবা লাইবনগী মউনবু উগুনা উহনখি ।৫৫।

মুমিদাংবাই যৌবক্রবদা মযাম্বুং বলরামগা লোয়নন্না অমসুং গোপ মচাশিংনা ইকোয কোয়না শ্রীকৃষ্ণন শরাওনচাশিংবু মমাংদা চংতদুনা তপ্না তপ্না ব্রজ বৃন্দাবন্দা লাকখি ।৫৬।

শন্নাও মচা অঙৌবা, অঙৌবগা অমুবগা শাংবী, নাপু মচু মানবী (যোং মানবী) অঙাংবী, উৎমানবী, মুবৈ শংদানবী, মচুশিং কযা ওইবী, মচৎক্কজবী, মবুক তগ্নী, মশক মতৌ ফজবীশিংগা লোয়নন্না, বন্দগী মুঙাইনা লাকলিবা, গোপশিংনা ইকোয কোযবগা মযাইদা চংলিবা, নন্দ নিংথৌগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নাবদ ঐনা খুররুমজরি ।৫৭।

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, শনগাবকলিবা শ্রীকৃষ্ণবু উজরগা ব্রজগোপীশিংনা থোইদোক্না মুঙাইবা অপেনবা ফংইজখি, অতুগুম্বী ব্রজগোপীশিংনুদি শ্রীকৃষ্ণবু নিকুপ অমতং উদবদা যুগ অমা হৌখিবগুম থগনবী গোপীশিংনি ।৫৮।

কৃত্বা গোষ্ঠে পৃথক্‌চারবৎসানবালাঃ স্বং স্বং গৃহং প্রতাঃ ।
জগুশ্চাঘাসুরবধমাত্মনো রক্ষণং হরেঃ ॥৫৯॥

ইতি শ্রীমদগর্গ সংহিতায়াং বৃন্দাবন খণ্ডে ব্রহ্মস্তুতির্নাম নবমোঽধ্যায়ঃ

☼ ☼ ☼

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## দশমোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

**শ্রীনারদ উবাচ ।**

গোপেচ্ছয়া রামকৃষ্ণৌ গোপালৌ তৌ বভূবতুঃ ।
গাশ্চারযন্তৌ গোপালৈর্ব্বয়স্যৈশ্চেরতুর্ব্বনে ॥১॥

---

গোপমচাশিংস্থ মাগী মাগী শন্নাওশিংবু মাগী মাগী শঙোন্দা হোইজিন্নতুনা মমুম মযুম্বদা চংনখি, অতুগা শ্রীকৃষ্ণনা অঘাসুর কৌবা লিন অচৌবগী মশক ওইবা হিংচাববু হাৎপা অমসুং মখোয়বু কল্লকপবু শীংথাতুনা ঈশৈ শকখি ।৫৯।

মতাং অসিদ গর্গ মুণিগী রাবীদা, বৃন্দাবনখণ্ডগী মনুংদা ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণবু নৈশি নৈথোক্লবা কৌবা মাপনশুবা অধ্যায় লোইরে ।

☼ ☼ ☼

### দশমোঽধ্যায়ঃ ।

শ্রীনারদনা হায়খি — গোপ অহনশিংনা শনবী সন্নাও পুন্না শেনহনবা য়াবগনি খনবদগী বামকৃষ্ণ অনিবু শনবী শন্নাও পুন্না শেনহনখি, মখোই অনিনা চহি লেংমাবশিংগা লোইননা শন শেনমিন্নহনা বন্দা কোয়না চৎখি ।১।

অগ্রে পৃষ্ঠে তদা গাবশ্চরন্ত্যঃ পার্শ্বয়োর্দ্বয়োঃ ।
শ্রীকৃষ্ণস্য বলস্যাপি পশ্যন্ত্যঃ সুন্দরং মুখম্‌ ॥২॥
ঘণ্টামঞ্জীরঝঙ্কারং কুর্বন্ত্যস্তা ইতস্ততঃ ।
কিঙ্কিণীজালসংযুক্তা হেমমালালসদ্গলাঃ ॥৩॥
মুক্তাগুচ্ছৈর্বর্হিপিচ্ছৈঃ সৎপুচ্ছাচ্ছকেসরাঃ ।
স্ফুরতাং নবরত্নানাং মালাজালৈর্বিরাজিতাঃ ॥৪॥

---

মতাং অসিদা

গর্গ সংহিতা বাঙ্গালী অনুবাদ পণ্ডিত পঞ্চাননগী দশম অধ্যায অহৌবা নারদ উবাচ— "বৎসান্বকমুখান্মুক্তং ততো মুক্তং হ্যঘাসুরাৎ" না হৌবা "দ্বিলক্ষমন্নভাবাণাং নন্দো দানং দদৌ ততঃ" না লোয়বা শ্লোক (১৩) তবাহৃমদোই অসি, মথক্তা তরুকশুবা অধ্যাযদা ইথ্রবনিনা হন্দকী তরাশুবা অধ্যাযগী অহৌবদা ইজ্জদবে । বঙ্গালী অনুবাদতা শ্লোক (৪১) নিফুমা-থোইনা শাবহ্ (১৩) তবাহৃমদোই লৌথোক্রবনিনা (২৮) কুন্নিপান্না শাবে, মশিমক হিন্দি অনুবাদ চৌথঙ্গাগী পণ্ডিত রামতেজ পাণ্ডেয়নসু অসুম তৌরমলে, মশিনসু মতাং চানবা ফজবা হেনবদগী মৎং মতৌসি লৌজরে ।

---

মতমতুদা শ্রীকৃষ্ণ অমদি বলদেবগী নিংথিববা মাইথোংবু যেংনা যেংনা মাংদা তুংদা, নাকল যেৎ ওইদা, মাইকৈ মরিমক্তা শনাশংনা কোযনা চংলি ।২।

মথাংদা খাংশবিকী লৈতেংনা তিল্লবী, মগুকশমদা সনা পবেংনা ঙাল্লবী, মখোংগী খোংজি অমদি মগুক্তা যাল্লিবা শবীকী খোঙ্গ্রেলনা নিলহল্লবী শনবাশিংনা মাইকৈ মবিমক্তা কোয়না কোয়না চংলি ।৩।

মুক্তা চবোং যানবা, রাহোংমতু থেৎপা-পুনশনা থোইদোক্না তরু-তহেন্না ফজরবী, মথল মথলগী মণিমুক্তানচিংবগী মগান্না লংলবী, লৈপবেং মরাম শিবনা নিংথিববী শনবাশিংনি ।৪।

হে বহুলাব নিংথৌ, শনবীশিংগী মচি অনিগী মরক্তা মণিগী লুহুপকি মশক ওইবা লৈতেংনা পুকনিং হনা ফজবি, মগাল থোক্না ফুইনা লংলবা

শৃঙ্গয়োরন্তরে রাজন, শিরোমণিমনোহরাঃ ।
হেমরশ্মিপ্রভা স্ফূর্জচ্ছৃঙ্গপার্শ্ব প্রবেষ্টনাঃ ॥৫॥
আরক্ততিলকাঃ কাশ্চিৎ পীতপুচ্ছারুণাভব্রূকঃ ।
কৈলাসগিরিসঙ্কাশাঃ শীলরূপমহাগুণাঃ ॥৬॥
সবৎসা মন্দগমিন্য উধোভারেণ মৈথিল ।
কুণ্ডোধ্ন্যঃ পাটলাঃ কাশ্চিল্লক্ষস্তো ভব্যমূর্তয়ঃ ॥৭॥
কাশ্চিৎ পীতা বিচিত্রাশ্চ শ্যামাশ্চ হরিতাস্তথা ।
তাম্রা ধূম্রা ঘনশ্যামা ঘনশ্যামে গতেক্ষণাঃ ॥৮॥
লঘুশৃঙ্গ্যো দীর্ঘশৃঙ্গ্য উচ্চশৃঙ্গ্যো বৃষৈঃ সহ ।
মৃগশৃঙ্গ্যো বক্রশৃঙ্গ্যঃ কপিলা মঙ্গলায়নাঃ ॥৯॥

---

সনাগী থোংনীনম্থ মচি অমদি মরুক্কী নাকল অনিমক্তা কোযনা যেৎশিন্নি ।৫।

মবাইনক্তা ঙাঙ্‌ানবা চন্দন থিনবগুম তাংবা, খবনা মমৈদা নাপুমচু (যেংমানবা মচু) না তাংবী. মখোংদা ঙাঙ্‌ননা তাংবী, খবনা কৈলাস কোবা চীংগুম ভোববী, মশক মতৌ ফজবী, লমচৎ শাজৎ নিংথিবী, মগুণ কযানা তিন্নবী শনবী ডাক্তনি ।৬।

হে মিথিলাগী নিংথৌ, চাংজনবী ওইবনা খোংমীগী অরুম্বনা কন্না চচ্চবা ঙমদ্রবী, খোংমীনা ঘট চযুগুম নিংথিবী, পুম্নন শাৎপী গুলাপ লৈগী মচুগুনী, লমচং শাজং ফজবী। যেংবদা মশক মতৌ নিংথিবী শনবী ডাক্তনি ।৭॥

কনাগুম্বী শনবীনা নাপুমচু, (যোংমানবী) খবনা অবাংবী। খবনা অমুবী খরনা মুবৈশাংদানবী. কোবীমচু মানবী, খবনা ব্রাওথাংনবী, নোংঅংনৌবা মচুমানবী, শ্রীকৃষ্ণতদা মিৎযেং থমজবীনি ।৮।

মচি তেন্না হৌবী শনবী কয়া, মচি শাংনা পানবী, মচি যুংনা রাংনা হৌবী, শজি মচি মানবী মচি খোই-খোইনা হৌবী, যাইফ- মঙ্গলগী মশক ওইবী যোংমাননী, মথল কযাশিংশিনা শন্নাবশিংগা লোযননা চৎলি ।৯।

বন যম্ম খুদিংদা চঙ্‌না, মপুকনিংনা পামজবা অমেংদা অথোৎপা,

শাদ্বলং কোমলং কান্তং বীক্ষন্তোঽপি বনে বনে ।
কোটিশঃ কোটিশো গাবশ্চরন্ত্যঃ কৃষ্ণপার্শ্বয়োঃ ॥১০॥
পুণ্যং শ্রীযমুনাতীরং তমালৈঃ শ্যামলৈর্ঘনম্ ।
নীপৈর্নিম্বৈঃ কদম্বৈশ্চ প্রবালৈঃ পনসৈর্দ্রুমৈঃ ॥১১॥
কদলৈঃ কোবিদারাম্রৈর্জম্বুবিল্বৈর্মনোহরৈঃ ।
অশ্বত্থৈশ্চ কপিত্থৈশ্চ মাধবীভিশ্চ মণ্ডিতম্ ॥১২॥
বভৌ বৃন্দাবনং দিব্যং বসন্তর্তুমনোহরম্ ।
নন্দনং সর্ব্বতোভদ্রং ক্লিপ্তং চৈত্ররথং বনম্ ॥১৩॥
যত্র গোবর্দ্ধনো নাম সনির্ঝরদরীযুতঃ ।
রত্নধাতুময়ঃ শ্রীমান্ মন্দারবনসঙ্কুলঃ ॥১৪॥

---

ভিংথৌনচিংবা শজিক যেং-যেংদুনা, মশীং কোটি কোটি ওইবা শনবীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক যেত্তা চৎলি ।১০।

পুণ্য চেনবী যমুনাগী মপান্দা, উবিমচা কযানা যেংলবা, বন কযাদা হৌরিবা শংবানবা তমাল পাম্বীশিং, মপাল পিক্লা শাংবা কেলিকদমশিং, মপাল চাওনা শাংবা কদম পাম্বীশিং, নিমপাম্বীশিং, মনাপুংবা লো থৈ পাম্বীশিং, থৈবাংপাম্বীনচিংবনি ।১১।

লফু পম্বীশিং, কোবিদার (রক্ত কাঞ্চন) কৌবা পাম্বীশিং, হৈনৌ হৈজাং হৈথাগোক, মনাথাংনাং, হৈগ্রীনচিংবা উপাম্বীশিংদা মাধবী-লতানচিংবী অচৌবা উবীশিংনা নিংথিনা যেতনা লৈতেংবনা থোইনা পুকনিং চনা ফজবিবনি ।১২।

নিংথিবা ফজবতনা তিল্লবা বসন্তঋতুনা থোগনবনা পুকনিং চনা ফজববা শ্রীবৃন্দাবনগী মাইকৈ খুদিং, ফজবতনা সুবাবেনগী নন্দন কৌবা বন, কুবেরগী চৈত্ররথ কৌবা বনবু, ইস্তোক হন্দোক্নবগী মশক ওইনা নিংথিজরি ফজরি ।১৩।

অদুগুম্বা শ্রীবৃন্দাবন্দা চীংদগী চেন্থরকপা চীংজুম অমদি গুহানা তিল্লবা, সনা লুপা মনি মুক্তানচিংবা ধাতুনা থল্লা লৈবিবা, নিংথিজরবা মচুগী

শ্রীখণ্ডবদরীরম্ভাদেবদারুবটৈর্বৃতম্ ।
পলাশপ্লক্ষাশোকৈশ্চারিষ্টার্জ্জুনকদম্বকৈঃ ॥১৫॥
পারিজাতৈঃ পাটলৈশ্চ চম্পকৈঃ পরিশোভিতম্ ।
করঞ্জজালকুঞ্জাঢ্যঃ শ্যামৈরিন্দ্রযবৈর্বৃতঃ ॥১৬॥
কলকণ্ঠৈঃ কোকিলৈশ্চ পুংস্কোকিলময়ূরভৃৎ ।
গাশ্চারয়ংস্তত্র কৃষ্ণো বিচচার বনে বনে ॥১৭॥
বৃন্দাবনে মধুবনে পার্শ্বে তালবনস্য চ ।
কুমুদ্বনে বাহুলে চ দিব্যকামবনে পরে ॥১৮॥

---

মন্দার (কুবাউ পাম্বী) গী জাংনা থন্না হৌবনা গোবর্দ্ধন কৌবা চীংনা ঙানথেংইবিবনি ।১৪।

যাচন্দনপাম্বী, বোরডাই, লবু, দেবদারু (উচান পাম্বী) খোংনাং বটনা কোযশিন্না হৌববা, পাঙ্গোপাম্বী, প্লক্ষ (পিলুখলু কৌবা খোংনাংগী জাৎ) অশোক(খাবম লৈশোক) অরিষ্ট (কেক্রু) অর্জ্জুন (ময়োকফা) কদম পাম্বীনচিংবনা লৈতেংলিবনি ।১৫।

পারিজাৎ কৌবা পাম্বীশিং, পাটল (গুলামজাং পাম্বী) লৈহাও পাম্বীশিংনা লৈতেংলিবনি, করঞ্জ (করোংঙৈ) চংনিং পাম্বী, শ্যামক কৌবা মপাল শংবাননা শাংবা লৈশিং, ইন্দ্রযব (যব-ফৌ মানবা) পাম্বীশিংনা কোযনা কোযনা হৌবিবনি ।১৬।

কোকিল লাবা-অমোমাশিংনা গিববা খোংগুন্না পঞ্চম স্বরদা খোংলিবা, বাহোংশিংনা ভত্তনা জগোই শাবিবা শ্রীবৃন্দাবনগী বন বন খুদিংদা, কোয়না কোযনা চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা শনশিংবু শেনখি ।১৭।

শ্রীবৃন্দাবনগী মনুংদা লৈবা মধুবন্দা, তালবন্দা, মনাকনকপা কুমুদবন্দা, বাহুল কৌবা বন্দা, খোইদোম্না ফজববা কামবন কৌবা বনশিং অসিদা কোয়না কোযনা চত্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা শন শেনখি ।১৮।

গোবর্দ্ধনগী অচৌবা চীংদোলগী নাক-যেন্থা, নন্দিশ্বর কৌবা চীংগী মনাক-মনাক্তা, নিংথিজববা কোকিলবনগী কোকিলশিংগী খোঞ্জেলক্তা

বৃহৎসানুগিরেঃ পার্শ্বে গিরের্নন্দীশ্বরস্য চ ।
সুন্দরে কোকিলবনে কোকিলাধ্বনসঙ্কুলে ॥১৯॥
রম্যে কুশবনে সৌম্যে লতাজালসমন্বিতে ।
মহাপুণ্যে ভদ্রবনে ভাণ্ডীরোপবনে নৃপ ॥২০॥
লোহার্গলে চ যমুনাতীরে তীরে বনে বনে ।
পীতবাসঃপরিকরো নটবেষো মনোহরঃ ॥২১॥
বেত্রভৃদ্বাদয়ন্ বংশীং গোপীনাং প্রীতিমাবহন্ ।
ময়ূরপিচ্ছচূড়মৌলী স্রগ্বী কৃষ্ণো বভৌ নৃপ ॥২২॥
অগ্রে কৃত্বা গবাং বৃন্দং সায়ংকালে হরিঃ স্বয়ম্ ।
রাগৈঃ সমীরয়ন্ বংশীং শ্রীনন্দব্রজমাবিশৎ ॥২৩॥

---

শ্রীকৃষ্ণনা শনশিংবু শেনখি ।১৯।

হে বঙ্গাশ্ব নিংথৌ, যজববা থোং-নৌহবা, হেংবদা পুকনিং পেল্লবগী মশক ওইবা উবী উনাশিংনা কোযশিল্লবা কুশবন কৌবা মফমদা, মহাপুণ্য (অকবা গুণ চেনবা মফম) ওইববা ভদ্রবন্দা, উপবন (বনমচা) ওইববা ভাণ্ডীর বন্নচিংবদা ।২০।

সনাফিগী মাপু থোন্দুনা, পুকনিং ঙনবগী মশক ওইববা নটবেষ (জগোই চৈশে হৈবশিংগী জগোই শাবগী ফিজং) থোন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা তুরেলগী মপান মপান্দা, লোহার্গল কৌবা বন্নচিংবদা কোয়না কোযনা চত্তুনা শনশিংবু শেনখি ।২১।

হে নিংথৌ, ব্রজগোপী শিংগী অপেনবা মুঙাইববু পীনবীবা মঙংদা বাশী খোংবীরিবা, শঙ্গেন শনগাকচৈ পায়বা, রাহোং মতুগী চূড়া থোনবা, নিংথিবা লৈ পাবংনা ওক্না থোনবা শ্রীকৃষ্ণনা, বনশিংদা কোয়না চত্তুনা ঙাম্লোইখি ।২২।

শংশংবা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণন, নুমিদাংবাই ওইরক্লবদা শনবী শনাও শিংবু মাং থাইদুনা, অনিং অনিংবা মুংশিনা প্রেমগী মশক ওইবা, বাশী মুত্থবদুনা বাশী খোংল খোংলদুনা নন্দনিংথৌগী মন্দাম ডাম্না মরাম্নরকখি ।২৩।

বেণুবংশীধ্বনিকুলাশ্রীবংশীবটমার্গতঃ ।
গোরজোভির্নভো ব্যাপ্তং বীক্ষ্য গেহাদ্বিনির্গতাঃ ॥২৪॥
দূরীকর্তুং হ্যাধিবাধামাহর্তুং সুখমুত্তমম্ ।
বিস্মর্তুং ন সমর্থাস্তং দ্রষ্টুং গোপ্যঃ সমাযযুঃ ॥২৫॥
সঙ্কোচবীথীষু ন সংগৃহীতঃ
শনৈশ্চলন্ গোগণ সঙ্কুলাসু ।
সিংহাবলোকো গজবাললীলৈ-
র্বব্রজনৈঃ পঙ্কজপত্রনেত্রঃ ॥২৬॥
সুমণ্ডিতং মৈথিল গোরজোভি-
র্নীলং পরং কুন্তলমাদধানঃ ।
হেমাঙ্গদী মৌলিবিরাজমান
আকর্ণবক্রীকৃতদৃষ্টিবাণঃ ॥২৭॥

---

বংশীবটক মাইকৈদা বাশী খোংহুনা লেংলকলিবা, শনশিংগী মখোংদগী হাযগৎলবপা উমলনা অতিযা শিনথুংনা ফজহল্লিবা মচৌ মচৌবু উযগা ব্রজগোপীশিংনা, শ্রীকৃষ্ণবু উনিংবন মযুম মথুংদগী থুনা-যাংনা থোরক্লকখি ।২৪।

অহুগুরা শ্রীকৃষ্ণবু উজবগা, অওকপগী মশাক ওইবা হুণ্ডাইবাহু কঞ্জনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু উজনিংবগী খোবাংবা, অবাবা, তপনবা লৈবম্বা পুম্নমক কোকচগে খন্দনা লাকখিবনি। অদুবু উরু-ওকবগা কোকচবা ঙম্খদাব (অহোযনদুম হেনংলকখি) ।২৫।

মিৎনা থস্বালগনা মানবা, নোংশাগী মিৎযেংগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা শনশিংগী এদৈপ মপৈগা লোযননা চৎপদি, শামু মচানা চৎপগী মজবা মতৌগুম কৈমেগী মওং ওইনা। অথুবা লৈবক লম্বেলদা তপ্না তপ্না চৎপনা, ব্রজগী নুপীশিংনা পান্দম লৈতনা, শীংথা নিঙাই থংদনা ফজবা মওংদা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকখি ।২৬।

হে মিথিলাগী নিংথৌ, শনশিংগী মখোংগী উমূলনা অতিযা মথক্কা

**গোধূলিভির্মণ্ডিতকুন্দহারঃ**
**কর্ণোপরিস্ফ্যূর্জ্জিতকর্ণিকারঃ ।**
**পীতাম্বরো বেণুনিনাদকারঃ**
**পাতু প্রভুর্ব্বো হৃতভূরিভারঃ ॥২৮॥**

**ইতি শ্রীমদ্গর্গ সংহিতায়াং বৃন্দাবন খণ্ডে শ্রীকৃষ্ণগোচারণবর্ণনং নাম দশমোঽধ্যায়ঃ ।**

---

চায়গৎলকপনা থোইনা যজহল্লবা, মুনা লংলবা শনজোমনা লৈতেংলবা সনাগী তাল, খুজি, লুচপ্পা ভাল্লিবা, নাকোং ফংনা চিংলবা নীবীগী মতৌগুম, যেংথোকনকপা থোইথোইবা মিৎচি-মিৎযেংনা নিংথিববা শ্রীকৃষ্ণনি ।২৭।

শনগী মখোংদগী হাবগৎলকপা উফুলনা চন্নবা, গুকণমদ। সনাগী পারং থোনবা, নাকোংদা মকরকুণ্ডল (ভাকিযোং মওং মানবা কুণ্ডল নাম্বন) না ভাল্লিবা, সনাফিগে থোনবা বাঁশী-বেণু খোংবা, পৃথিবীগী অৱাবা ভার মাংহনবীবিবা, জগৎ পুম্নমক্কি মপু ওইবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা নখোয় পুম্নমকপু ভাকপিশনু ॥২৮।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবেদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা, শ্রীকৃষ্ণনা শন শেনবরু শী থাবা কৌবা তরাশুবা অধ্যায় লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## একাদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ।

একদা সবলঃ কৃষ্ণশ্চারয়ন্ গা মনোহরাঃ ।
গোপালৈঃ সহিতঃ সর্ব্বৈর্যযৌ-তালবনং নবম্ ॥১॥
ধেনুকস্য ভয়াদ্গোপা ন গতাস্তে বনান্তরম্ ।
কৃষ্ণোঽপি ন গতস্তত্র বল একো বিবেশ হ ॥২॥
নীলাম্বরং কটৌ বদ্ধ্বা বলদেবো মহাবলঃ ।
পরিপক্কফলার্থং হি তদ্বনে বিচচার হ ॥৩॥
বাহুভ্যাং কম্পয়ংস্তালান্ ফলসঙ্ঘং নিপাতয়ন্ ।
গর্জ্জংশ্চ নির্ভয়ঃ সাক্ষাদনন্তোঽনন্তবিক্রমঃ ॥৪॥

---

শ্রীনারদনা হায়ঃ— নোংমদি শ্রীকৃষ্ণনা মযাম্বুং বলরামগা লোযননা, পুকনিং হুনা ফজববা শনবীশিং অমদি শন্নাওশিংবু শেন্না শেন্না, গোপ-মচাশিংগা লোযননা, নৌববা ফজববা মহৈনা চুম্না পাম্রবা কোনা পাম্বীগী (তালবনগী) উমংদা চংখি ।১।

তালবনগী মনুংদা ধেনুক (ধেনুকাসুর) কৌবা শনগী মশক লৌবা হিংচাবনা লৈরম্বদগী, গোপমচা অমত্তনা কিবদগী বন অতুগী মনুংদা চংবা ঙম্মখিদ্রে, শ্রীকৃষ্ণ ফাওবনসু চ খিদ্রবে, মতমদুদা শ্রীবলরামতনদি চংখি ।২।

মপাঙ্গল কল্লবা, শংবানবা ফিজেং থোনবা বলদেবনা খাংদা ফি কন্না পুনশিল্লগা, কোনামহৈ অমুনবা হেক্রবগী মমক বন অতুদা তাকিবা লৈত্তনা থুনমক চংশিনখি ।৩।

বলদেবনা পাম্বোম অনিনা নিক্তুনা কোনামহৈ অমুনবশিংবু কেন-হনখি। মপাল নাইদবা পাঙ্গল ওইবা, ভগবান অনন্তগী শক্তি ওইবা বল-দেবনা অকিবা লৈত্তনা, ঙংল-ঙংলদুনা বন অতুদা হুজং-হজদা চংখি ।৪।

**ফলানাং পততাং শব্দং শ্রুত্বা ক্রোধাবৃতঃ খরঃ ।**
**মধ্যাহ্নে স্বাপবৃন্দস্থো ভীমঃ কংসসখো বলী ॥৫॥**
**আযযৌ সম্মুখে যোদ্ধুং বলদেবস্য ধেনুকঃ ।**
**বলং পশ্চিমপাদাভ্যাং নিহত্যোরসি সত্বরম্ ॥৬॥**
**চকার খরশব্দং স্বং পরিধাবন্মুহুর্মুহুঃ ।**
**গৃহীত্বা ধেনুকং শীঘ্রং বলঃ পশ্চিমপাদয়োঃ ॥৭॥**
**চিক্ষেপ তালবৃক্ষে চ হস্তেনৈকেন লীলয়া ।**
**তেন ভগ্নশ্চ তালোঽপি তালান্ পার্শ্বস্থিতান্ বহূন্ ॥৮॥**
**পাতয়ামাস রাজেন্দ্র তদদ্ভুতমিবাভবৎ ।**
**পুনরুত্থায় দৈত্যেন্দ্রো বলং জগ্রাহ রোষতঃ ॥৯॥**

---

কন-খোৎবা, গাধাগী মাতৌগুম খোঙ্গল যাক্লা হৌববা অকিবগী নুংক ওইবা, ফত্রবা কংস নিংথৌগী মরূপ ওইবা কল্লবা ধেনুক হিংচাবনা মুনিং চপ থুংবা মতমদা ভুমখদগী উইহৌশিনা কেন্নকপগী খোঙ্গেল থাখি ।৫।

ধেনুক হিংচাবনা লান্থেংনবগীদমক বলদেবগী মাং তম্না চংশিল্লকখি, অমসুং ধেনুক মখোং খুতুং অনিমনা বলদেবদা কাওবকখি ।৬।

মপাগী (বলদেবগী) মাইকৈ মথিদা হন্না হন্না কোযচেল চেল্লিদা অযাকপা অহৌবা খোঙ্গেলনা ভুলিবা, ধেনুক হিংচাবগী মখোং খুতুং অনিনক পুন্না বলদেবনা খুংলৈ থুনা পাযখি ।৭।

অদুগা বলদেবনা হিংচাবগী মখোং খুতু অনিদু খুং নামতনা পাযবগা ইবায হাযনা কোনা পাম্বীগী মথক্তা হিংচাবদু লংখৎখি, বলদেবগী পাখোমগী পাঙ্গল অমদি হিংচাবগী অরুবা ভার অদুনা কোনা পাম্বীদু তেক্লক্লুনা মনাক্তা লৈবা কোনা পাম্বীশিংনা মথ মথং লৈমাযদা তুপ্পকখি, উবদা অঙকপা ওইখি, হিংচাবা ধেনুকনা অমুক হন্না হৌগৎলগা অশাওবগা লোয়নন্না হোৎচিল্লক্লুনা বলদেববু ফাখি ।৮।৯।

লাম্বা শামু অমনা, লাম্বা শামু অনবু ইনবা, কোতুনা লংবগুম্না

যোজনং নোদয়ামাস গজং প্রতিগজো যথা ।
গৃহীত্বা তং বলঃ সদ্যো ভ্রাময়িত্বাঽথ ধেনুকম্ ॥১০॥
ভূপৃষ্ঠে পোথয়ামাস মূর্চ্ছিতো ভগ্নমস্তকঃ ।
ক্ষণেন পুনরুত্থায় ক্রোধসংরক্তবিগ্রহঃ ॥১১॥
মূর্দ্ধ্নি কৃত্বা চতুঃশৃঙ্গং ধৃত্বা রূপং ভয়ঙ্করম্ ।
গোপান্ বিদ্রাবয়ামাস শৃঙ্গতীক্ষ্ণৈর্ভয়ঙ্করৈঃ ॥১২॥
অগ্রে পলায়িতান্ গোপান্ দুদ্রাবাশু মদোৎকটঃ ।
শ্রীদামা তঞ্চ দণ্ডেন সুবলো মুষ্টিনা তথা ॥১৩॥
স্তোকঃ পাশেন তং দৈত্যং সংতাড় মহাবলম্ ।
ক্ষেপণেনার্জ্জুনোঽংশুশ্চ দৈত্যং লত্তিকয়া খরম্ ॥১৪॥
বিশালর্ষভ এত্যাশু পাদেন স্ববলেন চ ।
তেজস্বী হ্যর্দ্ধচন্দ্রেণ দেবপ্রস্থশ্চ পৌরকৈঃ ॥১৫॥

হিংচাবনা পাঙ্গলথেংদ্রা ইনবা লংবনা খুথক অমা লাপ্না বলদেববু লংখি, বলদেবনস্তু খুদক্না চংলক্লনা হিংচাববু কারগা উরু-করু লৈখি ।১০।

হিংচাববু উরু রুরু লৈবগা লৈপাক্তা কৃথবদা মকোক কায়রুনা রাংখি, থুনমক হিংচাবনা অশাওবগা লোয়ননা হৌগংলকখি ।১১।

মকোক্তা মচি মরি হৌবব', অকিবগী মশক ফংলবা, মচিন-তুম্নবা খৌরগা মচিশিং অদুন' কোইহায় তাযবহুন', গোপমচাশিংবু অকিবা ফংনা মশাদা হোগাই থিঙ্গাইহনখি ।১২।

মযাই কাববা হিংচাবনা মচিনা হু'রদুনা হোগাই থিঙ্গাইরবদা, হিংচাবগী মাংদা কিহুনা চেন্নববদা, শ্রীদাম কৌবা সখানা চৈকুথা, অমদি সুবলনা খুত্তম্না কন্না থাখি ।১৩।

মপাঙ্গল কল্লবা, য়াক্লবা খোয়াও লাওরবা হিংচাববু, স্তোক কৌবা গোপনা পাশ কৌবা শউন খোরৌনা, অর্জ্জুন কৌবা গোপনা শক্লেন লৈনা কন্না থাখি, অংশু কৌবা গোপনস্তু উরীগী শাঙ্গেনা কনখি ।১৪।

গাথাগুম খোঙ্গন যাক্লবা শয়াবা অ'চৌবগী মওং ম'নবা থেগ্লক কৌবা

বক্ষঃস্থলে কন্দুকেন সন্তাড্য মহাসুরম্ ।
অথো কৃষ্ণোঽপি তং নীত্বা হস্তাভ্যাং ধেনুকাসুরম্ ॥১৬॥
ভ্রাময়িত্বাঽশু চিক্ষেপ গিরিগোবর্দ্ধনোপরি ।
শ্রীকৃষ্ণস্য প্রহারেণ মূর্চ্ছিতো ধেনুকাসুরম্ ॥১৭॥
পুনরুত্থায় স্বতনুং বিধুন্বন্ দারয়ন্মুখম্ ।
শৃঙ্গাভ্যাং শ্রীহরিং নীত্বা ধাবন্ দৈত্যো নভোগতঃ ॥১৮॥
চকার তেন খে যুদ্ধমূর্দ্ধং বৈ লক্ষযোজনম্ ।
গৃহীত্বা ধেনুকং দৈত্যং শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ॥১৯॥
চিক্ষেপাধো ভূমিমধ্যে চূর্ণিতাস্থিঃ স মূর্চ্ছিতঃ ।
পুনরুত্থায় শৃঙ্গাভ্যাং নাদং কৃত্বাতিভৈরবম্ ॥২০॥

---

হিংচাবনসু মপাঙ্গল থেরা মখাংনা কাপ্তবকখি, মতৌক মগুণ লৈবরা অর্দ্ধচন্দ্র কৌবা গোপ অমদি লেবপ্রম্ব কৌবনত্ত, অচা অথক হাপ্না পাত্র কয়ানা কল্লা কল্লা থাখি ।১৫।

খোল্লাও য়াকপা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবত্তনা বক্ষথপ কৌবা গোপ মচানা কিবুল কাংক্রয়া কল্লা থাখি, অতুগীতুংদা শ্রীকৃষ্ণনসু হিংচাববু খুং অনিনা ফাত্তুনা কোর্ইচং চিংখি ।১৬।

অমুল্লা চিংবমখৈ চিংলগা ভুক রুক্ত লৈবগা গোবর্দ্ধন চী থক্লা লংখৎখি, শ্রীকৃষ্ণগী চৈফু অর্দ্ধমকনা হিংচাবত্ত পুং অনি চুপ্লা বান্থখি ।১৭।

অমুক হৌগৎলক্লগা মশা থক থক নিকত্তুনা মচিন মখা কাথোক্রতুনা, হিংচাবগী মচি অমিনা শ্রীকৃষ্ণবু কোভল্লা অতিয়া থক্তা পুখৎখিত্তুনা কোয়চেন চেন্নখি ।১৮।

হিংচাবনা অতিয়াথক্তা যুথক লক্ষ অমা বাংনা পুখৎলগা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নলা যাল্লা কল্লা লান ভৌখি, পুন্নমক খুলবা ভবখা (হায়বদি বলদেবতনা মাবু হাংকদবনি কৃষ্ণ ঐনমি মাবু হাৎপা হৌনদে খংলবা) শংশংবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হিংচাববু কাখি ।১৯।

অত্তুগা পৃথিথক্তা লংথবকখি, মত্তুদা হিংচাবগী মশাত্তু শক্ল শয়াং

গোবর্দ্ধনং সমুৎপাট্য শ্রীকৃষ্ণে প্রাহিণোৎ খরঃ ।
গিরিং গৃহীত্বা শ্রীকৃষ্ণঃ প্রাক্ষিপত্তস্য মস্তকে ॥২১॥
দৈত্যো গিরিং গৃহিত্বাথ শ্রীকৃষ্ণে প্রাহিণোদ্বলী ।
কৃষ্ণো গোবর্দ্ধনং নীত্বা পূর্ব্বস্থানে সমাক্ষিপৎ ॥২২॥
পুনর্দ্ধাবন্ মহাদৈত্যঃ শৃঙ্গাভ্যাং দারয়ন্ ভুবম্ ।
বলং পশ্চিমপাদাভ্যাং তাড়য়িত্বা জগর্জ্জ হ ॥২৩॥
ননাদ তেন ব্রহ্মাণ্ডং প্রেজভুখণ্ডমণ্ডলম্ ।
হস্তাভ্যাং সংগৃহীত্বা তং বলদেবো মহাবলঃ ॥২৪॥
ভূপৃষ্ঠে পোথয়ামাস মূর্চ্ছিতং ভগ্নমস্তকম্ ।
পুনস্তাড় তং দৈত্যং মুষ্টিনা হ্যচ্যুতাগ্রজঃ ॥২৫॥

---

তেক কায়বতুনা রাম্লখি, মতু ফাওবদা হিংচাবতুনা হৌগৎলগা মচি অনিনা কায়হাই হাযবতুনা কল্লবা খোল্লাও লাওখি ।২০।

হিংচাবনা মচিনা গোবর্দ্ধনগী চী তুম ফক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা লংশিল্লকখি, কৃষ্ণনসু লংশিল্লকলিবা চীংতুম অদু ওক্তনা পাযবগা হন্দনা হিংচাবগী নকোক তা লংশিনখি ।২১।

অতুগী তুংদা মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবতুনা, কৃষ্ণনা লংলকলিবা চীংতুম অতুমক ওক্তনা পাযবগা শ্রীকৃষ্ণদা লংশিল্লকখি, শ্রীকৃষ্ণনা গোবর্দ্ধন চীং মচেৎ অতু পুবগা হান্নগী মফমদা থমখি ।২২।

অকনবা হিংচাবতুনা কোইচেল চেল্লতুনা, মচিনা লৈবাক থিঙ্গাই থিঙ্গাইতুনা মচি কেংলতুনা, বলদেববোমদা ওনশিন্দুনা খুজুং অনিনা বল্লা কাওরগা ভুং ভুং ভংখি ।২৩।

হিংচাবনা ভংবতুমক্কী খোপ্লেলতনা ব্রহ্মাণ্ডসি নিকখি, পৃথিবী থক থক নিল্লা নিমখি, কল্লবা বলদেবনা হিংচাবতুবু খুং অনিনা ফাখি ।২৪।

অদুগা বলদেবনা হিংচাববু পৃথ্বী লৈমাইথক্তা নমথুখি, মতুদা হিংচাবতু মকোক কায়বতুনা রাম্লখি, বলদেবনসু অমুক্তা হন্না খুৎমা কল্লা কল্লা ওখি ॥২৫।

তেন মুষ্টিপ্রহারেণ সদ্যো বৈ নিধনং গতঃ ।
তদৈব ববৃষুর্দেবাঃ পুষ্পৈর্নন্দনসম্ভবৈ ॥২৬॥
দেহাদ্বিনির্গতঃ সোঽপি শ্যামসুন্দরবিগ্রহঃ ।
স্রগ্বী পীতাম্বরো দেবো বনমালাবিভূষিতঃ ।
শ্রীকৃষ্ণং সবলং নত্বা পরিক্রম্য স্থিতোঽভবৎ ॥২৭॥
তদৈব সদ্যো গোলোকাদাগতোঽভূন্মহারথঃ ।
লক্ষপার্ষদসংযুক্তঃ সহস্রধ্বজশোভিতঃ
সহস্রচক্রধ্বনিভৃদ্ধয়াযুতসমন্বিতঃ ॥২৮॥
লক্ষচামরশোভাঢ্যোঽরুণবর্ণোঽতিরম্যভূৎ ।
দিব্যযোজনবিস্তীর্ণো মনোধায়ী মনোহরঃ ॥২৯॥

খুত্‌ন্না শাকুকল্লা শুবত্নমক্লা হিংচাবত্ন খুদক্তা মথরাই থাখি, মতমতুদা লাইশিংনা সুবাবেনগী নন্দন কৌবা বন্দা শাৎপা লৈ খিবিক্লা নোংচুবগুম চায়থখি ।২৬।

খুদক্তদা হিংচাবগী হকচ ংদগী মপান থোক্লকলিবা মঙালগী মশক অত্থু শ্রীকৃষ্ণগী কুচুগুম শংবানবা, লৈপবেংশিবা, লাইগী মশক ওইবা, বনমালা থোনবা মশকনি, বলদেবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু য়েৎওইননা কোয়বগা লেপ্তনা লৈখি ।২৭।

খুদক অতদা গোলোক ধামদগী হরিগী মনাই লক্ষ (লাক) অমনা, কিবাল ছত্র লিশিংনা লৈতেংবা, কাংখোং চক্র লিশিংগী মখোলগুবা খোঙ্গেনবা নিঙ্গবা, শগোল অযুত অমনা চিংলবা লাইগী অথোইবা দলাই অমা লাক্লখি ।২৮।

ওাংঙানবা মচুগী অথোইবা মনি মুক্তা থাপ্লা, চামর লক্ষ অমনা তিল্লবা, পুকনিং হুনা ফজববা লংলবা মঙাল পুবা, যোজন অমা পাক চাওরবা, পুকনিংনা নিংবা মকমদা চৎনিংবত্তা চৎপা, য়ৌনিংবত্তা যৌবা ঙম্লবা দলাইনি ।২৯।

থাংদা কিঙ্কিনী কৌবা খাংশরীকী মপে ওইববা, শরীক্ অমদি,

কিঙ্কিণীজালসংবৃতো ঘণ্টামঞ্জীরসংযুতঃ ।
হরিং প্রদক্ষিণীকৃত্য সহসা দিব্যরূপধৃক্‌ ॥৩০॥
দিব্যং রথং সমারুহ্য দ্যোতয়ন্মণ্ডলং দিশাম্‌ ।
জগাম দৈত্যো হে রাজন্‌, গোলোকং প্রকৃতেঃ পরম্‌ ॥৩১॥
শ্রীকৃষ্ণো ধেনুকং হত্বা সবলো বালকৈঃ সহ ।
তদ্‌যশস্তু প্রগায়দ্ভির্বভৌ গোকুলগোগণৈঃ ॥৩২॥

রাজোবাচ —

মুনে মুক্তিং কথং প্রাপ্তঃ পূর্বং কো ধেনুকাসুরঃ ।
কথং খরত্বমাপন্ন এতন্মে ব্রূহি তত্ত্বতঃ ॥৩৩॥

শ্রীনারদ উবাচ —

বৈরোচনের্বলেঃ পুত্রো নাম্না সাহসিকো বলী ।
নারীণাং দশসাহস্রৈ রেমে বৈ গন্ধমাদনে ॥৩৪॥

---

নুপুরগী খোঙ্গেন লোযনববা, লাইগী মশক ওইনবা হিংচাবগী মথুাইদো, বলদেবগা লোযননা ডাগ্রিবা শ্রীকৃষ্ণবু য়েং ওইননা কোযরম্লগা ।৩০।

হে নিংথৌ, দলাই অতুদা তোংখংলতুনা, মাইকৈ পুম্নমকপু ডানহন্দুনা (অবানবা খুবম কংলবা হিংচাবনা) প্রকৃতিদগী অথোইবা গোলোক ধাম কৌবা মফমদা হিংচাবদা চৎখি ।৩১।

ধেনুকাসুরবু হাৎলবদা শ্রীকৃষ্ণসু মযাম্পুং বলদেব অমদি গোপমচাশিং অমসুং শনশিংগা লোইননা, অদুগা গোপমচাশিংনসু ইবুঙো মাগী মতৌক মগুণ শীংখাতুনা ঈশৈ শক্ল-শক্লতুনা গোকুল তাম্না লাকখি ।৩২।

বহলাখ নিংথৌনা হায়ঃ— হে মুনি, ধেনুকাসুর হায়বা হিংচাবসি মমাংগী মপোক্তা কনা ওইম্না পোকখিবনো, করম তৌনা গাধাগুম শনগী মতৌগুম ওইবা মপোক ওইখিবনো অমসুং করম্না মুক্তি ফংখিবনো হায়বা বাকমদো ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ।৩৩।

শ্রীনারদনা হায়ঃ— বিরোচনগী মচা বলি হায়রবতুনা পোকপা মপাঙ্গল কল্লবা, সাহসিক কৌবা মচানুপা অমা লৈরম্মই, মোংথদি মানা গন্ধমাদন

বাদিত্রাণাং নূপুরাণাং শব্দাঽদ্ভুতঘনে মহান্ ।
গুহায়ামাশ্রিতস্যাপি শ্রীকৃষ্ণং স্মরতো মুনেঃ ।।৩৫।।
দুর্ব্বাসসোঽথ তেনাপি ধ্যানভঙ্গো বভূব হ ।
নির্গতঃ গহ্বরাকারাত্তো দুর্ব্বাসাঃ কৃশবিগ্রহঃ ।।৩৬।।
দীর্ঘশ্মশ্রুর্বশিষ্টিধরঃ ক্রোধযুক্তোঽনলদ্যুতিঃ ।
যস্য শাপাদ্ বিশ্বমিদং কম্পতে স জগাদহ ।।৩৭।।

দুর্ব্বাসা উবাচ —

উত্তিষ্ঠ গর্দ্দভাকার গর্দ্দভো ভব দুর্ম্মতে ।
বর্ষাণাং তু চতুর্লক্ষং ব্যতীতে ভারতে পুনঃ ।।৩৮।।
মাথুরে মণ্ডলে দিব্যে পুণ্যে তালবনে বনে ।
বলদেবস্য হস্তেন মুক্তিস্তে ভবিতাসুর ।।৩৯।।

---

কৌবা চীংদা গুপী লিশিংতবাগা লোয়ননা শান্নবমই ।৩৪।

গন্ধমাদন চীংগী বন অতুদা, গুপীশিং অতুগী মখোংদা শিবিবা নূপুরগী খোঙ্গেলতনা নিনখি, অতুগুপ্বা চীং অতুগী লোকনুংদা ফমুদুনা দুর্ব্বাসা মুনিনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংলমই ।৩৫।

গুপীশিংনা নিল খোংবগী খোঙ্গেলনা দুর্ব্বাসা মুনিগী ধ্যান কাযবদুনা, মতম কুইনা চাদ-থক্লনা লাই নিংবদগী মশা মযাং কংলবা মুনিনা থুরুম তোংশিল্লগা মপান্দা থোক্লকখি ।৩৬।

খদাংগী কোই শাংলবা, চৈশু পায়বা, অশাওবগী মপৈনা চাক্লবা মৈগী মৈঙাল গুম্লবা মুনিনা, মহাক্কী শাপ্তগী তাইবংপান্স অসিবু নিকহল্লবগী মশক ওইনা দুর্ব্বাসানা খংহল্লকখি ।৩৭।

দুর্ব্বাসানা হায়ঃ— গাধা হায়বা শাগী মওং মতৌ মানবা পুকচেল ক্ষয়রবা নংদি গাধা ওইবো, মফম অসিদগী থাপ্লা চংশ্রো, চহি লক্ষমরি হৌরবা (লোইরবা) তুংদা অমুকহন্না ভারতবর্ষ কোবা লৈবাক্তা অমকপা লৈরবা শেংলবা মফম ওইবা মথুরা কোবা মফমগী তালবন কোবা উমংদা বলদেব কোবা মহাক্কী মথুংনা হিংচাবা নংবু অরানবা থুবম (সংসারসিংগী

নারদ উবাচ —

তস্মাদ্বলস্য হস্তেন শ্রীকৃষ্ণস্তং জঘান হ ।

প্রহ্লাদায় বরো দত্তো ন বধ্যো মে তবান্বয়ঃ ॥৪০॥

ইতি শ্রীমদ্গার্গ সংহিতায়াং বৃন্দাবন খণ্ডে ধেনুকাসুরমোক্ষো নাম একাদশোঽধ্যায়ঃ ।

❊ ❊ ❊

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ —

বলং বিনাথ গোপালৈশ্চারয়ন্ গাং হরিঃ স্বয়ম্ ।

কালিন্দীকূলমাগত্য যযৌ বারি বিষাবৃতম্ ॥১॥

---

লানবা) হাযবহ্ পীবিরগনি ।৩৮।৩৯।

শ্রীনারদ মুনিনা হায ঃ— মমাংঙৈ সত্যযুক্তা, নবসিংহ্ অবতাবগী মতমদ', ভক্ত প্রহ্লাদগী মযমদা বব ওইনা পিবিখিবা, প্রহ্লাদ নংগী শাগৈদা পোকপশিংবু ঐনা কৈদৌনুংদা হাৎলোই হাযনা তাকপিখিবা বাবু শ্রীকৃষ্ণনা নিংশিংবীহ্না বলদেবগী খুৎনা হাৎখিবনি ।৪০।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী বাবীদা বৃন্দাবন-খণ্ডগী মঙ্গুংদা; ধেনুক কৌবা হিংচাববু অরানবা থুবক পীবিবা কৌবা তরামাথোই গুবা অধ্যায় লোইরে ।

❊ ❊ ❊

দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ।

শ্রীনারদনা হায়ঃ—, অংশংবা হরি ওইবা কৃষ্ণনা নোংমদি বলদেব য়াওদনা শনশেন্নহাশিংগা লোয়ননা শন শেনশেন্নহনা লাক্লনা, কুনা কুপাম্নরবা মহুনাই হিদেনতাকম মৌরকুখি ।১।

কালিয়েন ফণীন্দ্রেণ জলং যত্র বিদূষিতম্ ।
পীত্বা নিপেতুর্ব্যসবো গাবো গোপা জলান্তিকে ॥২॥
তদা তান্ জীবয়ামাস দৃষ্ট্যা পীযূষপূর্ণয়া ।
আর্দ্রচিত্তো হরিঃ সাক্ষাৎ ভগবান্ বৃজিনার্দ্দনঃ ॥৩॥
কটৌ পীতপটং বদ্ধা নীপমারুহ্য মাধবঃ ।
পপাতোর্দ্ধ্ববিটপাত্তত্তোয়ে বিষদূষিতে ॥৪॥
উচ্চচাল জলং দুষ্টং কৃষ্ণসম্পাত ঘূর্ণিতম্ ।
তৎ সর্পমন্দিরং নদ্যাং ভঙ্গীভূতং বভূব হ ॥৫॥
তদৈব কালিয়ঃ ক্রুদ্ধঃ ফণী ফণশতাবৃতঃ ।
দশন্ দন্তৈশ্চ ভুজয়া চচ্ছাদ নৃপ মাধবম্ ॥৬॥

---

মতাক পানবশিংগী অথোইবা, কালিয় কৌবা লিন্না হু-কামশিন্দুনা ফংহন্দ্রবা যমুনাগী ঈশিং অদু থক্লবদগী অদুক যাম্বা গোপমচাশিং অমাদ শনশিং পুম্নমক ঈশিং মনাক্তা তাদ্রুনা লৈখি ।২।

থৌজান্না তিল্লবা থমোই ওইবা, ফত্তবা পাপ অমদি অরাবব্ কোক-হনবীবা, ভগবান ওইবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা, অমৃত চেনবা মিৎয়েংনা যেংবীদুনা মথোই পুম্নমক অদুবু হিংগৎহনখি ।৩।

লম্পীগী মবুঙো ওইবা মাধবনা খ্বাংদা থোৎলিবা সনাফিগে অদু তাখৎলগা যেপশিন্দুনা, যমুনা মপান্দা হৌরিবা কেলিকদমদা কাখৎলগা, অরাংবা উপাল অদুদগী, কালিয়গী হুনা কুপপ্রবা ঈশিংতুদা চোংথখি ।৪।

শ্রীকৃষ্ণনা চোংথবগী শাকুনা, হুচেন্নবা ফত্তবা ঈশিং অদু ঈথক ইপোন্না উরু-রুরু লৈবকপনা, কালিয় লিনগী অয়ুম ওইবা ভুবেল অতু মথক মখা ওন্না থুগাইখি ।৫।

হে নিংথৌ, মতৌতুদা মতোক চাম পানবা কালিয় কৌবা লিন্না অশাওবগা লোয়মনা মতোকশিংদু ফন্দোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু অরানা চিকখি অমসুং শ্রীকৃষ্ণবী মপাম্বোমদা কাখি ।৬।

শাংলবা লিনগী মশানা লেৎশিনশিল্লুনা কাক্সিন-পুমশিনপ্রবদা

ততাড় মুষ্টিনা সর্পং ত্রৈলোক্যবলধারকঃ ।
কৃষ্ণমুষ্টিপ্রহারেণ মূর্চ্ছিতো বিগতস্মৃতিঃ ॥১২॥
নতং কৃত্বাননশতং স্থিতোঽভূৎ কৃষ্ণসম্মুখে ।
আরুহ্য তৎফণিশতং জগৎকৃৎস্নমনোহরম্ ॥১৩॥
ননর্ত্ত নটবৎ কৃষ্ণো নটবেশো মনোহরঃ ।
গায়ন্ সপ্তস্বরৈ রাগং সঙ্গীতং চ সতালকম্ ॥১৪॥
পুষ্পৈর্দেবেষু বর্ষৎসু তাণ্ডবে নটরাজবৎ ।
বাদয়ন্ স মুদা বীণানকদুন্দুভিবেণুকান্ ॥১৫॥
সতালং পদবিন্যাসৈস্তৎফণান্ মৃদ্নন্ বহূন্ ।
রক্তঞ্চ স্রবতঃ কৃষ্ণঃ কালিয়স্য মহাত্মনঃ ॥১৬॥

---

লৈত্তনা বাম্থখি ।১২।

জ্ঞান লাক্লবা তুংদা মথাই চামত্তু লুকপরত্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা লেপ্পুনা লৈখি, পুকনিং হুনা ফজববা মনি মপেনা তিন্নবা (থেংনলিবা) মতোক চামগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা (কাখৎখি) লেংখত্নুনা লেপখি ।১৩।

জগোই শাবশিংগী পুকনিং হুনা ফজববা ফিজেৎ থোল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই তৈবশিংগী মতৌগুম জগোই শাখি, খোম্বাং তবেৎন তিল্লবা স্বর অমদি বাগ ঙালনা তিনবা ঈশৈ শকখি ।১৪।

জগোই তৈবশিংগী অখোইবনা তাণ্ডব জগোই শাবগুম শারিবা শ্রীকৃষ্ণদা অয়াম্বা লাইশিংনা নোংচুবগুম্মা লৈ চায়থখি, বীনাবক্ত, বেণু খোংখি, দুন্দুভিনচিংবা পুং থিন্দুন মুত্তাইনখি ।১৫।

শ্রীকৃষ্ণনা লাইশিংনা খোংলকলিবা, মৈরক-থীল্লকলিবা অঙ্গী তাল চানা চানা মখিশিংগী মত্তালবা সংলবা কালিয় লিনগী মতোকশিংদা চোংনা চোংনা জগোই শাবনা, চাওরবা লিম্ভুনা হুংশা থর কুইনা হোনবগা লোইননা মতোকশিংদা থেংলিবা মপিশিংত্তু তেক কায়হুনা হেনবখি ।১৬।

মতমত্তুদা কিখিবনা মিপাই চাওরবী মপুকনিং লাংভক্রবী লিন মুপীশিংনা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী মখোংদা পুক্ষলমা হিক্লবা খোজেননা তিন্নবা

তদৈব নাগপত্ন্যস্তা আগতা ভয়বিহ্বলাঃ ।
নত্বা কৃষ্ণপদং দেবমূর্দ্ধগদ্গদয়া গিরা ॥১৭॥

নাগপত্ন্য ঊচুঃ ।

নমঃ শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রায় গোলোকপতয়ে নমঃ ।
অসংখ্যাণ্ডাধিপতয়ে পরিপূর্ণতমায় তে ॥১৮॥
শ্রীরাধাপতয়ে তুভ্যং ব্রজাধীশায় তে নমঃ ।
নমঃ শ্রীনন্দপুত্রায় যশোদানন্দনায় তে ॥১৯॥
পাহি পাহি পরদেব পন্নগং
ত্বৎপরং ন শরণং জগত্রয়ে ।
ত্বং পরাৎপরতরো হরিঃ স্বয়ং
লীলয়া কিল তনোষি বিগ্রহম্, ॥২০॥.

---

নাইত্না চাবক্তবর্কখি ।১৭।

লিন নুপীশিংনা হায- শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র কৌবা ইবুঙো নংবু খুকমজরি, মশাং লাকউমদ্রবা তাইবংপানশিংগী মপু ওইবা, মপুংফাবা শক্তি পুম্নমক্তা তিনবা গোলোকধামগী মবুঙো, পুম্নমক্কী অখোইবা নংবু খুরুমজে ।১৮।

ব্রজনিংথৌগী মচা ওইবা, যশোদাগী মশাইবা অপেনবা পীনবীবা, ব্রজধামগী মপু ওইবা, শ্রীরাধাগী মবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র কৌবা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ।১৯।

হে অখোইবা লাই ওইবা ইবুঙো, ইবুঙো নংনা লিন কাংলুপ ঐখোয়বু ঙাকপীয়ু ঙাকপীয়ু, ইবুঙো নঙোন্দা নত্তনা মরোল অহুমশিদা চংজফম কনা লৈবগে, ইবুঙো নংদি অখোইবশিং পুম্নমক্কী খ্বাইদগী অখোইবা শ্রীহরি ওইবা নংনি, লীলা শাম্নবীগে খন্দুনা মীওইবগী মপোক্তা পোকপিরবনি ।২০।

শ্রীনারদনা হায়ঃ— অদুগা লিন নুপীশিংনা হায়জরবদা (খুজি তৌজরবদা) মপুংফাবা শক্তি পুম্নমক্তা তিনবা, ভগবান শ্রীহরি কৃষ্ণনা, নিংশিংবা ওইবী শক্তি কায়বা মাংহনবা নৌমিন্না কৌবা লিনবু মশাদা

শ্রীনারদ উবাচ ।

নাগপত্নীস্তুতঃ কৃষ্ণঃ কালিয়ং বিগতস্ময়ম্ ।

বিসসর্জ্জ হরিঃ সাক্ষাৎ পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্ ॥২১॥

পাহীতি প্রবদন্তং তং কালিয়ং ভগবান্ হরিঃ ।

প্রণতং সম্মুখে প্রাপ্তং প্রাহ দেবো জনার্দ্দনঃ ॥২২॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

দ্বীপং রমণকং গচ্ছ সকলত্রসুহৃদ্‌বৃতঃ ।

সুপর্ণোঽদ্যতনাত্ত্বাং বৈ নাদ্যান্মৎপাদলাঞ্ছিতম্ ॥২৩॥

শ্রীনারদ উবাচ —

সর্পঃ কৃষ্ণং তু সম্পূজ্য পরিক্রম্য প্রণম্য তম্ ।

কলত্রপুত্রসহিতো দ্বীপং রমণকং যযৌ ॥২৪॥

অথ শ্রুত্বা কালিয়েন সংগ্রস্তং নন্দনন্দনম্ ।

তত্রাজগ্মুর্গোপগণা নন্দাদ্যাঃ সকলনকাঃ ॥২৫॥

---

নিংশিংবা ভগ্না শক্তি পীনদুনা থাদোকপিখি ।২১।

ভগবান শ্রীহরিগী মাদা চংশিল্লক্কুনা ঙাকপিয়ু ঙাকপিযু হায়না। থুকনক্কবিনা কালিয় কৌবা লিন্দা পুন্নমকী চংজকন ওইবা লাই, জনার্দন কৃষ্ণনা হায়বিখি ।২২।

শ্রীভগবাননা হায — নশাগী ইমুং মন্নুং মবী মতা পুন্নমক্কা লোইননা বমনক কৌবা দ্বীপতা চত্নুনা লৈকদো। ঙসিদগী হৌনা কৃষ্ণ ঐগী খোযম (চিহ্ন) না নাকোক্তা লোংদনা লৈবশনু। মত্নুনা গরুড়গী নংনা অদিবী লৈববাই (গরুড়না মংবু চাববাই) ।২৩।

শ্রীনারদনা হায়ঃ— কালিয় কৌবা লিন্না শ্রীকৃষ্ণবু মিংথিনা পূজা তৌজহনুনা য়েৎ ওইননা কোয়হনুনা থুকমজরগা মচা মশু শাইনাইনা পুন্নমক্কা লোযননা বমনক কৌবা সমুদ্র ইথৎ তান্না চৎখি ।২৪।

অশোশ্বদনা কালিয় কৌবা লিন্না নন্দনিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু কাত্নুনা যোংখ্রে হায়দনা পাও তানরক্কুনা, থুগী মহা, ইমুং মনুং পুন্নমক্কা লোইননা

জলাগ্নিনির্গতং কৃষ্ণং দৃষ্ট্বা মুমুদিরে জনাঃ ।
আশ্লিষ্য স্বসুতং নন্দঃ পরাং মুদমবাপ হ ॥২৬॥
সুতং লব্ধা যশোদা সা সুতকল্যাণহেতবে ।
দদৌ দানং দ্বিজাতিভ্যঃ স্নেহস্রুতপয়োধরা ॥২৭॥
তত্রৈব শয়নং চক্রুর্গোপাঃ সর্ব্বে পরিশ্রমাৎ ।
কালিন্দীনিকটে রাজন্ গোপীগোপগণৈঃ সহ ॥২৮॥
বেণুসঙ্ঘর্ষণোদ্ভূতো দাবাগ্নিঃ প্রজয়ান্নিশং ।
নিশীথে সর্ব্বতো গোপান্ দগ্ধুমাগতবান্ স্ফুরন্ ॥২৯॥
গোপা বয়স্যাঃ শ্রীকৃষ্ণং সবলং শরণং গতাঃ ।
নত্বা কৃতাঞ্জলিং কৃত্বা তমূচুর্ভয়কাতরা ॥৩০॥

---

নন্দনাচিংবা গোপশিংনা মফমদু তান্না লাকখি ।২৫।

মী পুম্নমক্তনা লাকপদদ শ্রীকৃষ্ণনা ঈশিংদগী কাখৎলকপা উবগা পুম্নক্লা নুঙাইনখি, নন্দ নিংথৌনসু মচাবু যাম্না নুংশিনা চেৎনা চাম্না কোন্দুনা নুঙাইবা ফংজখি ।২৬।

মচা ফংজরবদা, মচা থুংশিবা প্রেমনা মশাগী অমৃত শিন্থবক্রবী যশোদানা মচাগী য়াইফ-মঙ্গল ওইনবগীদমক ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা অযাম্বা দান থিবিক তৌখি ।২৭।

হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, মতমদুদা গোপ গোপীশিং পুম্নমক অদু মহৈ মহৈ লাপা লাকপগী বানবা, (থুনিং তাশিন্নকপগা, মথুম তান্না হনবা থুদোং চারোইদবা) ওইবনা যমুনাগী মনাক অদুদা মহৈ মহৈ তুম্না-হিপ্লখি ।২৮।

অহিং অথেংবদা বনগী বা পাম্বীশিংদা নুংশিৎ শিৎলকপদা, মহৈ মহৈ তক্রবদগী হৌরকপা লম্মেনা প্রলয়গী মৈগুম্না মাইকৈ পুম্নমক শিন্দনা অকিপা ফংনা. গোপশিংদুবু চাকথেক্লগে মতাঙ্গম চাক্লকখি ।২৯।

গোপশিং অমদি লেংমান্নবা গোপমচাশিং পুম্নমক্না, মম্নাক্লং বলদেবগা লোয়নবা শ্রীকৃষ্ণদা চঙ্খি, মথক্রাই থাবগানি কিবদগী ৱানরবা মখোয় খিবিক্লা খুরুমগা মথুং সোন্নক্লা হায়খি ॥৩০॥

গোপা উচুঃ ।

কৃষ্ণ কৃষ্ণ মহাবাহো শরণাগতবৎসল ।

পাহি পাহি বনে কষ্টাদ্দাবাগ্নেঃ জজ্বলান, প্রভো ॥৩১॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

স্বলোচনানি মা ভৈষ্ট ন্যমীলয়ত মাধবঃ ।

ইত্যুক্ত্বা বহ্নিমপিবদ্দেবো যোগেশ্বরেশ্বরঃ ॥৩২॥

প্রাতর্গোপগণৈঃ সার্দ্ধং বিস্মিতৈর্নন্দনন্দনঃ ।

গোগণৈঃ সহিতঃ শ্রীমদ্‌ব্রজমণ্ডলমায়যৌ ॥৩৩॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে কালিয়দমনং দাবাগ্নিপানং নাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ।

---

গোপশিংনা হায় :—হেকৃষ্ণ হেকৃষ্ণ, হে পাম্বোম কনবা, চংজবকপশিংবু চানবীবা, বন অসিদা অকিবা যংনা চাব্রবলিবা মৈ অসিদগী নহাক্কী ওইবা ঐখাই খাইবু ভাকপিযু কনবীযু ।৩১।

শ্রীনাবদনা হায়খি — যোগেশ্বব ওইবা লাইনিং চেৎপশিংগী মবুংগা লাই ওইবা, ব্রজলম্মাগী মবুঙো মাধব শ্রীকৃষ্ণনা, কিগনু কিগনু নশা নশাগী নমিৎশিংত্ হাইহাক্তং উইশিল্লু অসুম্না হায়বগা প্রলয়গুম চাকলিবা মৈদু থকচিনখি (যোৎশিন্দুনা মাংহনখি) ।৩২।

নোংঙাম্রগা অযুক্কী মতম ওইবক্রবদা ঙকুবা (ওইথোক্লবা কৃষ্ণগী থৌদৌ ঙাক্না উবদা ঙক্লবা) গোপশিং অমদি শনবী শন্নাওশিং পুম্মক্কা লোইননা নন্দগী মচা কৃষ্ণনা, ফজবা নিংথিবতনা তিল্লবা ব্রজবৃন্দাবন তাম্না হন্নেকখি ।৩৩।

মত্তাং অসিদা গর্গ মুনিগী রাবীদা বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা, কালিয় কৌবা লিনবু চৈবাক পীবা অমদি অচাকপা মৈদুবু থকচিন্দুনা হাংহনবা কৌবা তবানিথোই শুবা অধ্যায় লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

বৈদেহ উবাচ।

যদ্রজো দুর্লভং লোকে যোগিনাং বহুজন্মভিঃ।
তৎপাদাব্জং হরেঃ সাক্ষাদভৌ কালিয়মূর্দ্ধসু ॥১॥
কোঽয়ং পূর্ব্বং কুশলকৃৎ কালিয়ো ফণিনাংবরঃ।
এনং বেদিতুমিচ্ছামি ব্রূহি দেবর্ষিসত্তম ॥২॥

শ্রীনারদ উবাচ —

স্বায়ম্ভুবান্তরে পূর্ব্বং নাম্না বেদশিরা মুনিঃ।
বিন্ধ্যাচলে তপোঽকার্ষীদ ভৃগুবংশসমুদ্ভবঃ ॥৩॥
তদাশ্রমে তপঃ কর্ত্তুং প্রাপ্তো হ্যশ্বশিরা মুনিঃ।
তং বীক্ষ্য রক্তনয়নঃ প্রাহ বেদশিরা রুষা ॥৪॥

---

বহুলাশ্বনা হায়খি — ভাইবংপানসিদা যোগী ওইবা লাইনিংবশিংনা, মপোক কয়াদা ফংঙমজবা ইবুঙো মাগী মখোং থম্বালগী উকলনি, অদুগুম্বা শংশংবা শ্রীহরি কৃষ্ণগী মখোং থম্বালবু কালিয় লিনগী মকোকশিংগী মথক্তা হাপ্পখি ।১।

হে দেবর্ষি অথোইবা নারদ, যাইফ মঙ্গলগী মশক ওইপ্রবা মতাক-পানবশিংগী অথোইবা কালিয় লিন অসি মমাংগী মপোক্তা কনা ওইনা পোকখিবগে হায়বসি খংজনিংই, মুনিনা তাকপিয়ু ।২।

নারদনা হায মনু তবামরিগী অহানবা মনু (বৃন্দাবন-লাইগী নিংথৌ ওইবা) ব্রহ্মাগী মচা স্বায়ম্ভুব মনুগী মনুংদা ভৃগুমুনিগী শাগৈদা বেদশিরা কৌবা মুনি অমা পোকখি, বিন্ধ্যাচল কৌবা চীংদা মানা তপ তৌখি ।৩।

মতম অদুদা বেদশিবা কৌবা মুনিগী লাইনিংফম আশ্রমদুদা অশ্বশিরা হায়বা মুনি অমনু তপ তৌনবগীদমক লাকখি, মহু উদগা বেদশিবানা

বেদশিরা উবাচ ।

মমাশ্রমে তপো বিপ্র মা কুর্য্যাঃ সুখদং ন হি ।
অন্যত্র তে তপোযোগ্যা ভূমির্নাস্তি তপোধন ॥৫॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

শ্রুত্বাথ বেদশিরসো বাক্যং হ্যশ্বশিরা মুনিঃ ।
ক্রোধযুক্তো রক্তনেত্রঃ প্রাহ তং মুনিপুঙ্গবম্ ॥৬॥

অশ্বশিরা উবাচ ।

মহাবিষ্ণোরিয়ং ভূমির্ন তে মে মুনিসত্তম ।
কতিভির্মুনিভিশ্চাত্র ন কৃতং তপ উত্তমম্ ॥৭॥
শ্বসন্ সর্প ইব ত্বং ভো বৃথা ক্রোধং করোষি হি ।
সদা সর্পো ভব ত্বং হি ভয়াত্তে গরুড়াত্তম ॥৮॥

---

শাওখিবনা মমিং ভাংশং ভাংলহুনা হায়রকখি ।৪।

বেদশিরানা হায়— হে ব্রহ্মন, আশ্রম অসিদা নহাক্না লাক্ট নিংথনি হায়বসি ৎেগন্নু, মহুনা নংগী অফবা ওইবোই, হে লাইনিংবনা নংগী মথৌ ওইবা মুনি, নংগীদমক অতোপ্পা মতিকচাবা লাই নিংথম অমত্তা লৈত্রে ।৫।

শ্রীনারদনা হায় — অতুদগী বেদশিরাগী ৱাসি তাবগা অশাওবনা থিম্রবা, মাংগ মনা চাংশ ভাংলবা অশ্বশিরা কৌবা মুনিনা, মুনি অথোইবদা বেদশিরাদা হায়রক খ ।৬।

অশ্বশিরা মুনিনা হায়— হে বেদশিরা কৌবা মুনি অথোইবা, অসি ওইবা পৃথিবী অসিদি মহাবিষ্ণু কৌবা ইবুঙো মাগীনি, নংগীস্থ নত্তে, ঐগীস্থ নত্তে, কয়ামুক ওইবা মুনিশিংনা মথম অসিদা তপ তৌখিদবরা ।৭।

মুনি নংনা খব ফি-ফি কায়বা লিনগী মতৌ ঙম্নহুনা অরেম্বদা শাওরি মশিমক্তনা নহাক লিন ওইরে, নত্তম পুম্নমক্তা গরুড় কৌবা উচেক্তগী অকিবা কংবা ওইবো ॥৮।

বেদশিরা মুনিনা হায় — হে পুক্চেল কত্রবা, নহাক্না যাম্না ফত্তবা ৱাখল পুকখা থিনবা মা ওইরে, মরম অসিনক্না নহাকা থক্লিংং ওইবা

বেদশিরা উবাচ ।

ত্বং মহাদুরভিপ্রায়ো লঘুদ্রোহে মহোদ্যমঃ ।
কার্য্যার্থী কাক ইব কৌ ত্বং কাকো ভব দুর্ম্মতে ॥৯॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

আবিরাসীত্ততো বিষ্ণুরিত্থঞ্চ শপতোস্তয়োঃ ।
স্বস্বশাপাদ্দুঃখিতয়োঃ স্নান্তয়ামাস তৌ গিরা ॥১০॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

যুবান্তু মে সমৌ ভক্তৌ ভূজাবিব তনৌ মুনী ।
স্ববাক্যন্তু মৃষা কর্ত্তুং সমর্থোঽহং মুনীশ্বরৌ ॥১১॥
ভক্তবাক্যং মৃষা কর্ত্তুং নেচ্ছামি শপথো মম ।
তে মূর্দ্ধ্নি হে বেদশিরশ্চরণৌ মে ভবিষ্যতঃ ॥১২॥

---

মবালগীদমক চাওরবা পুম্নবা দগু পীবে, মশাগীদমক্তা থনবা, হোৎনবা কাক্সগী লমচৎ শাজং চৎপা নংসু কাক ওইরো ।৯।

শ্রীনারদনা হায়— অদুগা মৈথৈ মৈথৈ শাপ তৌনদুনা অমংবা-থবাবা ওইনরা মাবদ, ভগবান শ্রীবিষ্ণুনা মফমদুদা লাংবিরক্লনা মথৈ মথৈ, শাপ তৌনবগী রানবিবা মাংলোই উবীদুনা নখাগী বাফম অসি হায়দুনা থেনজিনবীখি ।১০।

শ্রীভগবাননা হায় — হে মুনি অংথাইবা অনি, নখোই অনিদি ঐকচাংগী মঙুংদা পাম্বোম অনিগুম্বনি, নখোই অনিমক ঐহাক্না চপমান্নবা খমনা ইনাই ভক্ত ওইরকনি, ঐনা ঐনা বাবুদি অবাননা চুমদবা ওইহনবদি ঙমই ।১১।

ইনাই ভক্তশিংগী বাবুদি অবাংবা চুমদবা ওইহনগে নিংদে (তৌথ্রবা শাপ অদুদি অচুম্বা ওইবগনি) নশি ঐগী অবেপ্পনি, হে বেদশিরা (নংনা লিম ওইরবসু) ঐগী ইখোং অনিনিঙ নংগী নাপাকথক্তা পুজরা ওইরক্কনি ।১২।

মতমদুদা (মাকোক্ত ঐগী খোংফম লৈরবা মতমদুদা) গরুড়গী

তদা তে গরুড়াদ্ভীতির্ন ভবিষ্যতি কর্হিচিৎ ।
শৃণু মেঽশ্বশিরো বাক্যং শোকং মা কুরু মা কুরু ॥১৩॥
কাকরূপোঽপি সুজ্ঞানং তে ভবিষ্যতি নিশ্চিতম্ ।
পরং ত্রৈকালিকং জ্ঞানং সংযুতং যোগসিদ্ধিভিঃ ॥১৪॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

ইত্যুক্ত্বাঽথ গতে বিষ্ণৌ মুনিরশ্বশিরা নৃপ ।
সাক্ষাৎ কাকভুশুণ্ডোঽভূদ্ যোগীন্দ্রো নীলপর্ব্বতে ॥১৫॥
রামভক্তো মহাতেজাঃ সর্ব্বশাস্ত্রার্থদীপকঃ ।
রামায়নং জগৌ যো বৈ গরুড়ায় মহাত্মনে ॥১৬॥
চাক্ষুষে হ্যন্তরে প্রাপ্তে দক্ষঃ প্রাচেতসো নৃপ ।
কশ্যপায় দদৌ কন্যা একাদশ মনোহরাঃ ॥১৭॥

---

মফমদগী অকিবা যংবা হায়বতু কবিগুরদা ওইবাবাই অতুগা হে অশ্বশিরা নংমু ঐনা হায়রিবসি তাও, নংনা (কাক ওইগনি হায়বগী) রাবিবতু রাগনু বাগনু ।১৩।

কাকী মশকমক ওইবনমু অবেপা ওইনা নিংথিনা থংবা জ্ঞান লৈবা (সুজ্ঞান লৈবা) হায়বতু ওইগনি, লাইনিংবদা চংথনা মহে ফংবা (সিদ্ধ ওইবা) হৌরবা, ওইরিবা, ওইবক্নদবা মতম অহুমগী রা থংবা, জ্ঞানা তিনবা ওইগনি ।১৪।

হে নিংথৌ বহলাশ্ব, শ্রীবিষ্ণুনা রাফবশি হায়বমগা লেংখ্রবদা লাইনিংবা অথাইবা অশ্বশিরা অদু খুদক্তুদা অশংনা ভূশুণ্ড কৌবা কাক ওইনা নীলপর্ব্বতে কৌবা চীংদা লৈখি ।১৫।

শাস্ত্র পুম্নমক্কী অর্থ থংবা জ্ঞানা তাম্লগা, শ্রীরামগী মনাই ভক্ত ওইবা, মতীক মঙ্গল (তেজ বীর্য্য) যাম্না লৈবা ভুশুণ্ড কৌবা (অশ্বশিরা মুনিনা ওইবা) কাকনা, মহাত্মা ওইরবা গরুড়গী মফমদা শ্রীরামগী চরিত ওইবা রামায়ন গ্রন্থবু তাকপিখি ।১৬।

হে নিংথৌ, চাক্ষুস মনুগী মনুংদা প্রচেতাশিংগী মচা দক্ষ প্রজাপতিনা

**তাসাং কদ্রুশ্চ যা শ্রেষ্ঠা সাঽদ্যৈবং রোহিণী স্মৃতা ।**
**বসুদেবপ্রিয়া যস্যাং বলদেবোঽভবৎ সুতঃ ॥১৮॥**
**সা কদ্রুশ্চ মহাসর্পান্‌, জনয়ামাস কোটিশঃ ।**
**মহোদ্ভটান্‌, বিষবলানুগ্রান্‌, পঞ্চশতাননান্‌ ॥১৯॥**
**মহামণিধরান্‌, কাংশ্চিদ্দ্ব্যসহাংশ্চ শতাননান্‌ ।**
**তেষাং বেদশিরা নাম কালিয়োঽভূন্মহাফণী ॥২০॥**
**তেষামাদৌ ফণীন্দ্রোঽভূচ্ছেষোঽনন্তঃ পরাৎপরঃ ।**
**সোঽদ্যৈব বলদেবোস্তি রামোঽনন্তোঽচ্যুতাগ্রজঃ ॥২১॥**

---

মশক মতৌদা পুর্বনিং হনা ফজবরী মচানুপী তবামথোইবু পুন্না কাশ্যপ মুনিদা পীখি থাজখি ।১৭।

অদুগুম্বী মচানুপীশিংগী মনুংদা কদ্রু কৌবী অদুমু অথোইবীনি, মতাক্লা হৌজিকশিদা রোহিণী হায়না কৌহনা বসুদেবগী চান্নবী (নুপী) ওইহনা, মাগী মচা ওইনা শ্রীবলদেবনা পোকখি ।১৮।

অদুগুমী কদ্রু কৌবীনা মতীকচাঙবা লিন কোটী কোটিবু পোকখি, অকনবা লানমী ওইবা, মহু কনবা, মবুকা শিংদা চংপা, মমাই (মকোক) চামঙা পানবা লিনশিংবুক পোকখি ।১৯॥

মচাশিংদুগী মনুংদা কনা কনাগুম্বশিনা লাকঙস-ফাঙমম্রবা, মতিক চাঙবা, মণি কয়া মতোকতা থেংপা, মতোক চাম পানবনি, মথোইদুগী মনুংদা, বেদশিরা মুনিসু কালিয় হায়না কৌহনা অথোইবা মতোক পানবা লিন ওইনা পোকখি ।২০।

লিনশিংদগী খ্বাইদগী হান্না পোকখিবা, মতোক পানবগী, নিংথৌ মাং-তুং অমিদা লেংদনা লৈবগদবা, অথোইবশিংদগী অথ ইবা, শেষনাগ অনন্ত হায়বদি প্রলয়দসু মাদি লৈহৌবগদবা, পাঙ্গল কনবদা মপা-লৈত্রবা মহাক্লা হৌজিকসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মযাম্বা বলদেব ওইরবি ।২১।

প্রকৃতিদগী হোঙানবা, তশেংবা ভগবান শ্রীহরি কৃষ্ণনা পুহনিং মকা-লাম্বগা লোয়ননা, য়াম্না চাং লেম্না খাহৈনা নোংমা শেষনাগ অনন্তগী

একদা শ্রীহরিঃ সাক্ষাদ্ভগবান্ প্রকৃতেঃ পরঃ ।
শেষং প্রাহ প্রসন্নাত্মা মেঘগম্ভীরয়া গিরা ॥২২॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

ভূমণ্ডলং সমাধাতুং সামর্থ্যং কস্যচিন্ন হি ।
তস্মাদেনং মহীগোলং মূর্দ্ধ্নি ত্বংহি সমুদ্ধর ॥২৩॥
অনন্তবিক্রমস্ত্বং বৈ যতোঽনন্ত ইতি স্মৃতঃ ।
ইদং কার্য্যং প্রকর্ত্তব্যং জনকল্যাণহেতবে ॥২৪॥

শেষ উবাচ ।

অবধিং কুরু যাবত্ত্বং ধরোদ্ধারস্য মে প্রভো ।
ভূভারং ধারয়িষ্যামি তাবত্তে বচনাদিহ ॥২৫॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

নিত্যং সহস্রবদনৈরুচ্চারঞ্চ পৃথক্ পৃথক্ ।
মদ্গুণস্ফুরতাং নাম্নাং কুরু সর্পেন্দ্র সর্ব্বতঃ ॥২৬॥

---

নকমদা হায়খি ।২২।

শ্রীভগবান্না হায়ঃ— পৃথিবীগী মংবায় অসিবু পুগদবসি কনাগুম্বা অমগী মতৌক লৈতে, মদম অসিনা অসিগুম্বী পৃথিবী মকোয় অসিবু অনন্ত নহাক্কী কোকথক্তা হাপ্পুদুনা পুরো ।২৩।

মপাল নাইদবা নযোন। নপাঙ্গল লৈবনি নংদি, মবম অত্তুগক্তনা নংগী নমিং অনন্ত অহৃন্ন। থংনাদবনি. তাইবংপাল অসিদা লৈবিবা মীওইবশিংগী রাইফ-মঙ্গলগীদমক নংনা থবক অসি তৌগদবনি ।২৪।

শেষ নাগনা হায়ঃ— হে ইবুঙো! পৃথিবী অসিবু পুনবগীদমক তাক-পিরিবা য়াখংতুগী মতু ইন্না ঐনা পথ্যীগী অক্নবু পুক্নগে, তৌবতদি মতুগী পুরিবা পাঙ্গল অহুবু অমুক পুবিনবগী শক্তি (পাঙ্গল) অাত্তুদি ইবুঙোনা তৌবিয়ু ।২৫।

শ্রীভাগবান্না হায় — হে পিন নিংথৌ, নংনা মতম খুদিংদা নংগী নচিন লিশিং অহূনা ঐগী ইতিক ইঙুনবু কোংদোক্তুনা ঐগী তোঙান তোঙানবা

মন্নামানি চ দিব্যানি যদা যাস্যবসানতাম্ ।
তদা ভূভারমুত্তার্য্য ফণিংস্ত্বং সুসুখো ভব ॥২৭॥

শেষ উবাচ ।

আধারোঽহং ভবিষ্যামি মমাধারশ্চ কো ভবেৎ ।
নিরাধারঃ কথং তোয়ে তিষ্ঠামি কথয় প্রভো ॥২৮॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

অহঞ্চ কমঠো ভূত্বা ধারয়িষ্যামি তে তনুম্ ।
মহাভারময়ীং দীর্ঘাং মা শোকং কুরু মৎ সখে ॥২৯॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

তদা শেষঃ সমুত্থায় নত্বা শ্রীগরুড়ধ্বজম্ ।
জগাম নৃপ পাতালাদধো বৈ লক্ষযোজনম্ ॥৩০॥

---

নাম (ইমিং) খিদিকপু শকচৌ শাঙ্গৌ ।২৬।

ঐগী অমকপা লৈত্রবা ইমিং ইশুন (নাম) খিৰিকপু লেপ ক্রনা শকচ-শোঙ্গবনা মরম ওইহুনা, পৃথ্বীগী অৱস্থা ভাব অহুবু নংগী নকোক্তগী লৌ-থোকখিহুনা নুভাই ।।, তযাং তযাংবা ব্রাইশংবা ফংবা হায়বহু ওইজৌ ।২৭।

শেষ নাগনা হায — হে ইবুঙো, পৃথিবীগী তুংনফম (লৈফম) হায়ব-হুদি ঐনা মওইজবগানি অদুগা ঐগী তুংনফম লৈনফমদ কনানা অমুক ওই-বীগনি, তুংনফম পুনীনবা যাওদনদি নাত্তী করম্না প্রলযগী ঈশিং নবকশিদা ঐনা করম লৈগদগে তাকপীয় ।২৮।

শ্রীভগবান্না হায — হে চান্নবা মরুপ, ঐনা গোদুগী মশক ওইহুনা নংগী চাওববা শাংলবা নশাগী অৱশবু পুগনি। মহুণীদমক নহাক কবিনম্রা রাকুনন্নু ।২৯।

শ্রীনারদনা হায — হে নিংথৌ, মতম অদুদা শেষ নাগ অনন্তনা হৌগৎলহুনা মবুঙো গরুড়ধ্বজ হবিবু খুরুমজবগা পাতালগী মখাদা থুথক লক্ষ অমগী মখাদা চৎখি ।৩০।

মপাঙ্গল মযোনা ফববা শেষ নাগ অনন্তনা অদুগুম্বা থোইদোক

গৃহীত্বা স্বকরেণেদং গরিষ্ঠং ভূমিমণ্ডলম্ ।
দধার স্বফণে শেষোঽপ্যেকস্মিংশ্চৈ বিক্রমঃ ॥৩১॥
সঙ্কর্ষণেঽথ পাতালে গতেঽনন্তে পরাৎপরে ।
অন্যে ফণীন্দ্রাস্তমনু বিবিশুর্ব্রহ্মণোদিতাঃ ॥৩২॥
অতলে বিতলে কেচিৎ সুতলে চ মহাতলে ।
তলাতলে তথা কেচিৎ সম্প্রাপ্তাস্তে রসাতলে ॥৩৩॥
তেভ্যস্তু ব্রহ্মণা দত্তং দ্বীপং রমণকং ভুবি ।
কালিয় প্রমুখাস্তস্মিন্ ন্যবসন্ সুখ সংবৃতাঃ ॥৩৪॥
ইতি তে কথিতং রাজন্ কালিয়স্য কথানকম্ ।
ভুক্তিদং মুক্তিদং সারং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৩৫॥

---

চাওববা লুম্নবা পৃথিবী মকোয তাতুবু মথুংনা পাযবগা মশাগী মংগাক জানতংগী মথক্তা হাপ্পুনা পুখি ।৩১।

মপাল নাইদ্রবা মপাঙ্গল মথৌনা ওইবা, মা-ভুং পুন্নক্তা লৈহৌব-গদবা (প্রলয় মতমদা ফাওবদা মাদি লৈদনা লৈহৌবগদবা) সঙ্কর্ষন ভগবান্না পাতালদা লৈখ্রবদা, ব্রহ্মানা যাথং পীতুনা, মংতাকপাননা লিন মযাম্নস্ত মফম তাদু তান্না চংনখি ।৩২।

কনা কনাগুম্বা লিনশিংনা অতল কৌবা মফমদ, কনানা বিতল কৌবা মফমদা কনানা সুতলদ', কনানা মহাতলদা, তলাতলদা অমসুং রসাতলনচিংবা মফমদা লৈনখি ।৩৩।

লিনশি অসিগীদমক ব্রহ্মানা পৃথিবী অসিদা বমনক কৌবা ঈশিংনা কোযশিনবা ঈথং অম' শেম্বীতুনা পীখি, মফমতুদা কালিয় কৌবা লিম্না লুচিংবা লিনশিংনা নিংথিনা নুংঙাইনা লৈখি ।৩৪।

হে নিংথৌ বজ্রলাম্ব, অসিগুম্বা মুঙাইনগী মশক ওইবা, চাবাশথকপা রাজবা, মচি ওইবা, অবানবা থুবম ফাওবা পীনববা কালিয় লিনগী ওইবা বাফম অসিবু ঐনা নংদা হাযবে, মশিদগী কন্নি অনুক তানিংলিবগে ।৩৫।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে শেষোপাখ্যানবর্ণনং নাম ত্রয়োদশোঽধ্যায়ঃ ।

✲ ✲ ✲

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীরাজোবাচ ।

দ্বীপে রমণকে ব্রহ্মন্ সর্পানন্যান্ বিনা কথম্ ।
এতন্মে ব্রূহি সকলং কালিয়স্যাভবদ্ভয়ম্ ।।১।।

শ্রীনারদ উবাচ ।

তত্র নাগান্তকো নিত্যং নাগসঙ্ঘং জঘান হ ।
গতক্ষুদ্ধং চৈকদা তে তার্ক্ষ্যং প্রাহুর্ভয়াতুরাঃ ।।২।।

---

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবীদা, শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী মচুংদা শেষ নাগ অনন্তগী রাব়ী হায়বা তরাহুমদোইশুবা অধ্যায় লোইরে

✲ ✲ ✲

### চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ

বহুলাশ্ব নিংথৌনা হায— হে ব্রহ্মন্ রমণক কৌবা মফমচুদা লৈরিবা লিন পুন্নমক অতুদি নত্তনা কালিয কৌবা লিন্তগী ওইনা। গরুড়গী অকিবা শুইখিরবা হায়রত্ন ঐঙোন্দা হায়রিয়ু।১।

শ্রীনারদ মুনিনা হায়— রমনক কৌবা দ্বীপ অতুদা লিনশিংবু মাংহন তাকহনবা গরুড়না তত্তনা লাক্কনা লিনশিংবু হাংখি-চাখি, মচুমক্কনা অকিবা মিপায়দা ফংলবা, রানরবা লিনশিংঙুনা মথুক লাম্নবা গরুড়দা হায়জখি ।।২।

নাগা ঊচুঃ ।

হে গরুত্মন্নমস্তুভ্যং ত্বং সাক্ষাদ্বিষ্ণুবাহনম্ ।
অস্মানৎসি যদা সর্পান্ কথং নো জীবনং ভবেৎ ॥৩॥
তস্মাদ্বলিং গৃহাণাশু মাসে মাসে গৃহাৎ পৃথক্ ।
বনস্পতিসুধান্নানাসুপচারৈর্বিধানতঃ ॥৪॥

গরুড় উবাচ ।

একঃ সর্পস্তু মে দেয়ো ভবদ্ভির্ব্বা গৃহাৎ পৃথক্ ।
কথং পচামি তন্মতে বলিং বীটকবৎ পরম্ ॥৫॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

তথাস্তু চোক্তাস্তে সর্ব্বে গরুড়ায় মহাত্মনে ।
গোপীথায়াত্মনো রাজন্নিত্যং দিব্যং বলিং দদুঃ ॥৬॥

---

লিনশিংনা হায — হে গরুড নহাকপু খুরুমজরি, নহাক্তি ভগেংনমক শ্রীবিষ্ণুগী শাদোং ওইবিবনি, নহাক্না লিনশিংবু এক্তনা হাংলি-চারি, অহনদি লিন ঐখোযনা করম্না হিংহনা লৈবা ঙমগদগে ।৩।

মবম অসিনা লিন ঐখোযনা থা থাগী ওইনা তোঙান-তোঙানবা যুম্ যুমদগী মথল মথলগী ওইবা অচা-অথক অমৃতনচিংববু উখোংদা পুথোক্তনা পীজগে, মতু নংনা শোযদনা লৌবীযু ।৪।

গরুডনা হায— চাখিবা পোৎশিংগী মতুংদা পান্ন মতপ অমতং চাবনা চাখিবশিংগী তুম্নবগী মশক ওইবিবনি নম্রগদি কমদোনা তুমগদগে, অদুনা নখোয পুন্নমনা যম যুমদগী তোঙান-তোঙান পীবা অচাপোৎকি মথক্তা লিন অমমমদি পীয়ু ।৫।

হে নিংথৌ, লিন পুন্নমক্না মতীক চাওব্রবা গরুডগীদমক হায়বিবতুমক ওইবসনু হাযনা য়ানখবে, অমস্তুং মশা মশাবু মতম খরদং শাংনা হিংনবগী-দমক, অথোইবা চান থক্লববু লেপ্নখিবত্থ কায়দনা পীনখি ।৬।

হে নিংথৌ, কালিয় কৌবা লিনগী যুমগী পালি মতম থোক্লবদা কালিয়না মপাঙ্গল কন্নবনি হায়বগী নাপল তৌহনা গরুডগী চানবা

কালিয়স্য গৃহস্যাপি সময়োঽভূদ্ যদা নৃপ ।
তদা তার্ক্ষ্যবলিং সর্ব্বং বুভুজে কালিয়ো বলাৎ ॥৭॥
তদাগতঃ প্রকুপিতো বেগতঃ কালিয়োপরি ।
চকার পাদবিক্ষেপং গরুড়শ্চণ্ডবিক্রমঃ ॥৮॥
গরুড়াঙ্ঘ্রি প্রহারেণ কালিয়ো মূর্চ্ছিতোঽভবৎ ।
পুনরুত্থায় জিহ্বাভিঃ প্রাবলীঢ়সৃক্কং শ্বসন্ ॥৯॥
প্রসার্য্য স্বং ফণশতং কালিয়ঃ ফণিনাং বরঃ ।
ব্যদশদ্গরুড়ং বেগাদ্দন্তৈর্বিষময়ৈর্ব্বলী ॥১০॥
গৃহীত্বা তঞ্চ তুণ্ডেন গরুড়ো দিব্যবাহনম্ ।
ভূপৃষ্ঠে পোথয়ামাস পক্ষাভ্যাং তাড়য়ন্ মুহুঃ ॥১১॥
তুণ্ডাদ্বিনির্গতঃ সর্পস্তৎপক্ষান বিচকর্ষ হ ।
তৎপাদৌ বেষ্টয়ংস্তুদ্যন্ ফুৎকারং ব্যদধন্ মুহুঃ ॥১২॥

---

পোৎশিংবু মশানা চাখ্‌ংকখি ॥৭।

মতমহূদা থোইদাক্লা শাওববা মথৌন মপাঙ্গল কল্লবা গরুড়না, থুনা যানা হোৎচিল্লক্তুনা কালিয় কৌবা লিনগী নথকা খোংপাল্লা কাওখি ।৮

গরুড়না খোংপাল্লা কাওবগী চৈনানা কালিযহু বান্তবগা চম্লুক হৌগংনক্তুনা, সুংশা মপি থুইনা হোল্লহুনা। মচিন মনাবু মরৈনা লেগ্র-লেক্রহুনা চংলকখি ।৯।

ম্‌ ওাক পানবা লিনশিংগী মগুংদা ত থোইবা কালিযনা মশাগী মতোক চানহু ফন্দোক্তুনা কল্লা চেনশিল্লক্লগা। মতপুবা মযাশিনা গরুড়দা পাঙ্গল থেক্রু কল্লা চিকখি ।১০।

শ্রীবিষ্ণুগী শাদোং ওইবা গরুড়না মচিল্লা চপ্তুনা, মশা অনিনস্থ কল্লা কল্লা থুবগা অমুক হল্ল। লৈমায থক্তা নমখুখি-ইন্তুখি ।১১।

কালিয কৌবা লিল্লা গরুড়গী মচিন্দগী নাল্তোক্লগা গরুড়গী মশাবু চিথং-ফাইদৎখি, মচিল্লা থু-থু কাম্লগা হুগা-হুল্লা চীক্তুনা গরুড়গী মখোং অনিদা কল্লা যেৎশিনখি ।১২।

তার্ক্ষ্যপক্ষৌ চ পতিতৌ ভূমধ্যে দ্বৌ বিরেজতুঃ ।
একেন বর্হিণোঽভূবন্ নীলকণ্ঠা দ্বিতীয়তঃ ॥১৩॥
তেষান্তু দর্শনং পুন্যং সর্ব্বকামফলপ্রদম্ ।
শুক্লপক্ষে মৈথিলেন্দ্র দশম্যামাশ্বিনস্য তৎ ॥১৪॥
কুপিতো গরুড়স্তং বৈ নীত্বা তুণ্ডেন কালিয়ম্ ।
নিপাত্য ভূম্যাং সহসা তত্তনুং বিচকর্ষ হ ॥১৫॥
তদা দুদ্রাব তত্তুণ্ডাৎ কালিয়ো ভয়বিহ্বলঃ ।
তমন্বধাবৎ সহসা পক্ষিরাট্ চণ্ডবিক্রমঃ ॥১৬॥
সপ্তদ্বীপান্ সপ্তখণ্ডান্ সপ্তসিন্ধূন্ গতঃ ফণী ।
যত্র যত্র গতস্তার্ক্ষ্যং তত্র তত্র দদর্শ হ ॥১৭॥

---

কালিয়না চিংনদা গরুড়গী মশা তনিনা ফন্দোক্লকপত্ত লৈপাকথক্তা থোইদাব্রা নিংথিজখি, মশা অনদগী তকেনবা মতুনা পাহুংগী মপৈ, মশা অনিশুবগী মতুনা নোংঙোবীগী মপৈ ওইখি ।১৩।

হে মিথিলাগী নিংথৌ আশ্বিন থাগী (মেরা থাগী) তবানি পানবা অনিশুবগী চাহখিবা উচেকশিং 'ব্র হোং নোংঙোবী আসিবু থেংজবা উজবদা মহাপুণ্যগী মশক ওই, অপাম্বা অনিবা খিনকপু পানশীবনি ।১৪।

শাওববা গরুড়না কালিয কৌবা লিনবু মচিন্না চীক্কুনা পুবগা লৈমাযথক্তা কালিযগী মশাহু ননহুনা বোনচি চিংখি ।১৫।

মতম অতুদা শিবগ্রা কিপগী নিপায-খাবাইববা কালিযনা গরুড়গী মচিন্দগী নাহোরগা চেনখি, মথৌনা মপাঙ্গল নৌববা অকনবা উচেক লিংখৌ গরুড়না থুন্দক্তুন্দ কালিযগী তুইননা কোব হান ডান্নখি ।১৬।

কালিযনা দ্বীপ তারৎ, পৃথিবীগী শক তারবত্তা, সমুদ্র ইবম তরেন্না

---

বাঙ্গালী অনুবাদকি "তার্ক্ষ্যপক্ষৌ চ" হায়বা ১৩ শুবা শ্লোক অসি তিন্দি অনুবাদতদি যাওদে লৌখৎলমদে। অতুবু তিন্দিনা ১২ শুবা অনুবাদকি মশা ওইনা মূলদা যাওদ্রবসু উচক অনি থোবখিবগী বাদি পল্লি।

ভূর্লোকঞ্চ ভুবর্লোকং স্বর্লোকং প্রগতঃ ফণী ।
মহর্লোকং ততোঽধাবন্ জনলোকং জগাম হ ॥১৮॥
তত্রৈব গরুড়ে প্রাপ্তেঽধোঽধোলোকং পুনর্গতঃ ।
শ্রীকৃষ্ণস্য ভয়াৎ কেঽপি রক্ষাং তস্য ন সন্দধুঃ ॥১৯॥
কুত্রাপি ন সুখে জাতে কালিয়োঽপি ভয়াতুরঃ ।
জগাম দেবদেবস্য শেষস্য চরণান্তিকে ॥২০॥
নত্বা প্রণম্য তং শেষং পরিক্রম্য কৃতাঞ্জলিঃ ।
দীনো ভয়াতুরঃ প্রাহ দীর্ঘপৃষ্ঠঃ প্রকম্পিতঃ ॥২১॥

---

কোয়চেন চেনখি অদুবু মনা যৌবা যৌবা মফম মফম খুদিংদা গরুড়-নবু উখি ।১৭।

কালিয়না পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা, অতিয়াথক্তা, স্বর্গদা কোয়চেন চেনখি, অদুদগী মহর্লোক জনলোকচিংবা মফম পুম্নমক্তা কোয়চেন চেনখি ।১৮।

কালিয়না যৌরু যৌরুবা মফম খুদিংদা গরুড়বু উবদা, পৃথিবীগী মখা-মখাদা লৈবা লোকশিংদা অমুক চংখি, অদুবু শ্রীকৃষ্ণবু কিবদগী কনাগুম্বা অমত্তনা মহাকপু কনবানবগী মবম হায়ন-হংনখিদ্রে ।১৯।

থাকিবদগী কাববা কালিয় কৌবা লিন্না মফম কয়াদস্ নুংঙাইফম খংদ্রবদা (চংজফম লৈদ্রবা মরু কনবীনবা কনা অমত্তা উবক্তবদা) লাইগী লাই ওইবা শেষনাগ অনন্তগী খুযাখাদা চংজখি ।২০।

শেষ নাগ অনন্তবু সেৎ ওইননা কোয়নতুনা খুকমজবগা মথুৎ লোম্নতুনা যাম্না তোল্লবগী মাতৌগুম অমদি শিগান কিবদগা শাংলবা মযাংলন অদু থক-থক নিল্লতুনা হায়জখি ।২১।

কালিয়না হায — হে পৃথিবীগী মবুঙো, পৃথিবীগা মপু লাই ওইবা, অথোইবা ঈশ্বর ওইবা, পৃথিবীগী শান্ন-কুন্দবু তৌবীবিবা, পৃথিবীগী অকাপবু মাংহন্দনা ইযাং যাংনা পুবিবা নহাক্তি কৃইবনা লিববা মপাগী মশক ওইবনি, মাংতুং অনিদা লৈহৌরগদবা, অথোইবদগী

কালিয় উবাচ ।

হে ভূমিভর্ত্তর্ভুবনেশ ভূমন,
ভূভারহৃত্ত্বং হ্যসি ভূরিলীলঃ ।
মাং পাহি পাহি প্রভবিষ্ণুপূর্ণঃ
পরাৎ পরস্ত্বং পুরুষঃ পুরাণঃ ॥২২॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

দীনং ভয়াতুরং দৃষ্ট্বা কালিয়ং শ্রীফণীশ্বরঃ ।
বাচা মধুরয়া প্রীণন্ প্রাহ দেবো জনার্দ্দনঃ ॥২৩॥

শেষ উবাচ ।

হে কালিয় মহাবুদ্ধে শৃণু মে পরমং বচঃ ।
কুত্রাপি নহি তে রক্ষা ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥২৪॥
আসীৎ পুরা মুনিঃ সিদ্ধঃ সৌভরির্নাম নামতঃ ।
বৃন্দাবনে্য তপস্তপ্তো বর্ষানামযুতং জলে ॥২৫॥

---

অথোইবা ওইবা, মপু যাবা শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিনা তিনবা ইরুঙো নহাক্না ঐবু ঙাকপিয়ু ঙাকপিয়ু ।২২।

শ্রীনারদনা হায — অকিবদগী যাম্না তোম্ববা কালিয়গী মহৌ উবদুনা মপাক পানবশিংগী অথোইবা, মীওইবশিংগী হাযজকম চংজকম লাই ওইবা শেষ নাগ অনন্তনা নিংথিবা যাথংনা হাযবিখি ।২৩।

শেষ নাগনা হায — নকম কৈদস্থু, কনা অগক্তনস্থ নংবু ঙাকপিনবা লৈবোই হায়বসিদা চিংনগনু, অদুনা হে রাখল চাওবা কালিয় কৌবা লিন, ঐগী অথোইবা রাকম অসি নিংথিনা তাও ।২৪।

মনাংঙৈদা লাইনিং চেৎলবা, সিদ্ধ ওইববা (তৌনিংবতা তৌবা ঙম্মবা) সৌভরি কৌবা মুনি অমা লৈবনই, মহাক্না যমুনাগী ঈশিং মনুংদা চহি অযুত অমা (লিশিং তরা) তপ তৌদুনা লৈখি ॥২৫।

ঈশিং মনুংদা ঙা নিংথৌনা মচা মশু পুম্নমক্কা লোযননা শাম্নবদু উরগা য়ুম্বানবগী ধন্মবু মুনি মানা পামখি, বুদ্ধি জ্ঞান লৈবরা মুনি মানা

মীনরাজবিহারং যো বীক্ষ্য গেহস্পৃহোঽভবৎ ।
স উবাহ মহাবুদ্ধির্মান্ধাতুস্তনুজাশতম্ ॥২৬॥
তস্মৈ দদৌ হরিঃ সাক্ষাৎ পরাং ভাগবতীং শ্রিয়ম্ ।
বীক্ষ্য তাং নৃপমান্ধাতা বিস্মিতোঽভূদগতস্ময়ঃ ॥২৭॥
যমুনান্তর্জলে দীর্ঘং সৌভরেস্তপতস্তপঃ ।
পশ্যতস্তস্য গরুড়ো মীনরাজং জঘান হ ॥২৮॥
মীনান্ সুদুঃখিতান্ দৃষ্ট্বা দুঃখহা দীনবৎসলঃ ।
তস্মৈ শাপং দদৌ ক্রুদ্ধঃ সৌভরির্মুনিসত্তমঃ ॥২৯॥

সৌভরিরুবাচ ।

মীনানদ্যতনাদত্র যদ্যৎসি ত্বং বলাদ্বিরাট্ ।
তদৈব প্রাণনাশস্তে ভূয়ান্মে শাপতস্ত্বরম্ ॥৩০॥

---

মান্ধাতা নিংথৌগী মচানুপী চামবু লুহোংদুনা য়ুহানববু তৌখি ।২৬।

মুনি অদুগীদমক শ্রীহরিনা, অথোইবা ভগবতী শক্তি ওইবী লক্ষ্মীগী মশক সম্পত্তি (লন-থুম) খিবিকপু পীনবিখি, মতৌ অদু উবগা মান্ধাতা নিংথৌনা নিংশিংবা ঙম্বগী শক্তি ফাওবা মাংবগী মওংদা ঙকখি ।২৭।

সৌভবি মুনিনা যমুনাগী ঈশিং মনুংদা মতম কুইনা তপ তৌদুনা লৈরিঙৈদুদা নোংমদি গরুডনা মহাক্কী চিঙ্গাক ওইনবগীদমক ঙা নিংথৌ অদুবু হাৎপদু সৌভবি মুনিনা উখি ।২৮।

অতোনবশু চানবীহৈবা, অরাববু মাংহনবীবা মুনি অথোইবা ওইবা সৌভবিনা, থোইদোক্না অরাবা খাঙমদ্রবা ঙাশিংগী মতৌ উবগা, শাওবা সৌভরি মুনিনা গরুডদা শাপ তৌখি ।২৯।

সৌভবি মুনিনা হায়— হে পাঙ্গল্লবা উচেক নিংথৌ গরুড, ঙসিদগী হৌবদুনা মফম অসিদা (যমুনাগী ঈশিং মনুংদা) লৈবা ঙাশিংবু নংনা অমুক হন্না হাৎতুনা চারবদি, মতম অদুমক্তদা ঐগী শাপ্তুগী নংগী নথরাযবু থুনমক (থুদক্তদা) থাবা (শিবা) ওইবসনু ।৩০।

শেষ নাগনা হায়— নুমিৎ অদুদগী হৌনা মুনিগী শাপ কিবদগী

শেষ উবাচ ।

তদ্দিনাত্তত্র নায়াতি গরুড় শাপবিহ্বলঃ ।
তস্মাৎ কালিয় গচ্ছাশু বৃন্দারণ্যে হরের্ব্বনে ।।৩১।।
কালিন্দ্যাঞ্চ নিজং বাসং কুরু মদ্বাক্যনোদিতঃ ।
নির্ভয়স্তে ভয়ং তার্ক্ষ্যান্ন ভবিষ্যতি কর্হিচিৎ ।।৩২।।

শ্রীনারদ উবাচ ।

ইত্যুক্তঃ কালিয়ো ভীতঃ সকলত্রঃ সপুত্রকঃ ।
কালিন্দ্যাং বাসকৃদ্রাজন্ শ্রীকৃষ্ণেন নিবাসিতঃ ।।৩৩।।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে কালিয়োপাখ্যানবর্ণনং নাম চতুর্দ্দশোঽধ্যায়ঃ ।

---

গরুড়না মফম অদুদা (যমুনাগী ঈশিংদুদা) থক লাকখিদবে, (চংখিদবে) মবম অসিদগী হে কালিয় বৌবা লিন, শ্রীহরিগী (শ্রীকৃষ্ণগী) বন ওইবা শ্রীবৃন্দাবন অদুদা (যমুনা তুবেলদুদা) নং থুনমক চৎলো ।৩১।

ঐনা নঙোন্দা তাকলিবা অসিগী মতুংইন্না, কালিন্দী তুবেল অদুগী মনুংদা নংগী শৈফম ওইদুনা লৈকবো, মফম অদুদা নংনা লৈববদি বৈদোনুংদা গরুড়গী অকিবা অমত্তা লৈরোবাই ।৩২।

শ্রীনারদনা হায়— হে নিংথৌ, অসুম্না শেষনাগনা তাকপিরবদা কিরবা কালিয় বৌবা লিন্না, মহাক্কী ইমুং মনুং, মচা মশু পুম্নমক্কা লোয়ননা, শ্রীকৃষ্ণনা লৈবিবা বৃন্দাবনগী যমুনা তুবেল অদুগী মনুংদা লৈখি ।৩৩।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবীদা, শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা কালিয় বৌবা লিনগী রাবী হায়বা তরামরিশুবা অধ্যায় লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (০) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ।

ইদং ময়া তে কথিতং কালিয়স্যাপি মর্দ্দনম্ ।

শ্রীকৃষ্ণচরিতং পুণ্যং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥১॥

বহুলাশ্ব উবাচ ।

শ্রীকৃষ্ণস্য কথাং শ্রুত্বা ভক্তস্তৃপ্তিং ন যাতি হি ।

যথামরঃ সুধাং পীত্বা যথালিঃ পদ্মকর্ণিকাম্ ॥২॥

রাসং কৃত্বা (কর্ত্তুং) হরৌ জাতে শিশুরূপে মহাত্মনি ।

ভাণ্ডীরে দেববাগাহ শ্রীরাধাং খিন্নমানসাম্ ॥৩॥

---

**তরামঙাপুবা অধ্যায় ।**

শ্রীনাবদনা হায— হে নিংথৌ, কালিয বৌবা লিনবু নৈহৎপগী রাযম ওইবা, তাবদা পুণ্যগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চবিত (লমচৎ) ওইবা রাক্স ঐনা নংগীদমক হায়বববসিনি, হৌজিক কবি অমুব তানিংলিবগে ।১।

বাহুলাশ্ব নিংথৌনা হায— লাইশিংনা অমৃতবু থকপদা অপেনবা লৈতবগুম, খোইমুশিংনা থম্বালগী লৈব্রিকা লোযননা লৈহীবু থক্কনস্থু অপেনবা লৈতবগুম, মনাই ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী বাবী তাবদস্থু অপেনবা লৈতে (অহোইনদুন খোবাংবা হেল্লকই) ॥২।

পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা বাসলীলা শান্নগে হায়বগীদমক নিংথিজববা

---

কৃত্বা (কর্ত্তুং)—পণ্ডিত পঞ্চাননগী বঙ্গানুবাদ গর্গসংহিতাদা (কৃত্বা) অমুম্না লৈবসি, চৌখম্বাগী পণ্ডিত বামতেজ পাণ্ডেয়গী হিন্দি অনুবাদ গর্গসংহিতাদদি (কর্ত্তুং) অমুম্না লৈ, মশিদা শ্রীকৃষ্ণনস্থু ভবিষৎকী মওংদা বালাবস্থা ওইখিবনা মণিপুরী অনুবাদ তৌবদস্থু (কর্ত্তুং) গী অর্থনা চাননা হেল্লগনি খন্দুনা কর্ত্তুংগী অথ ওইনা লৌজরে ।

শোকং মা কুরু কল্যাণি বৃন্দারণ্যে মনোহরে ।
মনোরথস্তে ভবিতা শ্রীকৃষ্ণেন মহাত্মনা ॥৪॥
ইত্থং দেবগিরা প্রোক্তো মনোরথমহার্ণবঃ ।
কথং বভূব ভগবান্ বৃন্দারণ্যে মনোহরে ॥৫॥
কথং শ্রীরাধয়া সার্দ্ধং রাসক্রীড়াং মনোহরাম্ ।
চকার বৃন্দকারণ্যে পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ম্ ॥৬॥

শ্রীনারদ উবাচ —

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া রাজন্ ভগবচ্চরিতং শুভম্ ।
গুপ্তং বদামি দেবৈশ্চ লীলাখ্যানং মনোহরম্ ॥৭॥

---

ভাণ্ডীববন্দা চৎলগা অঙাং মচাগী মশক ওইগ্রহনা শ্রীবাধাগী পুকনিং ৱাববদা লাইশিংনা আকাশবাণী তৌখি ।৩।

হে মঙ্গলগী মশক ওইবী, পুকনিংদা মুঙাইত্তবা তৌরুগনু, মতীক চাওবা শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিংহনা ফজববা শ্রীবৃন্দাবন্দা নহাক্কী পুক্নিংগী অনিংবা খিবিক থুংবা হায়বত্থ ওইহল্লক্কনি ।৪।

অস্নুম্না লাইশিংগী যাথংনা হাযখিবা, পুকনিং থুংহনবা ওম্বা শক্তিগী সমুদ্র ওইবা। ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিং হুনবগী মশক ওইববা বৃন্দাবন্দা করম্না শ্রীবাধাগী অনিংববু থুংহনখিবনো ।৫।

মপুংফাবা শক্তিনা তিনবশিংদগী থাইদগী অথোইবা শক্তি ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না, পুকনিংহনা ফজববা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাগা লোযননা করম্না বাসলীলাবু শান্নখিবনো ।৬।

শ্রীনাবদনা হায়খি— হে নিংথৌ যাইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীচৎপু নংনা নিংথিনা হংলে, মতুমক্তি লাইশিংনা ফাওবা ফংঙমদবনি, য়াম্না থুপ্না লৈগ্রবনি, ইবুঙো মাগী পুকনিংহুরবা লীলাবু ঐ মথং মথং হাযবগে ।৭।

নোংমা শ্রীরাধাগী সখী লুচিংবী অথোইবী, অফবা মঙ্গলগী মশক ওইবী, ললিতা বিশাখা কৌবী সখী অনিনা, বৃষভানু নিংথৌগী যুমদা

একদা মুখ্যসখ্যৌ দ্বে বিশাখাললিতে শুভে ।
বৃষভানোর্গৃহং প্রাপ্য তাং রাধাং জগদতু রহঃ ॥৮॥

সখ্যাবুচতুঃ ।

যং চিন্তয়সি রাধে ত্বং যদ্‌গুণং বদসি স্বতঃ ।
সোঽপি নিত্যং সমায়াতি বৃষভানুপুরেঽর্ভকৈঃ ॥৯॥
প্রেক্ষণীয়স্ত্বয়া রাধে দর্শনীয়োঽতিসুন্দরঃ ।
পশ্চিমায়াং নিশীথিন্যাং গোচারণবিনির্গতঃ ॥১০॥

রাধোবাচ ।

লিখিত্বা তস্য চিত্রং হি দর্শয়াশু মনোহরম্ ।
তর্হি তৎপ্রেক্ষণং পশ্চাৎ করিষ্যামি ন সংশয়ঃ ॥১১॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

অথ সখ্যৌ ব্যলিখ্যতাং চিত্রং নন্দশিশোঃ শুভম্ ।
নবযৌবনমাধুর্য্যং রাধায়ৈ দদতুস্তরম্ ॥১২॥

---

শাক্‌না অচিকপা মফমদা রাধা যেংলতুনা হায়খি ।৮।

সখী অনিনা হায— হে রাধে, নহাক্না শ্রীকৃষ্ণ তবু খন্দুনা লৈবি, মহাক্কী মতীক মগুনতবু নশানা শাংথাতুনতা লৈরিদো। অতগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ অত্তুদি মুমিং খুদিংগী মাগী মরুপ মপিজাশিংগা লোয়ননা ঐখোয়গী বৃষভানুপুর কোবা সহরসিদা তত্তনা লাকই ।৯।

যে'না যেংনা যেংনিংবা, রাধে নংনস্ত যেংনিংবা, থোইনা নিংথিবা মানা, অহিংগী মমৈ ওইরক্‌লা নোংঙাল্লক্রবদা, নোংচুপথ‌্‌বা মাইকৈবোমদা শন শেন্নবগীদমক থোক্লককখিবনি ।১০।

রাধানা হায— সখীশা নখোয়না, পুক্নিং হুনা ফজরবা ইবুঙো মাগী মশক মওং অদু যেক্‌লা ঐঙোন্দা উৎপিয়্‌, নখোয়না যেক্কপা লোইরবা মতমতুদা ঐনা মাবু যেংজগে চিংনবীগনু ।১১।

শ্রীনারদনা হায়— অতুদগী মতা সখী অনিনা, নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী মঙ্গলগী মশক ওইবা, নৌনা মথোং কাব্লকপা পাখংমচা ওইবগী ফজবা

তদ্দৃষ্ট্বা হর্ষিতা রাধা কৃষ্ণদর্শনলালসা ।
চিত্রং করে প্রপশ্যন্তী সুধাপানন্দসঙ্কুলা ॥১৩॥
দদর্শ কৃষ্ণং ভবনে শয়ানা
ঘনপ্রভং পীতপটং দধানম্ ।
ভাণ্ডীরদেশে যমুনাং সমেত্য
নৃত্যন্তমারাদ্ বৃষভানুপুত্রী ॥১৪॥
তদৈব রাধা শয়নাৎ সমুত্থিতা
পরস্য কৃষ্ণস্য বিয়োগবিহ্বলা ।
সঞ্চিন্তয়ন্তী কমনীয়রূপিণং
মেনে ত্রিলোকীং তৃণবদ্বিদেহরাট্ ॥১৫॥

---

মওং-মতৌবু নিংথিনা যেকচবগী য়েংবীনবগীদনক মবেম্মা রাধাদা থুনমক পীজখি ।১২।

অযেকপা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু (মশকপু) উজবদা হরাওজরবী, শ্রীকৃষ্ণবু হকথেংননা উজনিংলবী রাধানা, মবুঙোগী মূর্ত্তি য়েকপা চেবু মখুৎমা পায়-জবগা হুঙাইবা খিবিক্না তিন্নরুনা, য়েংনা য়েংনা তুমথক্রে ।১৩।

অনৌবা নোংগী মঙাল্না তমজবা কুচু ওইবা, খাংদা সনাফিগে থোনবা, যমুনা মপান ভাণ্ডীর বন্দা লেংলক্লুনা জগোই শাবিবা শ্রীকৃষ্ণবু সঙ্গাযদা চেপলিবী (তুমলিবী) বৃষভানুগী মচানুপী রাধানা ইনক নক্না খিন্দনা উজখি ।১৪।

হে বিদেহ নিংথৌ বহুলাশ্ব— শ্রীরাধানা তুমযদগী মিকপ থোক্লুনা হৌগৎলকপদদি, নিপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু উরযদগী উখিত্রবনা কায়নবনা পুকনিং লাংতক্লববী, শ্রীকৃষ্ণগী পামজরবা মশক মওং অদুতবু খন্দুনতা লৈজরবী ওইবনা, কুক নওনা মরোল অহুম অসিবু, করিম্ব কান্নরবা নাপীগী মতৌগুম খনখি ।১৫।

হুমিদাংবাইগী মতমদা বন্দা শন শেন্নুবদগী হল্লকলিবা, বৃষভানুপুরগী লৈন্নক লম্বী মচাদা লেংলন্নিবা ব্রজগী মবুঙো কৃষ্ণবু, শথীশিংনা মিহুৎথোং

তর্হ্যব্রজন্তং স্ববনাদ্‌ব্রজেশ্বরং
সঙ্কোচবীথ্যাং বৃষভানুপত্তনে ।
গবাক্ষমেত্যাশু সখীপ্রদর্শিতং
দৃষ্ট্বা তু মূর্চ্ছাং সমবাপ সুন্দরী ॥১৬॥

কৃষ্ণোঽপি দৃষ্ট্বা বৃষভানুনন্দিনীং
সুরূপকৌশল্যযুতাং গুণাশ্রয়াম্‌ ।
কুর্ব্বন্মনো রত্নমতীব মাধবো
লীলাতনুঃ স প্রযযৌ স্বমন্দিরম্‌ ॥১৭॥

এবং ততঃ কৃষ্ণবিয়োগবিহ্বলাং
প্রভূতকামজ্বরখিন্নমানসাম্‌ ।
সংবীক্ষ্য রাধাং বৃষভানুনন্দিনী-
মুবাচ বাচং ললিতা সখী বরা ॥১৮॥

---

থোংনাও হাংদোক্লগা উহন্নিবত্র যেংশুবগা নিংথিবনী রাধাদো খ হৌদনা লৈমাইথক্তা বাস্তখরে ॥১৬।

শ্রীকৃষ্ণস্ত, থোইদোক্লা নিংথিজববী, হৈশিংবা মতৌনস্থ তিন্নবী, শুপী ওইবীগী চংখোন্নবা গুণনস্থ তিন্নবী, বৃষভানু নিংথৌগী মচান্নুপী রাধাবু উকবগা, প্রেমগী শান্ন-বুৈন্নগী হকচাং পুবা ব্রজলক্ষ্মীগী মবুঙো ওইবা মাধব কৃষ্ণনা, পুকনিংদা থোইদোক্লা শ্রীরাধাগা লোযননা শান্নগে খল্ল-খল্লদুনা মযুম সঙ্গাব যৌনা লেংলকখি ।১৭।

অসুম্না মহৈ মহৈ নিংনবত্নুনা, শ্রীকৃষ্ণ কাযনবগী পুকনিং লাংতক্করবী পুকনিংদা অপান্বা মুংশিবগী লাযনানা বারবী, বৃষভানুগী মচান্নুপী রাধাগী মতৌ মওংবু উরদুনা, অথোইবী লুচিংবী সখী ললিতানা মবেন্না রাধা য়েংলদুনা হায়রকখি ।১৮।

ললিতা সখীনা হায়— হে পিশুম ফজরবী রাধে, কবন্না নংনা নপুকনিং লাংতক্করিবা, করিগীদমক বাস্তদুনা লৈরিবা, মতু অরেপ্পনি কান্ন-দবনি অত্তুগী শরুকপুদি হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মাবু নিংজরবস্থ, মুংশিজরবস্থ

ললিতোবাচ ।

কথং ত্বং বিহ্বলা রাধে মূর্চ্ছিতাতিব্যথাং গতা ।
যদীচ্ছসি হরিং সুভ্রূ তস্মিন্ স্নেহং দৃঢ়ং কুরু ॥১৯॥
লোকস্যাপি সুখং সর্ব্বমধিকৃত্যাস্তি সাম্প্রতম্ ।
দুঃখাগ্নির্হৃ‌ৎ প্রদহতি কুম্ভকারাগ্নিবদ্ধ্রুবং তে ॥২০॥

শ্রীনারদ উবাচ —

ললিতায়াশ্চ ললিতং বচঃ শ্রুত্বা ব্রজেশ্বরী ।
নেত্রে উন্মীল্য ললিতাং প্রাহ গদগদয়া গিরা ॥২১॥

রাধোবাচ ।

ব্রজালঙ্কারচরণৌ ন প্রাপ্তৌ যদি মে কিল ।
কদাচিদ্বিগ্রহং তর্হি নহি স্বং বারয়াম্যহম্ ॥২২॥

---

মতম পুম্বদা কাওদনা থম্মোইনুংদা চেৎনা কাজিন্দুনা কনাবু থংহন উহন্দনা অত্নক মথম্ম ।১৯॥

হে মঙ্গলগী মশক ওইবী বাধে মীওইবা মপোক্তা পোক্লবশিংনা মহৌশানা শুঙাইবা হাযবসিদি চাং হন্বনা লৈবা ঙাকনি, অরাবা হায-বসিনা চকুশাবশিংগী মৈফম্না মুত্তবগুম মতম পুম্বদা থম্মোইবু চাকহন্দুনা লৈরিবনি ।২০।

শ্রীনাবদনা হায় — ললিতা সখীগী কজরবা রাফমতু তাবগা, ব্রজগী মবেম্মা বাধানা মিং অনিদি উইশিন্নগা, তনিক তনিক্লবা খোঞ্জেলনা মতেক মতেক ওইবা রাহৈনা ললিতা সখীদা হায়রকই ।২১।

শ্রীরাধানা হায— ব্রজধামগী লৈতেং ওইবা শ্রীকৃষ্ণ মাগী মখোং-থম্বালবু ফংদ্রবদা, রাধা ঐগী হকচাং অসি পুন্নুনা লৈবা ঙমজররোই, (হিংত্নুনা লৈবা ঙমজবরোই, শিরবা হকচাংগা পাংথক ওইরবনিনে) হে ললিতে ।২২।

শ্রীনাবদনা হায-রাহৈ অসি তারবদা, করি থোক্লক্লগবা অসুম্না কিখিব-ম্না লাংতক্লরবী তৌফম থংত্রবী ললিতা সখীনা, পুকনিং হন্না কজরবা মফম

নারদ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বা বচস্তস্যা ললিতা ভয়বিহ্বলা ।
শ্রীকৃষ্ণপার্শ্বং প্রযযৌ কৃষ্ণাতীরে মনোহরে ॥২৩॥
মাধবীজালসংযুক্তে মধুপধ্বনিসঙ্কুলে ।
কদম্বমূলে রহসি প্রাহ চৈকাকিনং হরিম্ ॥২৪॥

ললিতোবাচ ।

যস্মিন্ দিনে চ তে রাসং রাধয়া দৃষ্টমদ্ভুতম্ ।
তদ্দিনাৎ স্তব্ধতাং প্রাপ্তা পুত্তিকেব ন বক্তি কিম্ ॥২৫॥
অলঙ্কারস্তু চিরিব বস্ত্রং ভর্জ্জরজো যথা ।
সুগন্ধিঃ কটুবদ্ যস্যা মন্দিরং নির্জ্জনং বনম্ ॥২৬॥
পুষ্পং বাণং চন্দ্রবিম্বং বিষকন্দমবেহি ভোঃ ।
তস্যাঃ সন্দর্শনং দেহি রাধায়ৈ দুঃখনাশনম্ ॥২৭॥

---

যমুনা তুরেলগী মপান তাম্না, শ্রীকৃষ্ণগী নাক যৌননা চৎখি ।২৩।

মাধবী লতা কৌবা বনগী উবানা থেংশিন্নব, খোইমুশিংনা ঙংবগী খোঙ্জেলনা নিন্নবা, কদম পাম্বীগী মখোংদা ফমত্তুনা মথন্নতা তুমিন্না লৈবগা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ললিতা সথীনা হায়খি ।২৪।

ললিতানা হায় — ইবুঙো নংগী অঙকপগী মশক ওইবা শক্লম্ উজকবা নুমিৎ অতুদগী হৌত্তুনা রাধা কৌবীদো, উনা শাবা লাইফদিবীগী মুত্তিগুম তুমিন্না লৈরে, কনাগী মকমক্ন কা-লান অমত্তা ঙাংখিদরে ॥২৫।

ইরেম্মগী হকচাংগী লৈতেং পুন্নমক মৈগুম্না শারে, ফেৎনাল ইন্নবা ফি-বোল পুন্নমক মৈদা ভৌববা লৈফাইগুমলে, মশাগী নুঙাইরবা মযুম্ন্গী তাদবা লমহাং বনগী মশকুম ওন্ন-ৈজনবা মওং ওইরে, নুংশিবা মনম পুন্নমক তাবদা অখাবা হুগুমলে ।২৬।

খোং নৌরবা লৈনা তেনগী মতৌগুমলে, থা উবদা গুগী মকগুম (মশকুম) থরে, রাকমশি খংবিত্তুনা, রাধাগী মফমদা ইবুঙোনা দর্শন পীনবীত্তুনা (উহনবীত্তুনা) রাধাগী অরাবসিবু কোকহনবীয়ু ।২৭।

তে সাক্ষিণঃ কিং বিদিতং ন ভূতলে
সৃজত্যলং পাসি হরস্যথো জগৎ ।
যদা সমানোঽসি জনেষু সর্ব্বত-
স্তথাপি ভক্তান্‌ ভজসে পরেশ্বরঃ ॥২৮॥

নারদ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বা হরিঃ সাক্ষাল্ললিতং ললিতাবচঃ ।
উবাচ ভগবান্‌ দেবো মেঘগম্ভীরয়া গিরা ॥২৯॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

সর্ব্বং হি ভাবং মনসঃ পরাৎপরং
নহ্যেকতো ভামিনি জায়তে ততঃ ।
প্রেমৈব কর্ত্তব্যমতো ময়ি স্বতঃ
প্রেম্‌ণা সমানং ভুবি নাস্তি কিঞ্চিৎ ॥৩০॥

---

ইবুংঙো নহাক্তি পুম্নমকপু শংবিরিবনি• পৃথিবিশিদা নংনা খংদবা কবি লৈবগে, নহাক্তি জগৎপু শেম্বীবা, ঙাকপিবা, মাংহনবস্থ নহাক্নি, মীওইবা খিবিকপু চপ-মান্ননা য়েংবীবিবনি অদুমকপু পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইনা নহাক্না ইবুংঙো নংতবু নিংজবা ননাই ভক্তশিংবু দি থোইদোক্না নিংবীবিবনি নুংশিবিবিবনি ।২৮।

নারদনা হায় — ললিতাগী নিংথিববা ৱাহৈসি তাবগা তশেংনমক লাই ওইবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা, নোং থোংবগুম শুক্লবা• লুম্নবা-ফজরবা ৱাহৈ ৱাত্তানা ললিতা সখীদা হায়ৱিখি ।২৯।

হে মুপী ওইবী, পুকনিংগী অথোইবা ভাবশিং অসিদি মনিংতম্বা ঙাক্তনি• ঈশ্বরমক ওইরবস্থ মদু পুম্নমক ঐঙোন্তদা লৈবা নত্তে, (পুকনিং-দি মনিং তম্বনি লাকঙম ফাঙমদবনি• ঈশ্বরনা মদু পুম্নমক তৌবা ঙম্লবস্থ তৌফম থোক্তবমক্নি) মখমশিদগী নখোইনা ঐতবু নুংশিবদুদি থমগদবনি, জীবশিংদা নুংশিবা প্রেম থম্বা হায়বসি অথোইবনি• মাগা মান্নবা অমা অমুক লৈত্রবনি ।৩০।

যথা হি ভাণ্ডীরবনে মনোরথো
বভূব তস্যা হি তথা ভবিষ্যতি ।
অহৈতুকং প্রেম চ সদ্ভিরাশ্রিতং
তচ্চাপি সন্তঃ কিল নির্গুণং বিদুঃ ॥৩১॥
যে রাধিকায়াং ময়ি কেশবে মনাক্
ভেদং ন পশ্যন্তি হি দুগ্ধশৌক্লবৎ ।
ত এব মে ব্রহ্মপদং প্রয়ান্তি ত-
দহৈতুকস্ফূর্জিতভক্তিলক্ষণাঃ ॥৩২॥
যে রাধিকায়াং ময়ি কেশবে হরৌ
কুর্ব্বন্তি ভেদং কুধিয়ো জনা ভুবি ।
তে কালসূত্রে প্রপতন্তি দুঃখিতা
রম্ভোরু যাবৎ কিল চন্দ্রভাস্করৌ ॥৩৩॥

---

ভাণ্ডীর বনদা শ্রীরাধাগী থম্মোইদা নিংখ্রবা অনিংবাশিংত্তুমক মফম অত্নমক্তদা (ভাণ্ডীববন অতুমক্তদা) মপুং ফানা ফংজবা ওইবকনি, ফল (মহৈ) নিদনা ন্নংশিবা থম্বা হাযবসিমক্তবু সাবুশিংনা (অফবা মীওইতনা) হৌই, মতুমক্তা গুণ অহুম (সত্ত, রজ, তম) অতুদগী লাপ্লোকপা ঙমই হায-বসি সাধুশিং অতুনা খংই, খংনবি ।৩১।

মী মহাক অতুনা শঙ্গোম অনৌবনা মহৌশান ঙৌজবা অতুগুম্না (মপুকনিং তশেং ত্তশেংনা) কৃষ্ণ কৌবা ঐ অমদি বাধিকাগী মফমদা খজিক্তং ফাওবা থেম্নবা লৈতনা উজরবা (বাধা কৃষ্ণ হায়বা অনিসি মশা অমত্তনি, অমনা অমদগী তোঙান্দে হাযবসি খংজববা) মপুকনি, লুববা মহাক অতুগী, মহৈ পাম্বা হায়বতু লৈত্রবা, ঙানথোক্লবা ভক্তি প্রেমগী লক্ষণ (মওং মতৌ) অতুমক্তনা ঐগী ওইবা লেংদ্রবা মকম ব্রহ্মপদবীবু শোয়দনা ফংই ।৩২।

হে লফু লেম্রাগুম ফৈগলতাবা ফজবী, পৃথিবীসিদা লৈরিবা মবুকচেল ফত্তবা, অমদি ফত্তবা বাথলতা খনবা মীওইশিংনা, শ্রীরাধিকাদা অমদি

নারদ উবাচ ।

ইত্থং শ্রুত্বা বচঃ কৃৎস্নং নত্বা তং ললিতা সখী ।
রাধাং সমেত্য রহসি প্রাহ প্রহসিতাননা ॥৩৪॥

ললিতোবাচ ।

ত্বমিচ্ছসি যথা কৃষ্ণং তথা ত্বাং মধুসূদনঃ ।
যুবয়োর্ভেদরহিতং তেজস্ত্বেকং দ্বিধা জনৈঃ ॥৩৫॥
তথাপি দেবি কৃষ্ণায় কর্ম্ম নিষ্কারণং কুরু ।
যেন তে বাঞ্ছিতং ভূয়াদ্ভক্ত্যা পরময়া সতি ॥৩৬॥

নারদ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বা সখীবাক্যং রাধা রাসেশ্বরী নৃপ ।
চন্দ্রাননাং প্রাহ সখীং সর্ব্বধর্ম্মবিদাং বরাম্ ॥৩৭॥

---

হবি ওইবা কৃষ্ণ এঙোন্দা তোঙানবা ওইনা খল্লবদি, লেপ্পমক মুমিৎ থান লৈবিবমখৈ কালসূত্র কৌবা নবক্তা তাহুনা অরাবা ফংহনা লৈ ।৩৩।

ললিতা সখীনা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী যাথংবু তাবগা, শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজবগা হবাগ্র-মুডাই নীনোক্না লোইনন, শ্রীরাধাগী নাক্তা হল্লক্লগা অচিকপা মফমদা রাধাদা পাওদমজখি ।৩৪।

হে রাধে, নংনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংজবিবা অদুগুম্না, শ্রীকৃষ্ণনসু নহাকপু নিংই, নখোয অনিগী খেন্নবা লৈতবা, অমত্তা ওইবা মঙাল অসিবু মীওই-বশিংগী রাখলদা অনি থোকনা উবতনি ॥৩৫।

হে সতি-সাধ্বী ওইবী দেবী, শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক কল (মতৈ) নিরুবা লৈতনা থবক তৌবীসু, অদুম্না শ্রীকৃষ্ণগী মরীদা নিংজবা অদুতেনা, ইবুঙো মাগী মফমদা ভক্তি প্রেমনা তিনবা হায়বস্তু ওইরকনি ।৩৬।

নারদনা হায । হে নিংথৌ, রাসেশ্বরী রাধানা (রাস লীলাগী মবেম্মা ওইবী রাধানা) ললিতা সখীগী রাসি তারগা, ধর্ম্ম পুম্নমক খংলবী অথোইবী চন্দ্রাননা কৌবী সখীদা হায়খি ।৩৭।

রাধানা হায । শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো মানা পেনবীমবগীদমক,

রাধোবাচ ।

শ্রীকৃষ্ণস্য প্রসন্নার্থং পরং সৌভাগ্যবর্দ্ধনম্ ।
মহাপুণ্যং বাঞ্ছিতদং পূজনং বদ কস্যচিৎ ॥৩৮॥
ত্বয়া ভদ্রে ধর্ম্মশাস্ত্রং গর্গাচার্য্যমুখাচ্ছ্রুতম্ ।
তস্মাদ্ব্রতং পূজনং বা ব্রূহি মহ্যং মহামতে ॥৩৯॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাধাকৃষ্ণপ্রেমোদ্যোগ নাম পঞ্চদশোঽধ্যায়ঃ ।

---

থোইদোকপু লাইবক ফনবা ওইবা, মহাপুণ্যগী মশক ওইবা, নিংজবা খুদোং খুদোং পীনবীবা ওইবা, কনবা অর্চা পূজানচিংবা লৈববদি হায়খিবু ।৩৮।

হে য়াইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবী, নহাক্তি গর্গাচার্য্য ঋষিগী মচিন্দগী ধর্মশাস্ত্রগী ৱা খিবিক তাব্রবনি, মবম অতূদগী হে পুকচেল চাওবী, শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো মানা পেনবীনবা ব্রত পূজানচিংবা লৈববদি, মহু রাধা ঐংঙান্দা হায়বীয় ।৩৯।

মতাং অসিদা গর্গাচার্য্যগী রাবীদা বৃন্দাবনখণ্ডগী মনুংদা, শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম লৈনবগী থৌরাং কৌবা, তরামঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## ষোড়শোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ।

রাধাবাক্যং ততঃ শ্রুত্বা রাজন, সর্ব্বসখীবরা ।
চন্দ্রাননা প্রত্যুবাচ সংবিচার্য্য ক্ষণং হৃদি ॥১॥

চন্দ্রাননোবাচ ।

পরং সৌভাগ্যদং রাধে মহাপুণ্যং বরপ্রদম, ।
শ্রীকৃষ্ণস্যাপি লব্ধ্যর্থং তুলসীসেবনং মতম, ॥২॥
দৃষ্টা স্পৃষ্টাথ বা ধ্যাতা কীর্ত্তিতা নামভিঃস্তুতা ।
রোপিতা সিঞ্চিতা নিত্যং পূজিতা প্রতিপালিতা ॥৩॥

---

শ্রীনারদনা হায— হে নিংথৌ, অসুম্না শ্রীরাধিকানা তাকপিবনদা মরেম্মগী যাথং তাবগা, সখীশিংদগী অথোইবী চন্দ্রাননা কৌবী সখীনা মপুকনিংদা ভাইহাক্তং চনিংতানা খল্লগা পাওখুনজবকই ।১।

চন্দ্রাননানা হায— হে রাধা কৌবী ইবেম্মা, থোইদোক্না লাইবক-ফবব্ পীনরবা, মহাপুণ্যগী মশক ওইবা, নিজবা বব পীনবীবা, শ্রীকৃষ্ণগীসু থোপল ফংজনবা ওইবা ঐগী মত হায়জববদা, তুলসী সেবা তৌজবা হায়বসিনি ॥২।

তুলসীবু যেংজ-উজবা, শোক্ত-শম্নজবা, নিংজবা, মতিক-মগুণ শোন্নবা, মমিং কযা হায়দুনা লৈশি-লৈথোক্নবা, মাগী পাম্বী থাজবা, ঈশিং চায়বনচিংবা তৌজবা, মুমিৎ খুদিং ঈরাৎ পূজা তৌজবা, ভাক-শেন্নবা অসিনি ।৩।

হে মঙ্গলগী মশক ওইবী, অদুগুম্বা মীওইশিংনা মুমিৎ খুদিংগী মথক্তা হায়খ্রিবা ভক্তি মখল মাপল অসিনা তুলসীবু ভক্তিসেবা

নবধা তুলসীভক্তিং যে কুর্ব্বন্তি দিনে দিনে ।
যুগকোটিসহস্রাণি তে যান্তি সুকৃতং শুভে ॥৪॥
যাবচ্ছাখাপ্রশাখাভিবীজপুষ্পদলৈঃ শুভৈঃ ।
রোপিতা তুলসী মর্ত্ত্যৈর্ব্বর্দ্ধতে বসুধাতলে ॥৫॥
তেষাং বংশেষু যে জাতা ভবিষ্যন্তি চ যে গতাঃ ।
আকল্পযুগসাহস্রং তেষাং বাসো হরেগৃ হে ॥৬॥
যৎ ফলং সর্ব্বপত্রেষু সর্ব্বপুষ্পেষু রাধিকে ।
তুলসীদলেন চৈকেন সর্ব্বদা প্রাপ্যতে তু তৎ ॥৭॥
তুলসীপ্রভবৈঃ পত্রৈর্যো নরঃ পূজয়েদ্ধরিম্ ।
লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥৮॥

---

তৌজববদি, যুগ লিশিং কোটি অমবু অফবা পুণ্যগী থবক তৌজবগী মহৈ (ফল) ফংজৈ ।৪।

থাজবিবা তুলসী পাম্বী অহুনা মরু-মবা, মনা, মঞ্জরী, মশা, মশাগী মশাশিংনা, পৃথিবীশিদা অহুগী মথে ওইনা পাক-শন্না হৌডুনা নিংথিনা ফজনা শৈবিবা অহুক্কী মথে ওইবা, মাগী শাগৈ নাতৈদা পোকলিবা মচা মশুশিংনা অবোইবা মতম লাল্লহুনা শিববদা, মখোইশিং অহুনা বল্প-চুপ্পগী ওইবা যুগ লিশিং অমবু, শ্রীহবিগী ধাম (ময়ুম) ওইবা মফমদা লৈজবা ফংগনি ।৫।৬।

হে রাধিকে, কংপা যাবা অতৈ মনা পুম্নমক কচ্চবা অমদি লৈ মথল পুম্নমক কচ্চবগী মহৈ (ফল) অহু তুলসী মনা অমথক্তং কচ্চবদা, মতম পুম্ন-মক্তা মনা অমদি লৈ কয়ামুক কচ্চবগী মহৈহুমক ফংই ।৭।

অহুগুম্বা মীশক অহুনা (মপুং ফাবহুনা মুম্নরুবা নাপুমচু মাল্লবা) তুলসী মনাশিংনা শ্রীহরি কৃষ্ণবু পূজা তৌজরবদি, তুলসীমনা কচ্চবগী মগুণ অহুমক্তনা, থম্বালগী মনাদা ঈশিংনা পকপা ভমদবগুম পাপ খিবিক্লা মীশক অহুদা চংলুবা শোকভবা ভমদ্রে ।৮।

সনা মীপোং চামা, লুপা মীপোং চামবিন্নু দান তৌজবগী ফল

সুবর্ণভারশতকং রজতং যচ্চতুর্গুণম্ ।
তৎ ফলং সমবাপ্নোতি তুলসীবনপালনাৎ ॥৯॥
তুলসী কাননং রাধে গৃহে যস্যাবতিষ্ঠতি ।
তদ্ গৃহং তীর্থরূপং হি ন যান্তি যমকিঙ্করাঃ ॥১০॥
সর্ব্বপাপহরং পুণ্যং কামদং তুলসীবনম্ ।
রোপয়ন্তি নরা শ্রেষ্ঠাস্তে ন পশ্যন্তি ভাস্করিম্ ॥১১॥
রোপনাৎ পালনাৎ সেকাৎ দর্শনাৎ স্পর্শনান্নৃণাম্ ।
তুলসী দহতে পাপং বাঙ্‌মনঃকায়সঞ্চিতম্ ॥১২॥
পুষ্করাদ্যাদি তীর্থানি গঙ্গাদ্যাঃ সরিতস্তথা ।
বাসুদেবাদয়ো দেবা বসন্তি তুলসীদলে ॥১৩॥

---

(মহৈ) অদুগা, তুলসীগী বন অমা শেমজবগা চপ মান্নবা ফল (মহৈ) অদুমক ফংই ।৯।

হে রাধে, তুলসীগী বন অমতং শেমদুনা থমজববা অদুগুম্বা যুম অদুদি লেপ্পমক তীর্থগী মশক ওইববনি, অদুগুম্বা য়ুম অদুদা যমগী মনাই দুতশিংনা কৈদৌঙ্গুংদা চংবা ঙমদে ।১০।

অশোইবা মীশক ওইবা মী অদুনা, পাপ পুম্নমকপু মাংহনবীবা, পুণ্যগী মশক ওইবা, অপাম্বা থিবিকপু পীনবীবা তুলসী বন অসিবু শেমদুনা থমজববদি যমগক্সু কৈদৌনুংদা যেংবা ঙমদ্রে ।১১।

তুলসী পাম্বা থাজবদগী, ডাক-শেঙ্গবদগী, ঈশিং চায়বনচিংবা সেবা তৌজবদগী, দর্শন (উজবা-যেংজবা) তৌজবদগী অমদি শোক্ক-শমুজবদগী মীওইবশিংনা, পুকনিংনা খল্লবা, রাহৈনা ভাংথোকপ্তবা, হকচাংমক্কা তৌ-রুবা পাপ পুম্নমকপু চাকথেকই ।১২।

পুষ্করনচিংবা তীর্থ পুম্নমক্কা, গঙ্গানচিংবা তুবেলশিংনা অমদি বাসুদেব (শ্রীকৃষ্ণ) নচিংবা লাই পুম্নমক্সু তুলসীগী মনাদা তিন্দুনা লৈ ।১৩।

তুলসী মঞ্জরীগা লোযননা (অমদি তুলসী মনা অমতং ময়াদা উমথুনা) মথরাই থাজববা মীশক্তদি পাপ মথল চামমা তিন্দুমক্সু যম কৌবা

তুলসী মঞ্জরীযুক্তো যস্তু প্রাণান্ বিমুঞ্চতি ।
যমোঽপি নেক্ষিতুং শক্তো যুক্তং পাপশতৈরপি ॥১৪॥
তুলসীকাষ্ঠজং যস্তু চন্দনং ধারয়েন্নরঃ ।
তদ্দেহং ন স্পৃশেৎ পাপং ক্রিয়মাণমপীহ যৎ ॥১৫॥
তুলসী বিপিনচ্ছায়া যত্র যত্র ভবেচ্ছুভে ।
তত্র শ্রাদ্ধং প্রকর্ত্তব্যং পিতৄণাং দত্তমক্ষয়ম্ ॥১৬॥
তুলস্যাঃ সখি মাহাত্ম্যমাদিদেবশ্চতুর্মুখঃ ।
ন সমর্থো ভবেদ্বক্তুং যথা দেবস্য শার্ঙ্গিণঃ ॥১৭॥
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রচরণে তুলসী চন্দনৈর্যুতাম্ ।
যো দদাতি পুমান্ স্ত্রী বা যথোক্তং ফলমাপ্নুয়াৎ ॥১৮॥

লাইনা যেংবা ফাওবা মড়মদবে ।১৪॥

তুলসী পাম্বীগী মশা অকংবনা মশাদা চন্দন ওইনা থিনজরবদি, মথক্তা তাযখ্রিবা পাপ কযামুক অদু তৌরুববস্থু, মীশক অদুগী মশাদা পাপ-শি অদুনা শোকউবা মঙমদে ।১৫।

হে মঙ্গলগী মশক ওইবী, (বাধে) তুলসী বন শেমজদুনা, তুলসীগী মমিনা তাবা মকম মফমদুদা অহন-লম্মনগী শ্রাদ্ধ (শোবাৎ শোনবনচিংবা) তৌগদবনি, মদুদা ঈপা ইপুশিংগী দমক্তনি হাযনা কচ্চখ্রিবশিংদো অমাং-অতা লৈতবা হাযবদু ওই ॥১৬।

হে সখী (হে বাধে) শার্ঙ্গ ধনু (শার্ঙ্গ = শবঙ্গ কৌবা লীরুং) পাযবা শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌক মগুণ গুম্না, তুলসীগী মতৌক মগুণবু মমাই মবি পানবা ব্রহ্মানসু শীংথাবা ঙমবা নত্তে ।১৭।

কনাগুম্বা নুপা নুপী অমনা চন্দন চাযবা তুলসীমনাবু (তুলসী মঞ্জরী-বুস্ত) শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা (মখোং থম্বালদা) কচ্চবনদি, অদুগুম্বা মথক্তা হায়খ্রিবা

● শ্লোক ১৮ অসি বঙ্গানুবাদ পণ্ডিত পঞ্চাননগী গর্গসংহিতাদা ইরমদে, হিন্দি অনুবাদ পণ্ডিত রামতেজ পাণ্ডেযগীদা (অহেনবা ওইনা) ইবম্বদগী তুংইন্না লৌখৎচরে ।

তুলসী সেবনং নিত্যং কুরু ত্বং গোপকন্যকে ।
শ্রীকৃষ্ণো বশ্যতাং যাতি যেন বা সর্ব্বদেব হি ॥১৯॥

নারদ উবাচ ।

ইত্থং চন্দ্রাননা বাক্যং শ্রুত্বা রাসেশ্বরী নৃপ ।
তুলসী সেবনং সাক্ষাদারেভে হরিতোষণম্ ॥২০॥
কেতকীবনমধ্যে চ শতহস্তং সুবর্ত্তুলম্ ।
উচ্চৈঃহর্ম্মথচিভিত্তিপদ্মরাগতটং শুভম্ ॥২১॥
হরিদ্ধীরকমুক্তানাং প্রকারেণ মহোল্লসৎ ।
সর্ব্বতস্তোরণাযুক্তং চিন্তামণিসুমণ্ডিতম্ ॥২২॥

---

মহৈ (ফল) অতু ফংজে ।১৮।

হে গোপনিংথৌ ওইবী বাধে, নহাক্না নিত্তি হুমিৎ খুদিং তুলসী-সেবা তৌজো, মতুম্না মতম পুম্নমক্তা তুলসী সেবাবু ভত্তনা তৌজবা অদুমক্তনা শ্রীকৃষ্ণবু থুত্নম চঙবা হায়বত্থু ওইগনি ।১৯॥

শ্রীনারদনা হায ঃ— হে নিংথৌ, মতৌ অদুম্না চন্দ্রাননা সখীগী বা তাসি তাবগা বাসেশ্বরী বাধানা শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক, তুলসী সেবাবু ভত্তনা মখুৎমক্তা তৌজবা হৌখি ।২০।

কেতকী কৌবী লৈগী বন মযাইদা, খুত্নপ চামগী লম্বু কোযবপ কোযনা শেম্নগা, সনাতনা রানা চেকপন (ফক্লাং) থাবগা, পদ্মবাগ কৌবা মণিনা দারী (লৈব'ক্ট) ওইববা, যাইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবা তুলসী মন্দিরবু রাধানা শেমখি ।২১।

হীবা মুক্তানচিংবগী শংবানবা মঙাম্না মচুশংলবা চেকপম্না লৈতেংবা, অপান্বা পোৎ পুম্নমক পীবা মণিগী জাংশিনা হুৎলবা, মাইকৈ মবিমক্তা থোং থোংজাও খুদিং লং তিংহুনা চে ফিনচিংবগী ফিরাল মচা নুযা থেৎলবা তুলসীগী মন্দিরনি ।২২।

মন্দিরগী মাইকৈ নবিদা সনাগী ছত্র য়ুংলবা, মুক্তা হুৎপা ফিরাল মচা মচানা যাল্লিবা, অৱাবা মতোলগী অকোয়বদা সনাগী ফিরালনা

হেমধ্বজসমাযুক্তমুক্তাতোরণরাজিতম্ ।
হৈমৈর্বিতানৈঃ পরিতো বৈজয়ন্তিমিব স্ফুরৎ ॥২৩॥
এতাদৃশং শ্রীতুলসীমন্দিরং সুমনোহরম্ ।
তন্মধ্যে তুলসীং স্থাপ্য হরিৎপল্লবশোভিতম্ ॥২৪॥
অভিজিন্নামনক্ষত্রে তৎসেবাং সা চকার হ ।
সমাহুতেন গর্গেন দিষ্টেন বিধিনা সতী ॥২৫॥
শ্রীকৃষ্ণতোষণার্থায় ভক্ত্যা পরময়া সতী ।
ইষপূর্ণাং সমারভ্য চৈত্রপূর্ণাবধি ব্রতম্ ॥২৬॥
কৃত্বা ন্যষিঞ্চদ্দুগ্ধেন তথা চেক্ষুরসেন বৈ ।
দ্রাক্ষাম্রাম্ররসেনাপি সিতয়া বহুমিশ্রয়া ॥২৭॥

---

লৈতেংলিনদো বৈজযন্তি মালানা চানবগুম নিংথিজবি ।২৩।

মতৌ অসুম্না থোইদোর। পুকনিং চনা ফজববা তুলসী মন্দির শাবগা অশংবা হৈনৌমনা পাবংনা কোয়শিল্লবা মন্দিবগী মযাইদা তুলসী পাম্বীবু লিংথিজনা থাখি ।২৪।

সতী ওইবী বাধানা গর্গাচার্য্য ঋষিবু কৌজবগা, মানা তাকপা হাযবা শাস্ত্রগী বায়েন মতুংইন্না, অভিজিৎ কৌবা নক্ষত্রনা পানবা মতম য়েংহনা তুলসী সেবা পূজা তৌখি ॥২৫।

শ্রীবাধা সতীনা থোইদোক্না নোল্লুকপা ভক্তিগা লোযননা, শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীনবগীদমক আশ্বিন (মেবা) থাগী পূর্ণিমাদগী হৌজবগা চৈত্র (শজিবু) থাগী পূর্ণিমা ফাওবা থা তরুক চুপ্না ব্রত তৌজবগা লোইননা তুলসী পূজা তৌজখি ।২৬।

---

মেবা পূর্ণিমাদগী হীয়াঙ্গৈ পূর্ণিমা ফাওবদা শঙ্গোম অনৌবনা, হীযাঙ্গৈদগী পোইন্ন চুমহী, পোইন্নদগী ব্রাকচীং অঙ্গুবমক্ৰী ৱাকচিংদগী ফাইরেলদনা থা ১২ লেপ্তনা পানবা হৈনৌমহী, ফাইরেলদগী লমদা পোৎমখল বযামুক্কা সিতামিশ্রিগা তিন্নবা মহীনা তুলসীবু স্নান তৌখি। মতুং শ্লোকতা লমদাদগী শজিবুনা পঞ্চামৃতনা স্নান তৌবগী বা হাযরকনি ।

পঞ্চামৃতেন তুলসীং মাসে মাসে পৃথক্ পৃথক্ ।
উদ্‌যাপনসময়স্থং বৈশাখপ্রতিপদ্দিনে ॥২৮॥
গর্গাদিষ্টেন বিধিনা বৃষভানুসুতা নৃপ ।
ষড়্‌পঞ্চাশত্তমৈর্ভোগৈর্ব্রাহ্মণানাং দ্বিলক্ষকম্ ॥২৯॥
সন্তর্প্য বস্ত্রভূষাদ্যৈর্দক্ষিণাং রাধিকা দদৌ ।
দিব্যানাং স্থূলমুক্তানাং লক্ষভারং বিদেহরাট্ ॥৩০॥
কোটিভারং সুবর্ণানাং গর্গাচার্য্যায় সা দদৌ ।
শতভারং সুবর্ণানাং মুক্তানাঞ্চ তথৈব চ ॥৩১॥

---

শঙ্গোম অনৌবনা, চুমহীনা, অঙ্গুবমহীনা, হৈনৌমহীনা, পোৎশক কযামুক্তা সিতামিশ্রিগা তিন্নবা মহীনা তুলসী পাম্বীবু চাযথখি (স্নান তৌখি) ইক্লজদিখি ।২৭।

পঞ্চামৃত (শঙ্গোম অফম্বা, অনৌবা, ঘী, খোইহী, চিনিঅভৌবা) নচিংবনা থা থাগী তোঙান তোঙান্না (শঙ্গোম অনৌবা, চুমহী, অঙ্গুবমহী, হৈনৌমহী, পোৎ পুম্নমক্তা তিন্নবা সিতামিশ্রি, পঞ্চামৃতনচিংবনা) তুলসীবু চাযখচ্নুনা বৈশাখ মাস কৃষ্ণা পতিপদতিথিদগী হৌনা উৎযাপন কম্ম তৌখি ।২৮।

হে নিংথৌ, গর্গাচার্য্যনা হাযবা তাকপা বাযেনগী মতুং ইন্না বৃষভানুগী মচানুপী রাধানা ব্রাহ্মণ লক্ষ (লাখ) অনিবু, মখল য়াংখৈতক্কী এইবা চান-থক্‌বা খিবিক্লা পেনহনখি ।২৯।

হে বিদেহ লৈবাক্কী নিংথৌ, মঙাল থোক্লা ঙাল্লবা অচৌ আচৌবা মুক্তা ভার (তোলা কুন) অত্থু লাখ অমগী মক্কবু অমদি ফিজেৎ-লৌতং কযামুক্তা দক্ষিণাগা লোয়ননা পেনহন্দুনা রাধানা দান তৌখি ।৩০।

সনা ভার (তোলা কুন) চাম, মুক্তাভার চামবু ব্রাহ্মণ অমমমদা অমসুং সনা ভার কোটি অমবু গর্গাচার্য্য ঋষিগীদমক কচ্চখিদো রাধানা ।৩১।

অসুম্না ইবেম্মা রাধানা অখোইবা ভক্তিগা লোইননা, ব্রাহ্মণ-ব্রাহ্মণ খুদিংদা দান দক্ষিনা কচ্চখি, মতৌদুদা লাইশিংনা দুন্দুভিনচিংবা পুং-সেন

ভক্ত্যা পরময়া রাধা ব্রাহ্মণে ব্রাহ্মণে দদৌ ।
দেবদুন্দুভয়ো নেদুর্নন্মৃতুশ্চাপ্সরোগণাঃ ॥
তন্মন্দিরোপরি সুরাঃ পুষ্পবর্ষং প্রচক্রিরে ॥৩২॥
তদাবিরাসীত্তুলসী হরিপ্রিয়া
সুপর্ণপীঠোপরি শোভিতাসনা ।
চতুর্ভুজা পদ্মপলাশবীক্ষণা
শ্যামা স্ফুরদ্ধেমকিরীটকুণ্ডলা ॥৩৩॥
পীতাম্বরাচ্ছাদিতসর্পবেণীং
স্রজং দধানাং নববৈজয়ন্তীম্ ।
খগাৎ সমুত্তীর্য্য চ রঙ্গবল্লী
চুচুম্ব রাধাং পরিরভ্য বাহুভিঃ ॥৩৪॥

---

য়েবা থীনবনা পুননিন নিনখি, লাইগী জগোইশাবীশিংনস্থ জগোই শাখি, তুলসী মন্দির অতুগী মথক্তা লাইশিংনা লৈতনা নোং চুবগুম খিকথ-চাবথখি ।৩২।

মতম অদুদা গরুড়গী মনমগন্দা নিংখিনা থাবিবা ফিদা থক্তা (আসন মথক্তা) ডান্থোইখিবী, পাম্বোম মখি পানবী, থম্বাল-লকানা তমজবনা মিৎকম ওইববী, কুচু শংবানবী, ফুইনা মডাল থোক্রবা সনাগী লুকপ উপলিবী, শ্রীহরিগী চান্নথোইববী তুলসীনা লেংলক্তুনা ডানথোইখি ।৩৩।

সনাফিগে নাপু থোনবী, লিন্না ফৈদি কোনবগুম্বী ফজরবী বেণীগী শম্বুল ওইবী। তনৌ তনৌববী বৈজয়ন্তী পরেংনচিংবা লৈশিংনা লৈতেংলবী মতীক মডাসনা ডাম্লবী তুলসীনা, গরুড়গী মথক্তগী কুমথরগা রাধাবু মপাম্বোম অনিনা কোনশিন্নদুনা চুম্বন (চুপ্পা) তৌবদুনা মংশিনা লুনা চান্না তৌবগী মতৌ তৌখি ।৩৪।

তুলসীনা হায়— নহানগুকী মপোক্তা কলাবতী কৌবগী, হৌজিক্কা কীর্তিদা কৌবীনা পোকপী হে রাধে, নহাক্কা ভক্তি প্রেমতনা মরম ওইবদুনা তাইবংপান পুন্নমক্কা তমজনিডাই ওইবা, মতম পুম্নমক্তা মুডাই-মাইকবা

তুলস্যুবাচ । —

অহং প্রসন্নাস্মি কলাবতীসুতে
ত্বদ্ভক্তিভাবেন জিতা নিরন্তরম্‌ ।
কৃতং চ লোকব্যবহারসংগ্রহা-
ত্ত্বয়া ব্রতং ভামিনি সর্ব্বতোমুখম্‌ ॥৩৫॥

মনোরথস্তে সফলোঽস্তু শ্রুমা-
দ্দ্বন্দ্বীন্দ্রিয়ৈশ্চিত্তমনোভিরগ্রতঃ ।
সদানুকূলত্বমলং পতেঃ পরং
সৌভাগ্যমেবং পরিকীর্ত্তনীয়ম্‌ ॥৩৬॥

নারদ উবাচ । —

এবং বদন্তীং তুলসীং হরিপ্রিয়াং
নত্বাথ রাধা বৃষভানুনন্দিনী ।
প্রত্যাহ গোবিন্দপদারবিন্দয়ো-
র্ভক্তির্ভবেন্মে বিদিতা হ্যহৈতুকী ॥৩৭॥

---

মঙ্গল পীনবা ব্রত পুজা অসিবু নহাক্না তৌবসিনা ঐহাক ঙমথৈ নৈতনা পেল্লে, নহাকী ভক্তি ভাব অসিনা মতম পুম্ননক্তা জয় ওইবগনি ॥৩৫।

নহাকী নপুকনিংনা নিংজবিবশিং অহু মহৈ যাল্লগনি. মতম নৈবা খিবিক্তা নশাগী বুদ্ধি, ইন্দ্রিয়, নপুকনিং চ.না, অমাং অতা নৈত্রবা, আথাইবা নপুরোইবগী ফোবাই তুংইল্লবা হায়বহু মতম পুম্নমক্তা ওইবগনি অমস্তং নহাক অসি লাইবককবী অমনি হাযনা শীংথানবী ওইবগনি ।৩৬।

অস্তুমা হাযবিবা শ্রীহবিগী চান্নথইববী তুলসীবু, বৃষভানুগী মচানুপী রাধানা খুরুমজবগা হাযবকই, হে দেবী, শ্রীগোবিন্দগী মখাং থম্বাল অনিদা মহৈনিবা নৈতনা (অপাম্বা নৈতবা ওইজহুনা) ভক্তি প্রেম নৈজবা ঙম্বা ওইজগে পীনবীয়ু নিজবি ।৩৭।

হে মিথিলাগী নিংথৌ অথোইবা, অহুগী তুংদা শ্রীহরিগী চান্নথোইববী তুলসীনা "মহুমক ওইবসহু" অস্তুমা হায়রমগা মাংথোকথরে উহনখিরে,

তথাস্তু চোক্তা তুলসী হরিপ্রিয়া-
থাবর্ন্ধধে মৈথিলরাজসত্তম ।
তদৈব রাধা বৃষভানুনন্দিনী
প্রসন্নচিত্তা স্বপুরে বভূব হ ।।৩৮।।
শ্রীরাধিকাখ্যানমিদং বিচিত্রং
শৃণোতি যো ভক্তিপরঃ পৃথিব্যাম্ ।
ত্রৈবর্গভাবং মনসা সমেত্য
রাজংস্ততো যাতি নরঃ কৃতার্থতাম্ ।।৩৯।।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে তুলসী পূজনং নাম
ষোড়শোঽধ্যায়ঃ ।

---

বৃষভানুগী মচানুপী বাধাসু পুকনিং থগ্নায় হবাও তয়াম্না মশাগী লৈফম ওইবা বৃষভানুপুবদা চংখ্রে ।৩৮।

হে নিংথৌ, অসিগুম্বা অঙকপগী মশক ওইরবা শ্রীবাধিকাগী ওইবা বাবীশিবু পৃথিবী শিদা কনাগুম্বা ভক্তিগা লোইননা পুকনিং চংনা তাজ-ববদি, ধর্ম্ম, অর্থ, কাম কৌবা মথম অহুমগী অপাম্বা থিবিক ফংজনা, মপাক্কী তৌজননগী মহৈ ফংবা হাযবহ ওই ।৩৯।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গাচার্য্য মুনিগী বাবীদা, বৃন্দাবনখণ্ডগী মনু দা তুলসী পূজা তৌবা কৌবা তবাতককগুবা, অধ্যায় লোইবে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

বহুলাশ্ব উবাচ । —

রাধাকৃষ্ণস্য চরিতং শৃণ্বতো মে মনো মুনে ।
ন তৃপ্তিং যাতি শরদঃ পঙ্কজে ভ্রমরো যথা ।।১।।
রাসেশ্বর্য্যা কৃষ্ণপত্ন্যা তুলসীসেবনে কৃতে ।
যদ্বভূব ততো ব্রহ্মংস্তন্মে ব্রূহি তপোধন ।।২।।

শ্রীনারদ উবাচ । —

রাধিকায়াশ্চ বিজ্ঞায় তুলসীসেবনে তপঃ ।
প্রীতিং পরীক্ষন্‌ শ্রীকৃষ্ণো বৃষভানুপুরং যযৌ ।।৩।।
অদ্ভুতং গোপিকারূপং চলৎ-ঝঙ্কারনূপুরম্‌ ।
কিঙ্কিণীঘণ্টিকাশব্দমঙ্গুলীয়কভূষিতম্‌ ।।৪।।

---

বহুলাশ্ব নিংথৌনা হায় ঃ— হে নারদ মুনি, শরৎ ঋতুদা শাংগী থম্বালদা খোইমুনা লৈহৌ চুপ্পগী পেনবা নাইদবগুম শ্রীরাধা কৃষ্ণগী রাবীবু তাবদা ঐগী পুকনিং অসিদা অপেনবা হায়বদু লৈখিদবে ।১।

লাইনিংবগী লন ওইববা হে ব্রহ্মন্‌, শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী, রাসলীলাগী মবেম্মা রাসেশ্বরী রাধানা তুলসী পূজা তৌরবগী তুংদা করি অমুক ওইবকখিবগে মদু ঐঙোন্দা হায়বীয় ।২।

শ্রীনারদনা হায — শ্রীরাধিকানা তুলসী সেবা তৌবনা মরম ওইনা তৌবিবা তপস্যাবু শ্রীকৃষ্ণনা খংবিবগা লোয়নননা পেনবীরক্লনা ভক্তি প্রেমবু চাং য়েংবা ওইনা বৃষভানুপুর তান্না চৎখি ।৩।

খোংথাং খুজিং নূপুরগী খোঞ্জেলনা নিলহন্দুনা, খাংলা শিরিবা কিঙ্কিনীগী শরীক মচাশিংনসু নিলহন্দুনা, খুৎশাদা খুদোপনা লৈতেংক্লনা

রত্নকঙ্কণকেয়ূরমুক্তাহারবিরাজিতম্‌ ।
বালার্কতাটঙ্কলসৎকবরীপাশকৌশলম্‌ ॥৫॥
নাসামৌক্তিকদিব্যাঢ্যং শ্যামকুন্তলসন্নিভম্‌ ।
দৃষ্ট্বাসৌ বৃষভানোশ্চ মন্দিরং সন্দদর্শ হ ॥৬॥
প্রাকারপরিখাযুক্তং চতুর্দ্বারসমন্বিতম্‌ ।
করীন্দ্রৈঃ কজ্জলাকারৈর্দ্বারি দ্বারি মনোহরম্‌ ॥৭॥
বায়ুবেগৈর্মনোবেগৈশ্চিত্রবর্ণৈস্তুরঙ্গমৈঃ ।
হারচামরসংযুক্তং প্রোল্লসন্মণ্ডপাজিরম্‌ ॥৮॥

---

নিংথিববী অঙকপগী মশক ওইববী গোপনিঙোল অমগী মশক শাবদুনা শ্রীকৃষ্ণনা লেংলকখি ।৪।

মনি-বস্তুগী খুজি, পাম্বোমফাবী, অমদি মুক্তা পরেংনা লৈতেংদুনা, থোক্লকপদা ঙাইবিবা মুমিৎকি মেংলবা মঙালগুম ঙাল্লবা কুণ্ডলনাহিন যানদুনা, শমজিথোংফমময়া ওইরপ য়াংনা, পৈরপ্পা পুনবা শমুন্না হৈশিংবা মতৌ উৎলদুনা লেংলকখি ।৫।

মুক্তাথিনবা নাতোনগী লৈতেং ওইবা নাসিকাগী মক্তুগা মঙাল পুবদুনা, নিংথিরবা শমজোইগী মুবৈশংদানবা মচুনা চংখোন্না ফজবী গোপ নিঙোল শাবিবীদো বৃষভানু নিংথৌগী কোন্নুংদা উহন্নরে (চংলকলে) ।৬।

বৃষভানুগী কোন্নুংদো য়াংলবা চেকপন অমদি খাঙ্গপাংনা কোয়না ঙাকলি, মাইকৈ মরিদা শনথোং মরি ফাংলি, থোং-থোং খুদিংদা কজ্জলগুম মুববা পুকনিং হুনা ফজববা শামুশিংনা ঙাক-শেন্নিবনি ।৭।

নুংশিৎমুক যাংলবা, পুকনিংগুম থুরবা খোংচৎ ওইবা, মচু মখল মখলগী শগোলশিংনমু ঙাক শেন্নিবনি, মচুদা লীক-লৈনচিংবগী পরেং কয়া য়াল্লবা, শাববা মতমদা ইংহন্নবা চামর কয়া য়াল্লবা, মীতিনশং (সভা) মণ্ডপকী মাঙ্গোল অদো পুকনিং হুনা ঙান্না ফজনা লৈরি ।৮।

মচা হুনবী শনবী কয়া,ধর্ম্ম ঙাক্না চৎলিবা শল্লাব কয়াসু লৈরি,খাশী অমদি শনশেনচৈ পায়রবা গোপ কয়ানসু ঈশৈ নোংমাই শক-শোন্দুনা

গবাং গণৈঃ সবৎসৈশ্চ বৃষৈ র্ধর্মধুরন্ধরৈঃ ।
গোপালা যত্র গায়ন্তে বংশীবেত্রধরা নৃপ ॥৯॥
বৃষভানুপুরস্যৈবং পশ্যন্ মন্দিরকৌশলম্ ।
মায়াযুবতিবেশোঽসৌ ততো হ্যন্তঃপুরং যযৌ ॥১০॥
যত্র কোটিরবিস্ফূর্জৎকপাটস্তম্ভ পঙ্ক্তয়ঃ ।
রত্নাজিরেষু শোভন্তে ললনা রত্নসংযুতাঃ ॥১১॥
বীণাতালমৃদঙ্গাদীন্ বাদয়ন্ত্যো মনোহরাঃ ।
পুষ্পযষ্টিসমাযুক্তা গায়ন্ত্যো রাধিকাগুণম্ ॥১২॥
তস্মিন্নন্তঃপুরে দিব্যং রাজচ্চোপবনং মহৎ ।
দাড়িমী-কুন্দমন্দারনিম্বজম্বুদ্রুমাবৃতম্ ॥১৩॥

---

মপুকনিং মুভাইনা লৈবি ।৯।

য়াইক্ক-মঙ্গলগী মশক ওইববা বৃষভানুপুববু য়েংল-যেংলদুনা, লৌনম তৌদুনা মুপীগী ফিজেৎ শেৎলদুনা গোপনিঙোল শাবিবা শ্রীকৃষ্ণনা কোন্নুং মন্নুং তম্না পন্দনা চংশিন্নকখি ।১০।

মুমিৎ কোটিগী মঙালগুম ঙাল্লিবা কোন্নুংদুদা, থোংজাও অমদি যুম্বী মখোং পবেংনা, নিংথিনা লৈতেংলবা যুমগী মাঙ্গালশিংদা, মনি মুক্তানা লৈতেংলবী অথোইবী মুপীশিংনা নিংথিজবি ।১১।

বীনাযন্ত্র, তালপুবা অমদি পুংনচিংবা যন্ত্র খিবিরা যৈবা-খোংবা থিনবগী খোঙেলনা পুকনিং হুনা নির্লিবা, অমদি লৈ মশা চবোং পায়বিবী ফজবীশিংনা রাধিকাগী মতীক মগুন থাদুনা ঈশৈ শক্রমই ।১২।

কোন্নুং মন্নুং অদুদা মক্তুবা, মতিক মগুন লৈববা, ফজববা হে লৈ থাবা বব মচা কযামুক শেমদুনা, মদুদা কফোই পাম্বী, কুন্দো-কৌবা লৈ, স্বর্গগী ফজবা লৈ মঙাগী মন্নুং চনবা, মচুঙাংনা কুরাউঙুম শাৎপা মন্দাব কৌবা লৈ, নিম্ব (নিম) পাম্বী অমদি রাংচাঙনা হৌবা পাম্বীশিংদা উরী-মচাশিংনা যেৎ-য়েত্তনা হৌরি ।১৩।

কেতকী, মালতী (ঙালিকা অযোনবা মচুম ভানা শাৎপা) নচিংবগী

কেতকীমালতীপুষ্পৈর্মাধবীভির্বিরাজিতম্ ।
ততো রাধানিকুঞ্জোঽস্তি কল্পবৃক্ষসুগন্ধিভৃৎ ॥১৪॥
পতন্তি যত্র ভ্রমরা মধুমত্তা নৃপেশ্বর ।
গন্ধাক্তঃ শীতলো বায়ুর্মন্দগামী বহত্যলম্ ॥১৫॥
সহস্রদলপদ্মানাং রজো বিকৈপয়ন্মুহুঃ ।
পুংস্কোকিলা কোকিলাশ্চ ময়ূরা সারসাঃ শুকাঃ ॥১৬॥
কূজন্তি মধুরং নাদং নিকুঞ্জশিখরেষু চ ।
পুষ্পশয্যাসহস্রাণি জলকুল্যাঃ সহস্রশঃ ॥১৭॥
প্রোচ্ছলন্তি স্ফুরৎকারা যত্র বৈ মেঘমন্দিরে ।
বালার্ককুণ্ডলধরাশ্চিত্রবস্ত্রা বধাননাঃ ॥১৮॥

---

মপৈরা তিনবা, মাধবী লতামচিংবা উবীনা লৈতেংলবা, কল্পবৃক্ষ কৌনা উপালগী মুংশিববা মনমনা তিনবা শ্রীরাধাগী নিকুঞ্জ কৌবা বন লৈ ।১৪॥

হে নিংথৌবেল — নিকুঞ্জবন অতুদা, লৈহী চুপ্পদা মযাই কাববা খোইমুশিংনা কোইপাই-পাইবি, মুংশিববা লৈনম পুববা, ঈংলবা মুংশিংনা তপ্পা-তপ্পা, লিবি লিবি হুয়তুনা শিংলি ।১৫।

মনা লিশিং পানবা থম্বালশিংগী লৈবিকপু হন্না হন্না চাযব-চাযবতুনা মুংশিংনা শিংলি, কোকিল লাদা-অমোম, ৰাহোং বাইনু তেনৱাশিংগী মুংশিববা খোঞ্জেলতনা নিল্লিদো নিকুঞ্জদো ॥১৬।

নিকুঞ্জবন অতুগী মচি মচিদা মুংশিববা খোঞ্জেল কযানা নিল্লি-খোংলি, ফজববা লৈগী শযা (ফমুং) লিশিং লিশিং, থুংশমগী ফজববা পুখ্রি মচা লিশিং-লিশিংনা তিল্লবা ফজববা মফম হায়বতু এইবি ।১৭।

নিকুঞ্জতুদা মেঘমন্দিব (ওলাং থাগী মতমদা নোংচুবগুম ঈংলবা যুম) কৌবা সঙ্গায মচাদা, লুববা ফজববা ঈশিং চাযৱীনা খিল্ল-চাযবতুনা নোংচুবগুম নিংখিহল্লি-ইংহল্লি, খোল্লকপদা ডাইরিবা মুমিংকী মেংলবা মণ্ডালগুম ডাল্লবা কুণ্ডল নাখিন যাল্লীবী, মচু মখল মখলগী ফি শেংলিবী, মাইথোং ফজবীশিংনা শাইব ।১৮

বর্ত্তন্তে কোটিশো যত্র সখ্যস্তৎকর্ম্মকোবিদাঃ ।
তন্মধ্যে রাধিকা রাজ্ঞী ভ্রমন্তী মন্দিরাজিরে ॥১৯॥
কাশ্মীরপঙ্কসংযুক্তে সুগন্ধবস্ত্রবিরাজিতে ।
শিরীষপুষ্পকিতিজদলৈরাস্তৃত-ফপুরকে ॥২০॥
মালতীমকরন্দানাং ক্ষরদ্ভির্নির্ম্মিতিজ্বতে ।
কোটিচন্দ্রপ্রতীকাশা তন্বী কোমলবিগ্রহা ।
শনৈঃ শনৈঃ পাদপদ্মং চালয়ন্তী চ কোমলম্ ॥২১॥
সমাগতাং তাং মণিমন্দিরাজিরে
দদর্শ রাধা বৃষভানুনন্দিনী ।
যত্তেজসা তত্ত্বলনা হৃতত্বিষো
জাতাস্তু্রং চন্দ্রমসেব তারকাঃ ॥২২॥

---

মাগী মাগী মথোদা হৈশিংলবী সখী কোটি কোটিনা মফমদুদা লৈবিবনি, মযাইদুদা নিংথৌগী মচানুপী রাধারাণীনা নিকুঞ্জগী সঙ্গায় অদুগী মাঙ্গোলদুদা কোয়না চত্তুনা লৈরিবনি ।১৯॥

কুঙ্কুম চন্দন (কাশ্মীরগী লৈখোম হায়রগা খংনবা চন্দন) মহী-মপং কয়া কযানা নিংথিনা য়েক-খোংলবা, অপাবা ফজবা কিনা লৈতেংশনা, শিবীষকুসুম কৌবা লৈ অমদি তিংথোমতোম্না, হেক নেৎপদা খুমিং মপা যৌনা নেমথবা (পুষ্ববা) নিকুঞ্জগী মাঙ্গোলনি ।২০।

মালতী কৌবা লৈগী লৈহীগা লোয়নরবী লৈরীক্তা মাইথোংদা মবীক মবীক কোয়না কোয়না য়েক্লবী, থা কোটিগী মঙালগুম ঙাল্লবী, হকচাং তবা তনাবী, থোং নৌরবী হকচাং ওইবী, মথোং কারকলিবী কনাগুম্বী অমনা তনৌ তনৌরবী মথোং থম্বাল অদু তপ্পা তপ্পা মোং হাদনা থাক্-তুনা চংলকখি ।২১।

অদুগুম্বা মণিমন্দিরগী মাঙ্গোলদা লাকলিবী ফজরবী মুপীদুবু বৃষভানু নিংথৌগী মচানুপী রাধানা উথি, মুপীদুগী মঙালনা মফমদুদা লৈরম্বী মুপী-শিংগী মশেক মঙাল পুম্নমক হুগ্রে (মাংগ্রে) মদুমক্তি থানা হেক থোক্লকপদা

বিজ্ঞায় তদ্গৌরবমুত্তমং মহ-
দুত্থায় দোর্ভ্যাং পরিরভ্য রাধিকা ।
দিব্যাসনে স্থাপ্য সুলোকরীত্যা ।
জলাদিকং চার্হণমাহরচ্ছুভম. ॥২৩॥

রাধোবাচ । —

স্বাগতং তে সখি শুভে নামধেয়ং বদাশু মে ।
ভূরি ভাগ্যং মমৈবাদ্য ভবত্যাগতয়া স্বতঃ ॥২৪॥
ত্বৎসমানং দিব্যরূপং দৃশ্যতে নহি ভূতলে ।
যত্র ত্বং বর্ত্তসে সুভ্রু পত্তনং ধন্যমেব তৎ ॥২৫॥
বদ দেবি সবিস্তারং হেতুমাগমনস্য চ ।
মম যোগ্যং চ যৎকার্য্যং বক্তব্যং তত্ত্বয়া খলু ॥২৬॥

---

থরানমিচাকশিংগী মঙালনা থুনমক মমি শামগ্রহনা শিমি-নামিনা ঙান-খিবগুমনা ওইখি ।২২।

শ্রীরাধিকানা, মহাক অসি থোইদোক্লা ইকাই খুম্নফমগী মশক ওইবা অমনি খল্লহুনা, থুনা যানা হৌগৎলনা পাংম্বোম অনিনা কোল্লহুনা, হৌন-লনচৎ খংবা অমা ওইনা ফজবা নিংথিবা আসন্দা (ফমফমদা) ফমহল্লগা মঙ্গলগী মশক ওইববা ঈশিংনচিংবনা, তৌফম থোকপা পুজানচিংবগী থৌবম তৌখি ।২৩।

রাধানা হায ঃ— মঙ্গলগী মশক ওইববী হে ইতা, নহাক্লা মফম-শিদা লেংনিবকলিদো, কবি মিং কৌবাবগে নতা ঐঙান্দা থুনমক্ক হাযবীয়ু, অদোম্মা লাকপিনিংবগা লোইননা লেংবীবকশিবসিনা ঙসিদি ঐগী য়াম্না লাইবক ফবা হাযবহু ওইর ।২৪।

হে পীশুম শাথেক নিংথিবী, নহাক্না মাম্না ফজনা শক অসি পৃথি-বীশিদা ঐ খক উজখিদ্রি, নহাকনা লৈবা মফম সহর অমদি খুঙং অদো লাইবক ফরবনি ॥২৫।

হে দেবি (হে লাইরেম্বী) অদোম্মা লেংবিরকপগী মরম অদু শন্দোক্লা

কটাক্ষেণ সুদীপ্ত্যা চ বচসা সুস্মিতেন বৈ ।
গত্যাকৃত্যা শ্রীপতির্বদ্ধঃ শ্যাতে সাম্প্রতং ময়া ।।২৭।।

নিত্যং গুঞ্জে মে মিলনার্থমাব্রজ
ন চেৎ স্বসঙ্কেতমলং বিধেহি ।
যেনৈব সঙ্গো বিধিনা ভবেদ্ধি
বিধির্ভবত্যা স সদা বিধেয়ঃ ।।২৮।।

ত্বয়ি ত্বদাত্মাতিপরং প্রিয়ো মে
ত্বদাকৃতিঃ শ্রীব্রজরাজনন্দনঃ ।
যেনৈব মে দেবি হৃতস্তু চেত-
স্ত্বয়া ননাস্ত্রেব বধূর্দ্দধামি ।।২৯।।

---

হায়বিয়ু, ঐনা ঙমজগদবা থবক ওইবগদি ঐনা অদোমগীদমক করি ত্তৌজৌ হায়বগে, মতু লেপ্পমক ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ।২৬।

অদোমগী নঙাল-নশা, মিংয়েং-নায়েং, ঙাংথোক-শকথোক্লকপা, মোমোন নোকপা মিনাক, চৎথোক্লকপা শাজৎ লাকচৎ, পুম্নমক অসি উকবগা লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীনাবায়নমক্কা মান্নবা উববি ।২৭।

হে যাইফ-মঙ্গলগী মশক ওইবী'ও নহাক্না ঐগা তিন্ন-তোৎননবগীদমক ঐগী ইনাকসিদা (মফমশিদা) লাকপিয়ু, নত্রগস্থ নশাগী লৈফম উনফম তাকপিবমউ, মতুম্না তৌববদি নহাক্না তিন্ন-তোৎনজবা অমদি উনজবা ঙমজগনি, নহাক্না তাকপিবা নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না ঐনা নহাকপু উনবা তিন্ন তোৎনজবা ওইজগে ।২৮।

হে ইভা, নহাক্কী নশক নত্তৌশি ঐনা ঘাম্না মুংশিজ্জে পামজ্জে, নহাক্কী শকওং শাজংনচিংবসি ঐনা থোইনা মুংশিজবা ব্রজনিংথৌগী মচান্নুপাগী মওং মত্তৌমক মাল্লি, মহাক অদুনা ঐগী থম্মোইসি চুপ্রবমক্লি, ঐনা শাপৈগী মৌ ওইববস্থ নংনা ইপুরোইবগী মচমপীগী মত্তোগুম থঞ্জগে লুনা চান্না তৌজগে ।২৯।

নারদনা হায — অসিগুম্বা রাধাগী বাহৈসি তারগা, মান্না তৌদুনা

নারদ উবাচ । —

এবং রাধাবচঃ শ্রুত্বা মায়াযুবতিবেষধৃক্ ।
উবাচ ভগবান্ কৃষ্ণো রাধাং কমললোচনাম্ ॥৩০॥

শ্রীভগবানুবাচ । —

রম্ভোরু নন্দনগরে নন্দগেহস্য চোত্তরে ।
গোকুলে বসতির্মেঽস্তি নাম্নাহং গোপদেবতা ॥৩১॥
ত্বদ্রূপগুণমাধুর্য্যং শ্রুতং মে ললিতামুখাৎ ।
তদ্দ্রষ্টুং চঞ্চলাপাঙ্গি ত্বদ গৃহেঽহং সমাগতা ॥৩২॥
শ্রীমল্লবঙ্গলতিকাস্ফুটমোদনীনাং
গুঞ্জানিকুঞ্জমধুপধ্বনিকুঞ্জপুঞ্জম্ ।
দৃষ্টং শ্রুতং নববনং তব কঞ্জনেত্রে
দিব্যং পুরন্দরপুরেঽপি ন যৎ সমানম্ ॥৩৩॥

---

নুপীগী ফিজং শেৎলিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, মিৎনা থম্বাল মনানা ভবজ-ববী (মিত্তা ফজবী) বাধাগী মফমদা হায়বকই ।৩০।

শ্রীভগবান্না হায় — হে যৈগন্না লফু লেম্রা মান্না ফজরবী রাধে, নন্দগী সহবদা, নন্দনিংথৌগী সঙ্গাযগী অরাংদা লৈবা গোকুল কৌবা মফমদা লৈজবীনি ইমিংনা গোপদেবতা কৌজেনে ।৩১।

হে মিৎযেংনা (শজিগুম্) ভথক ভথল্লবী, ললিতাসখীগী মচিন্দগী ইবেম্মা নহাক্কী নতিক নগুণ, নশক নতৌগী রাফম তাজরুবদগী, অমুত্তং উজনিংবনা পুক্লিং অসি লাংতক্কহুনা ইবেম্মগী সঙ্গাযসিদা লাকচবিবনি ।৩২।

হে মিৎনা থম্বাল মানবী'ও, লবঙ্গ কৌবা লৈগী উবীনা ফজবা নিংথিববু উরুবদা পুকনিং হুডাইবা, গুঞ্জা পাম্বী (চংনিং পাম্বী মানবা) শিংনা থল্লবা নিকুঞ্জবন্দা খোইমুগী মগৈশিংনা ভংলিবসি তারু উরুবদা, ইবেম্মা নংগী নৌনা শেমজববা নিংথিজববা বন ভাসমক্তি, লাইগী নিংথৌ ওইবা সুরাবেলগী লৈফম্বক্তদসু ইবেম্মগী বনশিগা মান্নবা বন লৈবমগনি নিংত্রে ।৩৩।

শ্রীনারদ উবাচ । —

এবং তয়োর্মেলনং তদ্বভূব মিথিলেশ্বর ।
প্রীতিং পরস্পরং কৃত্বা বনে তত্র বিরেজতুঃ ।।৩৪।।
হসন্তৌ তে চ গায়ন্ত্যৌ পুষ্পকন্দুকলীলয়া ।
পশ্যন্তৌ বনবৃক্ষাংশ্চ চেরতুর্মৈথিলেশ্বর ।।৩৫।।
কলা কৌশল্যসম্পন্নাং রাধাং কমললোচনাম্ ।
গিরা মধুরয়া রাজন্ প্রাহেদং গোপদেবতা ।।৩৬।।

গোপদেবতোবাচ । —

দূরে বৈ নন্দনগরং সন্ধ্যা জাতা ব্রজেশ্বরি ।
প্রভাতে চাগমিষ্যামি ত্বৎসকাশং ন সংশয়ঃ ।।৩৭।।

---

শ্রীনারদনা হায় — হে মিথিলাগী নিংথৌ, মতৌ অসুম্না মখোই অনি পুকনিং তিন্নবা হায়বদু ওইখবে, মহৈ মহৈ অমনা অমবু পেন্ননবা তৌদুনা অদুগুম্বা নিকুঞ্জ কৌবা বন অদুদা ডাম্বে ইখি ।৩৪।

হে মিথিলাগী নিংথৌ, অসুম্না রাধা কৃষ্ণ অনিনা নোকমিন্নরদুনা, ঈশৈ শকমিন্নদুনা, লৈনা ফিবুল হাবী শান্নামন্নদুনা বন্দা লৈরিবা উপাল রাপালগী কজবা যেংদুনা কোযনা চৎখি ।৩৫।

হে নিংথৌ, অগাই ঈশৈনচিংবা কলাবিদ্যাদা হৈশিংলবী, মিৎস্না থম্বাল মাম্লবী রাধিকাদা গোপদেবতা কৌবীনা নিংথিববা রাহৈ রাতানা মথাদা হাযবক্কদোবিবা ৱাহৈসি হায়রকখি ।৩৬।

গোপদেবতা কৌবীনা হায় — হে ব্রজধামগী মবেম্মা, নন্দনিংথৌগী লৈফমদো লমদম তান্না (থাপ্না) লৈহৌবে, হৌজিক মাসু ভাবাক্ক সন্ধ্যা য়াচংবা হাযবদু লাক্লগনি (ওইবগনি) হয়েং অযুক অমুক লাকচগে চিংনবিগদবনে ইবেম্মা ।৩৭।

নারদনা হায় — গোপদেবতাগী অসিগুম্বা রাহৈসি তারুগা ব্রজগী মবেম্মা রাধাদো খুদক্কুদা মিত্রা ঈবা চেল্লদুনা, হন্নাও তুজুং যান্নবা রাখশদা, (মণ্ডল মণ্ডল থল্লুবনা) কায়নবগনি থল্লুবদগীসু রাখিবনা

নারদ উবাচ । —

শ্রুত্বা বচস্তস্য তু তদ্ ব্রজেশ্বরী
নিঃক্ষিপ্য সদ্যো নয়নাম্বু সন্ততিম্ ।
রোমাঞ্চহর্ষোদগমভাবসংবৃতা
রক্তেব ভূমৌ পতিতা সমূর্চ্ছিতা ॥৩৮॥

সঙ্কাগতাস্তত্র সখীগণাস্তুরং
সুবীজয়ন্ত্যো ব্যজনৈর্ব্যবস্থিতাঃ ।
শ্রীখণ্ডপুষ্পদ্রবচর্চ্চিতাংশুকাং
জগাদ রাধাং নৃপ গোপদেবতা ॥৩৯॥

গোপদেবতোবাচ । —

প্রভাতে আগমিষ্যামি মা শোকং কুরু রাধিকে ।
গোশ্চ ভ্রাতুর্গোরসস্য শপথো মে ন চেদিদম্ ॥৪০॥

নারদ উবাচ । —

এবমুক্ত্বা হরী রাধাং সমাশ্বাস্য নৃপেশ্বর ।
মায়াযুবতীবেষোঽসৌ যযৌ শ্রীনন্দগোকুলম্ ॥৪১॥

---

(খংহৌদনা শিংলকপা নোংলৈ-নুংশিংনা) মরুকুণ্ডোকলবা লফুগুম, পৃথ্বি লৈমাইদা তুথখরে ।৩৮।

মতৌদুদা সখীশিংনা নুংশার্ণবো অমদি চিংনশা পোক্রত্না থুনমক কনথবত্না মহৈ মহৈ চামবনচিংবা তমত্না, অগ্নিংবা নুংশিং ঁয়হন্দুনা অনদি মনম মুংশিরবা লৈ-চন্দনচিংবগা তিন্নরবা পোংশক খিথিক্রা হকচাং পুনমক শিন্থংনা খিক-চায়রত্না সেবা তৌখি, গোপদেবতা কৌবীনত্ত নিংথিবা বাহৈনা খেমজিনখি ।৩৯।

গোপদেবতানা হায ঃ — হে রাধিকে, হয়েং নোং ঙেক ডামথদা ঐহাক শোয়দনা লাকচগে রাধীকগনু, ইচিল-ইনাওশিংনা, শনশিংনা শক্তোয়চিংবনা সাক্ষীনি ঐ শোয়দনা লাকচগনি, (গোপজাতিগী থজরবা কলবা বাশকনি) ।৪০।

ইতি শ্রীমদ্গার্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাধাকৃষ্ণসঙ্গমো নাম সপ্তদশোঽধ্যায়ঃ ।

☼ ☼ ☼

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ।

অথ রাত্র্যাং ব্যতীতায়াং মায়া যোষিদ্বপুর্হরিঃ ।
রাধাদুঃখপ্রশান্ত্যর্থং বৃষভানোর্গৃহং যযৌ ।।১।।
রাধা তামগতাং বীক্ষ্য সমুত্থায়াতিহর্ষিতা ।
দত্তাসনা বিধানেন পূজয়ামাস মৈথিল ।।২।।

---

নারদনা হায় — হে নিংথৌ অথোইবা লৌনম তৌদুনা নুপীগী ফিজেৎ শেৎলিবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা ওইবী গোপদেবতানা, অসুম্না শ্রীরাধার প্রেমজিল্লগা শ্রীনন্দনিংথৌগী গোকুল কৌবা মফম তাম্না চৎখি ।৪১।

মতাং অসিদা গর্গাচার্য্য মুনিগী রাবীদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী শরুক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনি লোয়ননা তিন্নবা কৌবা তরাতরেৎশুব অধ্যায় লোইরে ।

☼ ☼ ☼

### অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদনা হায় — অত্তুগী তুংদা অহিং অত্তুনা হৌপ্রবদা লৌনম তৌদুনা নুপীগী হকচাং লৌবিবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী অৱাবা কোকহনবীগে ছায়বন্নীদমক, বৃষভানুগী ময়ুমদা চৎখি ।১।

হে মিথিলাগী নিংথৌ, গোপদেবতা কৌবীনা লাকপবু উরগা থোইদোক্না হরাওবগা লোয়ননা রাধানা ফুক হৌগত্তনা ফিদানচিংবা (আসনচিংবা) থান্নহুনা, হৌনবী নিয়ম কাযদনা পূজা তৌখি ।।২।

রাধোবাচ ।

ত্বয়া বিনাহং নিশি দুঃখিতাভবন্
ত্বয্যাগতায়াং সখি লব্ধবস্তুবৎ ।
পূর্ব্বং হ্যপথ্যস্য সুখং যথা ততো
দুঃখং তথা ভামিনি মৎপ্রসঙ্গতঃ ॥৩॥

নারদ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বাথ তদ্বাক্যং বিমনা গোপদেবতা ।
ন কিঞ্চিদুচে শ্রীরাধাং দুঃখিতেব ব্যবস্থিতা ॥৪॥
বিজ্ঞায় খেদসম্পন্নাং রাধিকা গোপদেবতাম্ ।
সখীভিঃ সংবিচার্য্যাথ জগাদ স্নেহতৎপরা ॥৫॥

রাধোবাচ ।

বিমনাস্ত্বং কথং ভদ্রে বদ মাং গোপদেবতে ।
মাত্রা ভর্ত্রা ননান্দ্রা বা শ্বশ্রা ক্রোধেন ভর্ৎসিতা ॥৬॥

---

রাধানা হায় — হে ইভা নংগা কায়নবদা ঐহাক অসি ভবাং অহিং চুপ্পা রানা লেনখ্রেদা, হৌজিক নং লাক্লবসিদদি মাংখ্রবা পোৎ অমুক হয়া ফংবগুমলেদো, হে চান্নবী নংগা ঐগা তিন্নবা মতৌসে, অহানবদদি উনবা তিন্নবগী মুভাইবা ফংইদি হাযবব্ মঙৈদনা বাহনবগী অৱাবা হাহবত্ত্ ওইদকো ।৩।

নারদনা হায— রাইহেসি তাববত্তু দা গোপদেবতা কৌবীদো মপুক্নিং য়াম্না বাবা মওংদা, রাধাগী মফমদা কবিগুম্বা রাইহে অমতা ফাওবা হায়দনা, অৱাবনা ক্লম্বংনত্তুনা তুমিন্না ফমত্তুনা লৈখ্রে ।৪।

গোপদেবতাগী অৱাবা মতৌ খংবিত্তুনা (উবীত্তুনা) খোইনা লুংশিবগা লোয়ননা রাধিকানা সখীশিংগা লোয়ননা চংখোম্না বাখল তৌরগা, খোৎনৌনা লুংশিবা রাইহেনা গোপদেবতা কৌবীদা হাযরকখি ।৫।

শ্রীরাধানা হায়— হে মঙ্গলগী মশক ওইবী, করিগী মমক নপুকনিংদা অত্থক বাম্নিবনো, নহাক্কী নমা নপুক্লোইবা নচন ননম্মা ননেম্নচিংবনা শাওবদগী

সপত্নীকৃতদোষেণ স্বভর্ত্তুর্বিরহেণ বা ।
অন্যত্র লগ্নচিত্তেন বিমনাঃ কিং মনোহরে ॥৭॥
মার্গখেদেন বা কচ্চিদিহবলাত্তু রুজাথবা ।
শীঘ্রং বদ মহাভাগে স্বস্য দুঃখস্য কারণম্ ॥৮॥
কৃষ্ণভক্তস্মৃতে বিপ্রং যেন কেনাপি কুৎসিতম্ ।
কথিতং তেঽথ রম্ভোরু তচ্চিকিৎসাং করোম্যহম্ ॥৯॥
গজাশ্বাদীনি রত্নানি বস্ত্রাণি চ ধনানি চ ।
মন্দিরাণি বিচিত্রাণি গৃহাণ ত্বং যদীচ্ছসি ॥১০॥
ধনং দত্ত্বা তনুং রক্ষেত্তনুং দত্ত্বা ত্রপাং বধাৎ ।
ধনং তনুং ত্রপাং দদ্যান্মিত্রকার্য্যার্থমেব হি ।
ধনং দত্ত্বা চ সততং রক্ষেৎ প্রাণান্নিরন্তরম্ ॥১১॥

---

চৈ-থাংবনচিংবনা খুডংইতবা অরাবা ওইবরা, হে গোপদেবতা যৌনী মত্থু ঐভোন্দা হায়বীযু ।৬।

হে পুকনিং হুনা ফজবী, অত্থু নঙ্গগা লোম্নবীনা নরান পিবনরা, নপুরোইবা কাংনবগী য়াবনবা, নঙ্গগা নপুরোইবনা অতোপ্পী যুপীদা মপুক্নিং চংথিবনরা, করম্বা মবমদগী নপুকনিংদা অত্থুক য়ারিবনো ।৭।

হে লাইবক ফবী, অত্থু নঙ্গগা লম্বেল শাংনা লাকপদগী অরাবা পুকনিং লাংতক্পা ওইবরা, নশাগী করম্বা অরাবা লৈবনো মরমত্থু থুনমক ঐভোন্দা খংহনবীযু ।৮।

হে কৈবোমনা মকু লেম্রাদগী হেন্না ফজবী, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ব্রাহ্মন নংতবশিংনা (কৃষ্ণ য়াদবা কাংবুনা) তুকচ্চবা হংদোকপা মিৎয়েংনা য়েংবা, থীনা ডাংন-শানবা লৈবরা, অত্থু ওইরবদি মত্থুবু লায়েংবগী থবক প্রতিকারনচিংবত্থু তৌজগে ।৯।

শগোল শামু, মনি মুক্তানচিংবা রত্ন, ফি-রোল, শন-থুম, ফরক-কয়াগী মন্দির, যেক খোংলবা ফজবা য়ুমচিংবগী মরীদা অদোম্পা লৈত্রুনা পাম্বীরবত্থু লৌবীযু অপাম্বত্থু হায়বিযু ।১০।

যো মিত্রতাং নিষ্কপটং করোতি
নিষ্কারণং ধন্যতমঃ স এব ।
বিধায় মৈত্রং কপটং বিদধ্যা-
ত্তং লম্পট হেতুপটং নটং ধিক্ ॥১২॥

তস্যা প্রেমবচঃ শ্রুত্বা ভগবান্ গোপদেবতা ।
প্রহসন্নাহ রাজেন্দ্র শ্রীরাধাং কীর্ত্তিনন্দিনীম্ ॥১৩॥

গোপদেবতোবাচ ।

রাধে বৃহৎসানুগিরেস্তটীষু
সঙ্কোচবীথীষু মনোহরাসু ।
যান্তীং স্বতো মাং দধিবিক্রয়ার্থং
রুরোধ মার্গে নবনন্দপুত্রঃ ॥১৪॥

---

মীওইবনা মশা কন্ননা লন পীথোক্কনি, মশাত্তুবুস্থ পীথোক্ন্না ইকাইবব্ ঙাক্কনি, লনবু হকচাংবু ইকাইবব্র পীথোক্ন্না মকুশকি থবকপু প' থোক্লবা হোৎনগনি, অস্মা মতম পুম্নমক্তা অরোইবা থোংফম ফাওবদা লন তি থোক্ন্না থরাইবু ঙাক্কনি হিংনবা হোৎনগনি ।১১।

মীওইবনা অপাম্বা-লোনিংবা লৈতনা, লৌনম তৌবা য়াওজনা মরুপ ওইবগী মতৌ তৌরিবা (অমগা অমগা মরুপ ওইনবিবা) মথোই অদো লেপ্নমক অথোইবা মকুনি, মপান্দা মরুপাক মতৌদি তৌরগা মঙ্গংদদি লৌনম তৌবিবা মহাক অতুদি তাং তৌদ, লৌনম চাওবা, মশাগী তা কান্নবতা তৌবা, কুটম্নেদা লীলাদা লাই-তিন শাশিন্নবগুম্বনি, মহাক অতুদি মী অতোনবনি ।১২।

হে নিংথৌ অথোইবা, বাধাগী থুংশি মতোনবা রাক্মশি তারগা ভগবান কৃষ্ণনা ওইবিবা গোপদেবতানা অপেনবা হুবাওবগা লোইননা কীর্ত্তিগীনা পোকচবী বাধ'দা হায়রকই ।১৩।

হে বাধে চীংগী অৱাংবা চীংদোল অসিগী মনাকশিংদা লৈরিবা লম্বী মচা মচাশিংগী, পুকনিং হুনা ফজবরা লম্বীশিংদ' শঙোম অফবনচিংবা

বংশীধরো বেত্রকরঃ করে মাং
দ্বরং গৃহীত্বা প্রহসন্ বিলজ্জঃ ।
মহ্যং কর্য়াদানধনায় দানং
দেহীতি জল্পন্ বিপিনে রসজ্ঞঃ ॥১৫॥

তুভ্যং ন দাস্যামি কদাপি দানং
ময়ত্যুবে গোবসলম্পটায় ।
এবং ময়োক্তে বচনেহথ ভাণ্ডং
নীত্বা বিশীর্ণীকৃতবান্ স দধ্নঃ ॥১৬॥

ভাণ্ডং স ভিত্বা দধি কিঞ্চ পীত্বা
নীত্বোত্তরীয়ং মম চেদ্বরীয়ম্ ।
নন্দীশ্বরাদ্রেশ্চদিশং জগাম
তেনাহমাবাদ্বিমনাঃ স্ম জাতা ॥১৭॥

---

যোম্নবগীদমক ইনিংতম্না চৎলিবী ঐবু, নন্দনিংথোগী মচান্নুপা ওনৌবিবা মানা মনিংমথা তম্না ঐগী লম্বী থৎখি ।১৪।

বাশী পাযবা অমদি শঙ্গেনচৈ পায়বা হুকাইবা খংদবা মানা, নোক্ল-হুনা থুনমক ঐগী খুৎ অনি ফাজিন্দুনা, রস খংলবা মানা বনমক্তুংদুদা নংগী নখুৎ (লোয়পোৎ) লোনবগীদমক পায়বে, নংগী নখুৎপু (লোয়পোৎপু) পীয়ু অমুম্না হায়হুনা ফাই ।১৫।

লোনম তৌহুনা শঙ্গোম মুন্দুনা চাবা পাম্বা নঙোন্দা কৈদৌঙ্গংদা ঐন ইখুৎ (লোয়পোৎ) পীরোই, অসিগুম্বা ঐগী বাসি তাবদা মানা শঙ্গোম অফম্বনচিংবগী পাত্রহু মুম্নগা, হৈদোক্তুলা থুগাইহুনা চায়খাইহুনা পুম্নক মাংহল্লি ।১৬।

শঙ্গোম অফম্বনচিংবহু খরহু থক্লগা থুগাই-চায়খাইরবা মতুংদা, ঐগী ইমফি মুন্দুনা পুথ্রগা নন্দিশ্বর চীংগী মাইকৈদা চৎখি, মবম অসিমক্তনা ঐগী পুকনিংসি হুঙাইতবগা লোয়ননা, থোকক্লিবা থৌদোকশিংত্ ঐনা ইবেম্মদা ওঅক্কবিবক্লিনি ।১৭।

জাত্যা স গোপঃ কিল কৃষ্ণবর্ণো-
ঽধনী ন বীরো নহি শীলরূপঃ ।
যস্মিংস্তয়া প্রেম কৃতং সুশীলে
ত্যজাশু নির্মোহমনন্দ কৃষ্ণম্ ।।১৮।।

নারদ উবাচ ।

ইত্থং সবৈরং পরুষং বচস্তৎ
শ্রুত্বা চ রাধা বৃষভানুনন্দিনী ।
সুবিস্মিতা বাক্যপদে সরস্বতীং
পরং স্ময়ন্তী নিজগাদ তাং প্রতি ।।১৯।।

রাধোবাচ ।

যৎপ্রাপ্তয়ে বিধিহরপ্রমুখাস্তপন্তি
বহ্নৌ তপঃ পরময়া নিজ যোগরীত্যা ।
দত্তঃ শুকঃ কপিল আসুরিরঙ্গিরা যৎ
পাদারবিন্দমকরন্দরজঃ স্পৃশন্তি । ২০।।

---

কৃষ্ণ হায়বদো জাৎনা গোপজাৎনি, কুচুস্থ মুবনি, ময়ুণ লৈজদবা লাইরবনি, মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা মীস্থ নত্তে, লমচৎ-শাজৎ লৌনিঙাই লৈবা ফিদমনিঙাই ওইবা মীতাস্থ নত্তে, ইবেম্মা নহাক্নদি মাবু লমচৎ ফজবা অমা ওইনা, মাগী মফমদা স্নংশিবা থমল্লিবত্থু তুবচ্চবা হঙ্গোইবগী মশাক ওইববা কৃষ্ণত্বু থুনমক থাদোকপিয় ।১৮।

নারদনা হায ঃ— গোপ দেবতাগী অসিগুম্বা কা হেনবা রাহৈনা তিনবা, য়েক্নবগী মফমদা শিজিন্নগদবা অযাকপা রাহৈ রাতাবু তাবগা, বৃষভানুগী মচানুপী রাধানা অঙকপগা লোয়ননা মোমোন নোক্নহুন', সবস্বতী লাইরেম্বীবু নিংশিংলহুনা গোপদেবতাগী মফমদা রাহৈ রাতা নিংথিজরবা খিবিক্না খংহল্লক্নখি ।১৯।

রাধানা হায়— ইবুঙো মাগী মথোং থম্বালতবু ফংজনরগীদমক ব্রহ্মা, মহাদেব, ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংনা মৈদা হোম্নচিংরা তৌহুনা পুকনিং হল্লাওনা

তং কৃষ্ণমাদিপুরুষং পরিপূর্ণদেবং
লীলাবতারমজমার্ত্তিহরং জনানাম্ ।
ভূভূরিভারহরণায় সতাং শুভায়
জাতং বিনিন্দসি কথং সখি দুর্ব্বিনীতে ॥২১॥

গাঃ পালয়ন্তি সততং রজসো গবাঞ্চা-
ন্যানি স্পৃশন্তি চ জপন্তি গবাং সুনাম ।
প্রেক্ষন্ত্যহর্নিশমলং সুমুখং গবাঞ্চ
জাতিঃ পরা ন বিদিতা ভুবি গোপজাতে ॥২২॥

তৎ কৃষ্ণবর্ণবিলসৎসুকলাং সমীক্ষ্য
তস্মিন্ বিলগ্নমনসা সুসুখং বিহায় ।
উন্মত্তবদ্ ব্রজতি ধাবতি নীলকণ্ঠো
বিভ্রৎ কপর্দ্দবিষভস্মকপালসর্পান্ ॥২৩॥

---

অথোইবা অকনবা লাইনিং লাইশোন তৌনবি, দত্ত, শুক, কপিল, আসুরি, অঙ্গিরানচিংবা মুনি খিবিক্না, ইবুঙো মাগী মথোং থম্বালগী লৈত্তীগা লোয়নবা লৈবাকপু শোক্না-শয়ুজনবা তান্নবি ।২০।

শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো মাদি, মাতাম্দগী অহানবা অমা লৈত্রবা, স্বরূপ অথোইবা নপুং ফাবা শক্তিনা তিনবা, লীলা শান্নবাগে হায়দুনা লেংথরকপা, মীওইবা পুন্নমক্কী অৱাবা কোকপিবা, পৃথিৱীগী অকায়বা ভাব থিবিকপু কোকপিনবগীদমক, অকবা মীশিংগী যাইফনবগীদমক পৃথিবীদা পোকপিবিবা মহাকপু, চান্নবী নংনা মতৌ কবম্না থকসি-থাসি লৈতবা মওংদা নিন্দা তৌথিবনো ।২১।

ইবুঙো নানা গোপ জতি ধর্ম্মবু ভাক্তনা মতম পুম্বদা শনশিংবু ভাকপিবি, শনশিংগী নিংথিববা খোঙ্গুলগী উষ্ফুম্না হকচাংদা লৈত্তেংখিবি অমসুং শনশিংগী নিংথিববা মিং খিবিক শোনবীরি, অহিং মুংথিল অনিদা শনশিংগী মাইথাংবু যেংবীবি, মবম অসিমক্তনা পৃথিবীশিদা গোপ জাতিদগী অহেনবা অথোইবা জাতি অমবু শীংথানদে উদে ।২২।

স্বর্লোকসিদ্ধমুনিযক্ষমরুদ্গণানাং
পালাঃ সমস্তনরকিন্নরনাগনাথাঃ ।
যৎপাদপদ্মমনিশং প্রণিপত্য ভক্ত্যা
লব্ধশ্রিয়ঃ কিল বলিং প্রদদুঃ স্ম তস্মৈ ॥২৪॥
বৎসাদ্যকালিয়বকার্জ্জুনধেনুকানা-
মাচক্রবাতশকটাসুরপূতনানাম্ ।
এষাং বধঃ কিমুত তস্য যশো মুরারে-
র্যঃ কোটিশোঽগুনিচয়োদ্ভবনাশহেতুঃ ॥২৫॥

---

ইবুঙো মাগী মুবৈ শংদানবা কুচুগী মণ্ডালবু উরুবগা পুকনিং থরাই হকচাং পুম্নমক লুপখিবনা, মশাগী নিংথিবা মুঙাইববু থাদোক্তুনা নীলবণ্ মহাদেবনা অঙাঙ অফেংগুম কোইচং চংলি, চম্লি, মকোক্তা জটা পুনবা, ত্রি-শক্তি উংতৈবা, ভীক্ষা পাত্র পাযবা, লিনগী খাওন ওনবগী সঙং-নচিংবা খিবিকপু ওইবিবনি ।২৩।

লাইবৈশাক্তা লৈবা লাইশিং, সিদ্ধ কৌবা লাই, মুনিশিং, যক্ষশিং মুংশিং নিযুমাপন, মাইকৈ ঙাকপা ইন্দ্রনচিংবা লাইশিং, মীওইবা পুম্নমক, কিন্নর কৌবা লাইগী জাৎ, লিনগী জাৎ, মকম মযমগী মপু ওইবশিংনা ইবুঙো মাগী মখোং থম্বাল অনিবু, অহিং মুংথিল চুপনা খুরুমজত্নুনা লন-থুম সম্পত্তিনচিংববু ফংনখি, লেপ্পমক ইবুঙো মাঙোন্দা অচা-অথরচিংবা অথেম্পাৎ কৎনখ্রিবা ঙাক্তনি ।২৪।

ইবুঙো মহাক্না বৎস কৌবা হিংচাবনচিংবা, কালিয, বক কৌবা হিংচাবা, অর্জ্জুন কৌবা উ, ধেনুক অমদি নোংলৈ মুংশিংকুম্বা তৃনাবর্ত্ত, সকটাসুর, পুতনানচিংবীবু হাৎপিখিবগী বাসি কবি অমুক হাযরুবগনি, অতু-ঙুম্বা ইবুঙো মাদি কোটি-কোটি ওইবা তাইব পানশিংগী ওইরকপা অমদি মাংবগী মরম ওইখিবনি, মুব কৌবা হিংচাববু মাংহনবীবা ইবুঙো মাগী মিংচৎপু কবম্না শীংথাহনা শোইগদগে ॥২৫॥

নুপা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তি, মনাই অথোইবদগী হেনবা অচানবা

ভক্তাৎ প্রিয়ো ন বিদিতঃ পুরুষোত্তমস্য
সত্ত্বর্বিধির্ন চ রমা ন চ রৌহিণেয়ঃ ।
ভক্তাননুরজতি ভক্তিনিবদ্ধচিত্ত-
শ্চূড়ামণিঃ সকললোকজনস্য কৃষ্ণঃ ।।২৬।।

গচ্ছন্নিজং জনমনুপ্রপুণাতি লোকা-
নাবেদয়ন্‌ হরিজনে স্বরুচিং মহাত্মা ।
তস্মাদতীব ভজতাং ভগবান্মুকুন্দো
মুক্তিং দদাতি ন কদাপি সুভক্তিযোগম্‌ ।।২৭।।

গোপদেবতোবাচ ।

রাধে ত্বদীয়ধিষণা ধিষণং হসন্তী
বাণী শ্রুতিং প্রকুশলেন বিড়ম্বয়ন্তী ।
অত্রাগমিষ্যতি যদাথঃ হরিঃ পরেশঃ
সত্যং দদাতি বচনং তব দেবি মন্যে ।।২৮।।

---

মুংশিবা অমা নৈ হায়বসি থংদে, শঙ্কর, ব্রহ্মা, লক্ষ্মী অমদি বলদেব-মকপু মনাই ভক্তদগী হেনবা নাত্তে, ভক্তিতনা পুনশিল্লদা থমোই ওইদুনা, মনাই ভক্তশিংগী ফোবোই তুংইন্না চৎপিরিবনি, শ্রীকৃষ্ণ হায়বসি তশেং-নমক লোক পুন্নমক্কী কোক্কী নৈতেং ওইবীবিবনি ।২৬।

ইবুঙো মানা মনাই ভক্তশিংগী ফোরোই তু ইন্না চৎপদুনা (মনাই-শিংনা নিংজ-নিংজবব তৌবীদুনা) মফম পুন্নমকপু (লোকশিংবু) শেংবীরি, পুকচেল চাওবা মানা মশাগী ওইজবা অমত্তা থাক্তনা মনাইশিংগী মনিং থুংহনবী, মাওোন্দা মপুকনিং থমজরিবা মনাইশিংদা ভগবান মুকুন্দ ওইবা মানা, মুক্তিবুদি পীনবী তৌইগুমসুং অথোইবী ভক্তি যোগ হায়বথুদি কৈদৌনুংদা পীবিদে (তাংনা ফংহল্লি, করিনা ভক্তি অদুনা পুন্দুনা নৈত-নবগীদমক্তনি) ।২৭।

গোপদেবতানা হায় — হে রাধে, নহাক্কী বুদ্ধি-জ্ঞান অসিদি শগোনশেন গুরুমকপু নোক্কনিঙাইনি, নহাক্কী ৱাহৈ বাতাশিং য়াথংশিং

রাধোবাচ ।

অত্রাগমিষ্যতি যদাশু হরিঃ পরেশঃ
কিং কারয়ামি ভবতীং বদ তর্হি সুভ্রু ।
চেদাগমো নহি ভবেন্মমালিমঃ স্বং
সর্ব্বং ধনঞ্চ ভবনঞ্চ দদামি তুভ্যম্ ॥২৯॥

নারদ উবাচ ।

অথ রাধা সমুত্থায় নত্বা শ্রীনন্দনন্দনম্ ।
উপবিশ্যাসনে দধ্যৌ ধ্যানস্তিমিতলোচনা ॥৩০॥
উৎকণ্ঠিতাং স্বেদযুক্তাং বাষ্পকণ্ঠীং প্রিয়াং হরিঃ ।
অশ্রুপূর্ব্বমুখীং বীক্ষ্য বিভ্রৎ স্বাং পৌরুষীং তনুম্ ॥৩১॥

---

অসিনা বেদমক্কবু থোইনা হৈশিংনা নৌ তম্নিঙাই হাযবত্বমকনি, হৌজিকশিদা অথোইবা হরি ওইবা মানা লেংবীবক্তনা নহাকী পাওখুম্ম পীবিববদি, ইবেম্মা নংগী যাথংশিংদু অচুম্বক্কি নিংজরগে ।২৮।

রাধানা হায । হে পিশুম ফজবী'ও, অথোইবা মপু শ্রীকৃষ্ণনা মক্কশিদা কবিওস্বা লেংবীবক্রগদি ইবেম্মগী নক্কমদা ঐনা কবি তৌহনজ-গদবনো (কবি পোন্থা থাবিগদবনো) মতু হাযবীবু, অমনা ননম'লি শ্রীকৃষ্ণনা করিগুম্বা লেংবিবক্তবা থোক্রগদি ইশাগী লন থুম, যুম-বৈনচিংবা পুম্নমক অসি ইবেম্মদা ঐনা কখোকচবগনি ।২৯।

নারদনা হায — অতুদগীদি শ্রীরাধানা ফমফমদগী হোংহৎলদুনা, শ্রীনন্দ নিংথৌগী মচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু পুকনিংনা খুরুমজবগা আসন (ফিদা) অমদা ফম্লহুনা মিৎ অনি উইশিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান (নিংশিংদুনা কৌজবা) তৌখি ।৩০।

মনাইবু চানবীবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা, চান্নবী রাধাগী রাখলনা মবুঙোম্ম ফংনিংবা উনিংবনা লাংতক্কবনা হকচাংদা হমাং কাববী, থোবীদা হুংশা শর কুইনা হোল্লবী, পিবোইনববী মাইথোং পুরবী শ্রীরাধিকাবু উৎকরগা ইবুঙো মাগী মপা ওইবগী হকচাংবু পুখি (হুপী শাবম্বা গোপদেবতাদো

পশ্যন্তীনাং সখীনাঞ্চ সহসা ভক্তবৎসলঃ ।
রাধাং প্রাহ প্রসন্নাত্মা মেঘগম্ভীরয়া গিরা ॥৩২॥

শ্রীকৃষ্ণ উবাচ ।

রম্ভোরু চন্দ্রবদনে ব্রজসুন্দরীশে
রাধে প্রিয়ে নবসুযৌবনমানশীলে ।
উন্মীল্য নেত্রমপি পশ্য সমাগতং মাং
তূর্ণং ত্বয়া মধুরয়া চ গিরোপহূতম্ ॥৩৩॥

আগচ্ছ কৃষ্ণ ইতি বাক্যমতঃ শ্রুতং মে
সদ্যো বিসৃজ্য নিজগোকুলগোপবৃন্দম্ ।
বংশীবটাচ্চ যমুনানিকটাৎ প্রধাবং-
স্ত্বৎপ্রীতয়েঽথ ললনেঽত্র সমাগতোঽস্মি ॥৩৪॥

---

লুপ্না ওইখি ।৩১।

মতৌতুবু উবি-যেংলিবা মতা সখীশিংগী মমাংদা, মনাইবু চানবীহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা পুকনিংদা পেনবীবগা লোইননা, খুদক্তদা থুনমক নোংখোংবগুম তুম্লবা নিংথিববা যাথংনা (রাহৈ-রাতানা) শ্রীরাধাদা হায়বিবকখি ।৩২।

শ্রীকৃষ্ণনা হায । — হে রাধে, হে চান্নথোইবী, হে ফৈবামনা লকু লেম্রানা তমজবী, মাইথোং থানা তমজবী, ব্রজগী ফজবী নিংথিজ-বীশিংগী মবেম্মা ওইবী, অনৌবা মথোং কাবকপগী ফজবনা তিনবী, লনচং-শাজং ফজবী ইবেম্মা, নহাক্কী নিংথিববা খোইথুম্নববা মাথংনা কৌবীরবা অমদি মতুংনক্তনা ইবেম্মা নংগী ননাক্তা লাকচববা ঐবু, মিৎ উইশিন্নমবস্তু পাংথোক্তুনা যেংবীরো ।৩৩।

হে লুপী ওইবীগী ফজবা পুম্নমক্কা তিন্নবী ইবেম্মা, নহাক্কা "হে কৃষ্ণ লাকলোগবা" হায়বা রাহৈসি ঐগী নাকোংনা হেক তাখিবগা ইশাগী ওইবা গোকুলদা লৈবা শঙ্গেন্নহাশিংবু খুদক্তা থীন্দনা থাদোক্লমতুনা, যমুনা মপান্দগী অমদি বংশীবট কোবা মফমদগীসু চেঙ্গরক্তুনা ইবেম্মনা পেনবী-নবগীদমক মফম অসি য়োউরকলিবনি ।৩৪।

মধ্যাগতে সতি গতা সখিরূপিণী কা
যক্ষ্যাসুরী সুরবধূ কিল কিন্নরী বা ।
মায়াবতী চ্ছলয়িতুং ভবতীং চ তস্মা-
দ্বিশ্বাস এব ন বিধেয় উরঙ্গপত্ন্যাম্ ॥৩৫॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

অথ রাধা হরিং দৃষ্ট্বা নত্বা তৎপাদপঙ্কজম্ ।
মুদমাপ পরাং রাজন্ সদ্যঃ পূর্ণমনোরথা ॥৩৬॥
এবং শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য চরিতান্যদ্ভুতানি চ ।
যঃ শৃণোতি নরো ভক্ত্যা স কৃতার্থো ভবেন্নরঃ ॥৩৭॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রদর্শনং নাম
অষ্টাদশোঽধ্যায়ঃ ।

---

ঐনা মফম অসি হেক যৌবকপদা থুনমক চংখিবা নতা সখিগী মশক ওইবী অহুনা কনানো ? নহাক্কী নকমদা লোনম ভৌনবগীদমক মানা মাযা তৌবগনি অস্তুম্না থন্নি, মবম অসিনা মহাক অহু যক্ষ নুপীবা, লাইশিংগী নুপীবা নত্রগা কিন্নর কৌবা লাইগী নুপীবা অনস্থং শিন নুপীবা হাযবত্ত থাজবা ভমদে ॥৩৫।

শ্রীনাবদনা হায — হে নিংথৌ, অস্তুম্না বাধানা শ্রীকৃষ্ণবু উজববদা, ইবুংঙা মাগী নখোং থম্বালদা খুরুমজবগা, মপুকনিংদা নিংজবিবহু মপুংফানা খুদক্তা ফংজববা ওইনা থোইদোক্না হবাও গুভাইজখি ।৩৬।

অহুগুম্বা মীওইবনা ভক্তিগা লোইননা, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র কৌবা ইবুংঙাগী অঙকপগী মশক ওইববা মবমচৎ খিবিকশিংবু তাজববদি, মীশক অদো পোকচবগী মহৈ যাল্লবনি ।৩৭।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবীদা, গোলোকখণ্ডগী শরুক্তা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রবু উজবা কৌবা তবানিপালশুবা, অধ্যায লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## একোনবিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

**বহুলাশ্ব উবাচ ।**

**রাধায়ৈ দর্শনং দত্বা কৃত্বা প্রেমপরীক্ষণম্ ।**

**অগ্রে চকার কাং লীলাং ভগবানাত্মলীলয়া ॥১॥**

**শ্রীনারদ উবাচ ।**

**মাধবো মাধবেমাসি মধবাভিঃ সমাকুলে ।**

**বৃন্দাবনে সমারেভে রাসং রাসেশ্বরঃ স্বয়ম্ ॥২॥**

**বৈশাখমাসি পঞ্চম্যাং জাতে চন্দ্রোদয়ে শুভে ।**

**যমুনোপবনে রেমে রাসেশ্বর্য্যা মনোহরঃ ॥৩॥**

---

বহুলাশ্বনা হায — ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লেংলক্তনা রাধাদা উৎল্লগা প্রেম শরীক্ষা (কৃষ্ণ ঐগী ইযমদা রাধাগী শুংশিবগী চাং অসি বদায যাওবনো হাযবগী চাংয়ং) তৌববা ভুংদা, মশাগী কবম্বা মশান্ন ওইবা লীলাবু (তৌখিবগে) শাম্নখিবগে ।১।

শ্রীনারদনা হায় — রাস কৌবা লীলাগী মপু ওইবা মাধব শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লা, বসন্ত কৌবা (শজিবু) থাদা মাধবী কৌবী লৈনচিংবী মমা পুং-লবী লৈখিবিক্লা তিল্লবা বৃন্দাবন্দা রাসলীলাবু (হৌগৎখি) শাম্নখি ।২।

বৈশাখ (কালেন) থাগী পঞ্চমী তিথিদা (মঙানি পানবদা) যমুনা মপান্দা লৈবা বন মচা (উপবন) দা, থা থোরক্লবা পুকনিং হুনা যজরবা অফবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলাগী মবেম্মা রাসেশ্বরী রাধাগা লোযননা রাসলীলাবু শাম্নখি ।৩।

হে মিথিলাগী নিংথৌ — মমাংদৈদা গোলোকী লৈবাক শক্রক (মচেৎ) অমা লাক্তনা পৃথিবী অসিগা তিন্নখি, মশা পুন্নমক অদু যান্না থুনা

পুরা মৈথিলগোলোকাদ্ভূমির্যা কৌ সমাগতা ।
সর্ব্বা বভূবুঃ সৌবর্ণপদ্মরাগময়ী ত্বরম্ ॥৪॥
বৃন্দাবনং দিব্যবপুর্দ্দধৎ কামদুঘৈদ্রুর্মৈঃ ।
মাধবীভির্লতাভিশ্চ প্রাক্ষিপন্নন্দনন্দনম্ ॥৫॥
রত্নসোপানসম্পন্না স্ফুরৎসৌবর্ণতৌলিকা ।
ররাজ যমুনা রাজন্ হংসপদ্মাদিসঙ্কুলা ॥৬॥
রত্নধাতুময়ঃ শ্রীমদ্রত্নশৃঙ্গস্ফুরদ্দ্যুতিঃ ।
সপক্ষিগণসংযুক্তো লতাপুষ্পমনোহরঃ ॥৭॥
নির্ঝরৈ সুন্দরীভিশ্চ দরীভির্ভ্রমরীবৃতঃ ।
রেজে গোবর্দ্ধনো নাম গিরিরাজঃ করীন্দ্রবৎ ॥৮॥

---

সনাগী মশক অমদি পদ্মরাগমনিগী মশক ওইখি ।৪।

নিংবা পুন্নমক থুংহনবা শুদ্বী উবীমচা (ক্রম) খিবিক, মাধবীনচিংবী উবী অচৌবা (লতা) খিবিক্লা তিল্লহুনা, বৃন্দাবন কৌবীনা নিংখিজবাসে স্বর্গগী নন্দন কৌবা লৈকোনমকপুম্ব মাইথীবা পীববনি ।৫।

হে নিংথৌ, মনি মুক্তানচিংবা বত্ন খিবিক্লা শিরি থাক-থাক শেম্বনা নিংথিজববা, ফুইনা মঙাল থোক্লবা সনাগা চা দম ওইনববা অমদি ঈশিংগী উচেক কাঙা, ঈশিংগী লৈরাং থম্বালনচিংবগী সপৈনা যমুনা ভুবেন্না নিংথিজখি ।৬।

মনি বত্ন ধাতু খিবিক্কি মশক ওইববা অমদি বত্ন খিবিক্কনা তিল্লবা চীংদোল কযা ফাংলবা, উচেকী মপৈনস্ব তিল্লবা, উবী রাবীশিংনস্ব পুবনিং হুরবা ফজবা খিবিক্লা তিল্লবা ।৭।

ঈশিং, ঈযুৎ, চীংজুম চেম্বববা শুক্লবা লোকম্বংনা তিল্লবা, খোইমু-শিংনস্ব ভংলিবা, নিংথিববা গোবর্দ্ধন কৌবা চীং নিংথৌনা, শমুপ পুবা শামু নিংথৌগুম চীং-লেমনা ভানথোইখি ।৮।

মঙাল থোক্লা ভাল্লবা হকচাং পুববা নিকুঞ্জ কৌবা সঙ্গায খিবিক্লা নিংথিজরি, সঙ্গায়শিংগী সভা মাণ্ডব (মৌতিনশং) লম্বীশিং, মাঙ্গোলশিংনা

সৰ্ব্বে নিকুঞ্জাঃ পরিতো রেজুর্দ্দিব্যবপুর্ধরাঃ ।
সভামণ্ডপবীথীভিঃ প্রাঙ্গণস্তম্ভপংক্তিভিঃ ॥৯॥
পতৎপতাকৈর্দ্দিব্যাভৈ সৌবর্ণৈঃ কলশৈর্নৃপ ।
শ্বেতারুণৈঃ পুষ্পদলৈঃ পুষ্পমন্দিরবর্ত্মভিঃ ॥১০॥
বসন্তমাধুর্য্যধরাঃ কূজৎকোকিল সারসাঃ ।
পারাবতৈর্ম্ময়ূরৈশ্চ যত্র তত্র নিকুজিতাঃ ॥১১॥
রাধাকৃষ্ণকথাং পুণ্যাং গায়মানৈর্ম্মধুব্রতৈঃ ।
পতদ্ভির্মধুমত্তৈশ্চ কুঞ্জাঃ সৰ্ব্বে বিরাজিতাঃ ॥১২॥
পুলিনে শীতলো বায়ুর্মন্দগামী বহত্যলম্ ।
সহস্রদলপদ্মানাং রজো বিক্ষেপয়ন্মুহুঃ ॥১৩॥
কাশ্চিদ্গোলোকবাসিন্যঃ কাশ্চিচ্ছয্যোপকারিকাঃ ।
শৃঙ্গারপ্রকরাঃ কাশ্চিৎ কাশ্চিদ্বৈ দ্বারপালিকাঃ ॥১৪॥

---

অমদি যুম্বী পবেংশিংনা ঙানখি নিংথিখি ।৯।

হে নিংথৌ ফজববা ফিবাল মচাশিংনা ভায হুমলিবা, সনা মচুগী ঘটচফুশিং, অঙৌবা ঙাংলৈনবা লৈশিংগী মপেনা তিল্লব., লৈতনা যোম্লবা সঙ্গায় অমদি লম্বেলশি না নিংথিখি ।১০॥

বসন্ত কৌবা ঋতুগী ফজববু পুবিবা, কোকিল অমদি রাইমুশিংনা খোংশিবা, রাহোং খুনুশিংনসু খোংলিবা, মফম মফম খুদিংদা নিকুঞ্জ কৌবা সঙ্গাযনা ওইবি লৈবি ।১১।

পুন্যগী মশক ওইবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী গুণবু শক-শোল্লিবা খোইমুশিংনা লৈহি চুপ্পনসু মযাই কাবত্তুনা, কুঞ্জগী সঙ্গায় খুদিং কোযপাই পায়রতুনা নিংথিবা খিবিল্লা তিনখি ।১২।

ঈংলবা নুংশিৎনসু যমুনাগী মপান্দা, মনা লিশিং পানবা পদ্মালশিংগী লৈবিক মকুপ্প হুন্না হুন্না শিন্থুংনা খিক-চায়বত্তুনা তপ্পা তপ্পা থোইদোক্লা লিরি লিরি হুমখি ।১৩।

(শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা গোপী মপৈ তরানিথোই লাকখি) মথোইশিংগুগী

**পার্ষদাখ্যাঃ সব্যজনাশ্চত্রচামরপাণয়ঃ ।**
**পুষ্পাভরণকারিণ্যঃ শ্রীবৃন্দাবনপালিকাঃ ॥১৫॥**
**গোবর্দ্ধননিবাসিন্যঃ কাশ্চিৎ কুঞ্জবিধায়কাঃ ।**
**তন্নিকুঞ্জনিবাসিন্যো নর্ত্তক্যো বাদ্যতৎপরাঃ ॥১৬॥**
**সর্ব্বা বৈ চন্দ্রবদনাঃ কিশোরবয়সো নৃপ ।**
**আসাং দ্বাদশযূথাশ্চাজগ্মুঃ শ্রীকৃষ্ণসন্নিধিম্ ॥১৭॥**
**তথৈব যমুনা সাক্ষাদ্‌যূথীভূত্বা সমায়যৌ ।**
**নীলাম্বরা রত্নভূষা শ্যামা কমললোচনা ॥১৮॥**

---

মন্নংদা কনাগুম্বীশিংনা গোলোকধামদা লৈবীশিংনি, কনাগুম্বীশিংনা শযা (ফমুং ফান্নং) শেম শাবীশিংনি, কনাগুম্বীশিংনা ফিজং লৈতেং শেম শাব্বী শি নি, কনাগুম্বীশিংনা নিকুঞ্জগী থোং শংবীশিংনি ।১৫।

কনাগুম্বীশিংনা মথুত্তো চুং-পে, চামব পাযবীনি, খবনা মবেম্মগা তৎন-থানবা লৈতবী তুংইনবী (প্রতিকুল) থোগল মনাই ওইবীশিংনি, কনাগুম্বী-শিংনা লৈ-শুগী লৈতেং শেম্বী গোলোক বৃন্দাবনবু ঙাকলিবীশিংনি ।১৫।

কনাগুম্বীশিংনা গোবৰ্দ্ধনদা লৈবীনি, কনাগুম্বীশিংনা নিকুঞ্জ সম্নাযবু শেম-শাজবীনি, অদুগুম্বী নিকুঞ্জ সঙ্গাযদা লৈবীশিংদো জগোইশাবা, যন্ত্র যৈবা, খোংবা, পাম্বীশিংনি ॥১৬।

হে নিংথৌ, মখোয পুন্নমক অদা, মাইথোংনা থাজ মানবী ঙাক্তনি, চহি তবারুক্কী মতমগী মথাৎ কাবকপী ঙাক্তনি, মখোযশিংত্বুগী মপৈ তন্না-গানিথাইনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি ।১৭।

মতৌ অদুম্না শংবানবা ফিজান লৈতেংবী, মণি বত্ন খিবিক্লা লৈতেং-বী, কুচু শংবানবী (শ্যামা) মিৎস্নানা থম্বাল্লকা মানবী যমুনা কৌবী

---

**কাব্য গ্রন্থনা ঃ— "উচ্চস্থৌস্তনৌ যস্যা নিতম্বে চ বিশালতা ।**
**মধ্যক্ষীণা চ যা নাবী সা শ্যামা প্রকীর্ত্তিতা" ॥**

থবাক্লা চীংগুম ব্রাংনী, নিংতুনা চীংশা নাপোমগুম পাক-শয়া ফনবী, খুংনা খোইমুগুম চেংবী মহাক্তো "শ্যামা" হাযনা থংনৈদো ।

তথৈব জাহ্নবী গঙ্গা যূথীভূত্বা সমাযযৌ ।
শ্বেতাম্বরা শ্বেতবর্ণা মুক্তাভরণভূষিতা ॥১৯॥
তথাযযৌ রমা সাক্ষাদ্‌ যূথীভূত্বারুণাম্বরা ।
চন্দ্রবর্ণা মন্দহাসা পদ্মরাগবিভূষিতা ॥২০॥
তথাযযৌ কৃষ্ণপত্নী নাম্না যা মধুমাধবী ।
পদ্মবর্ণা পুষ্পভূষা যূথীভূত্বা শুভাম্বরা ॥২১॥
তথৈব বিরজা সাক্ষাদ্‌ যূথীভূত্বা সমাযযৌ ।
হরিদ্বস্ত্রা গৌরবর্ণা রত্নালঙ্কারভূষিতা ॥২২॥
ললিতায়া বিশাখায়া মায়ায়ূথং সমাযযৌ ।
এবং ত্বষ্টসখীনাঞ্চ সখীনাং কিল ষোড়শ ॥২৩॥

---

মহাকস্থ, মশাগী কাংলুপ শেমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি ।১৮।

অসুম তৌনা কুচুঙৌবী, অঙৌবা ফিজোম্নুনা লৈতেংবী, মুক্তা পবেংনা লৈতেংবী জহ্নু মুনিগী মচানুপী জাহ্নবী গঙ্গাসু মশাগী কাংলুপ শেমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি ।১৯।

অসুম্না ঙাঙ্‌নবা ফিজেংনা লৈতেংবী, কুচুনা থাওম ঙৌবী, তপ্পা তপ্পা মোমোন মিনোক তপী, পদ্মরাগ মণিনা লৈতেংবী লক্ষ্মী দেবীসু তশেংনা মাগী কাংলুপ শেমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি ।২০।

মতৌ অসুম্না ফজনা ফিজেং লৈতেংলবী, থম্বালগী কুচু মানবী, নিংথিববা লৈতনা লৈতেং ওইবী, মমিংনা মধুমাধবী কৌবী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীসু মশাগী কাংলুপ শেমতুনা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মফমতু তান্না লাকখি ।২১।

অদুগুম্না শংবানবা ফিজেং ফিজোম্নুনা লৈতেংলবী, কুচু ঙৌনা ফজবী, সনা মনি মুক্তানা লৈতেংলবী বিরজা কৌবীসু কাংলুপ শেমতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক তান্না লাকখি ।২২।

ললিতাগী, বিশাখাগী, অমসুং লক্ষ্মী দেবীগী কাংলুপ খিবিক অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাকখি, মতৌ অসুম্না মকোক ওইবী সখী নিপালগী অমদি সখী তরাতরুক্কী কাংলুপশিংসু লাকখি ।২৩।

দ্বাত্রিংশচ্চ সখীনাঞ্চ যূথাঃ সর্ব্বে সমাযযুঃ ।
ররাজ ভগবান্ রাজন্ স্ত্রীগণে রাসমণ্ডলে ।।২৪।।
বৃন্দাবনে যথাকাশে চন্দ্রস্তারাগণৈর্যথা ।
পীতবাসাঃ পরিকরো নটবেষো মনোহরঃ ।।২৫।।
বেত্রভৃদ্বাদয়ন্ বংশীং গোপীনাং প্রীতিমাবহন্ ।
ময়ূরপক্ষভৃন্মৌলী স্রগ্বী কুণ্ডলমণ্ডিতঃ ।।২৬।।
রাধয়া শুশুভে রাসে যথা রত্যা রতীশ্বরঃ ।
এবং গায়ন্ হরিঃ সাক্ষাৎসুন্দরীগণসংবৃতঃ ।।২৭।।
যমুনা পুলিনং পুণ্যমাযযৌ রাধয়া যুতঃ ।
গৃহীত্বা হস্তপদ্মেন পদ্মাভং স্বপ্রিয়াকরম্ ।।২৮।।

---

হে নিংথৌ৷ মকোক ওইবী সখী কুন্থ্রানিথোইনর্চিংবনা মাগী মাগী কাংলুপ শেমদুনা লাকখি৷ অসুন্না বাস মণ্ডল অদুদা নুপী পুন্নমক্তা লোয়ননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদো থোইদোক্না নিংথিজখবে ।২৪।

অতিয়াথক্তা থৱানমিচাকশিংগা লোয়নববা থাজগুম বৃন্দাবন্দা ঙাল্লি- বা৷ বাসনগুন্দা সনাফিগে থোল্লদুনা জগোই শাবগী ফিজেং-ফিবোল থোল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীশিংগা লোয়ননা পুকনিং চুনবগী মশক ওইবি ॥২৫।

ইবুঙোগী খুত্তা শঞ্জেনচৈ পাযদুনা৷ বংশী খোংলদুনা৷ ব্রজগোপীশিংবু অপেনবা মুঙাইবা পীবিদুনা৷ রাহোং মতুগী চূড়া খেৎলদুনা৷ নিংথিবা লৈ পরেং থোল্লবা৷ নাদা কুণ্ডল নাযিন্না লৈতেংবা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিজবি ।২৬।

রতি কৌবী লাইরবীগা লোয়নববা কাম কৌবা লাইগুম নিংথিজববা৷ শংশংবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা নিংথিবা ফজবশিংগী মরেম্মা ওইবী বাঙ্খিবাগা লোয়ননা অযাম্বী ফজবীশিংনা কোযশিল্লদুনা ঙানথোইখি ।২৭।

থম্বালগুম নিংথিববী চান্নবী রাধাগী খুৎপু৷ ইবুঙোগী খুৎ থম্বালনা পাযবগা৷ চৎলিনী রাধাগা লোয়নবিবা শ্রীকৃষ্ণনা৷ শেংলবা মযম ওইবা যমুনাগী মপান তান্না লেংবিবকখি ।২৮।

হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিববা খোইথুমবা রাইছে রাতানা হন্না হন্না

নিষসাদ হরিঃ কৃষ্ণাতীরে নীরমনোহরে ।
পুনর্জল্পন্ সুমধুরং পশ্যন্ বৃন্দাবনশ্রিয়ম্ ॥২৯॥
চলন্ হসন্ রাধিকয়া কুঞ্জং কুঞ্জং চচার হ
কুঞ্জে নিলীয়মানস্তং ত্বরং ত্যক্ত্বা প্রিয়াকরম্ ॥৩০॥
বিলোক্য শাখান্তরিতং রাধা জগ্রাহ মাধবম্ ।
রাধা দুদ্রাব তদ্ধস্তাজ্ঝঙ্কারং কুর্ব্বতী পদে ॥৩১॥
বিলীয়মানা কুঞ্জেষু পশ্যতো মাধবস্য চ ।
ধাবন্ হরির্গতো যাবত্তাবদ্রাধাততো গতা ॥৩২॥
বৃক্ষপার্শ্বে হস্তমাত্রাদিতশ্চেতশ্চ ধাবতী ।
তমালো হেমবল্ল্যেব ঘনশ্চঞ্চলয়া যথা ॥৩৩॥

---

হায়বহনা, শ্রীবৃন্দাবনগী নিংথিজববু যেংলহনা, পুকনিং হুনা ফজববী ইচেন ওইবী যমুনা তুবেলগী মপানদা ফমথখি ।২৯॥

নোক্না নোক্না কোযচং-চত্নুা, বাধিকাগা লোযননা কুঞ্জ-কুঞ্জ খুদিং কোযনা কোযনা চংলি, থুনমক চান্নবীগী খুৎ থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদো কুঞ্জতুগী মন্নুংদা উখিদবে ॥৩০॥

উনা উশা অমতংগী মকমদা লোংলিবা শ্রীকৃষ্ণবু উবহনা বাধানা চংশিন্দুনা ফাখি, অদুদগী ইবেম্মা রাধাসু মবুঙোবু থাদোরম্লগা খোংদা শিবিবা মুপুবগী খোঙ্গেপনা নিলহন্দুনা থাপা চেনখি ।৩১।

শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা উনা উনা কুঞ্জ খিবিক্লা চং-চংহনা লোংখি, শ্রীকৃষ্ণসু অহুম অহুম্মা তান্নবক্তুনা মফম মফমদু থুনা যৌবকখি, অদুগুম্না বাধাসু মফম মফমদু থাদোক-থাদোক্তুনা চেনখি ।৩২।

উশাম্বীশিংগী মবক মবক্তা খুহুপ অমতমক লাপ্পা হুৎ হুৎ লৈহনা, মফম অমদগী অমদা হৈশিংনা কোযচেল চেনবহুমক্তনা, শংবানবা তমাল পম্বীদা সনাগী উবীনা যেংপগুন, নোংগী মবক্তা নোংথাংগুম নিংথি-জখি ফজখি ।৩৩॥

উবী উনানা কুপশিল্লবা (নীলাদ্রী) নীলাচন কৌবা অশংবা চীংনা

হেমখন্যেব নীলাদ্রী রেজে রাধিকয়া হরিঃ ।
রাধয়া বিশ্বমোহিন্যা বভৌ মদন মোহনঃ ॥৩৪॥
বৃন্দাবনে রাসরঙ্গে রত্যেব মদনো যথা ।
ধৃত্বা রূপাণি তাবন্তি যাবন্তি ব্রজযোষিতঃ ॥৩৫॥
ননর্ত্ত রাসরঙ্গেঽসৌ রঙ্গভূম্যাং নটো যথা ।
গায়ন্ত্যশ্চাপি নৃত্যন্ত্যঃ সর্ব্বা গোপ্যো মনোহরাঃ ॥৩৬॥
বিরেজুঃ কৃষ্ণচন্দ্রেণ যথা শক্রেঃ সুরাঙ্গনাঃ ।
বরং বিহারং কৃষ্ণায়াং চকার মধুসূদনঃ ॥৩৭॥
সর্ব্বৈর্গোপীগণৈঃ সার্দ্ধং যক্ষীভির্যক্ষরাড়িব ।
কবরীকেশপাশাভ্যাং প্রসূনৈঃ প্রচ্যুতৈঃ শুভৈঃ ।
চিত্রবর্ণৈর্ব্বভৌ কৃষ্ণো যথোষ্ণিঙ্মুদ্রিতা তথা ॥৩৮॥

---

সনা থোকফম খনি পুবগুম শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাগা লোয়ননা ঙানখি, শ্রীকৃষ্ণ মহাকসু কাম কৌবা লাই ফাওবসু শুমহৎডম্বনি, রাধা কৌবী ইবেম্মসু অদুমঙাই জগৎ সংসার অসিবু শুমহৎহনি, অদুগুম্না ঙাম্লিবা ইবুঙো ইবেম্মনি ।৩৪।

কামদেব কৌবা লাইনা রতি কৌবীগা লোয়ননা শান্নবগুম, বৃন্দাবন্দা রাসমণ্ডল অদুদা অদুক্কী মখৈ ওইবী ব্রজগী ইবেম্মশিং খিবিক্কী শান্নব। মরা মওংগী মশক পৌবদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রাস লীলাবু শান্নখি ।৩৫।

রাস কৌবা লীলাগী মশান্নদুদা, লীলা শান্নফম ফম্বাক্তা জগোই শাব-শিংনা জগোই শাবগুম শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাখি, পুকনিং হনবগী মশক ওইবী গোপী খিবিক্কসু ঈশৈ শকখি-জগোই শাখি ।৩৬।

লাইগী নিংথৌ সুররাবেন অমদি লাইনুপী যক্ষবীশিংগী মতৌগুম ব্রজ-গোপী খিবিক্কা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রসু ঙানথোইখি, মধু কৌবা চিংচাববু নৈহৎপা মধুসূদন কৌবা কৃষ্ণনা, যমুনাগী মপান্দা অথোইবা নশারবু শান্নখি ।৩৭।

তদাগী ব্রজগোপীশিংগী মপৈগ লোয়ননা শান্নবিবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রদা

মৃদঙ্গতালৈর্মধুর ধ্বনিস্বনৈ-
র্জগুর্যশস্তা মধুসূদনস্য হি।
প্রাপুর্মুদং পূর্ণমনোরথাশ্চলৎ-
প্রসূনহারা হরিণা গতব্যথাঃ ॥৩৯॥
শ্রীহস্তসন্তাড়িতবারিবিন্দুভিঃ
স্ফারাসমস্ফূর্জিতশীকরদ্যুভিঃ।
বৃন্দাবনেশো ব্রজসুন্দরীভী
রেজে গজীভির্গজরাড়িব স্বয়ম্ ॥৪০॥
বিদ্যাধর্য্যো দেবগর্ন্ধবপত্ন্যঃ
পশ্যন্ত্যস্তা রাসরঙ্গং দিবিস্থাঃ।
দেবৈঃ সার্দ্ধং চক্রিরে পুষ্পবর্ষং
মোহং প্রাপ্তাঃ প্রশ্লথদ্বস্ত্রনীব্যঃ ॥৪১॥

যক্ষ নিংথৌ কুবেরনা যক্ষনুপীশিংগা লোয়নননা শান্নবগুম নিংথিজখি, গোপী-শিংদুগী শমজি-শমুল অমদি শমজি-থোংফম মনাক্তা থেৎপা ফজ-যজববা, মখল মখা যান্নবা মচুগী লৈশিংনা থোইদোক্না হিবথবদুনা যমুনাদা তাওথ-বদো যমুনাগী লুহুপ্তা থেৎপগুম নিংথিখি ।৩৮।

পুং তালপুবানচিংৰা যন্ত্র খিবিক্তি মুংশিবৰা খোম্নোক্না লোয়নননা, শ্রীকৃষ্ণগী মিংচংপু থাবদুনা গোপীশিংনা ঈশৈ শকখি, গোপীশিংনা শিবিবা লৈপরেংশিংনসু হায় হুমখি, শ্রীকৃষ্ণনসু গোপীশিংগী মপুকনিংগী অরাববু কোকহনবীখি, অসুম্না গোপী খিবিক্রসু নিংজবা মপুংফানা থুংজবগী মুঙাইববু ফংজখি ।৩৯।

ব্রজগোপীশিংগী নিংথিববা খুৎনা যমুনাগী ঈশিং লৌরদুনা খিক-চাবখি, ঈশিং মরীকশিংদুগী চাইনা তারকপা অমদি ফুইনা ঙানবা মঙালনা ছুমথাং খনবগুম নিংথিখি, শামু অমোমশিংনা শন্নুপপুবা শামু নিংথৌগা লোয়নননা শান্নবগুম, শংশংবা শ্রীবৃন্দাবনগী মবুঙোগা ব্রজগী ফজবীশিংগা লোইনননা শান্নখি ।৪০।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাসক্রীড়া নাম একোনবিংশোঽধ্যায়ঃ ।

✱ ✱ ✱

# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## বিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (০) ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ ।

অথ কৃষ্ণো হরির্ব্বারিলীলাং কৃত্বা মনোহরঃ ।
সর্ব্বৈর্গোপীগণৈঃ সার্দ্ধং গিরিং গোবর্দ্ধনং যযৌ ॥১॥

---

বিদ্যাধরশিংগী নুপীশিং, গন্ধর্ব্বশিংগী নুপীশিং অমদি লাই নুপীশিং পুন্নমক্না অতিযাথক্তা লৈদুনা রাসলীলাবু য়েংলিবীশিংদুনা লাই নুপাশিংগা লোয়ননা লৈ-ওনা নোংচুবগুম, চাযথখি অমসুং মশা মশাদা, শেংলি ইস্লিবা মফি-মাবাল ফাওবা খংদবমখৈ অঙকপা ফংখি ।৪১।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী রাবীদা বৃন্দাবনখণ্ডা মনু দা "রাসলীলা কৌবা" তরামাপনশুবা অধ্যায লোইরে ।

✱ ✱ ✱

### বিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীনারদনা হায - শ্রীকৃষ্ণনা পুংনিং হুনা ফজরবা ঈশিংদা শান্নবা মশান্ন কয়া শান্নবরা তুংদা, অয়াম্বী গোপীশিংগা লোইননা গোবর্দ্ধন চীং ত্তম্না চৎখি ।১।

গোবর্দ্ধন চীংগী লোকনুং গুহাদা লৈবা মণি বত্ন খিবিক্না ভিল্লবা মফমদা রাস কৌবী লীলাবু, রাস লীলাগী মবেম্মা ওইবী রাধাগা লোয়ননা,

গোবর্দ্ধনে কন্দরায়াং রত্নভূম্যাং হরিঃ স্বয়ম্ ।
রাসং চ রাধয়া সার্দ্ধং রাসেশ্বর্য্যা চকার হ ॥২॥
তত্র সিংহাসনে রম্যে তস্থতুঃ পুষ্পসঙ্কুলে ।
তড়িদ্ঘনাবিব গিরৌ রাধাকৃষ্ণৌ বিরেজতুঃ ॥৩॥
স্বামিন্যাস্তত্র শৃঙ্গারং চক্রুঃ সখ্যো মুদান্বিতাঃ ।
শ্রীখণ্ডকুঙ্কুমাদ্যৈশ্চ যাবকাগুরুকজ্জলৈঃ ॥৪॥
মকরন্দৈঃ কীর্ত্তিসুতাঃ সমভ্যর্চ্চ্য বিধানতঃ ।
দদৌ শ্রীযমুনা সাক্ষাদ্রাধায়ৈ নূপুরাণ্যলম্ ॥৫॥
মঞ্জীরভূষণং দিব্যং শ্রীগঙ্গা জহ্নুনন্দিনী ।
শ্রীরমা কিঙ্কিণীজালং হারং শ্রীমধুমাধবী ॥৬॥
চন্দ্রহারং চ বিরজা কোটিচন্দ্রমলং শুভম্ ।
ললিতা কঞ্চুকমণিং বিশাখা কণ্ঠভূষণম্ ॥৭॥

---

শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না শংশংনা শান্নখি ।২।

গোবর্দ্ধন চীং অচুদা ফজববা লৈগী মপৈনা শাবা ফম্নবা সিংহাসন্দা ফম্নহুনা নোংগা নোংথাংগা তিন্নবগুম বাধা কৃষ্ণ অনিনা ঙানখি ।৩।

হবাও তযাপ্পগা লোযননা সখীশিংনা মফমহুদা শৃঙ্গাব (অবে-অমৌ)গী পোৎ খিবিক্না মবেম্মা বাধাবু কর্পুব কুঙ্কুম চন্দন্নচিংবনা, ঙাঙ্‌নবা অগরু যাবকচিংবা অমদি কজ্জলনচিংবনা যেক খোংলহুনা লৈতেং তৌখি ।৪।

যমুনা মশামক্না হৌনবা রাযেল কাযদনা কীর্ত্তিদাগী মচানুপী বাধাবু খোইহীনা চংখোন্না পূজা তৌবগা (পীজ পীথক তৌবগা) মবেম্মগী খোংদা নূপুব শিজিনবীখি ।৫।

জাহ্নবী গঙ্গানা মঙ্‌বা লৈতেং খোংজিবু শিজিনখি, লক্ষ্মী দেবীনম্ন খ্বাংগী লৈতেং কিঙ্কিনীজালবু শিজিনবীখি, মধুমাধবী কৌবী (বসন্ত ঋতুগী মশক ওইবীনা) লৈ পবেংবু শিজিনবীখি ।৬।

বিরজা কৌবী সখীনা থা কোটিগুম্নবা মঙ্‌বা চন্দ্রহাব কৌবা লিক পবেং, ললিতা সখীনা কঞ্চুকমনি (থাখুমফি) বিশাখা সখীনা ওকশমদা

অঙ্গুলীয়করত্নানি দদৌ চন্দ্রাননা তদা ।
একাদশী রাধিকায়ৈ রত্নাঢ্যং কঙ্কনদ্বয়ম্ ॥৮॥
ভুজকঙ্কণরত্নানি শতচন্দ্রাননা দদৌ ।
তস্যৈ মধুমতী সাক্ষাৎ শক্রুরত্নাঙ্গদদ্বয়ম্ ॥৯॥
তাটঙ্কযুগলং বন্দী কুণ্ডলে সুখদায়িনী ।
আনন্দী যা সখীমুখ্যা রাধায়ৈ ভালতোরণম্ ॥১০॥
পদ্মা সভালতিলকং বিন্দুং চন্দ্রকলা দদৌ ।
নাসামৌক্তিকমালোলং দদৌ পদ্মাবতী সতী ॥১১॥
বালার্কদ্যুতিসংযুক্তং ভালপুষ্পং মনোহরম্ ।
শ্রীরাধায়ৈ দদৌ রাজংশ্চন্দ্রকান্তা সখী শুভা ॥১২॥

---

শিনবা নৈতেংবু কংখি ।৭॥

চন্দ্রাননা কৌবী সখীনা মণি বত্ন হৃংলবা খুদোপ, একাদশী কৌবী সখীনা মণি মুক্তা থাম্নবা (খুজি জোড়া) অনিবু বাধিকাগীদমক মশামন্না শিজিনবীখি ।৮।

শতচন্দ্রাননা কৌবা সখীনা মণি বত্ন থাম্নবা পাম্বোমকাবী পীখি, তদুগুম্না মধুমতী কৌবীনা তশেংনা মঙাল থোক্নবা মণি বত্নতনা শাবনা তান কৌবা পাম্বোমদা শিনবা নীক অনিবু পাম্বোমদা শিজিনবীখি ।৯।

বন্দী কৌবী সখীনা পুকনিং নুঙাইবা পীবা তাটঙ্ক কৌবা মখলগী নাযিন জোড়া অমা, আনন্দী কৌবী সখী লুচিংবীনা ফিবান মওং মানবা লাইশক্তা যান্থনবা নৈতে বু বাধাদা শিজিনবী ।১০।

পদ্মা কৌবী সখীনা থাগী মকোযগুম্না কোযরপ কোয়বা চন্দনগী পারংবু বাধাগী মাইথোংদা যেকখি, সতী অথোইবী পদ্মাবতীনা মুক্তা থাম্নবা নাতানগী নৈতেং নাসিকাবু কংখি ।১১।

হে নিংথৌ বহুলাশ্ব, ইবেমগী মতা সখী চন্দ্রকান্তা কৌবী ফজবীনা অমুক অওনবগী মুসিং মঙালগুম পুকনিং হুনা ফজরবা ভালপুষ্প কৌবা লাইবক্তা থেংনবা নৈতেংবু শ্রীরাধাদা পীখি-কংখি ।১২॥

শিরোমণিং সুন্দরী চ রত্নবেণীং প্রহর্ষিণী ।
ভূষণে চন্দ্রসূর্য্যাখ্যে বিদ্যুৎকোটিসমপ্রভে ॥১৩॥
রাধিকায়ৈ দদৌ দেবী বৃন্দা বৃন্দাবনেশ্বরী ।
এবং শৃঙ্গারসংস্কৃতাঙ্গরূপয়া রাধয়া হরিঃ ॥১৪॥
গিরিরাজে বভৌ রাজন্ যজ্ঞো দক্ষিণয়া যথা ।
যত্র বৈ রাধয়া রাসে শৃঙ্গারোঽকারি মৈথিল ॥১৫॥
তত্র গোবর্দ্ধনে জাতং স্থলং শৃঙ্গারমণ্ডলম্ ।
অথ কৃষ্ণঃ স্বপ্রিয়াভির্যযৌ চন্দ্রসরোবরম্ ॥১৬॥
চকার তজ্জলে ক্রীড়াং গজীভির্গজরাড়িব ।
তত্র চন্দ্রঃ সমাগত্য চন্দ্রকান্তৌ মণী শুভৌ ॥১৭॥

---

ইবেম্মগী সখী সুন্দবী কৌবীনা কোকী লৈতেংবু। প্রহর্ষিণী কৌবী সখীনা মণি রত্ন থেৎলহুনা বেণীবু পুনখি, লৈতেং ওইনা শিনবা চন্দ্র-সূর্য্য হাযনা খংনবা নোংথাং কোটিগুম লংলবা লৈতেংবু, বৃন্দাবনগী মবেম্মা বৃন্দাদেবীনা মবেম্মা বাধাদা কচ্ছখি, মতৌ অসুম্না লৈতেংলবী বাধাগা লোযনববা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা ভাম্বোইখি ।১৩।১৪।

হে মিথিলা নিংথৌ, দক্ষিণা কৌবী দেবীগা ভগবান্ যজ্ঞপুরুষ অনি-গুম্না বাধা কৃষ্ণ অনিনা গোবর্দ্ধন চীংদা ভানখোইখি, মফমহুদা বাধানহু লেপ্পমক বাস লীলাদা শৃঙ্গার বেশনচিংবনা লৈতেংহুনা নিংথিখি ।১৫।

অদুগুম্না গোবর্দ্ধন চাংহুদা ব'ধানা শৃঙ্গাব বেষনা লৈতেংখিবা মফমহুবু "শৃঙ্গাব মণ্ডল" অসুম্না খংনখি, অহুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবীশিংগা লোয়-নহুনা চন্দ্রসবোবব কৌবা পুখ্রি তান্না চৎখি ।১৬।

চন্দ্রসরোববগী ঈশিংহুদা শলুপ পুবা শামুনা শামু অমোমশিংগা লোয়-ননা শান্নবগুম শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখি, মফমহুদা চন্দ্রদেব মশামক লাক্ত্রনা চন্দ্র-কান্ত মণি অনিগা মনা লিশিং পানবা থঙাল অনিগা, হরি ওইবা কৃষ্ণ অমদি মবেম্মা রাধা অনিগীদমক কৎচখি, শ্রীহরি কৃষ্ণনা বৃন্দাবনগী নিংথিববু য়েংনা যেংনা উরী উনানা কোয়শিন্নবা চংখোম্না কজরবা বাহুলবন কৌবা

সহস্রদলপদ্মে দ্বে স্বামিন্যৌ হরয়ে দদৌ ।
অথ কৃষ্ণো হরিঃ সাক্ষাৎ পশ্যান্ বৃন্দাবনশ্রিয়ম্ ॥১৮॥
প্রযযৌ বাহুলবনং লতাজালসমন্বিতম্ ।
তত্র স্বেদসমাযুক্তং বীক্ষ্য সর্ব্বং সখীজনম্ ॥১৯॥
রাগন্তু মেঘমল্লারং জগৌ বংশীধরঃ স্বয়ম্ ।
সদ্যস্তত্রৈব ববৃষুর্মেঘা অম্বুকণাংস্তথা ॥২০॥
তদৈব শীতলো বায়ুর্ববৌ গন্ধমনোহরঃ ।
তেন গোপীগণাঃ সর্ব্বে সুখং প্রাপ্তা বিদেহরাট্ ॥২১॥
জগুর্যশঃ শ্রীমুরারেরুচ্চৈস্তত্র সমন্বিতাঃ ।
তস্মাত্তালবনং প্রাগাৎ শ্রীকৃষ্ণো রাধিকাপতিঃ ॥২২॥
রাসমণ্ডলমারেভে গায়ন্ ব্রজবধূবৃতঃ ।
তত্র গোপীগণাঃ সর্ব্বে স্বেদযুক্তাস্তৃষাতুরা ॥২৩॥

---

মফমদা চংখি, মফম অদু যৌববদা সখীশিং পুম্নমক্কা মশাদা হমাং ঈবীক কাববু উবদুনা ইবুঙোনা "মেঘমল্লার" কৌবা রাগদা বংশী খোংদুনা ঈশৈ শকখি, খুদক অদুমক্তদা নোং খিবিক্কা কুপ্রবা ঈবীক্কা লোৱননা হনাং লোক্লবা অদুক্কী মখৈ ওইনা চুথখি ॥১৭—২০।

হে বিদেহ নিংথৌ' মতমদুদা ঈংলবা নাসিবা নুংশিংনা পুকনিং হনা নুংশিববা মনম পুবদুনা শিংলকখি, মদুমক্তনা গোপীশিং পুম্নমক্কা কযামুক ওইবা নুংঙাইবা ফংজখি ।২১।

মফমদুদা গোপিকা পুম্নমক্কা তিন্নদুনা মুব কৌবা হিংচাবগী যেক্কনা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌক মগুণবু শীংথাদুনা খোঞ্জেল রাংনা শক-শোনখি, রাধাগী মবুঙোনা মফমদুদগী অমুক তালবন তান্না চংখি ।২২।

অদুদুগী ব্রজগী রমণীশিং পুম্নমক্কা কোযশিনদুনা, রাসমণ্ডল শেমলদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মতৌক-মগুণ শক-শোনবদুদা গোপীশিং পুম্নমক অদু মশাদা হমাং ঈবীক কাখি-অরাম খৌবাংবা পোকখি ।২৩।

গোপীশিংনা হায় :— রাসকি মতমদুদা গোপীশিংনা মখুৎ

গোপ্য উচু —

> উচু রাসেশ্বরং রাসে কৃতাঞ্জলিপুটাঃ শনৈঃ
> দুরং বৈ যমুনা দেব তৃষা জাতা পরং হি নঃ ।।২৪।।
> কর্ত্তব্যং ভবতাত্রৈব সরো দিব্যং মনোহরম্ ।
> বারাং বিহারং পানং চ করিষ্যামো হরে বরম্ ।
> জগৎকর্ত্তা পালকস্ত্বং সংহারস্যাপি নায়কঃ ।।২৫।।২৬।।

নারদ উবাচ ।

> তচ্ছ্রুত্বা বেত্রদণ্ডেন কৃষ্ণো ভূমিং ততাড় হ ।
> তদৈব নির্গতঃ স্রোতো বেত্রগঙ্গেতি কথ্যতে ।
> যজ্জলস্পর্শমাত্রেণ ব্রহ্মহত্যা প্রমুচ্যতে ।।২৭।।
> তত্র স্নাত্বা নরঃ কোঽপি গোলোকং যাতি মৈথিল ।
> গোপীভী রাধয়া সার্দ্ধং শ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ হরিঃ ।।২৮।।

---

লোন্নজবত্থনা তপ্পা তপ্পা রাসলীলাগী মবুঙাদা হায়জবকই, হে লাই এইবা ইবুঙো, যমুনাস্থ থাপ্পা লৈহৌবে ঐখোয পুন্নমকস্তু অবাম খোবাংবনা অরাবা এইবে ।।২৭।

হে হরে, ইবুঙো নংদি জগৎ সংসার অসিবু শেম্বীবা, মহুত্থ (জগৎ অসিবু) ডাকপস্থ ডাকাপিবিবা, অমদি মাংহনবগী (সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয়গী) মপু ওইবনি, ইবুঙা নহাক্না মফম অসিমক্তদা পুকনিংহনা যজ্ঞবর , অমাং অতা লৈরবাইদবা পুখ্রি অমগুং ওইহনবীববদি ঐখোই গোপী পুন্নমক্না ঈশিংতুদা ঐখোযগী পুকনিং পেন্না শান্নজগনি অমস্থং ঈশিংত্থবু পুকনিং পেন্না থকচগনি ।।২৫।।২৬।

নারদনা হায — বাকমত্থ তাবদা শ্রীকৃষ্ণনা খুত্তো পাযবিবা শনশেনচৈ অত্থনা লৈপাক্তা যৈথি-থাথি, মত্থদগী ঈচেল অমা থোক্রককখি, মত্থবু "বেত্র-গঙ্গা" কৌনখি, ঈশিং অত্থবু শোকচক্কবডদা ব্রহ্মহত্যাগী (জীবহাংপগী) পাপ পুন্নমক কোকচবা ফংই ।২৭।

হে মিথিলা নিংথৌ অত্থগুম্বা বেত্রগঙ্গাত্থদা স্নান তৌরবা কনাগুম্বনা

বারাং বিহারং কৃতবান্ দেবো মদনমোহনঃ ।
ততঃ কুমুদ্বনং প্রাপ্তো লতাবৃন্দং মনোহরম্ ॥২৯॥
ভ্রমরধ্বনিসংযুক্তং চক্রে রাসং সখীজনৈঃ ।
রাধা তত্রৈব শৃঙ্গারং শ্রীকৃষ্ণস্য চকার হ ॥৩০॥
পুষ্পৈর্নানাবিধৈর্দ্রব্যৈঃ পশ্যন্তীনাং ব্রজৌকসাম্ ।
চম্পকোদ্যৎপরিকরঃ স্বর্ণযূথীভুজাঙ্গদঃ ॥৩১॥
সহস্রদলরাজীবকর্ণিকাবিলসচ্ছ্রুতিঃ ।
মোহিনী মালিনীকুন্দকেতকীহারভূদ্ধরিঃ ॥৩২॥
কদম্বপুষ্পবিলসৎকিরীটকটকোজ্জ্বলঃ ।
মন্দারপুষ্পোত্তরীয়পদ্মযষ্টিধরঃ প্রভুঃ ॥৩৩॥

---

গোলোক ধাম্বু ফংই, শ্রীহরি ওইবা ভগবান কৃষ্ণস্ বাধা অমদি গোপীশিং পুম্নমক্কা লোয়ননা স্নান তৌখি ।২৮।

মদনমোহন শ্রীকৃষ্ণনা বেত্রগঙ্গাগী ঈশিংদুদা গোপীশিংগা লোয়ননা ঈশিংগী শান্ন-বুম্মৈ লোইববা তুংদা, উবী বাবীনা থল্লবা পুকনিং হুনা ফজবৰা কুমুদ্বন (থবোগী বন) তান্না চৎখি ।২৯।

খোইমুশিংগী খোঞ্জেলনা নিন্নিবা মফমদুদা সখীশিংগা লোয়ননা বাসলীলাবু শান্নখি, শ্রীরাধানস্ মফমদুদা শ্রীকৃষ্ণদা শৃঙ্গাব বেষ (অনৌবা ফিজেং ফিবোল হোংনবা) কত্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু সেনহনখি ।৩০।

মথল- মখা যাম্নবা লৈতগী ওইবা পোংশক খিবিক্কা, উবি-যেংলিবা ব্রজগোপীশিংগী মমাংদা নিংথি-নিংথিজবৰা লৈহাওশিংনা কোযশিনহুনা, সনা মচুগী যাতিকুপ্পীনা পাম্বোমদা শিনবা তাল (পাদোমফাবী) না মবুভোবু লৈতেংখি ।৩১।

মনা লিশিং পানবা থম্বালগী লৈবীক্কা নাকোংগী লৈতেং ওইনা নিংথিনা শেম-শাখি, মোহিনি কৌবা পুকনিং হুনা ফজবৰা লৈপাবংনা মালিনী, কুন্দ, কেতকীগী পবেংনচিংবনা লৈতেংহুনা শ্রীকৃষ্ণদো নিংথিখি ।৩২।

কদম্ব মপালতনা শাৱবা ফজবৰা লুকপ অমদি খৎকি লৈতেং,

তুলসীমঞ্জরীযুক্তবনমালাবিভূষিতঃ ।
এবং শৃঙ্গারতাং প্রাপ্তঃ শ্রীকৃষ্ণঃ প্রিয়য়া যয়া ॥৩৪॥
বভৌ কুমুদবনে রাজন, বসন্তে হর্ষিতো যথা ।
মৃদঙ্গবীণাবংশীভির্মুরযষ্টিমুকাংস্যকৈঃ ॥৩৫॥
তালশব্দৈবস্তদৈর্মুক্তা জগুর্গোপ্যো মনোহরম, ।
ভৈরবং মেঘমল্লারং দীপকং মালকৌশকম, ॥৩৬॥
শ্রীরাগং চাপি হিন্দোলং রাগমেবং পৃথক, পৃথক, ।
অষ্ট তালৈস্ত্রিভিগ্রামৈঃ স্বরৈঃ সপ্তভিরন্বতঃ ॥৩৭॥
নৃত্যের্নানাবিধৈ রম্যৈর্হাবভাবসমন্বিতৈঃ ।
তোষয়ন্ত্যো হরিং রাধাং কটাক্ষৈর্ব্রজগোপিকা ॥৩৮॥

---

কুবাউমপাল মচুগী, হকচাংদা যান্নবা ইরুক্কি মচা (চুপট্টা), থম্বালতনা শাবা চৈশু পাযববা নিংথিরবা শ্রীহবি কৃষ্ণনি ।৩৩'

তুলসী মঞ্জরীগা লোয়ননা বনমালা কৌবা লৈপরেং (মচু মথল মতা-না লেংবা লৈপরেং) থোল্লদুনা, মশাগী থোইদোক্না চান্নববীশিংনা অসুম্বা লৈতেংবীববা শ্রীকৃষ্ণ ওইখি ।৩৪।

হে নিংথৌ বহলাশ্ব, মবুঙোন। কুমুদবণ অদুদা লেংশিনবীদুনা বসন্ত ঋতুনা মোমোন নোকচবগুম নিংথিজরে, গোপীশিংনা পুং, বীনা, বংশী, তালপুবা, চৈনা য়ৈবা পুংনচিংবনা খোং-লাওখি থিনখি ।৩৫।

গোপীশিংনা তাল-লয় থিবিকী মপৈনা তিল্লবা, পুকনিং-ন্নুরবা ঈশৈবু শকখি, ভৈরব কৌবা রাগ, মেঘমল্লার, দীপক, মালকোশ, শ্রীরাগ অমসুং হিন্দোলনচিংবা রাগশিংবু তোখাই তোখাইনা তাম্বা নিপালদা গ্রাম অহুমদা, স্বর তরেৎনা (সা-রে- গ- ম নচিংবনা) চুমজিংদুনা শকখি ।৩৬। ।৩৭।

শুমহৎনবগী মশক ওইবা মিৎয়েং নায়েং, শাথেক্রচিংবগা লোয়ননা, মথল মখা কয়ামুক ওইবা জগোইনা তিল্লবা, খোইখোইবা মিৎয়েং-মিৎচিনা য়েংলিবী ব্রজগোপীকাশিংনা রাধা কৃষ্ণ অমিবু পেনচকখি ।৩৮।

**গায়ন্‌ মধুবনং প্রায়াৎ সুন্দরীগণ সংবৃতঃ ।**
**রাসেশ্বর্য্যা রাসলীলাং চক্রে রাসেশ্বরঃ স্বয়ম্‌ ।।৩৯।।**
**বৈশাখচন্দ্রকৌমুদ্যা মালতীগন্ধবায়ুনা ।**
**স্ফুরৎসৌগন্ধকহ্লারশতদ্রেণুকরেণ বৈ ।।৪০।।**
**বিকচন্মাধবীবৃন্দৈঃ শোভিতে নির্জ্জনে বনে ।**
**রেমে গোপীগণৈঃ কৃষ্ণো নন্দনে বৃত্রহা যথা ।।৪১।।**

**ইতি শ্রীমদ্‌গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাসক্রীড়া নাম বিংশোঽধ্যায়ঃ ।**

---

ব্রজগী ফজবীশিংগী মপেনা কোযরম্বনা, ঈশৈ শক্না-শক্না মধুবন ভান্না লাক্লগা বাস কৌবা লীলাগী শংশংবা মবুঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা বাসেশ্বরী বাধাগা লোযননা বাসলীলাবু শান্নখি ।৩৯।

শজিবু থাগী থাবল্লা ঙাল্লবা, মালতী কৌবী (মতুম ভানা শাৎপা মালিকা অথোনবা) লৈগী লৈনম পুববা মুংশিংনা শিংলবা, মনম মুংশিববা থাবীকথ, কৌবী লৈগী লৈবীকপু, মুংশিংনা হুয়কপনা লৈমাইথক্তা লংনা কুইনা, মঙাল থোক্লা তাবৰা, মাধবী কৌবী লৈবাংগী মপেনা শাংকাইবক-পনা থোইদোক্লা ফজৰবা, মী ভাব্রবা বন অতুদা গোপীশিংগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণনা, নন্দন (স্ববাবেনগী নন্দন কানন) কৌবা বন্দা স্ববারেম্না লাইম্বূপী-শিংগা লোইননা শান্নবগুম শান্নখি ।৪০।৪১।

মভাং অসিদা গর্গমুনিগী রাবীদা বৃন্দাবন খণ্ডগী মমুংদা বাসক্রীডা কৌবা কুনশুবা অধ্যায় লোইরে ॥



# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## একবিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

নারদ উবাচ ।

ইত্থং কুন্দবনে রম্যে মালতীনাং বনে শুভে ।
আম্রাণাং নাগরঙ্গাণাং নিম্বুনাং সঘনে বনে ।।১।।
দাড়িমীনাং চ দ্রাক্ষাণাং বদামানাং বনে নৃপ ।
কদম্বানাং শ্রীফলানাং কুটজানাং তথৈব চ ।।২।।
বটানাং পনসানাঞ্চ পিপ্পলানাং বনে শুভে ।
তুলসীকোবিদারানাং কেতকীকদলীবনে ।।৩।।
করিল্লকুঞ্জবকুলমন্দারাণাং বনে হরিঃ ।
চরন্ কামবনং প্রাগাদ্ রাজন্ ব্রজবধূবৃতঃ ।।৪।।
তত্রৈব পর্ব্বতে কৃষ্ণো ননাদ মুরলীকলন্ ।
মূর্চ্ছিতা বিহ্বলা জাতাস্তন্নাদেন ব্রজাঙ্গনাঃ ।।৫।।

---

নারদনা হায়ঃ— হে নিংথৌ মতৌ অস্নম্না পুকনিংহুনা ফজববা কুন্দো লৈগী বন্দা, মালতী কৌবী (মালিকা অথোনবা মতুমতানা শাংপা) লৈশিংগী বন্দা, হৈনৌ, কোমলা-চম্প্রাগী কুংনা শুক্না হৌববা বনশিংদা, ককোই পাম্বী, অঙ্গুবপাম্বী, অমসুং বদাম কৌবা লৈপাকহৱাইগী বন্দা, কদম্ব পাম্বী, হৈখাগোক পাম্বীশিংগী বন্দা, অতুগুম্না চীংদা শাংপী মালিকা (কুটজ) কৌবী লৈ মখলগী বনশিংদা, খোংনাং বটশিংগী বন, থৈবোং পাম্বী সনা-খোংনাং পাম্বীশিংগী বন্দা, ফজবা তুলসীগী বন্দা, কোবিদার (বক্রকাঞ্চন) পাম্বীগী বন্দা, কেতকী, লফুগী বন্দা হে নিংথৌ, করিল্ল কৌবা কুঞ্জদা, বকুল কুমাউ (মন্দার) নচিংবগী বন্দা কোয়না চত্তুনা ব্রজগী নুপীশিংনা কোযশিল্লবা শ্রীহরি কৃষ্ণনা কামবন কৌবা মফম তান্না লাকখি ॥১-৪।

মফমদুদা লৈবিবা চীংথক্তুদা শ্রীকৃষ্ণনা মিরবা খোঞ্জেলনা মুরলী (বাশী) খোংখি, খোঞ্জেল অদু তাক্লবনা মপুকনিং লাংতক্লববী ব্রজগী ফজবী

মনোজবাণভিন্নাঙ্গাঃ স্বর্গস্থাঃ সুরৈঃ সহ ।
কশ্মলং প্রযযু রাজন্‌ বিমানেষ্বমরাঙ্গনাঃ ॥৬॥
চতুর্ব্বিধা জীবসঙ্ঘাঃ স্থাবরৈর্মোহমাস্থিতাঃ ।
নদ্যো নদাঃ স্থিরীভূতাঃ পর্ব্বতা দ্রবতাং গতাঃ ॥৭॥
তৎপাদচিহ্নসংযুক্তো গিরিঃ কামবনেঽভবৎ ।
তস্য দর্শনমাত্রেণ নরো যাতি কৃতার্থতাম্‌ ॥৮॥
অথ গোপীগণৈঃ সাকং শ্রীকৃষ্ণো রাধিকাপতিঃ
নন্দীশ্বরবৃহৎসানুতটে রাসং চকার হ ॥৯॥

---

গোপীশিংনা শুমহৎখিবনা মহৈ-মহৈ (মূর্চ্ছা) রাম্ববা হায়বত্থ ওইনখি ।৫।

হে নিংথৌ, কামগী তেল্লা থারবা, থিঙ্গাইববা হুকচাং ওইববী, খ্বাঙ্গোয খ্বাংলাক হিকথববী, দলাই (বিমান) শিংদা ফমলিবী, লাইনূপী ফজবী-শিংনা, লাইগ্নপাশিংগা লোইননা কামগী অৱাববু ফংনখি ।৬।

মখল মবিগী জীব পুম্নমক (জবায়ুজ, স্বেদজ, উদ্ভিজ অণ্ডজ) হায়বদি জবায়ু কৌবা শিংলী নাওবীনা য়োমত্থনা পোকপা, হূমাংদগী পোকপা, মরুদগী পোকপা, মরুমদগী পোকপা, মফম অমদগী অমদা চৎপা ঙম্নদবা মখোং পান্দবা জীব খিবিক (উনচিংবা) পুম্নমক্না, অঙকপা শুমহৎপা ফংনখি, তুরেন মুপা, তুরেন মুপীশিংনা মশাগী ঈশিং ঈচেল চপস্লেপ্তনা লেংদবা ওইখি, চীংশিংনা মহী চেনবা (পেৎথবা) মতৌগুম তৌখি ।৭।

ইবুঙো মাগী শ্রীচরন পাদচিহ্ন লৈববা (ইবুঙোনা খোংনা নেৎপিরবা) চীং অদো কামগী বন্দা লৈবা (কামগী ঈহৌ লাকপা) হায়বত্থ ওইখি, অত্থগুম্বা ইবুঙো মাগী চরণ চিহ্ন পুৰিবা "চরণ পহাড়" হায়বা মফমত্থবু উজরবা মীশক অত্থ মপোক মহৈ য়াঙ্গরবা হায়বত্থমক্নি ।৮।

অসিগী তুংদা রাধিকাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা অয়াম্বী গোপীশিংগা লোযননা, নন্দীশ্বর কৌবা অচৌবা চীংগী চীংদোল মনাক্তা অকোযবদা রাস লীলাবু শান্নখি ।৯।

হে মিথিলাগী মবুঙো, মফম অত্থদা গোপীশিংগী মপুকনিংদা

তত্র গোপ্যোঽতিমানিন্যো বভূবুর্মৈথিলেশ্বর।
তাস্ত্যক্ত্বা রাধয়া সার্দ্ধং অন্তর্দ্ধানং দধে হরিঃ ॥১০॥
গোপ্যশ্চ সর্ব্বা বিরহাতুরা ভৃশং
কৃষ্ণং বিনা মৈথিল নির্জ্জনে বনে।
তা বভ্রমুশ্চাশ্রুকলাকুলাক্ষ্যো
যথা হরিণ্যশ্চকিতা ইতস্ততঃ ॥১১॥
কৃষ্ণং হ্যপশ্যন্ত্য ইতি ব্যথাং গতা
যথা করিণ্যঃ করিণং বনে বনে।
যথা কুরর্য্যঃ কুররং ব্রজাঙ্গনাঃ
সর্ব্বা রুদন্ত্যো বিরহাতুরা ভৃশম্ ॥১২॥

---

থোইদোক্না নাপন কারকপা (শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নজরে, লাইবক ফবে হায়বা মপুকনিংদা রাথলগী নাপন তৌবগী) মতৌবু উরক্লদুনা মখোয় পুম্নমকপু থাদোক্লমগা শ্রীরাধিকাতগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণদো মাংথোকখবে, কনা অমতদা উহনখিদবে ।১০।

হে মিথিলাগী মপু, মী তাদ্রবা বন অদুদা, মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবুহ উরক্ত্রবদা, অয়াম্বী গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু কায়নবগী অৱাবনা থোইদোক্না বাগ্রদুনা মমিত্তা পিনা ঈরা চেল্লদুনা, শজি অমোমশিংনা তথক-তথক যেংবা মিংয়েংগুম, মাইকৈ মরিমক্তা কোয়য়েং য়েংলদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কোয়থি থিরক্লে ।১১।

অসুম্না বন বন থুদিংদা থিবকপদা শ্রীকৃষ্ণবু উরক্ত্রবদা, শমুপ পুবা শামু উরক্ত্রবদা, শামু অমোমশিংনা বাবগুম, অমদি খুমু লাবদু উরক্ত্রবী খুমু অমোমশিংগী মতৌগুম, ব্রজগোপীশিংনা থোইদোক্না মপুকনিং বাবগা লোয়ননা মহৈ মহৈ কপ্না-কাউনখি ।১২।

হে নিংথৌ, গোপীশিং পুম্নমক্না পুক্নেপ তিমদুনা, অঙাওবীগী মতৌগুম (মবুঙোগী প্রেমনা হাকমনখিবনা) বন বন থুদিং চং-চংদুনা, কোকিবা উপাল রাপাল, উরী-বারী, কদম্বনচিংবা উপাল-রাপালশিংদা হংখি, হে উপাম্বীশা,

উন্মত্তবৎ বৃক্ষলতাকদম্বকং
সর্ব্বা অজিজ্ঞা চ বৃন্দাবনে বনে ।
অস্মাকং রাজন্ নৃপ নন্দনন্দনং
কুত্র স্থিতং তং বদতাশু ভূরুহাঃ ।।১৩।।
শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণেতি গিরা বদন্ত্যঃ
শ্রীকৃষ্ণ পাদাম্বুজলগ্নমানসাঃ ।
শ্রীকৃষ্ণরূপাস্তু মধুমুরজনা-
শ্চিত্রং ন সেবাকৃতমেতৎ কীর্ত্তবৎ ।।১৪।।
শ্রীপাদুকাধঃস্থলগোপিকোপ্যঃ
শ্রীপাদুকাখ্যং শরণং প্রপন্নাঃ ।।১৫।।
ততস্তু তৎপ্রসাদেন তৎপদার্চ্চনদর্শনাৎ ।
দদৃশুর্গাঃ তদা গোপ্যো ভগবৎপাদচিহ্নিতাম্ ।।১৬।।

---

(নখোয়দি রাংবনিনা থাপনা উরমগনি) নখোয়না নন্দ-নিংথৌগী মচানুপাবু কদাইদা লৈবগে থংলবদি উরবদি থুনমক হায়বীযুগবা বাববী গোপী এখোয়দা ।১৩।

শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বালদা মপুকনিং হাপচল্লবী গোপীশিংদুনা মচিন্ন মচিন্দা শ্রীকৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা বাহৈসি হায়-হায়রদুনা, শ্রীকৃষ্ণতদা মপুকনিং হাপখিবনা পেশকারীগী মতৌগুম (উচিখোই কৌবা তিল্লা ফারকপা, তিন খিবিরা উচিখোইগী মশক ওইবগুম) ইবেম্মশিংদো শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইখি। শ্রীকৃষ্ণগী চরণ পাদুকা (খুরুম) মথাদা লৈজবা-পকচবা উফুলগুম্বী গোপী-শিংনা, চরণ থম্বালগী পাদুকাদা চংজখিবনি ।১৪।।১৫।

অদুদগী গোপীশিংনা, মহাক্তোগী চরণ চিহ্নতবু কোয়েং য়েংজদুনা পূজা অর্চ্চা তৌজবনা মরম ওইদুনা, ইবুংো মাগী থৌজানা, লৈবাক্তা ভগবান ওইবা মাগী চরণ চিহ্ন উদুনা লৈবদু গোপীশিংদা উহনখিখি ।১৬।

বহুলাশ্বনা হায়- হে ইবুংো, রাধাগী মমুংো ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু থাদোক্লগা শ্রীরাধাগা লোয়নদুনা মফম কদায়দা লেংখিবকো

বহুলাশ্ব উবাচ ।

রাধেশো রাধয়া সার্দ্ধং হিত্বা গোপীর্গতো ক্ব তো য

তদ্দর্শনং কথং জাতং গোপীনাং বদ মে প্রভো ॥১৭॥

শ্রীনারদ উবাচ ।

শ্রীকৃষ্ণো রাধয়া সার্দ্ধং সঙ্কেতবটমাবিশৎ ।

প্রিয়ায়াঃ কবরীপুষ্পরচনাং স চকার হ ॥১৮॥

শ্রীকৃষ্ণকুণ্ডলে নীলে বক্রস্থং রাধিকাকরোৎ ।

চিত্রপত্রাবলীঃ কৃষ্ণপূর্ণেন্দুমুখমণ্ডলে ॥১৯॥

এবং কৃষ্ণো ভদ্রবনং খদিরাণাং বনং মহৎ ।

বিল্বানাঞ্চ বনং পশ্যন্ কোকিলাখ্যং বনং গতঃ ॥২০॥

গোপ্যঃ কৃষ্ণং বিচিন্বন্ত্যো দদৃশুস্তৎপদানি চ ।

যবচক্রধ্বজচ্ছত্রৈঃ স্বস্তিকাঙ্কুশবিন্দুভিঃ ॥২১॥

---

অমস্তুং গোপীশিংনা মতৌকরম্মা মবুঙোবু অমুক উজবা ফংবনো মহু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ।১৭।

নারদনা হায় শ্রীকৃষ্ণনা বাধাগা লোয়ননা সঙ্কেটবট কৌবা মফম তাম্না লাকখি, চান্নবীগী শম্বুলদা থেংনবা শমজিবেবু শেম্বী-শাবিখি ।১৮।

রাধিকানস্তু শ্রীকৃষ্ণগী শংলৈননবা শমজোইবু মথেক মখোই নাইনা খোইখোইবা মওংদা শেমজ- শাজখি, পূর্ণিমা থানিলবু ঙমঙবা মাইথোংদস্তু চন্দন্না (মরিক মরিক) য়েক-খোত্তনা ফজনা শেম-শাজখি ।১৯।

মতৌ অস্তুম্না শ্রীকৃষ্ণনা ভদ্রকৌবা বন, চাওর- চাওরবা খদির (কবোখজিগী) বনশিং, হৈখাগোক্কী বনবু যেংনা য়েংনা মমৈথংদা কোকি-লাবন হায়রনা থংনবা বন তান্না চংখি ।২০।

গোপী খিবিরা শ্রীকৃষ্ণবু থিরকপদা, বনগী মচুংদা মবুঙোগী পাদচিহ্ন (খোঙ্গুল) তাববু উখি, মহুমক্তি যবকি মওং মানবা, চক্র, ফিরাল, ছত্র, চিথেক অহুম নাইবা স্বস্তিক কৌবা, শাবুকাটি শাবা, কোইরপ বোয়বা বিন্দুনচিংবা রেখা (মযি) লৈবা উখি ।২১।

অষ্টকোণেন বজ্রেণ পদ্মেনাভিযুতানি চ ।
নীলশঙ্খঘটৈর্মৎস্যত্রিকোণৈর্মূর্দ্ধ্বধারকৈঃ ।।২২।।
ধনুর্গোখুরচন্দ্রার্দ্ধশোভিতানি মহাত্মনঃ ।
তৎপদান্যনুসারেণ ব্রজন্ত্যো গোপিকাস্ততঃ ।।২৩।।
তদ্রজঃ সততং নীত্বা ধৃত্বা মূর্দ্ধ্নি ব্রজাঙ্গনাঃ ।
পদান্যন্যানি দদৃশুরন্যচিহ্নান্বিতানি চ ।।২৪।।
কেতুপদ্মাতপত্রৈশ্চ যবেনাথোর্দ্ধ্বরেখয়া ।
চক্রচন্দ্রার্দ্ধাঙ্কুশকৈর্বিন্দুভিঃ শোভিতানি চ ।।২৫।।
লবঙ্গলতিকাভিশ্চ বিচিত্রাণি বিদেহরাট্ ।
গদাপাঠীনশঙ্খৈশ্চ গিরিরাজেন শক্তিভিঃ ।।২৬।।

---

চিথেক নিপান নাইব', নোংমৈ শীজং শাবা, থম্বাল মনা মওং মানবা, আতিযা মকোয, অশংবা মোইবুং, ঘটচকু, ঙা মওং শাবা, চিথেক অহুম নাইবা, মথকলোমদা মযি কাখৎপা উখি ।২২।

লীরুং শাবা, শনগী খুজিন মওং, থা মচেৎ শানা লৈতেংবা, পুকচেল চাওববা শ্রীকৃষ্ণগী অচুগুম্বা খোঙ্গুলশিংবু য়েংল-য়েংলদুনা অমদি খোঙ্গুলগী তুংইন্দুনা চৎলিবী গোপীশিংনা, তাবিবা চবণ চিহ্নগী ঈথূলবু মকোক মকোক্তা হাপচখি, অদুগী তুংদা ব্রজগী মুপীশিংদুনা অতোপ্পা খুদমনা ভিন্নবা অতোপ্পা খোঙ্গুল অমগা মবুঙোগী খোঙ্গুলগা লোযন-লোযননা তাবর্বুস্ত উবকলে ।২৩।২৪।

চোং-ফিবাল, থম্বাল, সেকপিন অমসুং যবকি মওং মানবা মথক-লোমদা মযি কাখৎপা খুজি, চক্রশাবা, থামচেৎ, শামুকাটি, অকোয় অকোযবা বিন্দু মতুমশিংনা লৈতেংবা, লবঙ্গ কৌবা উরীশিংনসু অঙকপা কংনা নিখিজরবা, গদা কৌবা খুংলাই, ঙা শরেং মওং মানব', মোইবুং, চীং মওং মানবা, শক্তি কৌবা (তা) খুংলাই অসিনা নতনা হে বিদেহ নিংথৌ তাবিদু, সিংহাসন (ফমফম) মওং, রথ (দলাই)গী মওং, বিন্দু আনি নম্ববু উরুবদা, নন্দ নিংথৌগী মচানুপা কৃষ্ণগা লোযননা রাধিকা কৌবীদুগা

সিংহাসনরথাড্যাঙ্ক বিন্দুযুক্তানি চ ।
বীক্ষ্য প্রাহ রাধিকয়া গতোঽসৌ নন্দনন্দনঃ ॥২৭॥
পশ্যন্ত্যস্তৎপাদপদ্মং কোকিলাখ্যং বনং গতাঃ ।
গোপীকোলাহলং শ্রুত্বা রাধিকাং প্রাহ মাধবঃ ॥২৮॥
কোটিচন্দ্রপ্রতীকাশে রাধে সর্প ত্বরং প্রিয়ে ।
আগতা গোপিকাঃ সর্ব্বাস্ত্বাং নেষ্যন্তি হি সর্ব্বতঃ ॥২৯॥
তদা মানবতী রাধা শ্রুত্বা প্রাহ রমাপতিম্ ।
রূপযৌবনকৌশল্যশীলগর্ব্বসমন্বিতা ॥৩০॥

রাধোবাচ ।

চলিতুং ন সমর্থাহং মন্দিরান্ন বিনির্গতা ।
সুকুমারী খেদযুক্তা কথং মাং নয়সি প্রিয় ॥৩১॥

---

মখোই অনিনা চৎখিবগী খোঙ্গ্‌ল শোযদনা ওইগনি হাযনৈ ।২৫।২৬॥২৭

শ্রীকৃষ্ণগী খোং থপালগী খোঙ্গ্‌লবু (চরণ চিহ্নবু) য়েংল-য়েংলদুনা চৎলিবী গোপীশিংনা কোকিলা কৌবা বন্দা লাকখি, অদুগা গোপী মযাগী ইরাং লাংনরকপা নিঙ্গরকপবু তাবগা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা হায়খি ।২৮॥

হে চান্নবী, হে থা কোটীগী মঙালগুম ঙাল্লিবী রাধে, থুনমক লোৎলো মাইকৈ পুম্নমক্তগী অয়াপ্পী গোপীশিং লাকলে, মখোইনা নহাকপু উৎপগদি শোয়না পুদুনা চৎগনি ।২৯।

ফজবা শক, মখোৎ কাবকপা মওং,হৈশিংবা মতৌ, লমচৎ ফজবা, নাপল, অসি খিবিক্না তিল্লবী রাধানা, মহাকপু লোৎলু হায়রুবগী শাওববী ওইনরবী ওইদুনা লক্ষ্মীগী মবুঙো ওইরবা শ্রীকৃষ্ণদা হাযখি ।৩০।

হে চান্নবা, ঐদি মুমদগী মপান থোকচদবীনি, খোং থ'ংদুনা চৎপা ঙমগনি হায়বসু নিংজদরে, অমরোমদসু ঐদি মুপীমচানি, বাগনবীনি, হকচাং চোকথরবী ঐবু মতৌ করম পুবীগদগে ।৩১।

নারদনা হায় :— রাধাগী অসিগুম্বা ৱাহৈসি তারবা তুংদা রাধিকাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা, সনাফিগে গুপ্তানা ইবেমগী মাইথোংদা হুমাই হুমদুনা

নারদ উবাচ ।

ইতি বাক্যং ততঃ শ্রুত্বা শ্রীকৃষ্ণো রাধিকেশ্বরঃ ।
পীতাম্বরেণ দিব্যেন ব্যজনং তস্যৈ চকার হ ॥৩২॥
হস্তং গৃহীত্বা তামাহ গচ্ছ রাধে যথাসুখম্ ।
কৃষ্ণেনাপি তদা প্রোক্তা ন যযৌ তেন বৈ পুনঃ ॥৩৩॥
পৃষ্ঠং দত্ত্বাথ হর্যে তু তূষ্ণীম্ স্থিতা পুনঃ ।
প্রিয়াং মানবতীং রাধাং প্রাহ কৃষ্ণঃ সত্যং প্রিয়ঃ ॥৩৪॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

বিহায় গোপীরিহ কাময়ানাং
ভজাম্যহং মানিনি চেতসা ত্বাম্ ।
যত্তে প্রিয়ং তৎ প্রকরোমি রাধে
মে স্কন্ধমারুহ্য সুখং ব্রজাশু ॥৩৫॥

---

বাধাগী হকচাংবু ইংহনখি ।৩২।

শ্রীকৃষ্ণনা বাধাগী খুৎ পায়বত্রনা হায়রকই, হে বাধে নংনা নুঙাইগদবা মংং যেংহনা চংলুদনা, অসুম্না হায়ববদসু বাধাদো, হৌগত্তনা অমুক হন্না চংনবা তৌখিদবে ।৩৩।

শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণগী মাইকৈবোমদা তুং ওম্বোক্তনা রা অমত্তা ডাংদনা ফমহনা। শাওহনা (ওইনহনা) লৈবিবী চান্নবী রাধাবু যেংহনা, সাধুজন খিবিকি চান্নবা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা হাযবকই ।৩৪।

শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্না হায় :— হে শাওগনবী, ঐতবু পামজবী (নিংজবিবী) গোপীশিংবু হন্দোক্লমগা, নহাক্তবু পুকনিং থমোই য়াংনা ঐনা নিংলি। হে রাধে নংগী পেম্নবা নুঙাইনবা অহত্তা ঐনা তৌরগে, ঐগী লেংবান্দা কাখংলো (নঙন্দা কোল্লো) নুঙাইনা ঐখোই থুন্না যাংনা চংনবা তৌরসি ।৩৫।

হে নিংথৌ। মনিং তম্না চংপা শাক্লং ওইবা, ঈশ্বর ওইবা কৃষ্ণনা মতৌ অসুম্না। মবুডোগী লেংবান্দা কোন্দুনা চংকে নিংলবী চান্নখোইবী

গোপ্য ঊচুঃ ।

লোকাভিরাম জনভূষণ বিশ্বদীপ
কন্দর্পমোহন জগদ্‌বৃজিনার্ত্তিহারিন্‌ ।
আনন্দকন্দ যদুনন্দন নন্দসূনো
স্বচ্ছন্দপদ্মমকরন্দ নমো নমস্তে ।।২।।

গোবিপ্রসাধুবিজয়ধ্বজ দেববন্দ্য
কংসাদিদৈত্যবধহেতুকৃতাবতার ।
শ্রীনন্দরাজকুলপদ্মদিনেশ দেব
দেবাদিমুক্তজনদর্শন তে জয়োঽস্তু ।৩।।

গোপালসিন্ধুপরমৌক্তিকরূপধারিন্‌
গোপালবংশগিরিনীলমণে পরাত্মন্‌ ।
গোপালমণ্ডলসরোবরকঞ্জমূর্ত্তে
গোপালচন্দনবনে কলহংসমুখ্য ।।৪।।

---

মশক, মীওইবগী লৈতেং, হায়বদু ওইবিবনি, তাইবং পানবগী থাংমৈনি, কাম কোবা লাইমকপু শুমহৎলিবনি, জগৎ পুম্নগী অরাবা কোকপিবনি, নুংঙাইবগী মশক শান্ন-ফিবুল ওইবা, যদু শাগেদা পোকপা, নন্দনিংথৌগী মচানুপা, মনিং তম্বা শাজং চৎপা, থম্বাল লৈবাক্কুম নিংথিবা নহাকপু খুকনজবি ।২।

হে ইবুংঙো নহাক্তি শন, ব্রাহ্মন, অফবা মীওইশিংগী মাইপাকপগী ফিবান ছত্রগী মশক ওইবা, লাইশিংনা খুরুম্নবিবা, কংসনচিংবা দৈত্যশিংবু মাংহন্নবগীদমক অবতার তৌবিখিবা, নন্দনিংথৌগী শাগেগী থম্বালবু শাংকাযহন্নবা নুমিৎ কৌবা লাইগী মশক ওইনা, লাইনচিংবা অবানবা খুৎম ফংলবশিংগী লংলবা মিংশেলগুপ্পবা ইবুংঙো নংনা জয় ওইবীয়ু ।৩।

ইবুংঙো-নহাক্তি, গোপজাতিগী মশক ওইবা সমুদ্রদুংদা লৈবা অথোইবা মুক্তাগী মশক লৌবীবনি, গোপশাগেগী মশক ওইবা চীংগী অশংবা মণিগী মশক ওইবা পরমাত্মানি, গোপমণ্ডলগী মশক ওইবা পুখ্রিদা শাংক্লায়রবা থম্বালগী মশক ওইরীবনি, গোপজাতিগী মশক ওইবা চন্দনগী

শ্রীরাধিকাবদনপঙ্কজষট্পদস্তং
শ্রীরাধিকাবদনচন্দ্রচকোররূপঃ ।
শ্রীরাধিকাহৃদয়সুন্দরচন্দ্রহারঃ
শ্রীরাধিকামধুলতাকুসুমাকরোসি ॥৫॥
যো রাসরঙ্গনিজবৈভবভূরিলীলো
যো গোপিকানয়নজীবনমূলরূপঃ ।
মানং চকার রহসা কিল মানবত্যাং
সোঽয়ং হরির্ভবতু নো নয়নাগ্রগামী ॥৬॥
যো গোপিকাসকলযূথমলঙ্চকার
বৃন্দাবনঞ্চ নিজপাদরজোভিরদ্রিম্ ।
যঃ সর্ব্বলোকবিভবায় বভূব ভূমৌ
তং ভূরিলীলমুরগেন্দ্রভুজং ভজামঃ ॥৭॥

---

বন্দা তাবা অথয়বা অথোইবা কাংড ওইবা ইবুঙোনা জয় ওইবীয় ॥৪।

ইবুঙো নহাক্তি শ্রীরাধিকাগী মাইথোং থম্বালগী খোইম্নি, শ্রীরাধিকাগী মাইথোং থাজতবু ভাইজবা নোংইন্নি, শ্রীরাধিকাগী থমোইগী ফজবা চন্দ্রহার কৌবা লিকলাং পবেংনি, শ্রীরাধিকাগী মশক ওইবা মাধবী লতাবু লৈরাং লৈশাং তনহনবীবা বসন্ত কৌবা ঋতুনি ।৫।

ইবুঙো মানা রাসলীলা শান্নকমদা, মশাগী ওইবা বৈভব (লীলা শক্তি) না মথল মথলগী লীলা শান্নবিবা, ব্রজগোপীশিংগী মিৎকম অমদি পুনসিগী হৌবকফম মরুগী মশক ওইবা মানা, মাপন চাওবীশিংবু থাদোক্লগা, থুপ্পা নাপল লৈবীবু (রাধাবু) পুন্না লৈপমক নাপন কাহনবীখি, অদুগুম্বা কৃষ্ণনা ঐখোই পুম্নমকী মিৎমাং অসিদা লেংখোকপিরকশনু ।৬।

ইবুঙো মানা গোপীমপৈ কাংলুপকী লৈতেং (অমকপা কোকহনবীব) ওইবীখিবনি, মশাগী শ্রীচরণগী উঙ্কুলনা বৃন্দাবন অমদি গিরিগোবর্দ্ধনবু থোইনা ফজহনখি, মাহাক্না পৃথিবিদা মী পুম্নমকী মপোৎ মরণ ওইবীখি, অদুগুম্বা মথল মথলগী লীলা শান্নবীবা, তিন নিংথৌগুম্বা ফজবা পাহোম

চন্দ্রং প্রতপ্তকিরণং জ্বলনং প্রসূনং
সর্ব্বং বনান্তমসিপত্রবনং পরেশ ।
বাণং প্রভঞ্জনমতীব সুগন্ধবানং
মন্যামহে কিল ভবদ্বিরহে ব্যথার্তাঃ ।।৮।।
সৌদাসরাজমহিষীবিরহাদতীব
জাতং সহস্রগুণিতং নলপত্নিরাজ্ঞঃ ।
তস্মাত্তু কোটিগুণিতং জনকাত্মজায়া-
স্তস্মাদনন্তমতিদুঃখমলং হরে নঃ ।।৯।।

নারদ উবাচ ।
ইত্থং রাজন্‌ রুদন্তীনাং গোপীনাং কমলেক্ষণঃ ।
আবির্বভূব সহসা মন্মথমিবাত্মনঃ ।।১০।।

---

ওইবা মাবু ঐখোয় খিবিক্লা নিংজরি ।৭।

হে পুন্নমক্তগী অথোইবা ইবুঙো, নহাকপু কায়নবনা রাববী ঐখোযগী হকচাংদা থাগী মঙান্না য়েববু অচাকপা মৈবিনা চাকপগুম শারে, বৃন্দাবনগা বন খিবিক অসিপত্র কৌবা (যমগী লম্বীদা ছৌবা অসিপত্র কৌবা মনা থাংগুম্বা ঙাক্লা পানবা) বনগুমলে, লিরিহুম্বা মাঙ্‌বনা য়েবদা হকচাংদা তেন্না থাবগুম ঐখোয খিবিক্কি পুকনিংদা থল্লে ।৮।

সোদাস নিংথৌগা কায়নবদগী মহাকী মহাবাণীনা থোইদোক্লা রাখি, অদুবু নল নিংথৌ কায়নবদগী দময়ন্তী রাণীনা সোদাসকি রাণীদগী শরুক লিশিং হেন্না রাখিবনি, অদুগুম্না শ্রীরাম কায়নবদগী সীতা দেবীনা দময়ন্তীদগী শরুক কোটি হেন্না রাহুনন্থ হে কৃষ্ণ, ইবুঙো নহাকা কাযনরবী ঐখোয়গীদি মপান নাইদ্রবা, চাংদমনিঙাই লৈত্রবা থোইদোক্লা অরাবগী মশক হায়বত্থ ওইবে ।৯।

নারদনা হায় — হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, অদুম্না কপলিবী গোপীশিংগী ময়াইদা, মিংম্না থম্বাল মাল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা, মন্মথগী কান্নবা থবক, অমা চংলুবগুম, থুদক্তা ফাওবিরকখি উহনবীখি ।১০।

স্ফুরৎকিরীটকেয়ূরকুণ্ডলাঙ্গদভূষণম্ ।
স্নিগ্ধামলসুগন্ধাঢ্যং নীলকুঞ্চিতকুন্তলম্ ॥১১॥
আগতং বীক্ষ্য যুগপৎ তন্নুত্যন্ব্রজাঙ্গনাঃ ।
তন্মাত্রানিচয়ং দৃষ্ট্বা যথা জ্ঞানেন্দ্রিয়াণি চ ॥১২॥
হরির্ননর্ত্ত তন্মধ্যে বংশীবাদনতৎপরঃ ।
রাধয়া সহিতো রাজন্ যথা রত্যা রতীশ্বরঃ ॥১৩॥
যাবত্যো গোপিকাঃ সর্ব্বাস্তাবদ্রূপধরো হরিঃ ।
গচ্ছংস্তাভির্ব্রজে রেমে স্বাবস্থাভির্মনো যথা ॥১৪॥
বনোদ্দেশে স্থিতং কৃষ্ণং গতদুঃখা ব্রজাঙ্গনাঃ ।
কৃতাঞ্জলিপুটা উচুর্গিরা গদগদয়া হরিম্ ॥১৫॥

---

যুইমা মঙাল থোক্লবা লুহুপ, তাল, কুণ্ডল নাইন, পাম্বোমফাবীন-চিংবা হকচাংগী লৈতেং খিবিক্লা হকচাংদা লৈতেংলবা, অমকপা লৈত্রবা, থোৎলবা, মনম হুংশিরবা শংলৈননা যুববা, খোই-খোইবা শমজোইনা ওইবা শ্রীকৃষ্ণনি ।১১।

ইবুঙো মানা লেংলকপবু উরবদা অতুক য়াম্না ব্রজগী নুপীশিংদো, শব্দনচিংবা অপিকপা ভূতশিংবু উবগা জ্ঞান ইন্দ্রিয়না মহৌশানা তৌব-গুম, (থরাঘ যাওব্রবা হকচাংদা থরাযনা অমুক লাকপগুম) চপ মান্নবা হৌগত্তনা লেপখি ।১২।

হে নিংথৌ, কামদেব কৌবা লাইনা মহাক্কী নুপী রতি কৌবীদা শোয়ননা শান্নবগুম, গোপীশিংদুগী মরক্তা শ্রীরাধাগা লোয়নববা শ্রীহরি কৃষ্ণদো বংশী খোংল-খোংলদুনা নিংথিনা জগোই শাখি ।১৩

অতুক য়াম্বী গোপীশিংগী মাগী মাগী মপুকনিংনা নিংলি-নিংলিবা কিক্কম মওং মতৌনচিংবদুগী মতুং ইন্না, মা মানা পাম্বত্তু থুংহনবীদুনা, অতক্কী মথৈ ওইবী গোপীশিংদুগা মান্নবা মশীংগী মশক লৌবীদুনা শ্রীহরি কৃষ্ণনা ব্রজদা শান্নখি ।১৪।

বন মমুংদা (উমংদা) শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা লৈদবীরব্বদা ব্রজগোপী

গোপ্য ঊচুঃ

ক্ব গতস্ত্বং বদ হরে ত্যক্ত্বা গোপীগণং মহান্ ।

সর্ব্বং জগত্তৃণীকৃত্য ত্বৎপাদে প্রাপ্তমানসম্ ॥১৬॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

হে গোপ্যঃ পুষ্করদ্বীপে হংসো নাম মহামুনিঃ ।

সমুদ্রে দধিমণ্ডোদে তত্যাপান্তর্গতস্তপঃ ॥১৭॥

চকারাহৈতুকীং ভক্তিং মম ধ্যানপরায়ণঃ ।

ব্যতীতং তস্য তপতো গোপ্যো মন্বন্তরদ্বয়ম্ ॥১৮॥

তমদ্যৈবাগ্রসন্মৎস্যো যোজনার্দ্ধবপুর্ধরঃ ।

তন্নির্জ্জগার পৌণ্ড্রস্তু মৎস্যরূপধরোঽসুরঃ ॥১৯॥

---

খিবিক্লা ৱাবগা পুম্নমক কোকপ্রতুনা, মথুৎ লোম্নতুনা মতেক মতেক ৎইবা ৱাহৈনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জরকই ।১৫।

গোপীশিংনা হায় — হে কৃষ্ণ, নহাক্না অহুক যাম্বী গোপীশিংবু থাদোক্লম্লতুনা মফম কদাইদা চৎপিক্লবিবনো ভাকপিযু, নংগী নখোং থম্বালবু ফংজবসিদা, জগৎ পুম্নমক অসিবু নাপীগুম খঙ্গবনী (নহাক্তনা অথোইবনি খঙ্গবনী) ঐখোয়নি ।১৬।

শ্রীভগবান্না হায — হে গোপীশা, পুষ্কর হাযনা কৌবা দ্বীপতা (ঈথৎ= ঈশিংনা কোইশিনবা লমদা) দধিমণ্ডোদ হাযনা খংনবা শঙ্গোম অফম্বগী সমুদ্র মনুংদা, হংস কৌবা মহামুনিনা মতম কুইনা তপ তৌতুনা লৈরকলি ।১৭।

মুনি অসিনা মশাগী করিগুম্বা অপাম্বা অমত্তা যাওদনা ভক্তিনা মাং ওইননা, ঐবু নিংজবতনা মথৌ ওইরকলিবসি মন্বন্তর অনি (স্বরাবেন অনিনা পানবা মতম) লোইশিল্লরুবনি ।১৮।

ঙসি অসি যোজন তঙ্খাই অমা শাংবা (পুং ২৪ না শাবা পুংদা পুং ১॥ শাংবা) ঙা অমনা মুনি অদুবু যোৎশিনখ্রে, পৌণ্ড্র কৌবা ঙাগী মশক লৌবা হিংচাবা অমনা মুনি য়োৎলিবা ঙা অদুবু অমুক্তম্ন য়োৎশিনখ্রে ।১৯।

এবং সম্প্রাপ্তকষ্টস্য হংসস্যাপি মুনেরহম্ ।
গত্বাথ শীঘ্রেণ তয়োঃ শিরশ্ছিত্বারিণা মুনিম্ ॥২০॥
মোচয়িত্বাথ গতবান্ শ্বেতদ্বীপে ব্রজাঙ্গনাঃ ।
ক্ষীরাব্ধৌ শেষপর্য্যঙ্কে শয়নন্তু ময়া কৃতম্ ॥২১॥
দুঃখিতা ভবতীর্জ্ঞাত্বা নিদ্রাং ত্যক্ত্বা ততঃ প্রিয়াঃ ।
সহসা ভক্তবশ্যোঽহং পুনরাগতবানিহ ॥২২॥
জানন্তি সন্তঃ সমদর্শিনো যে
দান্তা মহান্তঃ কিল নৈরপেক্ষ্যাঃ ।
তে নৈরপেক্ষং পরমং সুখং মে
জ্ঞানেন্দ্রিয়াদীনি যথা রসাদীন্ ॥২৩॥

---

হে ব্রজগী ফজনীশা, অসুন্না অরাবা ফংলব। হংস কৌবা মুনিবু কন্ন-বগীদমক ঐনা য়াম্না থুনা চৎলনা, ভানে হিংচাবনে অনিবু ঐগী চক্রনা মঙক কক্তুনা অবাবদগী কোকহল্লবা তুংদা, শ্বেতদ্বীপ্তা লাক্তুনা শঙ্গোম অনৌবগী সমুদ্রদা, শেষ (অনন্ত) গী শয্যাদা ভাইহাক্তুং হিপ্তুনা তুমদুনা পোথাখি ।২০'২১।

অদুদগীদি হে চান্নবীশা, ন'খায় পুন্নমক্কী অরাবা ওইবে হায়বা খংলদুনা, খুদক্তা তুম্বা হিপ্পা থা'দোক্তুনা মহৌশানা ইনাই ভক্তনা খুদুম চনবা ওইবনা মকমশিদা হৌজিক থুনমক অমুক লাকলিবসিনি ।২২।

জ্ঞান ইন্দ্রিয়নচিংবনা মহাও (বস) নচিংববু খংই-লৌই, অদুগুম্না, মতিক চাওবা ইন্দ্রিয় খুদুম চল্লবা পুন্নমক্তা চপ-মান্নবা উববা সাধুশিংনা, অতোপ্পা বিষয় অমদা থোইনা হকচিন্না আশা থম্মদনা, মথৌদা পুকনিং চংবনা থোইদোক্তা সুভাইবনি খংই, অদুগুম্না ঐহাকসু নখোইগী ননাক্তা লাকলিবসিনি ।২৩॥

গোপীশিংনা হায় — হে মাধব ইবুঙো নহাক্না ক্ষীরদ সাগরদা (শঙ্গোম অনৌবগী সমুদ্রদা) শেষনাগ হায়বা খংনবা অনন্ত কৌবা লিনগী শয্যাদা লৈদুনা লৌবিরিবা শক্তমদো, ইবুঙো নংনা চানবীরবদি

গোপ্য ঊচুঃ ।

ক্ষীরাব্ধৌ শেষপর্য্যঙ্কে যদ্রূপঞ্চ ত্বয়া ধৃতম্ ।

তদ্রূপদর্শনং দেহি যদি প্রীতোঽসি মাধবঃ ॥২৪॥

নারদ উবাচ ।

তথাস্তু চোক্ত্বা ভগবান্ গোপীবৃন্দস্য পশ্যতঃ ।

দধারাষ্টভুজং রূপং শ্রীরাধারমমেব চ ॥২৫॥

তত্র ক্ষীরসমুদ্রো ভূৎকল্লোলকল্লোলমণ্ডিতঃ ।

দিব্যানি রত্নসৌধানি বভুবুর্মণ্ডলানি চ ॥২৬॥

তত্র শেষো বিসশ্বেতঃ কুণ্ডলীভূত সংস্থিতঃ ।

বালার্কমৌলিসাহস্রফণাছত্রবিরাজিতঃ ॥২৭॥

তস্মিন্ বৈ শেষপর্য্যঙ্কে সুখং সুষ্বাপ মাধবঃ ।

তস্য শ্রীরূপিণী রাধা পাদসেবাং চকার হ ॥২৮॥

---

ঐখোয়দা উহনবীয়ু নিজরি ।২৪॥

নারদনা হায — "মতুমক ওইবশনু" হাযবহুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপী মপৈগী মমাংদা মিৎনা উনা উনা, পাম্বোম নিপান পানবা শ্রীনা-রায়নগী মশক অমদি শ্রীরাধাগী ওইবা লক্ষ্মীগী শকলোনবুসু ওইখি ।২৫।

মফম অদুদা ঈথক ঈপোম খিবিক্লা লৈতেংলবা, মঙ্গলগী মশক ওইববা, মকুবা মণি-মুক্তানা তিল্লবা শঙ্গোম অনৌবগী সমুদ্র হায়বদু ওইখি ।২৬।

মতুদা শেষ (অনন্ত) কৌবা লিন নিংথৌনা থম্বৌ মশিংগুম, ডৌরবা লংগুম্বা মচু ওইবা, কৈদী কোন্দুনা লৈরিবা, থোক্লকপদা ভাইরিবা মেংলবা নুমিৎকী মঙালগুম, মতোক লিশিং পানবা মকোক্লা ছত্রগুম্না থম্লদুনা ভানখি ।২৭।

অদুগুম্ববা অনন্তগী শয্যা মথক অদুমক্তদা মাধব কৃষ্ণনা নুঙাইনা তুম-দুনা লৈখি, ইবুঙো মাগী রাধা কৌবী ইবেম্মা লক্ষ্মীগী মশক লৌরদুনা ইবুঙোগী চরণ থম্বালবু খোগন তৌখি ।২৮।

তদ্রূপং সুন্দরং দৃষ্ট্বা কোটিমার্ত্তণ্ড সন্নিভম্ ।
নত্বা গোপীগণাঃ সর্ব্বে বিস্ময়ং পরমং গতাঃ ॥২৯॥
গোপীভ্যো দর্শনং দত্তং যত্র কৃষ্ণেন মৈথিল ।
তত্র ক্ষেত্রং মহাপুণ্যং জাতং পাপপ্রনাশনম্ ॥৩০॥
অথ গোপীগণৈঃ সার্দ্ধং যমুনামেত্য মাধবঃ ।
কালিন্দীজলবেগেষু কলাকেলিং চকার হ ॥৩১॥
রাধাকরাল্লক্ষদলং পদ্মং নীত্বাম্বরং তথা ।
ধাবন্ জলেষু গতবান্ প্রহসন্ মাধবঃ স্বয়ম্ ॥৩২॥
রাধা হরেঃ পীতপটং বংশীবেত্রং স্ফুরৎপ্রভম্ ।
গৃহীত্বা প্রহসন্তী সা গচ্ছন্তী যমুনাজলে । ৩৩॥

---

নুমিং কোটিগী মঙালনা ঙানবগুম্লবা মবুঙোগী নিংথৱবা শকক উববগা, গোপী পুম্নমক্না থোইদাক্না অংকপগা লোইননা নকোক নোন্না খুকনজখি ।২৯।

হে বতলাশ্ব নিংথৌ, গোপীশিংগীদমক মবুঙো কৃষ্ণনা শ্রীনাবাযনগী মশক ওইনা উহনবীখিবা মফম অদু, মহাপুণ্যগী মশক ওইব, পাপ পুম্নমকপু মাংহনবা শেংলবা মফম অমা হাযবদু ওইখ্রে ।৩০।

অসিগী তুংদা মাধব কৃষ্ণনা গোপী বাংলুপ লোয়ননা যমুনা তুরেল তান্না লাক্লনা, কালিন্দী যমুনাগী ঈচেল কল্লবা ঈশিংদা শান্নকুম্মে "জল-কেলিবু" চৌখ ।৩১।

থম্বাল মনা লখা অমা পানবা অমদি ইন্নফিবু ঈবম্মা রাধাগী খুত্তগী নমতুনা লৌবগা নোন্না নোন্না শ্রীকৃষ্ণনা কল্লবা যমুনাগী ঈচলদা চেন্না-চেন্না চংখি ॥৩২।

ইবেম্মা রাধানস্থ ইবুঙোগী লংলবা ফজ্ববা সনাফিগে ইন্নফি অমদি বাশীগা কোন্ননা শঙ্গেনচৈবু লৌরগা নোক্না নোক্না যমুনাগী ঈশিংতুদা কোযচং চংখি ।৩৩।

পুকচেল চাওববা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা বংশী পীনবীযু হাযজখি

বংশীং দেহীতি বদতঃ শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ ।
রাধা জগাদ কমলং বাসো দেহীতি মাধব ॥৩৪॥
কৃষ্ণো দদৌ রাধিকায়ৈ পদ্মমম্বরমেব চ ।
রাধা দদৌ পীতপটং শ্রেষ্ঠং বংশীং মহাত্মনে ॥৩৫॥
অথ কৃষ্ণঃ কলং দাম্নঃ মালামাজানুলম্বিতাম্ ।
বৈজয়ন্তীমাদধানঃ শ্রীভাণ্ডীরং জগাম হ ॥৩৬॥
প্রিয়ায়াস্তত্র শৃঙ্গারং চকার কুশলেশ্বরঃ ।
পত্রাবলীযাবকাদ্যৈঃ পুষ্পৈঃ কজ্জলকুঙ্কুমৈঃ ॥৩৭॥
চন্দনাগুরুকস্তূরীকেশরাদ্যৈর্হরের্মুখে ।
পত্রং চকার শৃঙ্গারে মনোজ্ঞং কীর্তিনন্দিনী ॥৩৮॥

---

অদুগুম্না শ্রীরাধানসু হে মাধব ঐগী থম্বাল অমদি ইন্নফিবু পীনর্বীয়ু হায়না হায়জখি ॥৩৪।

শ্রীকৃষ্ণনসু রাধিদাদা থম্বাল অমদি ইন্নফিবু পীনবীরে, শ্রীরাধানসু পুকচেল চাওববা মবুঙোদা বংশী, শঙ্খেনচৈ অমদি সনাফিগে ইন্নফিবু কংচখ্রে ।৩৫।

অসিগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা বৈজয়ন্তী কৌবা লৈপরেং খুকউ নখা যাওবা চোম্না থোল্লহুনা, মিববা খোঞ্জেলনা বংশীখোংল-খোংলহুনা শ্রীভাণ্ডীর বন তম্না চৎখি ।৩৬।

ভাণ্ডীর বন অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা যাবকচিংবনা, লৈ খিবিক্লা, কজ্জলনা, কুঙ্কুম চন্দনচিংবনা হৈশিংবগা লোয়ননা পত্রাবলী কৌরা উন্না মওং মাম্না মাম্না য়েকপা থোৎপনচিংবা তৌহুনা, চান্নবী রাধাগী লৈতেং (শৃঙ্গার) বু তৌখি শেম্‌-শাখি ।৩৭।

শ্রীরাধানসু মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংদা যাচন্দন, অগুরু কস্তুরী কেসরনচিংবনা মবুঙোগী লৈতেং ওইনবা পুকনিংহুনা মজরবা, উন্না মাম্না য়েক-থোৎপনচিংবা লৈতেংবু তৌখি ।৩৮।

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং শ্রীবৃন্দাবনখণ্ডে রাসক্রীড়া নাম দ্বাবিংশোঽধ্যায়ঃ ।

* * *

# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (O) ঃ—

নারদ উবাচ ।

অথ কৃষ্ণো গোপিকাভির্লোহজঙ্ঘবনং যযৌ ।
বসন্তমাধবীভিশ্চ লতাভিঃ সঙ্কুলং নৃপ ।।১।।
তৎপুষ্পদামনিচয়ৈঃ স্ফুরৎসৌগন্ধিশালিভিঃ ।
সর্ব্বাসাং হরিণা তত্র কবর্য্যো গুম্ফিতাস্ততঃ ।।২।।

---

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুনিগী রাবীদা বৃন্দাবন খণ্ডগী মনুংদা রাসলীলা বৌবা কুন্নিথোইশুবা অধ্যায় লোইবে ।

* * *

### ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ

নারদনা হায় ঃ— হে নিংথৌ, মতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা লোহজঙ্ঘ কৌবা বন তম্মা চংখি, বন অদুমক্তি বাসন্তি অমদি মাধবীলতা কৌবী উরীশিংনা থন্না হৌবা উমংনি ।১।

ফুইনা মুংশিনবা মনম চেন্নবা অদুগুম্বা লৈগী পরেং মপৈনা যেংনা শেম্নবী, অয়াম্বী গোপীশিংগী শমুলবু শ্রীকৃষ্ণনা শেম্বীখি, মতুমতুনমু মক্কমতুদা মুংশিবা মনম থিবিক্কা শন্দোকখি ।।২।

লৈনমতু তাবদা খোইমুশিংনা তংবগী থোক্কলকপা অমদি নামিবা

ভ্রমরধ্বনিসংযুক্তে সুগন্ধানিলবাসিতে ।
কালিন্দীনিকটে কৃষ্ণো বিচচার প্রিয়ান্বিতঃ ।।৩।।
করিল্লৈঃ পীলুভিঃ শ্যামৈস্তালৈশ্চ সঙ্কুলদ্রুমৈঃ ।
মহাপুণ্যবনং কৃষ্ণো যযৌ রাসেশ্বরো হরিঃ ।।৪।।
তত্র রাসং সমারেভে রাসেশ্বর্য্যা সমন্বিতঃ ।
গীয়মানাশ্চ গোপীভিরপ্সরোভিঃ স্বরাড়িব ।।৫।।
তত্র চিত্রমভূদ্রাজন. শৃণু ত্বং তন্মুখান্মম ।
শঙ্খচূড়ো নাম যক্ষো ধনদানুচরো বলী ।।৬।।
ভূতলে তৎসমো নাস্তি গদাযুদ্ধবিশারদঃ ।
মন্মুখাদৌগ্রসেনেশ্চ বলং শ্রুত্বা মহোৎকটম. ।।৭।।

---

মলযা গুংশিংনা গুংশিববা লৈনম পুবতুনা লিবি লিবি শিংলিবা, কালিন্দী (যমুনা) তু'রলগী মপান্দা শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবী রাধাগা লোইননা কোইনা-কোইনা চৎখি ।৩।

করিল্ল, পীলু, তমাল অমদি কোনা পাম্বীনচিংবা উবী উপালনা থন্না হৌববা মহাপুণ্য ওইববা বনসিং অদুদা রাস লীলাগী মবুঙো, হরি ওইবা কৃষ্ণনা চৎখি ।৪।

শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলাগী মবম্মা রাসেশ্বরীগা লোইননা মফমদুদা রাসলীলাবু শান্নখি, গোপীশিংনসু ঈশৈ শক-শোনখি, মতুনক্তি অপ্সরাশিংগা লোইননবা লাইনিংথৌ স্বরাজেলগী মতোঙুনখি ।৫।

হে নিংথৌ, মফমদুদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি, মদু ঐগী চিন্দগী তাবো, কুবেরগী মনাই ওইবা শঙ্খচুড কৌবা (যক্ষ) হিংচাবা অমা লৈরমই ।৬।

মহাক অদু গদাগী লান্দা হৈ-শিংলবনি, পৃথিবীসিদা মাগা মান্নবা অমা লৈবমদে, ঐগী ইচিন্দগী উগ্রসেনগী মচানুপা যান্না পাঙ্গল্লবা কংসগী রাবু তাবগা, মপাঙ্গল মথৌনা লৈববা যক্ষ লুচিংবসিনা যোং মন লক্ষ অমগী চাং লৈবা চাওরবা গদা অমা পুরদুনা, মশাগী লৈফমদগী (মথুরাদগী)

লক্ষভারময়ীং গুর্বীং গদামাদায় বজ্ররাট্ ।
স্বসকাশান্মধুপুরীরাজেন্দ্রো চণ্ডবিক্রমঃ ।।৮।।
সভায়ামাস্থিতং প্রাহ কংসং মত্তা মদোদ্ধতঃ ।
গদাযুদ্ধং দেহি মহ্যং ত্রৈলোক্যবিজয়ী ভবান্ ।।৯।।
অহং দাসো ভবেয়ং তে ভবাংশ্চ বিজয়ী যদি ।
অহং জয়ী চেদ্ভবতো দাসং শীঘ্রং করোম্যহম্ ।।১০।।
তথাস্তু চোক্ত্বা কংসস্তু গৃহীত্বা মহতীং গদাম্ ।
শঙ্খচূড়েন যুযুধে যুদ্ধভূমৌ বিলোহরাট্ ।।১১।।
তয়োশ্চ গদয়া যুদ্ধং ঘোররূপং বভূব হ ।
তাড়নাচ্চট্‌চটাশব্দং কালমেঘতড়িদ্ধ্বনিঃ ।।১২।।
শুশুভাতে রঙ্গমধ্যে মল্লৌ নাট্যে নটাবিব ।
ইভেন্দ্রাবিব দীর্ঘাঙ্গৌ মৃগেন্দ্রাবিহ চোদ্ভটৌ ।।১৩।।

---

মথুরাপুব ভাম্বা লাকখি ।৭।৮।

লাপল রাংলবা শঙ্খচূড়না সভাদা লৈখিবা কংসবু থুকল্লগা হায়বকই, ইবুঙো নহাক্তি মরোল অহম অসিবু জয় তৌরবনি, অতুনা ঐগা লোয়ননা গদাগী লান তৌবস্থ পীনবীয়ু ।৯।

ঐবু অদোম্না ভগীবগদি, ঐনা অদোমগী মীনাই ওইনা লৈজগনি, কবি ওম্বা ঐনা ওমজবা থোক্লগনা থুনমক অদোমবু ঐগী ইনাই' ওইহল্লগে (হায়বদি ইনাই ওইবীয়ু) ।১০।

হে বিদেহ লৈশাক্তী নিংথৌ, "মতুমক ওইবসু" অঙ্গুম্না হায়বতুনা কংস নিংথৌনু চাওরবা গদা অমা লৌবগা যদভূমি (কাংজৈবু)দা থোক্লতুনা শঙ্খচূড়গা লোয়নমা লাম তৌখি'।১১।

মখোয় অনিগী গদাগী লান অদো থোইদোক্লা অকিবগী মশক ওইখ্র, নৈমন-কুমবকপগী চট্‌-চট্‌, হায়গা খোঙ্গ্রেলমা, মাইকৈ পুম্নমক নোংনা কুপশিন্নবদা মোংথাংগী খোঙ্গেলগুম্বা অঙ্কিবা কংখি ।১২।

লানকম ময়াইতুদা মল্ল হৈবা অনিনা লীলাদা জগোই হৈবা অগ্নিগী

দ্বয়োশ্চ যুধ্যতো রাজন্, পদাস্ফালনপীড়য়া ।
বিস্ফুলিঙ্গান্ ক্ষরন্তৌ দ্বে পদে চূর্ণীবভূবতুঃ ॥১৪॥
কংসঃ প্রকুপিতং যক্ষং মুষ্টিনাভিজঘান হ ।
শঙ্খচূড়োঽপি তং কংসং মুষ্টিনা তং ততাড় চ ॥১৫॥
মুষ্টা মুষ্টি তয়োরাসীদ্দিনানাং সপ্তবিংশতিম্ ।
দ্বয়োরক্ষীণবলয়োর্বিস্ময়ং গতয়োস্ততঃ ॥১৬॥
শঙ্খচূড়ং সংগৃহীত্বা কংসো দৈত্যাধিপো বলী ।
বলাচ্চিক্ষেপ সহসা ব্যোম্নি তং শতযোজনম্ ॥১৭॥
শঙ্খচূড়ঃ প্রপতিতঃ কিঞ্চিদ্ব্যাকুলমানসঃ ।
কংসং গৃহীত্বা নভসি চিক্ষেপাযুতযোজনম্ ॥১৮॥

---

মতৌগুম বাং-চাওববা হকচাং ওইবা শল্লুপ পুবা শামু অনিগুম, মথৌনা মপাঙ্গল করবা নোংশা অনিগী মতৌগুম নিংথিজখ্রে ।১৩।

হে নিংথৌ, মহৈ মহৈ অমমা অমবু ভমনিংলবা লানকমতুদা, গদা অনি য়ৈন-ফুনবদগী থেঙ্গায়নবদগী থোক্লকপা মৈরোক্পা চায়না চায়না তানখি, অসুম্না ফুনবনা গদা অনিদো শিংকুপ শানা মাংহনখি ।১৪।

থোইদোক্না শাওববা কংসনা যক্ষদুদা খুত্‌ম্না কম্না থাখি, শঙ্খচূড় যক্ষনসু কংসদা মাগী খুত্‌ম্না কম্না ওখি ।১৫।

মখোয় অনিনা খুৎলাই য়াওদনা খুত্‌মগা খুত্‌মগা শোক্নবা লান অহু হুমিৎ কুন্তরেৎনি ওজিল্লকলে অদুবু মখোয় অনিমক মপাঙ্গল ময়েং ইতা তানদবগী মতৌদুদা মখোয় অনিমক মহৈ মহৈ ঙক্লখি ।১৬।

মপাঙ্গল কল্লবা হিংচাবা নিংথৌ কংসনা খুদক্তা শঙ্খচূড়বু মখুৎনা চেকশিন্না পায়রগা য়ুথক চামগী প্রায় বাংনা অতিয়া মথক তম্না মপাঙ্গল থোক্না লংখি ।১৭।

লৈপাক্তা তারক্লবা, থজিক্কং অবাবা ফংলবা পুকনিং ওইরবা শঙ্খচূড় কৌবা যক্ষনা, কংসবু অমুক মখুৎনা চেৎনা পায়রগা অতিয়া তম্না য়ুথক অযুত অমা লাপ্না লংখি ।১৮।

আকাশাৎ পতিতঃ কংসঃ কিঞ্চিদ্ব্যাকুলমানসঃ ।
যক্ষং গৃহীত্বা সহসা পাতয়ামাস ভূতলে ॥১৯॥
শঙ্খচূড়স্তং গৃহীত্বা প্রোথয়ামাস ভূতলে ।
এবং যুদ্ধে সম্প্রবৃত্তে চকম্পে ভূমিমণ্ডলম্ ॥২০॥
মুনীন্দ্র সর্ব্ববিৎ সাক্ষাদ্‌গর্গাচার্য্যঃ সমাগতঃ ।
রঙ্গেষু বন্দিতস্তাভ্যাং কংসং প্রাহোর্জয়া গিরা ॥২১॥

শ্রীগর্গ উবাচ ।

যুদ্ধং মা কুরু রাজেন্দ্র বিফলোঽয়ং রণোঽত্র বৈ ।
ত্বৎসমানো হ্যয়ং বীরঃ শঙ্খচূড়ো মহাবলঃ ॥২২॥
তব মুষ্টিপ্রহারেণ ভূশমৈরাবতো গজঃ ।
জানুভ্যাং ধরণীং স্পৃষ্ট্বা কশ্মলং পরমং যযৌ ॥২৩॥

---

অতিয়াদগী তাবক্লবা, মপুকনিংদা খজিক্তং অরাবা ফংলবা কংসনা হৌগংলগা থুননক শঙ্খচুড যক্ষবু ফাদুনা লৈপাকথক্তা ইনথুখি ।১৯।

শঙ্খচুড কৌবা যক্ষনস্থ কংসবু ফাদুনা লৈমাইথক্তা নমথুখি, অস্তুন্না মহৈ মহৈ শোক্লরকপা, অকন্নবা অনিনা থেংনরকপা লাল আসদা পৃথ্বি-মণ্ডল অসি থক-থক নিকখি ।২০।

খুদক অতুমক্তদা পুম্নমক থংলবা মুনি অথোইবা গর্গাচার্য্যনা মফমদুদা ল'ক্লবদা, লাল শোক্লদুনা লৈরমলিবা মথোয় অনিমক্লা মুনিবু খুরুম্নবদা কংস য়েংলদুনা নিংথিরা ফজবা বাহৈ বাতানা হায়রকখি ।২১।

শ্রীগর্গাচার্য্যনা হায় :— হে নিংথৌরেল লাল শোক্লবগন্থ, নখোয় অনিনা শোক্লরিবা লাল অসি ফল লৈররোই, হায়বদি মপাঙ্গল কল্লবা শঙ্খচুড অসিসু কংস নংগা চপ মান্ননা কনবা অমনি (অদুনা নখোয় অনি ভমররোই) লাল লেপলো ।২২।

কংস নংগী খত্তুম্না গুবদা অথোইবা ঐরাবত কৌবা শামুনা, মথুকউ অনিনা পৃথিবীদা কুপ্তদুনা থোইদোক্লা অবাবা থাঙ্ক্রিবনি ।২৩।

অতোপ্পা হিংচাবা কয়ানসু মপাঙ্গল ফন-কন্দুনসু নংগী খত্তুম্না গুলদা

অন্যোঽপি বলিনো দেত্যা মুষ্টিনাস্তে স্মৃতিং গতাঃ ।
শঙ্খচূড়ো ন পতিতঃ সন্দেহো নাস্তি তত্র হ ॥২৪॥
পরিপূর্ণতমো যো বৈ সোঽপি তস্য ঘাতয়িষ্যতি ।
তথৈনং শঙ্খচূড়াখ্যং শিবস্যাপি বরোর্জ্জিতম্ ॥২৫॥
তস্মাৎ প্রেম প্রকর্তব্যং শঙ্খচূড়ে যদূদ্বহ ।
যক্ষরাট্ চ ত্বয়া কংসে কর্তব্যং প্রেম নিশ্চিতম্ ॥২৬॥

নারদ উবাচ ।

গর্গেণোক্তৌ তদা তৌ দ্বৌ মিলিত্বাথ পরস্পরম্ ।
পরমাং চক্রতুঃ প্রীতিং শঙ্খচূড়যদূদ্বহৌ ॥২৭॥
অথ কংসমনুজ্ঞাপ্য গৃহং গন্তুং সমুদ্যতঃ ।
গচ্ছন্মার্গেঽশৃণোদ্রাত্রৌ রাসগানং মনোহরম্ ॥২৮॥

---

শিনখিবা ওাক্তনি অহুব্ শঙ্খচুড় অমিদি তুবা ফাওবা তুদ্রি, তুম্ব তুববোই, ম'সিদা চিংনরুবগনু মতুগী মবম হাযগে তারো ।২৪॥

মহাদেবগী বব কংঙখবা অকনবা শঙ্খচুড হাযনা থংবনা মহাকপু অমদি কংস কৌবা নহাকপুনু, চংখোন্না মপুং ফাববা ভগবান ওইবা মহাক্তনা মাংহনগনি, অতৈ অননা নখোয অনিবু মাংহনদা ওমশোষ্ট খংউ ।২৫।

মবম অসিনা হে যত্ত শাগৈদা পোক্রবা কংস মিংথৌ, শঙ্খচুড অসিদা য়োনা চান্নবগী নুংশিবদো থমগদবনি, যক্ষ মিংথৌ নহাক্তনু কংসগী মথমদা মরুপ ওইবগী অথেম্না নুংশিবদো থমগদবনি ।২৬॥

গর্গাচার্যানা অগুম্না হায়রবদা কংস অমদি শঙ্খচুড অনিথো, মতৈ-মতৈ তিননুনা মথোয অনিমক অমসা অমগা থোইদোক্না অপেনবা নুংশিনবা হাববত্থু ওইখ্রে ॥২৭।

অনিগী তুংদা শঙ্খচুডনা মযুমদা হন্নগীদমক থোরং ৎ ত্তৌবহুনা কংসদগী যাথং লৌবগা লম্বেলদা চথনা চৎলা অহিংদা পুকনিং হনবা, রাসলীলাগী নুংশিববা ইশৈবু তাখি ।২৮।

তালশব্দানুসারেণ সম্প্রাপ্তো রাসমণ্ডলে ।
রাসেশ্বর্য্যা সমং রাসে[illegible]শ্বরং হরিম্ ।।২৯।।
শ্রীরাধা[illegible]বাহুং
স্বচ্ছন্দ[illegible]ভিন্‌ম্ ।
বংশীধরং সুন্দরমন্দহাসং
ভ্রূমণ্ডলৈর্মোহিতকামরাশিম্ ।।৩০।।
ব্রজাঙ্গনাযূথপতিং ব্রজেশ্বরং
সুসেবিতং চামরছত্রকোটিভিঃ ।
বিজ্ঞায় কৃষ্ণং হ্যতিকোমলং শিশুং
গোপীং সমাহৃত্য বলং মনোঽকরোৎ ।।৩১।।

বহুলাশ্ব উবাচ —
কিং বভূব ততো রাসে শঙ্খচূড়ে সমাগতে ।
এতন্মে ব্রূহি বিপ্রেন্দ্র ত্বং পরাবরবিত্তমঃ ।।৩২।।

---

শূর, তাল, লয় খোঙ্গেলগী তু ইন্না শকলিবা রাসমণ্ডলগী ঈশে অমাদি শারিবা জগোইনচিংবহু তারে উরে, অমসুং রাসেশ্বরী রাধাগা লোয়নবিবা রাসলীলাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা রাস শান্নকমল্ল লৈবদো উরে ।২৯।

শ্রীরাধাগী লেংবান্দা থমলিবা ওইথংবা পাম্বোম্না ফজবা, মনিংতৌনা কোন্তুক তৌরিবা খোং-য়েৎ, বংশী পায়বা অমদি মোমোন নোকপনা, ফজরবা খোয়খোযবা পিগুনা, গুমহৎলবা কামগী ঈহৌঙ্গম ওইখি ।৩০।

ব্রজগী গোপী মপৈশিংগী মপু ওইবা, ব্রজধামগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু সেকপিন-চামর কোটি-কোটিনা থৌগ ল্লবা, য়েংবদা খোইদোক হেন্দোক্না নৌরিবা অঙাংগুম্বা কৃষ্ণনি করি তৌবা উমলোই খল্লদুন, শঙ্খচূড়না গোপীবু হুদনা পুবগে হায়না মপুকনিংদা খনখি ।৩১।

বহুলাশ্বনা হায় - হে ব্রাহ্মণ অখোইবা, ইবুঙো নহাক্তি মাং-তুংদা ওইবা পুম্নমক খংবনি, অদুনা শঙ্খচূড়না রাস শান্নবিঙৈদা লাক্লগা করি তৌখিবগে মহু এঁডোন্দা হায়বীয়ু ।৩২।

নারদ উবাচ —

ব্যাঘ্রাননং কৃষ্ণবর্ণং তালবৃক্ষসমোচ্ছ্রিতম্ ।
ভয়ঙ্করং ললজ্জিহ্বং দৃষ্ট্বা গোপ্যোঽতিভীতস্ত্রস্তাঃ ॥৩৩॥
দুদ্রুবুঃ সর্ব্বতো গোপ্যো মহান্ কোলাহলোঽভবৎ ।
হাহাকারস্তদেবাসীচ্ছঙ্খচূড়ে সমাগতে ॥৩৪॥
শতচন্দ্রাননা গোপীং গৃহীত্বা যক্ষরাট্ খলঃ ।
দুদ্রাবাশূত্তরামাশাং নিঃশঙ্কঃ কামপীড়িতঃ ॥৩৫॥
রুদন্তীং কৃষ্ণ কৃষ্ণেতি ক্রোশন্তীং ভয়বিহ্বলাম্ ।
তমন্বধাবৎ শ্রীকৃষ্ণ শালহস্তো রুষা দ্রুতম্ ॥৩৬॥
যক্ষো বীক্ষ্য তমায়ান্তং কৃতান্তমিব দুর্জ্জয়ম্ ।
গোপীং ত্যক্ত্বা জীবিতেচ্ছুঃ প্রাদবদ্ভয়বিহ্বলঃ ॥৩৭॥

---

নাবদনা হায— কৈগী মমাই মানবা মশক, কুচ্না মুশিন মুবা, কোনা পাম্বী তরামুক রাংবা, অকিবগী মশক ফংলবা, মবৈ হা হা তৌদুনা উরগা গোপীশিংনা খোইদোক্না থগং-মিপাইনখি ।৩৩।

শঙ্খচূড়না লাকপা উববদা, গোপীশিংনা কিথিবনা হায হায অরাবনি অরাবনি হায়না কোযবাং লাংনখি অমসুং মাইকৈ শনাই থংদনা মাইকৈ পুম্নমক্তা কোযচেন চেন্নখি ।৩৪।

অপাম্বনা নৈহৎলবা ফত্রবা যক্ষলুচিংবা শঙ্খচূডনা, শতচন্দ্রাননা কৌবী গোপীবু ফারগা থুনমক অবাং পাংবা মাইকৈরোমদা। চিংনবা অকিবা লৈতনা চেনখি ।৩৫।

কিখিবদগী থগং-মিপায়রবী তৌফম থংদনা কপ লাওরিবী শতচন্দ্রাননাদো, হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ হায়না লাওজখি, মতু ভাবদা শাওরবা শ্রীকৃষ্ণনা মখুত্তা চীংগু পাম্বী অমা চেৎনা পায়রগা তুংইন্না ভাম্নখি ।৩৬।

অমনা জয় তৌত্তমদ্রবা যমগী মতৌগুম্রবা, মাবু তান্নকলিবা কৃষ্ণবু উরগা, গোপী চন্দ্রাননাবু থাদোক্লগা কিবনা তৌফম থংদ্রবা যক্ষদো, হিংনিংবনা য়াংনা চেনখি ।৩৭।

যত্র যত্র গতো ধাবন্ শঙ্খচূড়ো মহাবলঃ ।
তত্র তত্র গতঃ কৃষ্ণঃ শালহস্তো দ্রুতং রুষা ।।৩৮।।
হিমাচলতটং প্রাপ্তঃ আক্রন্দম্য যক্ষরাট্ ।
তস্থৌ তৎসম্মুখে রাজন্ যুদ্ধকামো বিশেষতঃ ।।৩৯।।
তস্মৈ চিক্ষেপ ভগবান্ শালবৃক্ষং ভুজৌজসা ।
তেন ঘাতেন পতিতো বৃক্ষো বাতহতো যথা ।।৪০।।
পুনরুত্থায় বৈকুণ্ঠং মুষ্টিনা তং জঘান হ ।
জগর্জ্জ সহসা দুষ্টো নাদয়ন্মণ্ডলং দিশাম্ ।।৪১।।
গৃহীত্বা তং হরির্দোর্ভ্যাং ভ্রাময়িত্বা ভুজৌজসা ।
পাতয়ামাস ভূপৃষ্ঠে বাতঃ পদ্মমিবোৎকটম্ ।।৪২।।
শঙ্খচূড়স্তং গৃহীত্বা প্রোথয়ামাস ভূতলে ।
এবং যুদ্ধে সম্প্রবৃত্তে চকম্পে ভূমিমণ্ডলম্ ।।৪৩।।

---

থুত্তা চীংগু পাম্বী চেংনা পাযববা শাগুববা কৃষ্ণনা, শঙ্খচূড কৌবা ফত্রবা যক্ষনা চেনখিহ্নুনা, মানা যৌবা যৌবা মফমদু হান্না কৃষ্ণনা তান্নখি চেনখি ।৩৮।

হে নিংথৌ, যক্ষ অথোইবা শঙ্খচুডনা, হিমালয চীংগী মনাক যৌববদা চেনফম থংলক্রবদা, চীংগু পাম্বী অমা থৌবাং তৌবহ্নুনা লান তৌবগে হাযবা থোইদোকপা ৱাখলগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা লৈবরে ।৩৯।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা পাম্বোম পাঙ্গল অবৈবা থাহ্নুনা চীংগু পাম্বীবু যক্ষবোমদা অংশিনখি, মহ্নুনা থাবদা যক্ষদো মুংশিংনা ফুক্রবা উজাগুঙ্ম লৈমাইথক্তা তাখি ।৪০।

ফত্রবা যক্ষহ্নুনা অমুক হন্না হৌগৎলগা শ্রীকৃষ্ণদা থুহ্মনা কন্না গুথি, থুদক্তুদা মাইকৈ পুন্নমকপু নিলহন্দুনা লাও খোংখি ওংখি ।৪১।

শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণনা পাম্বোম অনিনা চেংনা পাযবগা, পাম্বোম পাঙ্গল থেক্লা কন্না লৈরুবগা, মুংশিংনা থম্বালবু নৈহৎপগুম পৃথি লৈমাইথক্তা কন্না ফুথখি ।৪২।

মুষ্টিনা তচ্ছিরশ্ছিত্ত্বা তস্মাচ্চূড়ামণিং হরিঃ ।
জগ্রাহ মাধবঃ সাক্ষাৎ সুকৃতী শেবধিং যথা ॥৪৪॥
তজ্জ্যোতির্নির্গতং দীর্ঘং দ্যোতয়ন্মণ্ডলং দিশাম্ ।
শ্রীদাম্নি শ্রীকৃষ্ণসখে লীনং জাতং ব্রজে নৃপ ॥৪৫॥
এবং হত্বা শঙ্খচূড়ং ভগবান্ মধুসূদনঃ ।
মণিপাণিঃ পুনঃ শীঘ্রমাযযৌ রাসমণ্ডলম্ ॥৪৬॥
চন্দ্রাননায়ৈ চ মণিং দত্ত্বা তং দীনবৎসলঃ ।
পুনর্গোপীগণৈঃ সার্দ্ধং রাসং চক্রে হরিঃ স্বয়ম্ ॥৪৭॥
ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাসক্রীড়ায়াং শঙ্খচূড়বধো
নাম ত্রয়োবিংশোঽধ্যায়ঃ ।

---

শঙ্খচুডনসু শ্রীকৃষ্ণবু মখুৎনা কারগা পৃথিৱি লৈমাযথক্তা নমথুখি৷ অসুম্না অকনবা লাল তৌনবকপনা পৃথিৱিমণ্ডল অসি থক থক নিকখি ।৪৩।

শংশংবা লক্ষ্মী পতি মাধব শ্রীকৃষ্ণনা খুৎ্ম্না গুত্থনা হাৎলগা, মকোক অত্থু থদংলগা, কনাগুম্বা ধর্ম্মাত্মা ওইবা (ধর্মচেনবা) মীনা লন থুম ফংবগুম যক্কগী মকোক্কগী চূড়ামণি (কোক্কী লৈতেং মনিৱ) লৌখি ।৪৪।

হে নিংথৌ, মহাক্কী হকচাংদগী শাংল-চাওববা মঙাল অমা, মাইকৈ পুম্নমকপু ঙালহন্দুনা থোকলকখি, মহূনা ব্রজধামদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী সখা ওইবা শ্রীদামদা তিনখি ।৪৫।

ভগবান মধুসূদন শ্রীকৃষ্ণনা অত্থুম্না যক্ক লুচিংবা শঙ্খচুডবু হাৎলপা মতুংদগী লৌবা মনিত্থু পুবহূনা অমুক হন্না রাসমণ্ডলদা থুনমক লাকখি ।৪৬।

অতোনববু চানবীবা, শংশংবা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শতচন্দ্রাননাদা মনি অত্থু পীরগা অমুক হন্না গোপীশিংগা লোযননা রাসলীলাবু শান্নখি ॥৪৭।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ৱারীদা, বৃন্দাবন খণ্ডগী রাসলীলাগী মতুংদা
শঙ্খচুড হাৎপা কৌবা কুনহুমদোইতবা অধ্যায লোইরে ।



# বৃন্দাবন - খণ্ডঃ

## চতুর্বিংশোঽধ্যায়ঃ

—: (O) :—

নারদ উবাচ —

অথ গোপীগণৈঃ সার্দ্ধং গতবান্ শ্রীযমুনাতটম্ ।
বিহর্ত্তুমাযযৌ কৃষ্ণো বৃন্দারণ্যং মনোহরম্ ॥১॥
বৃন্দাবনে চৌষধয়ো লীলা জাতা হরের্ব্বরাৎ ।
তাঃ সর্ব্বাশ্চাজ্ঞয়া ভূত্বা মূর্ত্তীভূত্বা সমাযযুঃ ॥২॥
লতাগোপীসমূহৈশ্চ চিত্রবর্ণৈশ্চ মৈথিল ।
রেমে বৃন্দাবনে রাজন্ হরির্বৃন্দাবনেশ্বরঃ ॥৩॥
কলিন্দনন্দিনীতীরে কদম্বাচ্ছাদিতে শুভে ।
ত্রিবিধেন সমীরেণ সর্ব্বতঃ সুরভীকৃতে ॥৪॥

---

নাবদনা হায় — অদুগীতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী খিবিক্কা লোযননা, যমুনা মপালগী ফজবব্ যেংল-য়েংলদুনা, পুকনিং চুরবা বৃন্দাবন্দা শান্নগে হায়বগীদমক লাকখি ।১।

শ্রীবৃন্দাবন্দা হৌরিবী ঔষধি (হিদাক লাংথক্কী পাম্বী) খিবিক্ন, শ্রীহরিগী ববদগী মখোয় পুন্নমক নিংথিবী ফজরা মুশিংগী মশক ওইরদুনা, মখাইগী থুংপু অমা ওইনা লাক্লনা গোপীলক্না তিন্নরে ।২।

হে মিথিলাগী নিংথৌ, উবী জুনাগী মশক ওইবী, মখল মচু খিবিক্না তিন্নবী গোপীগী মপেদো, শ্রীহরি ওইবা বৃন্দাবনগী মবুঙো কৃষ্ণগা লোয়ননা বৃন্দাবন্দা শান্নখি ।৩।

কলিন্দ নিংথৌগী মচানুপী কালিন্দী যমুনাগী মপাল ওইবা ফজববা মফম, কদম্ব পাম্বীশিংগী মথাদা অইংবা-নুংডাইবা, লিরিংবা নামবা, মনম মুংশিবা কোবা মথল অহুম্না তিল্লবা মালংবনা, মাইকৈ পুম্নমকপু মনম মুংশিহনখি ।৪।

বিলসৎপুলিনে রম্যে বংশীবটবিরাজিতে ।
স্থিতোঽভূদ্রাধয়া সার্দ্ধং রাসশ্রমসমন্বিতঃ ॥৫॥
বীণাতালমৃদঙ্গাদি মুরযষ্টিধুতানি চ ।
বাদিত্রাণ্যম্বরে নেদুঃ সুরৈর্গোপীগণৈঃ সহ ॥৬॥
দেবেষু পুষ্পং বর্ষৎসু জয়ধ্বনিযুতেষু চ ।
তোষয়ন্ত্যো হরিং গোপ্যো জগুস্তা রাগ উত্তমম. ॥৭॥
কাশ্চিদ্বৈ মেঘমল্লারং দীপকঞ্চ তথাপরাঃ ।
মালকংসং ভৈরবঞ্চ শ্রীরাগঞ্চ তথৈব চ ॥৮॥
হিন্দোলঞ্চ জগুঃ কাশ্চিদ্রাজন. সপ্তস্বরৈঃ সহ ।
কাশ্চিত্তাসাং প্রমুগ্ধাস্ত কাশ্চিন্মধ্যাঃ স্ত্রিয়ো নৃপ ॥৯॥

---

বংশীবটনা লৈতেংলবা, পুকনিং চুনা ফজববা, যমুনাগী তোর্ব্বানথক্তা, রাসলীলা শান্নবগী চোকথ-হইথববা শ্রীকৃষ্ণদো, রাধাগা লোযননা ফমডুনা পোৎথাম্মিন্নখি ।৫।

বীনা যন্ত্র, তালপুবা, মৃদঙ্গ কৌবা পুং, যষ্টি কৌবা চৈনা যৈবা মুরু কৌবা, পুংনচিংবনস্থু লাইশিংনা অত্তিযাথক্তা যৈবা-থীনবনা নিনখি, গোপী থিবিরুস্থু যৈবা থীনবনা নিনখি ।৬।

গোপীশিংনা ইবুঙো মাগী অথোইবা মিংচৎ খিবিক থাত্তুনা শক-শোনখি, অমস্তুং লাইশিংনস্থু ইবুঙো মাগী জয়ধ্বনি লাওবগা লোয়ননা, লৈ-তনা নোং ওইনা চুহন্দুনা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু পেনইনখি ।৭।

কনাগুম্বী গোপীনা মেঘমল্লার কৌবা রাগবু শকখি, অতুড়া অতোপ্পী কনাগুম্বী অমনস্থু দীপক কৌবা রাগবু, অমস্তুং অতোপ্পী খরনা মালকোষ, ভৈরব, শ্রীরাগবুস্থু শকখি ।৮।

হে নিংথৌ, কনাগুম্বী গোপীনা স্বর (খোম্লাং) তরেৎকা লোইননা হিন্দোল রাগবু শকখি, মখোইশিংগী কনাগুম্বী খরদি মান তৌবা (ওইন-বা) হৈত্তবদগী মরম্লাই কপচগনবীনি, খরনস্থু মম্লাই ওইরগা মান তৌবা (ওইনবা) হৈবী মীতা ওই ।৯।

কাশ্চিৎ প্রৌঢ়াঃ প্রেমপরাঃ শ্রীকৃষ্ণে লগ্নমানসাঃ ।
জারধর্ম্মেণ গোবিন্দং কাশ্চিদ্গোপ্যো ভজন্তি হি ॥১০॥
কাশ্চিৎ শ্রীকৃষ্ণসহিতাঃ কন্দুকক্রীড়নে রতাঃ ।
কাশ্চিৎ পুষ্পৈশ্চ হরিণা ক্রীড়াং চক্রুঃ পরস্পরম্ ॥১১॥
কাশ্চিল্লতাসু ধাবন্ত্যঃ ক্বণন্নূপুরমেখলা ।
কাশ্চিৎ পিবন্তি সততং অলাৎ কৃষ্ণাধরামৃতম্ ॥১২॥
কাশ্চিদ্ভ্রাত্র্যাং শ্রীকৃষ্ণং যোগিনামপি দুর্লভম্ ।
সংগৃহীত্বা প্রহস্যারাচ্চন্দ্রালিঙ্গনং মহৎ ।১৩॥
মনোজ্ঞো যদুরাজা চ গোপীনাং ভগবান্ হরিঃ
কাশ্মীরমুদ্রিতো রেমে বনে বৃন্দাবনেশ্বরঃ ॥১৪॥

---

কনা-কনাগুম্বী গোপী খরনা "প্রৌঢ়া" হায়বদি লুহোংগ্রবী ওইদুনসু শ্রীকৃষ্ণতবু থোইদোকপা প্রেমগা লোয়ননা মপুকনিং অমদি মথৱাই পুম্নমক তিনশিঙ্গববী ওাকনি, কনাগুম্বী গোপী খরনা গোবিন্দবু লোয়া চান্নবনি হাযবা রাখলমা নিংজরিবীশিংনি ।১০।

কনাগুম্বী খরনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নন্না ফিবুল হাবী শান্নবদা মপুকনিং লুপলিবীশিংনি, কনাগুম্বী খরনা শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণগা লোযননা মহৈ মহৈ লৈ থিখিক্কা থিক্কা-চাযরক্তুনা শান্নরিবীশিংনি ।১১।

কন্না কনাগুম্বী গোপীশিংনা উবী-উনালক্কা ক্রেম-চোংবদা পাংদা লৈতেংলিবা খাংশবীক অমঙ্গ খোংদা শিখিবা নূপুর্কী মখোলনা নিল্লি, কনাগুম্বী গোপী খরনসু শ্রীকৃষ্ণকী মাইথোং মচুলগী অমৃৎবু পামজনা (পান্দল থেক্ক্ত) অমৃতবু থকলি ।১২।

যোগীশিংমক্কসু ফংগদ্রবা শ্রীকৃষ্ণবু, কনাগুম্বী গোপীমা লোক্কা নোক্কা ফাবগা পাম্বোম অনিনা কোনশিন্দুনা চেৎনা আলিঙ্গনবু (হকচাংগা হকচাংগা কোনশিন্নববু) তৌখি ।১৩।

বৃন্দাবনগী মবুং-মা- যদু শাগৈগী নিংথৌ, হরি ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী মপুকনিং থংবিদুনা, হকচাংদা কুমুম যাচন্দনচিংবা ভন্দনা

কশ্চিদ্বীণাং বাদয়ন্ত্যঃ সমং বংশীধরেণ বৈ ।
মৃদঙ্গং বাদয়ন্ত্যঃ কা গায়ন্ত্যো ভগবদ্গুণম্‌ ॥১৫॥
কাশ্চিদ্ধি মধুরং তালং তাড়য়ন্ত্যো হরেঃ পুরঃ ।
মুরযষ্টিং সংগৃহীত্বা হরিণা মাধবীতলে ॥১৬॥
গায়ন্ত্যঃ সুস্থিরা ভূমৌ বিস্মৃত্য জগতঃ সুখম্‌ ।
কাশ্চিন্নৃত্যন্ত শ্রীকৃষ্ণস্কন্ধে বাহুং নিধায় চ ॥১৭॥
বৃন্দাবনস্য পশ্যন্ত্যো শোভাং রাজন্নিতস্ততঃ ।
লতাজালৈঃ সম্বলিতং গোপীনাং হারসঞ্চয়ম্‌ ॥১৮॥
পৃথক্‌ চকার গোবিন্দঃ স্পৃষ্ট্বা তাসামুরঃস্থলম্‌ ।
গোপীনাং নাসিকামুক্তাবলীং তৎকৃতবান্ স্বয়ম্‌ ॥১৯॥

---

নৈতেংলদুনা গোপীশিংগা বন্দা শান্নখি ॥১৪।

কনা-কনাগুণী গোপীনা, শ্রীকৃষ্ণনা বাশী খোংলিবদুগা চপ মান্ননা বীনা যন্ত্র খোংই, কনাগুম্বীশিংনা মৃদঙ্গ কৌবা পুং যৈব-য়েরদুনা, মবুঙোগী মগুণ থারদুনা ঈশৈ শকখি ।১৫॥

কনাগুম্বী গোপীনা শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণগী মাংদা নিংথিরবা শূব তালগা লে য়না তান্থা পীরদুনা মুরবষ্টি কৌবা যন্ত্রবু নিংথিনা পাযবদুনা মাধবীলতা কৌবী উবীগী মখাদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা খোংমিন্নখি ॥১৬।

কনাগুম্বীনা উবী-উপাল খিবিক্লা, অমদি শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমদা মপাম্বোম্না কোনশিন্নদুনা, লৈপাকথক্তা নিঙাযদনা ফমদুনা, জগৎকি নুঙাই-বা খিবিকপু ইবাই লায়না কাওখোকখি ।১৭।

হে নিংথৌ, বৃন্দাবনগী নিংথিবা ফজবা খিবিকপু মাইকৈ খুদিং যেংবা যেংনা চৎপনা, গোপীশিংগী লিক-কোন খিবিক অমু উরী বারীশিংনা পনখি ॥১৮।

উরী-বারীদা পুনবা লিকশিংদো শ্রীগোবিন্দনা মখোইগী মশা শোক্লা শোক্লা উবী বাবীদগী লোঁথোকপিখি, গোপীশিংনসু মুক্তা থিল্লবা মশা মশাগী নাসিকানচিংববু মহৈ মহৈ শেমজিন্নখি ।১৯।

---

* মুরুযষ্টি = চৈনা য়েবা পুং। মুরযষ্টি = তান্না তিংদুনা খোংবা যন্ত্র ।

শনৈঃ শনৈঃ গোকুলং তচ্চক্রে শ্রীমন্নন্দনন্দনঃ ।
কৃষ্ণচর্ব্বিততাম্বূলমর্দ্ধং নীত্বাথ গোপিকাঃ ॥২০॥
চর্ব্বয়ন্তি সুসম্প্রাপ্তমহো তাসাং তপো মহৎ ।
কাশ্চিচ্ছ্যামকপোলেষু তাম্বূলেন শনৈঃ শনৈঃ ॥২১॥
হসন্ত্যস্তাড়য়ন্ত্যন্যাঃ কন্দুকৈর্ব্বনজৈঃ পৃথক্ ।
পুংবেষনাম্নিকাঃ কাশ্চিন্মৌলিকুণ্ডলমণ্ডিতাঃ ॥২২॥
নৃত্যন্ত্যঃ কৃষ্ণপুরতঃ শ্রীকৃষ্ণ ইব মৈথিল ।
রাধাবেষধরা গোপ্যঃ শতচন্দ্রাননপ্রভাঃ ॥২৩॥
তোষয়ন্ত্যশ্চ রাধাং তাং তথা রাধাপতিং প্রভুঃ ।
কাশ্চিত্তাঃ সাত্ত্বিকৈর্ভাবৈঃ সংযুক্তাঃ প্রেমবিহ্বলাঃ ॥২৪॥

---

নন্দনিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা অসুম্না তপ্না তপ্না শেম্জিন-শাজিনবীত্ন্না নিংথিবা ফজবা হেনগৎহনবিখি. অদুগী তুংদা গোপী খবনসু শ্রীকৃষ্ণগী অশাযবা পান্নবু তত্থাই অমা লৌত্নমা পুজখি ।২০॥

ওস্থোকপনি, মনম হুংশিন্নবা অশায়বা পাম্নবু ফংজবিবী মখোয়দো কযামুক তপ তৌজখিগবা, কনাগুম্বী গোপীনসু শ্রীকৃষ্ণগী শংবানবা চাযরুং অনিবু থুংশা অনিনা তপ্না তপ্না নাম্নখি ।২১।

মখোয় গোপী খবনা নোক্না নোক্না মপাম্বল থেক্না তোথাই তোথাই চেন্নবদা কদম্ব পাম্বিশিংদা থেংনুবসু যাওই, কনাগুম্বীনসু নুহপ কুণ্ডল নাযিন্নচিংবা নুপাগী ফিজেং লৈহেং ওৌত্না নুপাগী মতৌ মওংগুম ওইখি ।২২॥

অদুগুম্না নুপাগী ফিজেং শেৎলবীদা শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা কৃষ্ণ মুকুন্দা জগোই শাখি, কনাগুম্বী যজবী, থা চামগী মঙালগুম ডানবা নিংথিবী গোপী অমনসু রাধাগী ফিজেং শেৎখি ।২৩।

অদুগুম্বী মখোয় রাধাগী ফিজেৎ অমদি কৃষ্ণগী ফিজেৎ শেৎলিবী-শিংদুনা রাধাগী মবুঙো-ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণ শক্তনা রাধাবু পেন্নহনখি, কনাগুম্বীশিংনা মপুকনিংদা সাত্ত্বিক ভাবনা তিন্নদুনা হুংশবা প্রেম্না

যোগীব চাস্থিতা ভূমৌ পরমানন্দসংপ্লুতাঃ ।
কাশ্চিন্মত্তাশ্চ বৃক্ষেষু ভূম্যাং বৈ বিদিশাসু চ ॥২৫॥
পশ্যন্ত্যঃ শ্রীপতিং দেবং স্মিতমনঃ বা মৌনমাস্থিতাঃ ।
এবং রাসে গোপবধ্বঃ সর্ব্বাঃ পূর্ণমনোরথাঃ ॥২৬॥
বভূবুরেত্য গোবিন্দং সর্ব্বেশং ভক্তবৎসলম্ ।
যৎ প্রসাদস্তু গোপীনাং প্রাপ্তো রাজন্ মহামতে ।
জ্ঞানিনামপি নাস্ত্যেবং কর্ম্মিণাং তু কুতশ্চ সঃ ॥২৭॥২৮॥
এবং শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য হরে রাধাপতেঃ প্রভোঃ ।
রাসে চিত্রং বভূব তচ্ছৃণুষ্ব মহামতে ।
মুনীন্দ্র আসুরির্ণাম শ্রীকৃষ্ণেষ্টো মহাতপাঃ ॥২৯॥

---

লাংতক্নববী ওইখি ।২৪।

কনাগুম্বীনা মপুকনিং য়াম্না নুঙাইবা রাখলহুদা, লাইনিংবা যোগীগুম্না লৈবাক্তা ফম্লহুনা লৈখি, কনাগুম্বীনা উবী-রারী মবক্তা, উপাল রাপাল মবক্তা, লৈবাক্তা মাইকৈনি-নক্তে থংদনা নুঙাইনা লৈখি ।২৫।

মতৌ অসুম্না রাসলীলাদুদা গোপবধুশিং (গোপ মৌশিং) পুম্নমক অতুনা মাগী মাগী মপুকনিংদা নিংলি নিংলিবত্থু থুংনগা লোযননা, লাই ওইবা, লক্ষ্মীগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু থমোইমুংদা মশাগী আত্মানন্দ উজবা ফংলহুনা রাঙাংদনা তুমিন তুমিন লৈনখি ।২৬।

হে পুকচেল চাওববা নিংথৌ, পুম্নমক্কী মবুঙো ওইবা, মনাইভক্তবু চানবীবা শ্রীগোবিন্দবু ফংজবা (শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংজবা) হায়বত্থু ইবুঙোমাগী থৌজাল্লগী ব্রজগোপীগী মফমদা ওইখি, মত্থু জ্ঞানিশিংনস্থু ফংবা ঙমখিদ্রবদা কর্ম্মিশিংনদি (সংসারগী মগুংদা লৈরিবশিংনদি) কমদোনা ফংগদগে ।২৭।২৮।

মতৌ অসুম্না জগৎকি মবুঙো হরি ওইবা রাধাগী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী রাসলীলা শাম্নরিঙৈদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকখি, মত্থদা ওইখিবদো হায়রগে তারো, মত্থমক্তি শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মনাই ওইবা আসুরি কৌবা অথোইবা মুনি অমনা অকনবা তপ তৌরমই ।২৯।

নারদাদ্রৌ তপস্তেপে হরৌ ধ্যানপরায়ণঃ ।
হৃৎপুণ্ডরীকে শ্রীকৃষ্ণং জ্যোতির্মণ্ডলমাশ্রিতম্‌ ॥৩০॥
মনোজ্ঞং রাধয়া সার্দ্ধং নিত্যং ধ্যানে দদর্শ হ ।
একদা ধ্যানমধ্যে তু প্রাপ্তো কৃষ্ণো ন চাগতঃ ॥৩১॥
বারং বারং কৃতং ধ্যানং খিন্নো জাতো মহামুনিঃ ।
ধ্যানাদুত্থায় স মুনিঃ কৃষ্ণদর্শনলালসঃ ॥৩২॥
নারায়ণাশ্রমং প্রাগাদ্‌ বদরীখণ্ডমণ্ডিতম্‌ ।
ন দদর্শ হরিং দেবং নরনারায়ণং মুনিঃ ॥৩৩॥
তদাতিবিস্মিতো বিপ্রো লোকালোকগিরিং যযৌ ।
সহস্রশিরসং দেবং ন দদর্শ স তত্র বৈ ॥৩৪॥

---

অস্তুম্না আসুরি কৌবা মুনি অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু ধ্যান তৌবদা মপুৎনিং লুপশিন্দুনা নারদ কৌবা চীংদা কল্লবা তপ তৌবদুনা, মাগী থমোই থম্বালগী ময়াইদা লৈবা মঙালগী মকোই মমুংদা শ্রীকৃষ্ণবু থমদুনা চেৎনা নিংথি ॥৩০।

মুনি মাগী মপুকনিং থংবীবনা নিত্তিগী ধ্যান তৌজবদুদা, শ্রীব'ধাঁ-গা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণবু নিত্তিমক্তী উজবনি অদুবু নোংমগী মুমদাংদদি মাগী ধ্যান্দা উখিদ্রে। নেংবীবকখিদবে ।৩১।

মুনি অথোইবা আসুরিনা হন্না হন্না ধ্যান তৌদুনসু উজবা ফংজদ্রবদা থোইদোক্না বাবদুনা শ্রীকৃষ্ণবু উনিংখিবনা ধ্যান তৌবা থাদাজদুনা হৌ-গৎলকলে ॥৩২।

অসুম লাকপনা শ্রীনারায়ণগী লৈফম বদরীকাশ্রম কৌবা মফম অদুদা লাকখি, মফমদুদসু লাই ওইবা শ্রীহরি নরনারায়ণবু আসুরি মুনিনা উজবা ফংখিদরে ।৩৩।

মতমদুদা ব্রাহ্মণ মুনি অদু থোইদোক হেন্দোক্না ঙকদুনা লোকালোক কৌবা চীং অদুদা চৎখি, মফমদুদসু লাই ওইবা মকোক লিশিং পানবা অনন্ত ভগবান ওইবা মাবুস্তু উবা ফংখিদরে ।৩৪।

**পপ্রচ্ছ পার্ষদাংস্তত্র ক্ব গতো ভগবানিতঃ ।**
**ন বিদ্মো ভো বয়ং চোক্তো মুনিঃ খিন্নমনাস্তদা ॥৩৫॥**
**শ্বেতদ্বীপং যযৌ দিব্যং ক্ষীরসাগরশোভিতম্ ।**
**তত্রাপি শেষপর্য্যঙ্কে ন দদর্শ হরিং পুনঃ ॥৩৬॥**
**তদা মুনিঃ খিন্নমনাঃ প্রেম,পা পুলকিতাননঃ ।**
**পপ্রচ্ছ পার্ষদাংস্তত্র ক্ব গতো ভগবানিতঃ ॥৩৭॥**
**ন বিদ্মো ভো বয়ং চোক্তো মুনিশ্চিন্তাপরায়ণঃ ।**
**কিং করোমি ক্ব গচ্ছামি দর্শনং [illegible] কথং ভবেৎ ॥৩৮॥**
**এবং ব্রুবন্মনোবাঙ্গী বৈকুণ্ঠং প্রাপ্তবাংস্ততঃ ।**
**নাপশ্যত্তত্র দেবেশং রমাং বৈকুণ্ঠবাসিনীম্ ॥৩৯॥**

---

মফমদুদা লৈবা ভগবানগী মনাই পার্ষদশিংদা, ভগবান্না মফম কদায়দা লেংখিবগে হংবদা, মনাইশিংনসু হে মুনি ঐখোয় পুম্নমক করিমতা খংজদৌদ্রে হায়রবদা থোইদোক্না অরাবা ওইখ্রে ।৩৫।

অদুদগী মুনিনা ক্ষীর সাগর কৌবা, শঙ্গোম অনৌবগী সমুদ্র ওইবা লৈবা শ্বেতদ্বীপ কৌবা ঈথত্তা চংখি, মফমদুদসু অনন্ত কৌবা লিনগী শয্যাদা চেপ্পনা লৈবা শ্রীহরি ওইবা কৃষ্ণবু উজবা মরৈখিদবে ।৩৬।

মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা তুজু লবা মাইথোং অমদি রাল্লবা মপুকনি ওইবা মুনিনা মফমদুদা লৈবা মবুডোগী মনাইশিংদা, ভগবান অদো মফম কৈদা লেংখ্রবনো হংখি ।৩৭।

হে মুনি, ঐখোয় পুম্নমক করিগুম্বা অমতা খংজদৌদ্রে হায়রবদা, অরাবা রাখল চিন্তাদা লুপ্পবা মুনিনা, ঐ করি তৌগনি, কদাইদা চৎকনি, ইবুঙো মাবু কনদোদা উজবা ফংগদোবা ।৩৮।

অসুম হায়বদুনা মপুকনিংগী খোংচৎ মতুং ইন্না বৈকুণ্ঠ লোক তান্না অমুক চৎখি, মফমদুদসু বৈকুণ্ঠদুদা লৈবী লক্ষ্মী অমদি লাই অথোইবা শ্রীনারায়ণবু উজবা মফংখিদরে ।৩৯।

হে নিংথৌ, মনাই ভক্তশিংগী মরক্তগী যোগী অথোইবা ওইবা

ন দৃষ্টস্তত্র ভক্তেষু মুনিনাসুরিণা নৃপ ।
ততো মুনীন্দ্রো যোগীন্দ্রো গোলোকং স জগাম হ ॥৪০॥
বৃন্দাবনে নিকুঞ্জেঽপি ন দদর্শ পরাৎপরম্ ।
তদা মুনি খিন্নমনাঃ শ্রীকৃষ্ণবিরহাতুরঃ ॥৪১॥
পপ্রচ্ছ পার্ষদাংস্তত্র কথং তো [illegible] ।
উচুস্তং পার্ষদা গোপা বামনাণ্ডে মনোহরে ॥৪২॥
পৃশ্নিগর্ভো যত্র জাতস্তত্রৈব ভগবান্ স্বয়ম্ ।
ইত্যুক্ত আসুরিস্তস্মাদস্মিন্নণ্ডে সমাগতঃ । ৪৩॥
হরিং হ্যপশ্যন্ প্রচলন্ কৈলাসং প্রাপ্তবান্মুনিঃ ।
তত্র স্থিতং মহাদেবং কৃষ্ণধ্যানপরায়ণম্ ।
নত্বা পপ্রচ্ছ তত্রাক্রৌ খিন্নচেতা মহামুনিঃ ॥৪৪॥

---

মুনি লুচিংবা আসুরি কৌবা মুনিনা, মফমতুদস্থ মউরক্তুনা তুংতুদদি, গোলোকধাম তান্না অমুব চংখ্রে ॥৪০॥

গোলোক বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ কৌবা বন অতুদস্থ, খুাইদগী অথোইবা ওইবা মবু'ঙা শ্রী কৃষ্ণবু উঙবা মফংখিদ্রে, মতমতুদদি মুনিদো শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অরাবনা মপুকনিং লাংতক্লবা হাযবতু ওইখ্রে ।৪১।

মফমতুদা লৈবা ভগবানগী মনাইশিংদা, ভগবান কদোমদা লেংখ্রব নো হংলুবদা মনাই গোপশিংনা হায়বকই, পুবনিং ওদা যজববা মফম, শ্রীবামনদেবগী ওইবা পৃথিবী কৌবা মফমদা লেংখ্রে অহুম্না মুনিগী মফমদা হাযবকখি ।৪২।

মফম অতুদা শংশংবা ভগবান্না দেবকীগী মচা ওইনা পৃশ্নিগর্ভ কৌদ্রনা পোকখ্রে, অহুম্না হায়রবদা আসুরি কৌবা মুনিনা বামনদেবগী ওইবা অতুওম্বা পৃথিবী কৌবা মফমতু তান্না লাকখি ।৪৩।

মফমতুদস্থ শ্রীহরিবু দর্শন কংদ্রবদা মুনিনা কৈলাস তান্না চংখি, মতমতুদা মহাদেবদি কৃষ্ণধ্যান তৌবদা মপুকশিং লুপ্তনা লৈরমই, মতম অদো অহিংস্থ ওইরে, অহিংতুদা আসুরি মহামুনিনা পুকনিং যাম্না বানা

আসুরিরুবাচ ।

ভগবান্ সর্ব্বভূতানাং ময়া দৃষ্টো নিরন্তরঃ ।
আবৈকুণ্ঠাচ্চ গোলোকাদ্ ব্রহ্মাণ্ডে তদ্দিদৃক্ষুণা ।
কুত্রাপি দেবদেবস্য দর্শনং ন কৃতং ময়া ।
কুত্রাস্তে ভগবানদ্য বদ সর্ব্ববিদাং বর ॥৪৫॥৪৬॥

শ্রীমহাদেব উবাচ ।

ধন্যস্ত্বমাসুরে ব্রহ্মন্ কৃষ্ণভক্তোঽস্যহৈতুকঃ ।
দিদৃক্ষুণা ত্বয়াঽয়াসং কৃতং যেন মহামুনে ॥৪৭॥
কর্ম্মেন্দ্রিয়াণীহ যথা রসাদীং-
স্তথা সকামা মুনয়ঃ সুখং স্বং ।
মনাক্ ন জানন্তি জনৈরগম্যং
গূঢ়ং পরং নির্গুণলক্ষণং তৎ ॥৪৮॥

---

মহাদেববু থুক্রম্লগা হংখি ।৪৪।

আসুরিনা হায়খি । — হে ভগবন, ননাই ঐনা তাইবংপান পুম্নমক অসি শিন্দুংনা কোযথি থিজরুরে, বৈকুণ্ঠদগী, গোলোক ধামনচিংবদগীনা মহাকপু উজনিংবনা মতম কয়া থিজরুরবনি, অদুবু মফম কৈদম্থ লাইগী লাই ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো মাবু ঐনা উজবা মফংখিদরে, ইবুঙো নহাক্তি পুম্নমক খংবিরিবনি অদুনা, ইবুঙো মানা হৌজিক মফম কদায়দা লৈবিবগে হায়বহু তাকপিয়ু ।৪৫।৪৬।

শ্রীমহাদেবনা হায় — হে আসুরি ব্রাহ্মণ, নহাক অসি লাইবক ফবনি, মহৈ নিরা লৈতনা কৃষ্ণগী মনাইনি, মহামুনি নংনা নবুঙোবু উজনিংবনা, কৃষ্ণ মাবু ফংনবা কন্না নোংজবা, হোৎনজবা হায়বহু ওইরে হায়বসি মহাদেব ঐনা খংলে ।৪৭॥

সংসারসিদা খোং খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংনা, রূপ রসনচিংবা বিষয়বু থবা ত্তমদবগুম্না, ফল পামজনা ত্রিংলিবা সকামী মুনিশিংনা অমদি সাধারন ওইবা মীওইবশিংনম্থ, থুপ্না লৈবা থোইদোকপা নির্গুণ সুখবু

হংসং মুনিং দুঃখগতং মহোদধৌ
যঃ সর্ব্বতো মোচয়িতুং গতস্ত্বরম্ ।
সোঽদ্যৈব বৃন্দাবিপিনে সখীজনৈঃ ।
করোতি রাসং রসিকেশ্বরঃ স্বয়ম্ ॥৪৯॥
ষাণ্মাসিকী চাদ্য কৃতা নিশীথিনী ।
স্বমায়য়া দেববরেণ তেন বৈ ।
অহং [illegible] তদেব দ্রষ্টুং
[illegible] মনোরথং [illegible] ॥৫০॥

ইতি শ্রীমদগর্গসংহিতায়াং-বৃন্দাবনখণ্ডে শ্রীনারদবহুলাশ্বসংবাদে রাস-
ক্রীড়ায়ামাসুর্য্যুপাখ্যানং-নাম চতুর্ব্বিংশোঽধ্যায়ঃ ।

---

(মাযাগী শুণ পক্তবা নুঙাইববু) খজিক্তং ফাওবা খংবা ঙনদে ।৪৮॥

ক্ষীর সাগবদা লৈবা হংস কৌবা মুনিনা য়াম্না শাথিনা অৱাবা তাৱ-বদা, অৱাবচুদগী মাবু কনবীনবগীদমক য়াম্না থুনা মফমচুদা চত্‌না অৱাবা কোকহনবীরুবগা রস খিবিক্কী মপুওইবা মহাক্না হৌজিকসিদা বৃন্দাবন্দা মশামক্না সখীশিংগা লোযননা বাসলীলা শান্নদুনা লৈবীবি ।৪৯।

হে মুনি, লাই অথোইবা মহাক্না মশাগী মাযানা মবম ওইদুনা থা তরুক্কী মতম্থু নোংমগী অহিংদা পুন্নপ চিংশিন্দুনা শাংদোকহন্নগা (গোপী-পুন্নমক্কী মনিং থুংনা শান্নজনবা মতম কোন্ননবা শাংদোকহন্নগা) শান্নবিবা লীশাত্থু য়েংনবগীদমক ঐহাক চৎশগনি, নহাকসু নশাগী নপুকনিংদা নিং-লিবত্থু থুংনবা থুনা চৎলো (চৎলসি) ।৫০।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুনিগী রারীদা
বৃন্দাবন-খণ্ডগী মন্নুংদা বাসলীলাগী মতাংদা আসুবি উপাখ্যান কৌবা কুনমবিশুবা অধ্যায় লোইরে ।



# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ(O)ঃ—

শ্রীনারদ উবাচ।

এবং বিচিন্ত্য মনসা শিবোঽথাসুরিণা সহ।
তৌ কৃষ্ণদর্শনার্থায় জগ্মতুর্ব্রজমণ্ডলম্‌॥১॥
দিব্যদ্রুমলতাকুঞ্জতোলিকাগুঞ্জশোভিতম্‌।
পশ্যন্তৌ তৌ দিব্যভূমিং কালিন্দীনিকটে গতৌ॥২॥
গোলোকবাসিন্যো নার্য্যো বেত্রহস্তা মহাবলাঃ।
চক্রুর্বলাত্তন্নিষেধং মার্গস্থা দ্বারপালিকা॥৩॥
তাব্‌চতুশ্চাগতৌ স্বঃ কৃষ্ণদর্শনলালসৌ।
তাবাহতুর্পশার্দ্দুল মার্গস্থা দ্বারপালিকা॥৪॥

---

শ্রীনারদনা হায—   মতৌ অসুম্না মপুকনিংদা খল্লদুনা মহাদেবনা আসুরি মুনিগা লোয়নননা মখোয় অনিমক্না মবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু উজনবগীদনক ব্রজমণ্ডল তান্না লাকখি॥১।

মক্তুবা উবী-উপাল অমদি লতাকুঞ্জ (উবীতনা বোয়শিন্নুনা শাবা শঙ্গায) উরী-উনাতনা শেম-শারবা রাংলবা যুম্‌গী লোংলিবা মতোল খিবিক্লা তিল্লবা দিব্যভূমি (মঙাল থোক্লা ভাল্লবা লৈপাক) ওইবা মফম্‌ য়েংল-য়েংলদুনা যমুনা মপাল য়োরকলে।২।

গোলোক ধামদা লৈবী লাইনুপী ওইবী গোপীশিংনা মথূত্রা শঞ্জেন শনভাকচৈ পাযরদুনা থোংভাকলিবীশিংনা লম্বীদা লেপলদুনা, লাকলিবা মহাদেব অমদি আসুরি মুনি অনিগী লম্বীবু পাঙ্গলথেক্লা থিংখি।৩।

হে নিংথৌ অথোইবা, মহাদেব অমদি আসুরি মুনি অনিনা, ঐখোয় কৃষ্ণদর্শন (উজবা) পামজদুনা লাকলিবনি অসুম্না হায়ববদা লম্বীদা লৈরমলিবী থোং শংলমলিবীশিং অদুনা হায়খি।৪।

দ্বারপালিকা ঊচুঃ ।

সর্ব্বতো বৃন্দকারণ্যং কোটিশঃ কোটিশো বয়ম্ ।
রাসরক্ষাং সদা কুর্ম্মো নান্যা কৃষ্ণেন তো দ্বিজৌ ॥৫॥
একোঽস্তি পুরুষঃ কৃষ্ণো নির্জ্জনে রাসমণ্ডলে ।
অন্যো ন যাতি রহসি গোপীবৃন্দং বিনা কচিৎ ॥৬॥
চেদ্দিদৃক্ষু যুবাং তত্র স্নানং মানসরোবরে ।
কুরুতং তত্র গোপীত্বং প্রাপ্যাশু ব্রজতং মুনী ॥৭॥

নারদ উবাচ ।

ইত্যুক্তৌ তৌ মুনিশ্রেষ্ঠৌ স্নাত্বা মানসরোবরে ।
গোপীত্বং প্রাপ্য সহসা জগ্মতু রাসমণ্ডলে ॥৮॥
সৌবর্ণপ্রখচিৎপদ্মরাগভূমিমনোহরে ।
মাধবীলতিকাবৃন্দকদম্বাচ্ছাদিতে শুভে ॥৯॥

---

থোংশংবীশিংনা হায় — হে ব্রাহ্মণ অনি৹ এখোয় গোপী কোটি কোটিবু শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনগী মফম পুম্নমক্তা থমদুনা, মতম পুম্নমক্তা রাস-লীলাবু ঙাক্লবগীদমক লৈরবনি ।৫।

মী লৈত্রবা বন ওইবা অচিকপা মফম রাসমণ্ডল অদুদা নিপা হায়ববু শ্রীকৃষ্ণ মথণ্ডনি৹ (অতৈদি মপী ঙাক্তনি) অথুপ্পা মফমদুদা গোপীগী কাংলুপ নত্তনা কনা অমত্তনা করিগুম্বদা চংবা য়াঁরোই ।৬।

হে মুনিশা, নখোয় অনিনা ইবুঙো মাবু উজনিংলবদি মানসরোবরদা স্নান তৌরকজবা তৌরো, মদুদা থুনমক গোপীগী মতৌবু ফংজরগা রাস-মণ্ডলদা চংজবা য়াবগনি ।৭।

নারদনা হায় — অদুগা হায়রবদা আসুরি মুনি অমদি মহাদেব অনিদো৹ মানসরোবরদা ইরুজরুবদা গোপীগী হকচাং ফংজরদুনা গোপী ওইনা রাসমণ্ডলদা লাকখি ।৮।

পদ্মরাগ মনি হুৎলবা, সনাতগী মশক ওইরবা, পুকনিং চুনা ফজরবা লৈপাক ওইবা, মাধবীলতা কৌনী উরীনা য়েংলবা কদম্ব পাম্বীনা তিল্লবা

বসন্তচন্দ্রকৌমুদ্যা প্রদীপ্তে সর্ব্বকৌশলে ।
যমুনারত্নসোপানতোরিকাভির্বিরাজিতে ॥১০॥
ময়ূরহংসদাত্যূহকোকিলৈঃ কূজিতে পরে ।
যমুনানিলনীলেজলতাজালবালাভিতে ॥১১॥
সভামণ্ডপবীথীভিঃ প্রাঙ্গণস্তম্ভপঙ্‌ক্তিভিঃ ।
পতৎপতাকৈর্দিব্যাভৈঃ সৌবর্ণৈঃ কলশৈর্বৃতে ॥১২॥
শ্বেতারুণৈঃ পুষ্পসঙ্ঘৈঃ কুঞ্জমন্দিরবর্দ্ধিতৈঃ ।
অলিকোলাহলৈর্ব্যাপ্তে বাদিত্রমধুরধ্বনৈঃ ॥১৩॥
সহস্রদলপদ্মানাং বায়ুনা গন্ধশালিনা ।
শীতলেন সুগন্ধেন সর্ব্বতঃ সুরভীকৃতে ॥১৪॥

---

(হৌরবা) ফজবা রাসমণ্ডলগী মফমদি ।৯।

বসন্তগী মতমদা থাবলা লুপামহীচৈনশঙ্গী ভালবা, মফম পুন্নিনক্তা ফজবা অমদি মঙ্গলগী মশক ওইরবা, মণি মুক্তাগী শিরি থাক থাক খিনিরা লৈতেংলবা যমুনাগী তোর্ব্বারি ॥১০।

রাহোং কাঙভা ডাক কৌবা উচেক অমদি কোকিলশিংনা, লাপ্পনা হুংশিনা খোংলিবা, যমুনাগী ঈরীক পুববা নাম্নিবা হুংশিংনা তপ্পা তঙ্কা তুমহুনা উরী উপাল অমদি উনা হানাশিংনা তনিক তনিক্তা নিংথিজবি ।১১।

মীতিনফম সভা মণ্ডপকি লম্বেলশিং, মাঙ্গোলগী যুম্পী পবেংশিং, ফজ-ফজরবা মখল কয়াগী ফিরাল মচা-অচৌবনা হায়-হুমলিবা, সনানা শাবা য়ুমগী অরাংবা মতোন্দা থম্বা চফু (মোযদোন) না ইকোয়-কোহনা লৈতেংলি ।১২

অভোবা, ভাঙ্ানবা মচু কয়াগী লৈ মচুপ, লৈতনা শাবা য়ুমগী অকোয়বদা চায়ন্নিবা লৈ, খোইয়ুশিংনা হংহুনা কোয়পায় পাযহুনা নিম-খোংবগী খোইথুররবা খোল্লেল, অমদি হুংশিন্নবা বাদ্র কয়া য়ৈবা খোংবগী খোল্লেলনা নিম্নি ।১৩।

মনা লিশিং পানবা থম্বালশিংগী মনম পুহুনা তপ্পা তপ্পা শিৎপা

তস্মিন্নিকুঞ্জে শ্রীকৃষ্ণং কোটিচন্দ্রপ্রকাশয়া ।
পদ্মিন্যা হংসগামিন্যা রাধয়া সমলঙ্কৃতম্ ॥১৫॥
স্ত্রীরত্নৈরাবৃতং শশ্বদ্রাসমণ্ডলমধ্যগম্ ।
কোটিমন্মথলাবণ্যং শ্যামসুন্দরবিগ্রহম্ ॥১৬॥
বংশীধরং পীতপটং বেত্রপাণিং মনোহরম্ ।
শ্রীবৎসাঙ্কং কৌস্তুভিনং বনমালাবিরাজিতম্ ॥১৭॥
ক্বণন্নূপুরমঞ্জীরকাঞ্চীকেয়ূরভূষিতম্ ।
হারকঙ্কণবালার্ককুণ্ডলদ্বয়মণ্ডিতম্ ॥১৮॥

---

নামিব শুংশিংনা হমতনা ইংতল্লি, অমদি মাইকৈ পুন্নকপু মনন শুংশিংহন্দনা অশেংবা পুণ্যতগী মশক উইহল্লি ।১৪।

থম্বাল ম নবী, (থম্বালনা তমজবী) শাজৈনা কাঙভাগী খোংথাংশুম্বী, নিংথিরবা ফিজেৎ ফিবালনা লৈতেংলবী বধাগা লোইনমা, শ্রীকৃষ্ণনা থা কোটিগী মঙালগুম ঙালহন্দুনা, অঙৌবা রাসমণ্ডলগী নিকুঞ্জ মনাযতুদা লৈবমই ।১৫।

নুপী অথোইবীশিংনা কোযশিল্লবা, রাসমণ্ডলগী মযাইদা হঙৎ-হন্দা লেংলিবা কাম কোটিগী মঙাল পুববা, শংবামবা হকচাং (শ্যামসুন্দর বিগ্রহ) ওইবা শ্রীকৃষ্ণনি ।১৬।

খুত্তা বাশী পাযবা, মনাফীগ (নাপুমচুগী ফৈজোম) থোনদা, খুত্তা শঙ্গেন-শনঙাকচৈ পায়বা, পুকনিং হুনা যজববা, থবাক্তা শ্রীবৎসাঙ্ক (ভৃগুমুনিগী খোংফম), অমদি লক্ষ্মীগী মায অমত্তুং কৌস্তুভ কোবা মনি থোনবা, বনমালা লৈতেংলিবনি ॥১৭॥

নূপুর অমদি খোংজেনা নিল্লিবা, খাঙ্গোই, পান্দোমফানী, ঙালনচিংবনা অমসুং লীকপারং খুজি, অমাদ থোক্লকপদা ঙাইবা ভুমিংকী মঙালগুম ঙাল্লিবা কুণ্ডল মাযিন (নাদায়ানবী) অমিনা লৈতেংলিবনি ।১৮।

থা কোটিগী মঙালগুম ঙাল্লবা লুহুপ উম্না নন্দনিংথৌগী মচানুপা, নিংজবা খিবিক পীথোকপীবা, হৈশিংলবা মিৎয়েং-মিৎচিনা নুপীশিংগী

কোটিচন্দ্রপ্রতীকাশং মৌলিনং নন্দনন্দনম্ ।
দানদক্ষৈঃ কটাক্ষৈশ্চ হরন্তং মোহিতাং মনঃ ॥১৯॥
দূরাদপশ্যতাং রাজন্ স্বুরীবৌ কৃষ্ণমাজগী ।
গোপীজনানাং সর্ব্বেষাং মধ্যস্থং নৃপসত্তম
নত্বা শ্রীকৃষ্ণপাদাব্জমূচতুর্হর্ষিতমানসৌ ॥২০॥

দ্বাবূচতুঃ ।
কৃষ্ণ কৃষ্ণ মহাযোগিন্ দেব [illegible] জগৎপতে ।
পুণ্ডরীকাক্ষ গোবিন্দ গরুড়ধ্বজ তে নমঃ ॥২১॥
জনার্দ্দন জগন্নাথ পদ্মনাভ ত্রিবিক্রম ।
দামোদর হৃষীকেশ বাসুদেব নমোঽস্তু তে ॥২২॥

---

পুকন্নিং থম্মোই হুরিবনি ।১৯।

হে নিংথৌ অথাইবা, আসুরি মুনি অমসুং মহাদেব অনিনা অথাপ্পদগী য়েংলকপদা শ্রীকৃষ্ণবু উজরহুনা, অয়াম্বী গোপীশিংগী মমা দা উনঃ উনা খুরুমগা হরাও তুজুংবগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী মখাং থম্বালদা মখুং লোম্নহনা নোল্লুকপগা লোয়ননা হায়জখি ।২০।

মখোয় অনিনা হায়খি । — হে কৃষ্ণ কৃষ্ণ, যোগী অথোইবা, লাইগী লাই ওইবা, জগৎকী মপু, মিৎনা থম্বাল লকা মানবা, শনগী মপৈ শেনবা, [illegible]ফিরান্দা গরুড কৌবা উচেক য়েকপা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ।২১।

মী পুম্নমকী হায়জকম ওইবা, তাইবংপানগী মবুঙো, খোইদৌদা থম্বাল হোৌবা, স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল কাওবা বামনদেব কৌবা, ননা যশোদানা নখুাংদা খোরীনা পুনবনা দামোদব কৌবা, ইন্দ্রিয় পুন্নমকী মপু ওইবা, বসুদেবগী মচা বাসুদেব কৌবা ইবুঙো নংবু খুরুমজে ।২২।

হে লাই ওইবা ইবুঙো, মপুংফাবা শক্তি পুন্নমক্তা লিনবা, তশেংনমক পৃথিবীগী অরুপা লৌথোকপিগে, সাধুশিংগী কনবা তৌবীগে হায়বগীদমক, তাইবংপাল মরোল অহমগী মপু ওইবা অথোইবা নহাক্তা, নশাগী লৈকন গোলোকধামদা লৈংবা পুন্নমকপু থাকচবা লৈতনা হাংহনবীরম্বগা

অদ্যৈব দেব পরিপূর্ণতমস্তু সাক্ষা-
দ্ভূভূরিভারহরণায় সতাং শুভায় ।
প্রাপ্তোঽসি নন্দভবনে পরতঃ পরস্ত্বং
কৃত্বা হি সর্বনিজলোকমশেষশূন্যম্ । ২৩।

অংশাংশকাংশকলয়াভিরুতাভিরাম-
মাবেশপূর্ণনিচয়াভিরতীব যুক্তঃ ।
বিশ্বং বিভর্ষি রসরাসমলং করোষি
বৃন্দাবনং চ পরিপূর্ণতমঃ স্বয়ং ত্বম্ ।।২৪।।

গোলোকনাথ গিরিরাজপতে পরেশ
বৃন্দাবনেশ কৃতনিত্যবিহারলীল ।
রাধাপতে ব্রজবধূজনগীতকীর্তে
গোবিন্দ গোকুলপতে কিল তে জয়োঽস্তু ।।২৫।।

শ্রীমল্লিকুঞ্জলতিকাকুসুমাকরস্ত্বং
শ্রীরাধিকাহৃদয়কণ্ঠবিভূষণস্ত্বং ।
শ্রীরাসমণ্ডলপতির্ব্রজমণ্ডলেশো
ব্রহ্মাণ্ডমণ্ডলমহীপরিপালকোঽসি ।।২৬।।

---

হৌজিকসিদা শ্রীনন্দ নিংথৌগী য়ুমদা পোকপিবিবনি ।।২৩।।

অংশাংশ অংশ, কলা, আবেশ, পূর্ণনিচিংবা অবতার মখল কয়াবু লৌবীদুনা জগৎ পুম্নমকপু ভাকপিরি, অদুদগী অমুক্তং ইবুঙো নহাক্না "পরিপূর্ণতম" গী মশক লৌবীদুনা রসনা তিন্নবা "মহারাস লীলা" বু মপুং ফাহন্দুনা বৃন্দাবনবুসু নিংথিবা চাওখৎপা হেন্নগৎহনবীবি ।২৪।

গোলোকধামগী মপু ওইবা, গিরিরাজ গোবর্দ্ধনগী মপুঙোং অথোইবা নিংনক্ক ওইবা, বৃন্দাবনগী মপুঙো ওইবা নিতিগী লীলা শান্নবীরিবা, রাধাগী চায়খেৎবা, ব্রজগোপীশিংনা নজাগী থিংচং থিবিক শক-শোল্লিবা, গোকুলগী মপু ওইবা গোবিন্দ কৌবা ইবুঙো নংনা জয় ওইসনু ।২৫।

নিংথিবনা তিন্নবা, নপাগী নিকুঞ্জগী ঊরী-বারীশিংগী বসন্ত ঋতু

শ্রীনারদ উবাচ ।

তদা প্রসন্নো ভগবান্ রাধয়া সহিতো হরিঃ ।
মন্দস্মিতো মুনিং প্রাহ মেঘগম্ভীরয়া গিরা ।।২৭।।

শ্রীভগবানুবাচ ।

ষষ্টিবর্ষসহস্রাণি যুবয়োস্তপতোস্তপঃ ।
মদ্দর্শনং তেন জাতং সর্ব্বতো নৈরপেক্ষয়োঃ ।।২৮।।
নিষ্কিঞ্চনো যঃ শান্তশ্চ শান্তশ্চ মৎসেবা ।
তস্মাদ্ যুবাভ্যাং মনসা প্রিয়তামীপ্সিতো বরঃ ।।২৯।।

শিবাসুরী উচতুঃ ।

নমোঽস্তু ভূমন্ যুবয়োঃ পদাব্জে
সদৈব বৃন্দাবনমধ্যবাস ।
ন রোচতেঽন্যোন্যমতস্তু দণ্ডেষু-
র্নমো যুবাভ্যাং হরিরাধিকাভ্যাম্ ।।৩০।।

---

ওইবীবা, শ্রীরাধাগী পুকনিং থরাযনা পামজবা ভকশমগী লৈতেং ওইবা, রাসলীলাগী মপু, ব্রজধামগী মযুঙো, তাইবংপানগী মশক ওইবা পৃথিবীবু ডাক-শেনগীরিবনি ।২৬।

শ্রীনারদনা হায়খি । — মতম অদুদা, পেনবীরবা ভগবান্ শ্রীহরি ওইবা, রাধাগা লোয়নবা শ্রীকৃষ্ণনা, নোং খোংবগুম ভক্রবা নিংথরবা য়াথংনা নোককেং চৌনা মুনিগী মফমদা হায়বিখি ।২৭।

শ্রীভগবান্না হায — নখোয় অনিনা সংসারগী বিষয় খিবিকপু হুন্না য়েংউবা লৈতনা চহি লিশিং হুন্ধ চুপ্পা অকনবা তপ তৌদুনা ঐবু নিংজখিবদুমক্তা ঐবু উজবা ফংজরবনি ।২৮।

অহুগুপ্পা কনা লৈজদ্রবা অতোপ্পবা, মপুকনিং তপ্পবা কনাগী মফমদসু য়েক্লবা থমদ্রবা, মখোয় অদো ঐগী মরুপনি, মরম অদুমক্তনা নখোয় অনিনা নপুকনিংনা পাম্বদু বর ওইনা নিজরো পিরগে ।২৯।

মহাদেব অমদি আসুরীনা হায় ৷ — হে নতিক চাওবা ইবুঙো,

নারদ উবাচ।

তথাস্তু চোক্ত্বা ভগবান্ বৃন্দারণ্যে মনোহরে।
কালিন্দীনিকটে রাজন্ রাসমণ্ডলমণ্ডিতে ॥৩১॥
নিকুঞ্জপার্শ্বে পুলিনে বংশীবটসমীপতঃ।
শিবোঽপি চাসুরিমুনির্নিত্যং বাসং চকার হ ॥৩২॥
অথ কৃষ্ণো রাসলীলাং চক্রে পদ্মাকরে বনে।
পতৎসুগন্ধিং রজসি গোপীভির্দ্দ্মরাকুলে ॥৩৩॥
এবং ষাণ্মাসিকী রাত্রিঃ কৃতা কৃষ্ণেন মৈথিল।
গোপীনাং রাসলীলায়াং ব্যতীতা ক্ষণবৎ সুখৈঃ ॥৩৪॥
অরুণোদয়বেলায়াং স্বগৃহান্ ব্রজযোষিতঃ।
যূথীভূত্বা যযু রাজন্ সর্ব্বাঃ পূর্ণমনোরথাঃ ॥৩৫॥

---

ঐখোয় অনিনা নখোং খুযাথাদা খুরুমজরি, বৃন্দাবন কৌবা মকর্মসিদা মতম পুন্নমক্তা লৈজগে, মদু নত্তবা অতোপ্পা কবিগুম্বা অমত্তা পামজ'দ, শ্রীরাধা কৃষ্ণ কৌবা নখোয় অনিগী নখোং থম্বালগী খুযাথাদা ঐখোয় অনিনা খুরুমজরি।৩০।

নারদনা হায় — হে নিংথৌ, শ্রীকৃষ্ণনা মতুমক ওইবসন্থ অহুম্না হায়বতুনা রাসমণ্ডলনা লৈত্তেংলবা কালিন্দী যমুনাগী মপান্দা, পুকনিং হুরবা বৃন্দাবন্দা, ইবুঙোগী নিকুঞ্জ শঙ্গায়গী নাকওইননা, যমুনাগী শির্রি থাক থাক্কী মনাক ওইরপ্পা, বংশীবটকম্ নকলপ্পা মহাদেব অমদি আসুরি মুনি অনিবু মতম পুন্নমক্তা লেংদনা লৈহনখি।৩১।৩২।

অসিগী তুংদা থম্বালগী লৈরীক্কা ইচায-চায়না তারবা, মনম মুংশিরবা, খোইমুগী মপৈনা পামজববা থম্বালগী বন অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী-শিংগা লোয়ননা রাসলীলাবু শাম্নখি।৩৩।

হে মিথিলা নিংথৌ, অহুম্না শ্রীকৃষ্ণনা থা তরুক্কা শাংবা মান্নবা শাং-লবা অহিংবু রাসলীলা শাম্নখি, অতুগুম্বা রাসলীলাদো গোপীশিংগীদি, অতুক শাংলবা অহিংতুবু মুঙাইনা খংহৌদনা লেনখিবনা, মিকুপ অমতং

শ্রীনন্দমন্দিরং সাক্ষাৎ প্রযযৌ নন্দনন্দনঃ ।
বৃষভানুপুরং প্রাগাদ্বৃষভানুসুতা ত্বরম্ ॥৩৬॥
এবং শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য রাসাখ্যানং মনোহরম্ ।
সর্ব্বপাপহরং পুণ্যং কামদং মঙ্গলায়নম্ ॥৩৭॥
ত্রিবর্গদং জনানাঞ্চ মুমুক্ষূণাং মুক্তিদম্ ।
ময়া তবাগ্রে কথিতং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৩৮॥
ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে রাসক্রীড়া নাম
পঞ্চবিংশোঽধ্যায়ঃ ।

---

হৌখিবগুমখি ॥৩৪।

হে নিংথৌ, মপুকনিংনা নিংজবা পুন্নমক থুংজববী অয়াম্বী ব্রজগী গোপীশিংনা, মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপ ওইনা, চীংথৈ হুনবগী ভাড়ান রকপা মতমদা মযুম মযুমদা হন্নখি ।৩৫।

মতমতুমক্তদা নন্দনিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণহ শ্রীনন্দনিংথৌগী সঙ্গায তান্না মশামক লেংশিনখি, বৃষভানুগী মচানুপী বাধাসু চীংথৈ হল্লকপগী মাংওইননা বৃষভানু নিংথৌগী কোম্নং তান্না থুনা য়াংনা চংখি ।৩৬।

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী ওইবা, পাপ পুন্নমকপু মাংহনবা ঙম্বা, পুণ্যগী মশক ওইবা, অপাম্বা খিবিক পীনবীবা মঙ্গলগী মশক ওইবা, মীওইনা পোক্লবশিংগী ধর্ম্ম অর্থ কাম বৌবা ত্রিবর্গবু পীনরবা, অমসুং মুক্তি পাম্ব-শিংবুসু মুক্তি পীনবীবা পুকনিং চুনা ফজরবা রাসলীলা অসি নংগী নমাংদা (নফমদা) হাযবে, হৌজিক অমুক করিবু তানিংলিবগে ।৩৭।৩৮।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গমুনিগী রারদ, বৃন্দাবন-খণ্ডগী মনুংদা রাসলীলা শান্নবা কৌবা কুনগামঙ-শুবা অধ্যায লোইরে ।

❀ ❀ ❀

# বৃন্দাবন-খণ্ডঃ

## ষড়্‌বিংশোঽধ্যায়ঃ

—ঃ (৩) ঃ—

বহুলাশ্ব উবাচ ।

অঘাসুরাদিদৈত্যানাং জ্যোতিঃ কৃষ্ণে সমাবিশৎ ।
শ্রীদাম্নি শঙ্খচূড়স্য কস্মাল্লীনং বভূব হ ॥১॥
এতদ্বদ মহাবুদ্ধে ত্বং পরাবরবিত্তম ।
অহো শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রস্য চরিতং পরমাদ্ভুতম্‌ ॥২॥

নারদ উবাচ ।

পুরা গোলোকবৃত্তান্তং নারায়ণমুখাচ্ছ্রুতম্‌ ।
সর্ব্বপাপহরং পুণ্যং শৃণু রাজন্মহামতে ॥৩॥
রাধা শ্রীবিরজা ভূশ্চ তিস্রঃ পত্ন্যোঽভবন্‌ হরেঃ ।
তাসাং রাধা প্রিয়াতীব শ্রীকৃষ্ণস্য মহাত্মনঃ ॥৪॥

---

বহুলাশ্বনা হায়খি— হে মুনিদেব, অঘাসুরনাচিংবা হিংচাবশিংগীদি মঙালগী মশক ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখি হাযনিঙ্গে, অদুবু শঙ্খচূড় কৌবা মাবা করি মরমগীদমক শ্রীদামদা তিনখিবনো ॥১।

হে বুদ্ধি লৈরবা মুনি, ইবুঙো নহাক্তি মাং-তুং খংলবনি অদুনা মহু নিংথিনা হায়বীয়ু, শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রগী লমচং অসিদি থোইদোক্পা অঙকপগী মশকনি ।২।

নারদনা হায়— হে পুকচেল চাওরবা নিংথৌ, মরাংইদা শ্রীনারা- য়নগী শ্রীমুখদগী গোলোকধামদা থোকখিবা বাকথু তাখি, মহু মহাপুন্যগী মশক ওইরবা, পাপ পুম্নমক কোকদবা বাফমনি তারো ।৩।

রাধানে, বিরজানে, পৃথিবীনে অহুম অসি হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লোয়- নবী পত্নি(কুনী) ওইরকনি, মখোয় অহুমখিগী মধুংদা মতীকচাওরবা শ্রীকৃষ্ণ- নদি বাধাবুনা খ্বাইদগী হেন্না লুনা চান্না তৌখি ।৪।

রাধিকাসময়া রাজন্ কোটিচন্দ্রপ্রকাশয়া ।
কুঞ্জে বিরজয়া রেমে একান্তে চৈকদা প্রভুঃ ॥৫॥
সপত্নীসহিতং রাধা কৃষ্ণং শ্রুত্বা সখীমুখাৎ ।
অতীব বিমনা জাতা সপত্নীসৌখ্যদুঃখিতা ॥৬॥
শতযোজনবিস্তারং শতযোজনমূর্দ্ধগম্ ।
কোট্যশ্বিনীসমাযুক্তং কোটিসূর্য্যসমপ্রভম্ ॥৭॥
বিচিত্ররত্নসৌবর্ণমুক্তাদামবিলম্বিতম্ ।
পতাকাহেমকলশৈঃ কোটিভির্মণ্ডিতং রথম্ ॥৮॥
সমারুহ্য সখীনাং সা বেত্রহস্তৈর্দশার্ব্বুদৈঃ ।
হরিং দ্রষ্টুং জগামাশু শ্রীরাধা ভগবৎপ্রিয়া ॥৯॥
তস্মিকুঞ্জে দ্বারপালং শ্রীদামানং মহাবলম্ ।
হরিন্যস্তং সমালোক্য তং নির্ভৎস্য সখীজনৈঃ ॥১০॥

---

হে নিংথৌ, নোংমগী মমিতা অচিক্পা-কনা লৈত্রবা নিকুঞ্জ বন্দা, থা কোটিগী মঙালগুম ঙান্নবী, বাধাগা চপ মান্নরবী বিরজাগা লোযননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখি ।৫।

শ্রীরাধানা সখীশিং মচিন্দগী, লোন্নবী বিরজাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নহৌই হায়বা রাকমশিং তাবদা, লোন্নবীগী নুঙাইবনু থল্লবদা (কলক মিহৌবা পোক্লনা) পুকনিংদা থোইদোক্না অরাবা ওইখি ।৬।

যুথক চামা শাংলবা, যুথক চাম রাংলবা, (হায়বদি যুথক চামগী লম শাংলবা, অমদি মরাক ময়ুং অরাংবদসু যুথক চামজুমক্কা মান্নবা) শগোল কোটিনা চিংলবা নুমিৎ কোটিগী মঙালগুম ঙান্নবা, মচু করানা য়েক-খোংলবা, সনা, মণি, রত্ন, মুক্তানচিংবনা লৈতেংলবা, কিরাল মচা মচা কয়া থেৎলবা, রাংলবা মতোন্দা সনাগী চকু কোটি কোটীনা মোয়দোন ওইরবা দক্লাই অমদা, মথুক্তা শক্তেন-শনভাকচৈ পায়বা সখী অর্ব্বুদ তরাগা লোয়ননবা রথদুদা কাখৎলা, শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংনবগী-দমক থুনা য়াংনা লাকখি ।৭॥৮॥৯।

বেত্রৈঃ সন্তাড্য সহসা দ্বারি গন্তুং সমুদ্যতা ।
সখীকোলাহলং শ্রুত্বা হরিরন্তরধীয়ত ॥১১॥
রাধাভয়াচ্চ বিরজা নদী ভূত্বা বহন্তদা ।
কোটিযোজনমায়ামগোলোকং সহসা নদী ॥১২॥
সহসা কুণ্ডলীকৃত্য ততস্তস্থৌ হরিরাশ্রমম্ ।
রত্নপুষ্পৈর্বিচিত্রাঢ্যা যথোদ্যানস্থিতা তথা ।১৩॥
হরিং গতং তং বিজ্ঞায় নদীভূতাঞ্চ তাং তথা ।
আলোক্য স্বনিকুঞ্জঞ্চ স্বকুঞ্জং রাধিকা যযৌ ॥১৪॥
অথ কৃষ্ণো নদীভূতাং বিরজাং বিরজাম্বরাম্ ।
সবিগ্রহাং চকারাশু স্ববরেণ মৃগেশ্বর ॥১৫॥

---

নিকুঞ্জ সঙ্গায় অদুদা মপাঙ্গল কল্লবা শ্রীদামসখাবু শ্রীকৃষ্ণনা থোংঙাক-হল্লখ্‌বু উবগা, সখীশিংগা লোযননা শ্রীরাধানা নিন্দা তৌখি ॥১০।

শ্রীদাম কৌবা সখাবু শঞেন-শনঙাকচৈনা ক্‌-চৈবদুনা থোং মন্নংদা চংগদবগী থৌবাং তৌখি, অসুম্না সখীশিংনা মহৈ মহৈ নিন-থোংদুনা লাংনবকপদু তাবদুনা শ্রীকৃষ্ণদো মাংথোকখবে ।১১।

বিবজা কৌবীসু রাধাবু কিবদগী থূদক অদুমক্তদা তুরেল ওইনা চেনখি তুরেল অদুমক্তি য়ূথক কোটি শাংলবা, মহৌশাগী ওইবা গোলোক ধাম অদুবু কোযশিনবা তুবেল ওইনা চেন্দুনা লৈখি ।১২॥

মদুমক্তি মহৌশানা সমুদ্রনা পৃথিবীবু কোয়শিনবগুম্না নিংথিজখি, মদুমক্তা পৃথিবীদো মণি মুক্তা অমদি লৈ-স্বর্নচিংবনা লৈতেংলবী, নিংথিনা যেক খোংলবী মাইথেংনা তিল্লবীগুম ওইখি ।১৩।

শ্রীকৃষ্ণনা মাংথোকখিববু খংলদুনা অমদি বিরজাসু তুবেল ওনা'গ্র হায়বা উবদুনা, শ্রীরাধানা অদুগুম্বা নিকুঞ্জ সঙ্গাযদু য়েংলদুগা মশাগী কুঞ্জ তান্না চৎখি ।১৪।

হে মিংথৌ, অদুগী তুংদা, তুরেল ওন্দুনা চেনগ্রবী বিবজা কৌবীবু মশাগী শেংলম-ইল্লবা ফিজেৎ ফিরোল লোয়নরবী হান্নগী মশক মতৌদু

পুনর্বিরজয়া সার্দ্ধং [illegible] বনে ।
নিকুঞ্জবৃন্দকারণ্যে [illegible] ॥১৬॥
বিরজায়াং সপ্ত সুতা [illegible] ।
নিকুঞ্জং তে [illegible] ॥১৭॥
একদা তৈঃ [illegible] ।
পলায়মানো [illegible] ক্রোড়ে [illegible] হ ॥১৮॥
তল্লালনং সমারভ্য [illegible] ।
তদা বৈ ভগবান্ সাক্ষাৎ [illegible] ॥১৯॥
রুষা সুতং শশাপেয়ং [illegible] ।
ত্বং জলং ভব দুর্বুদ্ধে [illegible] ॥২০॥

---

কায়দনা হকচাং পানবা ওইনবা শ্রীকৃষ্ণনা বর পীনবীহুনা হায়গী মশক ওইহনখি ।১৫।

বিরজা তুরেলগী মপান্দা লৈবা বন্ন ওইবা বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ সঙ্গায়দা বিরজাগা লোয়ননা, অমুক হন্না শংশংবা হবি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা রাস শান্নখি ।১৬।

শ্রীকৃষ্ণগী মগান্না বিরজাদা মচানুপা তরেৎ পোকখি, অঙাংশিং অদুনা নিকুঞ্জ মঙ্গায় অদুদা লৈদুনা খোংইগোকপা অঙাংগী ওইবা মশামা খিবিক শান্নদুনা লৈখি ॥১৭॥

অঙাংশিং অদু নোংমদি খৎন-চৈনরকখি, মশাশিনা মনাও অপিকপবু থৈবী-চৈবীরবদা কিরদুনা মমাগী মনাক তান্না চেল্লকুনা মমাগী মতমপাক্তা কাখত্তুনা লৈরখি ।১৮।

সতী ওইবী মমা বিরজানা মচাবু হুখিনা থেম্মদুনা চেৎনা চান্না তৌরিম্মি, মতম অদুদা শংশংবা ভগবান্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মফম অদুদগী মাংথোকখ্রে ।১৯।

শ্রীকৃষ্ণ কায়নখ্রগী তাজরবী বিরজা কৌবী মমানা শাওরদুনা মচাবু শাপ্ কৌখি, হে মচানুপা, শ্রীকৃষ্ণ কায়নহল্লিবা নহাক ঈশিং ওল্লো ।২০।

কদাপি ত্বজ্জলং মর্ত্ত্যা ন পিবন্তু কদাচন ।
জ্যেষ্ঠাভূশাপ ব্রজত মেদিনীং কলিকারকাঃ ॥২১॥
জলরূপাঃ পৃথগ্‌যামা ন সমেতা ভবিষ্যথ ।
নৈমিত্তিকং চ ভবতাং মেলনং স্যাৎ সদা লয়ে ॥২২॥

নারদ উবাচ ।

ইত্থং তে মাতৃশাপেন ধরণীং বৈ সমাগতাঃ ।
প্রিয়ব্রতরথাঙ্গানাং পরিখাসু সমাস্থিতাঃ ॥২৩॥
লবণেক্ষুসুরাসর্পির্দধিদুগ্ধজলার্ণবাঃ ।
বভূবুঃ সপ্ত তে রাজন্‌ক্ষোভ্যাশ্চ দুরত্যয়াঃ ॥২৪॥
দুর্বিগাহ্যাশ্চ গম্ভীরা আয়ামং লক্ষযোজনাৎ ।
দ্বিগুণং দ্বিগুণং জাতং দ্বীপে দ্বীপে পৃথক্‌ পৃথক্‌ ॥২৫॥

---

নহাক্কী ঈশিং অদুবু মীওইবশিংনা করিগুম্বদা থক্ত্‌শঙ্গ, খংনবা হৌবিবা খবা চাওববা কাংবু নাখায় ময়ামম্ভু পৃথিবীদা চত্তুনা লৈরুবো হায়ত্তুনা শাপ তৌবকলে ।২১।

নখোয় পুম্নমক ঈশিংগী মশক ওইদুনা তোঙান-তোঙান্না অমগা অমগা কনাগম্ভু তিন্নদবা ওইয়ু, অমসুং নৈমিত্তিক প্রলয়গী মতমদতা নাখোয় পুম্নমক অমুক অমুক তিন্নবা হায়বদু ওইয়ু ।২২।

নারদনা হায — মতৌ অসুম্না মমাগী শাপ্তুগী মখোয়না পৃথিবীদা লাক্কুনা, ব্রহ্মাগী মচু প্রিয়ব্রত নিংথৌগী দলাই কাংখোংনা চংখিবা অকুংপা খোঙ্গুম্দা থাঙ্গপাং ওইখি ॥২৩॥

হে নিংথৌ, মাখায় তরেৎ অদুনা লবন (থুমতী) ইক্ষু (চুমহী) সুরা (যু) সর্পি (ঘী) দধি (শঙ্গোম অকহ্বা) দুগ্ধ (শঙ্গোম অনৌবা) জল (ঈশিং ইচম)গী শুক্কবা লুববা লানঙমম্রবা সমুদ্র ঈবম তরেৎ ওইখি ।২৪।

সমুদ্র খুদিংমক শুকপ্রবা লুপ্রবা ডাক্তনি, ঈথং (দ্বীপ) অমমম্না মবক-মবক্তা থম্নগা লবন সমুদ্রদগী হৌবগা যুথক লক্ষ অমা চাওবদগী মথং মথং শরুক অনি অনি হেঙ্গংনা চাওবদুনা তোঙান তোঙান লৈখি ।২৫।

অথ পুত্রেষু যাতেষু প্রকাম্যাক্তিবিহ্বলা ।
স্বপ্রিয়াং ত্বাং বিরহিণীমেকো ত্যক্ত্বা বরং দদৌ ॥২৬॥
কদা ন তে মে বিচ্ছেদো ভুবি ভূয়ো ভবিষ্যতি ।
যত্তেঽত্র স্বপুরাণাং সদা রক্ষাং করিষ্যতি ॥২৭॥
অথ রাধাং বিরহিণীং জ্ঞাত্বা কৃষ্ণো হরিঃ স্বয়ম্ ।
শ্রীদাম্না সহ বৈদেহ তন্নিকুঞ্জং সমাযযৌ ॥২৮॥
নিকুঞ্জদ্বারি সম্প্রাপ্তং ত্বসখং প্রাণবল্লভম্ ।
বীক্ষ্য মানবতী ভূত্বা রাধা প্রাহ হরিং রহঃ ॥২৯॥

রাধোবাচ ।

তত্রৈব গচ্ছ যত্রাস্তি স্নেহস্তে সুতনো হরে ।
নদীভূতা হি বিরজা নদ্যো ভবিতুমর্হসি ।
কুরু বাসং তন্নিকুঞ্জে ময়া তে কিং প্রয়োজনম্ ॥৩০॥

---

মচাশিংনা চৎখ্রবদা বিরজানা, মচা মুংশিবগী প্রেম্না থোইদোক্না ৱাববী ওইববদা, মচা কাযন-মৈনা ৱারবী মশাগী চান্নবীগী মনাক্না শ্রীকৃষ্ণনা লাক্লনা বর পীবখি ।২৬।

হে কিগনবী ঐগা নংগী মরক্তা কবিগুম্বা মতমদা কায়নবা হায়বদু থক ওইৱবোই, ইশামকী শক্তিনা (ইভান্তনা) ইচাশিংবুসু মতম পুম্নমক্তা ঙাকনি ।২৭।

হে বিদেহ নিংথৌ, অতুম্বী তুংদা রাধাবুসু কাযনবগী মৈনা ৱাবম্লগনি খংলদুনা, ভগৈংবা হরি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীদামগা লোয়ননা নিকুঞ্জ সঙ্গায় অদুদা লাকখি ।২৮।

নিকুঞ্জ সঙ্গাযগী থোং ঙাক্লগা, ইবুঙো মাগীসু মরুপ ওইরবা শ্রীদামগা লোয়ননা লেংলকলিবা মবুঙোবু উরগা রাধানা মান তৌরবী (শাওরবী) ওইদুনা মথাগী ৱাহৈবু শ্রীকৃষ্ণদা হায়খি ।২৯।

রাধানা হায়খি — হে কৃষ্ণ, ইবুঙো নহাক্কী নৌনা চান্নজবী মুংশিজবীদুগী মনাক্তা লেংবীখিবনা ফরোইদ্রা, বিরজা কৌবীদুনা তুরেল্

নারদ উবাচ ।

ইতি শ্রুত্বাথ ভগবাংস্তস্মিন্নিকুঞ্জং জগাম হ ।
শ্রীকৃষ্ণমিত্রং শ্রীদামা রাধাং প্রাহ রুষা বচঃ ॥৩১॥

শ্রীদামোবাচ ।

পরিপূর্ণতমঃ সাক্ষাচ্ছ্রীকৃষ্ণো ভগবান্ স্বয়ম্ ।
অসংখ্যব্রহ্মাণ্ডপতির্গোলোকেশো বিরাজতে ॥৩২॥

তাদৃশীঃ কোটিশঃ শক্তীঃ কর্তুং শক্তঃ পরাৎপরঃ ।
তং বিনিন্দসি রাধে ত্বং মানং মা কুরু মা কুরু ॥৩৩॥

রাধোবাচ ।

হে মূঢ় পিতরং স্তুত্বা মাতরং মাং বিনিন্দসি ।
রাক্ষসো ভব দুর্বুদ্ধে গোলোকাচ্চ বহির্ভব ॥৩৪॥

---

ওইপ্রবদি ইবুঙোস্‌ তুরেল ওইরুব থোক্কবরা। মাগী নিকুঞ্জদা লেংদনা লৈবীরুবনা ফরগনি। ঐগী ইনাক্তা লেংবীবকপনা করি অমুক কান্নখিগদগে ।৩০।

নারদনা হায় — রাক্ষস অসি তাববদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা নিকুঞ্জ সঙ্গায় অদুদগী লেংথোকখরে (চৎখ্রে) শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ ওইবা শ্রীদামনা শাওবপ ত্তোবা বাত্তানা রাধাদা হায়খি ।৩১।

শ্রীদামা হায় — শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে শক্তি পুম্নমক্না তিল্লবা শংশংবা ভগবান অদুমক্নি, মশীং লাকপ্পমদ্রবা তাইবংপানগী মপুনি, গোলোক ধাম অসিগীসু মবুঙো ওইরা মানা ঙানবীবরি ।৩২।

শ্রীকৃষ্ণ হায়রসি অদুকী মথৌ ওইবা শক্তি কোটি কোটিগী মবুঙোনি, শক্তিশিং অদুবু শিল্লিবা ঙম্বনি, অদুগুম্বা অথোইবশিংগী তাথোইবা ওইবা মাবু নিন্দা তৌবীবি, হে রাধে নহাক শাওবীগনু শাওবীগনু ।৩৩।

রাধানা হায় ঃ— হে অপংবা, মপাবু থাগৎলগা মমাবু নিন্দা তৌবগুম ঐবু নংনা নিন্দা তৌরি, নহাক হিংচাবা ওইবো, গোলোকধামসিদগী মপান্দা লৈখ্রো (মফিদা লৈরগনু চৎখ্রো) ।৩৪।

শ্রীদামোবাচ ।

অনুকুলেন বৃক্ষেন জাতং মানং শুভে তব ॥৩৫॥
তস্মাদ্ভুবি পরাৎ কৃষ্ণাৎ পরিপূর্ণতমাৎ প্রভোঃ ।
শতবর্ষং তে বিয়োগো ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ॥৩৬॥

নারদ উবাচ ।

এবং পরস্পরং শাপাৎ স্বকৃতাত্তয়ভীতয়োঃ ।
অতীব চিন্তাং গতয়োরাবিরাসীৎ স্বয়ং প্রভুঃ ॥৩৭॥

শ্রীভগবানুবাচ ।

বচনং বৈ স্বনিগমং দূরীকর্ত্তুং ক্ষমোঽস্ম্যহম ।
ভক্তানাং বচনং রাধে দূরীকর্ত্তুং ন চ ক্ষমঃ ॥৩৮॥
মা শোকং কুরু কল্যানি বরং মে শৃনু রাধিকে ।
মাসং মাসং বিয়োগান্তে দর্শনং মে ভবিষ্যতি ॥৩৯॥

---

শ্রীদাম্না হায় । — হে নিংথিবী, শ্রীকৃষ্ণনা নংগী ফো'রাই ইম্নবীনি হাযদুনা নহাক্না থো'ইদোক্না নাপন তৌদুনা শাওরে, (শ্রীকৃষ্ণসে নংনা হাযবিমথৈ য়ারগনি হায়না নাপন তৌ'ব) মবম অদুদগী, মনাইবু চানবীবা অথোইবদগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণ অসিদগী, পৃথিবীদা (অবতার তৌবা মতম-দা) ইবেম্মা নহাক্না চহি চাম কাযনবা হায়বদু শোরদনা ওইগনি, মশি চিংনম্নিডাই লৈত্রবনি (শোযদনা অন্নাবদু নহাকসু যংবিযু) ।৩৫।৩৬।

নারদনা হায । অসুম্না মতৈ মহৈ অমগা অমগা শাপ তৌনরুবগা, মশা মশানা তৌরুবদগী ফংলকদবা অকিবা রাখলনা থোইদোক্না চিন্তা তৌনরিবা অনিমক্কী মনাক্তা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা লেংবীরকখি ।৩৭।

শ্রীভগবান্না হায — ঐনা ইশাগী য়াশবপু, ইশানা ভাংখিবা য়াহৈবুসু অরেম্বা ওইহনবা (মাংহনবা) ঙমই, তৌইগুম্বসুং হে রাধে, ঈনাই ভক্ত-শিংগী য়া'হৈবুদি অরেম্বদা মাংহন-ভাহনবতদি মঙমদ্রে ।৩৮।

মঙ্গলগী মশক ওইরবী রাধে য়াক্নগনু, থোকপ্রবদি থোকপ্রে ঐগী বরগী মশক ওইবা রাসি ত'বো, কায়নদবা য়া'দবনা কাযনরবসু থা থাগী

ভুবো ভারাবতারায় স্বয়ং ব্রহ্মণ্যসংস্তুতঃ ।
তৎকালাৎ দর্শনং মত্তুং প্রতিদ্যাসি ত্বয়া সহ ।।৪০।।
শ্রীদামন্‌ শৃণু মে বাক্যমংশেন ভুসুতো ভব ।
বৈবস্বতান্তরে রাসে হেলনং মে করিষ্যসি ।।৪১।।
মদ্বাক্যেন চ তে মৃত্যুর্ভবিষ্যতি ন সংশয়ঃ ।
পুনঃ স্ববিগ্রহং পূর্বং প্রাপ্স্যসি মৎবরাত্মজ ।।৪২।।

নারদ উবাচ ।

এবং শাপেন শ্রীদামা পুরা পুণ্যজনালয়ে ।
সুধনস্য গৃহে জন্ম লেভে রাজন্‌ মহাতপাঃ ।।৪৩।।

মবক-মবক্তা অমুক-অমুক্ত ঐবু উবা শোয়দনা ওইরকনি ।৩৯।

ববাহকল্প হায়না থংনবা কল্পদা৹ পৃথিবীগী অরম্বা লৌথোরকবগীদমক অমদি ইনাই ভক্তশিংদা ঐগী ইশক উহল্লবগীদমক (ভক্তশিংনা অমুক্তং উজনবগীদমক চহি কল্প কয়া ধ্যান তৌজবদু ইবাই ল্যায়না উহল্লবগীদমক) বাধে নংগা লোয়ননা চৎকনি (পৃথিবীদা অবতার তৌগনি) ।৪০।

হে শ্রীদাম ঐগী বা তারো - নং নশাগী অংশনা হিংচাবদু ওইরো৹ মত্তমক্তি বৈবস্বত কৌবা মনুগী মতমদা ঐগী বাসলীলাবু নংনা থোওইদবা মওং তৌবকনি ।৪১।

মতমদুদা ঐগী খুবাক্তা নংগী মৃত্যু (শিবা) হায়বদু ওইরকনি হায়বমিদা চিংনগদু৹ (হিংচাবমক ওইরুবব্সু কনাগুম্বগী মখুবাক্তা নং শিরোই ঐগী খুত্তা নংগী মৃত্যু ওইরবা ফংগনি) ঐগী বরদগী অমুক হন্না নহাকী হান্নগী নশক ফংলকনি ।৪২।

নারদনা হায় — হে নিংথৌ৹ মমাংদুদা মতৌ অসুম্না তৌনখিবা শাপনা মরম ওইবনা৹ শ্রীদাম অসি পুণ্য চেনবা৹ লাইনিং কনবা সুধন কৌবা যক্ষগী যুমদা, মাগী মচানুপা ওইনা পোকখি ।৪৩।

হে বিদেহ নিংথৌ৹ মতৌ অদুম্না শঙ্খচূড় হায়না থংনরবা মহাক অসিনা যক্ষনিংথৌ কুবেরগী মনাই ওইখি, মমাংগী মরম অসি লৈবনা মাগী

শঙ্খচূড় ইতি খ্যাতো ধনদানুচরোঽভবৎ।
তস্মাচ্ছ্রীদাম্নি তজ্জ্যোতির্লীনং জাতং বিদেহরাট্ ॥৪৪॥
স্বাত্মারামো লীলয়া সর্ব্বকার্য্যং
যস্মিন্ ধাম্নি হ্যদ্বিতীয়ঃ করোতি।
যঃ সর্ব্বেশঃ সর্ব্বরূপো মহাত্মা
চিত্রং নেদং নৌমি কৃষ্ণায় তস্মৈ ॥৪৫॥
ইদং ময়া তে কথিতং মনোহরং
বৈদেহ বৃন্দাবনখণ্ডমগ্রতঃ।
শৃণোতি চৈতচ্চরিতং নরো বরঃ
পরং পদং পুণ্যতমং প্রয়াতি সঃ ॥৪৬॥

ইতি শ্রীমদ্গর্গসংহিতায়াং বৃন্দাবনখণ্ডে শঙ্খচূড়োপাখ্যানং নাম ষড়্বিংশোঽধ্যায়ঃ

---

মৃত্যুগী মতমদা মাগী মথৱাই ওইবা মঙাম্না শ্রীদামদা তিনখিৱনি ।৪৪।

মরম্নাই মথন্তা মুঙাইবা ইবুঙো মানা, অসিগুবা পৃথিবীসিদা লীলা-শান্নবগী মতৌগুম্না থবক পুম্নমকপু অনি শুদনা হাযবদি মথন্তনা তৌবিবা, পুম্নমক্কী নিংনকন ওইবা, পুম্নমক্কী মশকতু ওইবা, মতৌক চাওবা, মহাক্কী মবীদা ঙকনম লৈতবা, (মানা তৌগ হাযবতুতা তৌবা ঙম্বা) অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু খুৎ-লৈজে ।৪৫।

হে বিদেহ নিংথৌ, অসিগুম্বা পুকনিংগুনা ফজববা শ্রীবৃন্দাবন খণ্ডগী ৱাফম অসিবু নংগী নমাংদা (নফমদা) ঐনা হাযখ্রবসিনি, ৱাফম অসিবু অদুম-অদুগুম্বা মী অথোইবশিংদুনা তাজবদি পুণ্য ওইবা, পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবা খুনম্বু ফংজৈ । ॥৪৬।

মতাং অসিদা গর্গমুনিগী ৱাবীদা, বৃন্দাবনখণ্ডগী মনুংদা শঙ্খচূড়গী ৱাবী হাযবা কুন্তরুকশুবা অধ্যায লোইরে ॥

সম্পূর্ণমিদম্ বৃন্দাবনখণ্ডম্ ।

গর্গসংহিতাগী মনুংদা বৃন্দাবনখণ্ড লোইরে ।

মঙ্গলং মপাং । —ঃ (O) ঃ— মথা ভাইবীয় ॥

## মণিপুরী লোন্দা ইথোক্লবা

লেখকী ফোংথবা অমদি ফোংগদৌরিবা লাইরিক থবা ।

**ফোংখ্রবা ঃ—**

১। "তাইবং লোনচং' (নাহুং-নাবেং, নুপা-নুপী, অফ-ফত্ত, লুহোং-কৈহোংবা, যুম্বাল্লোন তাকপা) মমল লুপা ২০ (কুন্.)

২। "নিত্যাচার অমদি যোড়শোপচার পূজা" (অশেং-অমাং অমদি লাৎচরিবা ইষ্টদেব সেবা তৌনবা লাইবিক) মমল লুঃ ১৫ (তবামঙা)

৩। 'গরুড় পুরাণ" (শিবমদাই, শিবরগী মতুংদা মপোক্কী অফবা লম্বী মশক তাকপা) অহানবা শরুক, মমল লুপা ৪০ (নিযু) ।

৪। "গরুড় পুরাণ" (অনিশুবা শরুক) মমল লুঃ ৪০ (নিযু) ।

৫। "পূজাপদ্ধতি" (মৈতৈলোনদা খুংলোন নিংথিনা তাক্রবা) মমল লুঃ ৬০ (তুম্ফ.)

৬। "শ্রীমদ্ভাগবতম্.' [একাদশ স্কন্ধ অহানবা শরুক] (মৈতৈলোন অনুবাদ, অন্বয়, মূল কোন্নবা) মমল লুঃ ৩৫ (কুম্‌্লামঙা) ।

৭। "শ্রীমদ্ভাগবতম্.' (একাদশ স্কন্ধঃ অনিশুবা শরুক) মমল লুঃ ৩৫ (কুম্‌্লামঙা) ।

৮। "শ্রীমদ্ভাগবতম্." (একাদশ স্কন্ধ অহুমশুবা শরুক) মমল লুঃ ৩৫ (কুম্‌্লামঙা) ।

৯। 'শ্রীমদ্ভাগবতম্." (দ্বাদশ স্কন্ধঃ) মমল লুঃ ৪০ (নিযু)

১০। "গর্গ সংহিতা'' (মৈতৈলোন অনুবাদ, মূল কোন্নবা গোলোক খণ্ডঃ) মমল লু. ৬০ (তুম্ফ.)

১১। "গর্গ সংহিতা'' (বৃন্দাবন খণ্ডঃ মণিপুরী অনুবাদ মূল কোন্নবা) মমল লুঃ ৮০ (মরিযু)

**ফোংগদৌরিবা লাইরিক ঃ—**

১২। "সন্ধ্যা তর্পণ, পদ্ধতি'' (তর্পণ, অতেনবা, অশাংবা, মৈতৈলোন)

১৩। 'মৈতৈ থৌনি অমসুং ঈবাৎ পূজা'' (ঈপা ঈপুশিংনা তৌবশ্বা)

১৪। অতৈ অতৈ ॥

